# প্লেটোগী পাউদম



বাহৌদোক্কা লোয়ননা মণিপুরীদা

বি এস রাজকুমার

# প্লেটোগী পাউদম

## কঞ্জরোল • ক্রিটো • ফিদো

বেঞ্জমিন জোবিটনা

হন্দোকপা

ইংবাজীদগী বাহৌদোক্কা লোযননা

মণিপুরীদা

বি এস. রাজকুমার



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

১৯৯৭

**Platogi Paodam** Manipuri translation (1997)
by **B.S. Rajkumar** of Plato's three dialogues — *Apology*, *Crito*
and *Phaedo* from the English rendering of Benjamin Jowett
(1893, [illegible])



অহানবা ফোঙবা

২৬, ওক্তোবব ১৯৯৭



অহানবা খুৎনমগী অফোঙবা ঃ বাইটর্স ফোবম ইম্ফাল রূপমহল টেঙ্ক
বি টি বোড ইম্ফাল ৭৯৫০০১ গীদমক্তা
বাজকুমাব বিদনকান্তনা বাজ পব্লিকেশন মাইনম চীংমাঙ, নম্বোল
মণিপুব ৭৯৫১৩৪ গী মাযকৈদগী ফোঙবা

কপী মশীং ঃ ১০০০
মমল ঃ লুপা ৮০/



মণিপুবদা অহানবা নম্বা ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটবাইজড), পাওনা বাজাব,
ইম্ফাল ৭৯৫০০১

ইমা অমসুং পাবুং
অনীগী মফমদা —

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা অইবা অইবী খরা পূর্নশিল্লগা শেমখিবা বাইটবস ফোবম, ইম্ফালগী পান্দম অমা ওইনা লাইবিক কয়া লেপ্পুনা ফোঙলি। পান্দম অসিগী বাখল্লোনদি ঐখোয়গী অইবা অইবাশিংনা লাইবিক ফোঙনবা হায়নবদা পৈশা পীবিনা শেলথুমগী অবাবসিদগী খবদং ওইরবসু কন্দুনা লাইবিক ফোঙহনবনি। বি এস রাজকুমার (ব্রজেন্দ্র সিংহ) না হন্দোকপা প্লেটোগী পাউদম হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসিনা ফোবমগী নিফুতরেং শুবা লাইরিক মশিং না পান্দম অসিমদি মায় পাক্রবনি।

অদুনা ফোবমগী পান্দম অসেদসু হেন্না খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনদুনা বাকশোপ কয়া পাওথোকখ্রে অহৌবা মসু পাংথোকপনি হায়বনি। বাকশোপশিং অসিগী মহৈদগী মণিপুরী টমিনোলোজি অমাদ মতৌ লৌবা মণিপুরী শরেংশিং অমাদ বাখাচাশিং অতোপ্পা লোলশিং দা হন্দোক্লুনা শরু তাক্লবা লাইবিকশিং ফাওদোকনবগা থৌরাং কয়ামসু পায়খৎনি।

ফোবমনা পোথোকলিবা লাইবিকশিং শোন্দোক্লনবগী বাখলদা মাইথং নাইদে মণিপুরী সাহিত্যগী অরাংপা কয়া মনখৎপগা বাখল্লোনগী মখাদা ফোঙদোক্লনি। হন্দক থাওলিবা বি এস রাজকুমারগী লাইবিক অসিনা খবাদ ওইরবসু প্লেটোনাচ বা গ্রীসকী শক্লায়রবা মীশক খরবু মণিপুরী সাহিত্যদা মশাক তাক্লবগনি হায়বা আশা থমজবগা লোয়নুনা খুহি মযামগী মাংদা লাইবিক অসি লাপ্তোকচরি

ইম্ফাল
১৩ ওক্তোবর ১৯৯৭

**কৈশাম প্রিয়োকুমার**
জেনরেল সেক্রেটরী,
বাইটবস ফোবম ইম্ফাল

# হায়াঙ-য়ানবা

প্লেটোগী পাউদম হায়না মমিং থোনবা লাইরিক অসি তশেংবদি প্লেটোনা হৌবম্বা বাবা বাতায় শানবগী খুৎই অহুম হায়বদি — *কঞ্জবোল ক্রিটো* অমসুং *ফিদো* হায়বশিং অসিনা পুনশীল্লগা শাগৎপনি। মবম অসিদগী ঙপাবশিংনা প্লেটোগী পাউদম লৌনা লাইরিক অমা তোঙান্না লৈবম্বা নত্তে খুৎহ অং [illegible] পনশীল্লগা মমিং অমা থোনবনি হায়বাস খুদক্তা উৎবগনি। প্লেটোনা [illegible] [illegible] ইবম্বা [illegible] মদা বাবা শানবগী [illegible] ইবম্মা — অসিগুম্বা বাবা শানবগী থবক অসিব মৈতৈবো। [illegible] পাউশানবা (বা অওক [illegible] [illegible]) হায়বা অদুদগী [illegible] [illegible] পাউসানবা হায়বদগী অমুক্কা শমডান্দুনা পাউসা হায়না [illegible]। মসিনা ইং [illegible] বাহৈ dialogue হায়বদগী অর্থ পীহনবনি। অমারোমদা [illegible] খুৎইদি [illegible]। [illegible] [illegible] মমিং [illegible] ইংবাজাদা [illegible]। [illegible] [illegible] মতমদদি অশম্বাদা dialogue হায়না মমিং থোনবাস চংনবা অমা ওইনা তৌই। কম্বাগুম্বনা পাউসা হায়বসিনা পাউশা[1] হায়বগা মাগী জুগাইগী মওংদা খঙনবদু ওইনা খনবীবা তৌবিদনবসু হায়জ[illegible]।

মসিবু তশেংনা dialogue কা অর্থ অসিতং শঙনবা লোনশেম বাহৈ অমা ওইনা লৌনীয়ু।

হৌজিক পাউসাশিংগী লাইরিক অসিবু পাউদম অমা ওইনা লৌবগা মবম অসি 'বাহৈলোক' অমা পাজবিবা অসিনা হেন্না মপেক শেংনা খঙহনবা ঙমগনি হায়না খল্লে। মতাংসিগী ওইনা অশম্বা মবম অমা পীজবা তাবদি — মখোয়শিং অসিনা সোক্রেটিসকী মথক্তা চৎথখিবা বায়েল অমসুং মহাকপু হৌ পীথওনা হাৎখিবা ফাওবগী যাম্নমক মবাক চুম্বা বাবোল অদু প্লেটোনা পীবগী থবক তৌবম্বা অসিদগীনি। পাউসা অমগম্বা শাবা লাইরিক ওইবগদি মদুগী মমিংদু লৌদুনা ইচম চম্না থোনবা অদুম্মক যাবনি, খুদম ওইং প্লেটোগী রিপব্লিক। অদুবু *কঞ্জবোল, ক্রিটো* অমসুং *ফিদো* অহুমসিনা পুনশীল্লবা মতমদা মপুং ফাবা মশক অমা থোকহল্লকপা মবম্না পুন্না থমদবা যাদদুনা থমজবে। কঞ্জবোল

---

১ খেলচন্দ্র অরিবা মণিপুরী লোনগৈ, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফাল ১৯৭৮, লা০ ১১২।

হায়বসি ইংবাজীদা Apology হায়না লৈ — মদুগী লোনশেন্নি। Apology গী অতোপ্পা ২র্থ অর্মদি defend তৌবা হায়বসিনি। মসিগী অর্থদনি Benjamin Jawett না Apology হায়না মমি 'থাপ্লল্লিবসি। ঐহাক্লা হৌজিক মণিপুরীদা হন্দোকচবিবা পাউসা অহূমসি হার্মাবিবা মীয়াম্না খাইদগী হৌজিক ফাওবদা যানবিবা চহী যাম্থে হেল্লবগী মমাঙদা গ্রীক্তগী ইংবাজীদা হন্দোবপিবম্না বেঞ্জমিন জোৱিটকী হন্দোকপা অদুদগীনি। *ক্রিটো* অমসুং *ফিদো* হায়বা অনীসিদি মা মমিং ওইবনিনা লেঙদনা থমজবে।

লাইবিক অসি মণিপুরীদা হন্দোকপগী থবক অসি অহানবা ওইনা ১৯৭৩ দগী (ইদিগা ১৯/১/৭৫ যাওবগী মনুংদা পায়খৎখিবনি। মদুগী মতুংদা মঙাবক ঙবা ইথোকপা খৃৎইদগী হৌজিক্কী মংৎ অসিদা মীয়ামগী মাঙদা লাপ্তোকচবা। চহীচা মশুং অমগী মমাঙদা সোক্রেটিসকী পৃন্মী অমসুং বাংউবোলনা পীখিবা শাফু অদু ৬সিসু থম্মোযদা তগৎ তগৎ তেক্লা মমি তাবি মসিমক্লসু লমজীং ওইদুনা লাইবিক মসিবু পুথোকচবনি নুংশিবীদুনা পাবিনিবশিংগা মহাও অসিমক চুপম্মীন্নবা পামঙবদগী।

ঐহাক্লা প্লেটোগী পাউসা অহূমসি হন্দোকচবা মতমদা হায়না ঙাই লেতবা নুংঙাইবা পেঞ্জবা অমা ফাওজখিবদি শিবগী মতাংদা পম্মাম পাউথেম খনা ফংখিবা অসিনি। হান্নদগী লাক্লবা ঐখোয়গী খাজবী অসিগা মান্নবা বাখল্লোন অমা হখ৬ খণ্ডৌদনা থাপখ্রবা অমসুং লিবগা মতম অমদগী নাপদা লোন্না কিন্দু হায়না অনশিনবিবকপগুম তৌখি। শিবগী খল্লবদা অমম্বা, লিন, শা কৈন্না থল্লবা শুকংদা চঙলমদাইদা অকিবা পোকপগুম পোকখিবদু খবগী মথৌদি শাফহল্লে। থবাযগী মাঙনাযদবা মতৌ অসিগী মবমদা অনৌবা মহৈ অমগসু তম্লকপগুম তৌখি। ঐহাক্লা হান্নদগী খঞ্জবকপা মীওইবগী অচুম্বা অমদি শোযদনা লৈগনি হায়বদুগী মতাংদা নাশোন পীক্লা শৌগৎপিবকপগুম তৌখি। মমাঙদা ফোঙখিবা ঐগী শৈবেং লাইবিক অমদা ঐনা হজখি — "হে মীওইবগী অচুম্বা। /নহাক্তী লেঙদবা মচানি।/ নোংমা নিনি হিংখিনবগীদমক্তা, নহাক্লা লেপতুনা লৈবনদি যাববোই।" (**থাপলবা লমদম কয়াদা**, লা ২৬) অমুকসু চহী ফনা যাম্নবগী মমাঙদা বিচার্ড বর্টনগী **ইলাইড ইজিপ্ত** কৌবা লাইবিক্তা শুক অমনা লমজীংলগা মাগী নৌনা মহৈ ফংলিবা মহৈবোযবু মালও অহাঙবদা থৱাযবু (মৈতৈ অশৈবনা 'থৱায চেক্লা' হায়বম্মী কয়াদা চানখ্রবা) মনীং তম্না থাদোকহনবা, থাক্রোন অমদগী থাক্রোন অমা, মথং মথং অসুম কাহনখিবা, অৱোইবদা অমুক হম্লকপা

অসিগী ব্রাফম থেংর্নখি। হসোটবিক, ওকল্ট — মমিং কযানি। অদুবু পুম্নমক্তগা অথোইবা মহৈদি শিবা তম্নসিনা ওই হাযবসি ব্রাবেংদা ইবা, চম্না ফোঙদোকপা সোক্রেটিসকী ব্রাংউবোল অসিদা প্লেটোনা মবাক চুম্না পীবিবা অসিনি ঐনা মকওইনা লৌশীঙ্ববিবসি। অদুনা *ফিদোদা* সোক্রেটিসনা -- "ব্রাংউবোল হাযবসিবু শিবগী মবমদা নৈনবা অদু নত্ত্রনে?" হাযবকখিবা অদু তপ্না তপ্না ভাব লাকই - চুম্নগী শিবা নত্তে। শিবা মতমদা পুগদবা ইশাগী লমচৎ অদুনি — অচুম্বা লিচৎ (Virtue) সোক্রেটিস অমসুং প্লেটোগী ওইনা হাযবগনা। গীতাগী পাউমেন অসিমক যাম্না লাযনা পথোক্রম্বা অসিনি থ্বাইদগী নুংঙাইজবসু।

অমাবোম্দা ব্রাউবোল হাযবসিমক পুম্নমনি। মতম অহুমগী চগো অমখক লৈবি — থাজবা বাহ, লৈতাবা। ওম্ন ওম্ন অসুম্মক চৎপা। লোগ্গাং। নংনসু বাহ হ বপা লোযননা লোতাবগী লঙ্গী থিবনবিনি। পুসী খুদা। [illegible] বা থোদোকনি অডাং ওইবিদৈ থাজবম্মা, নহা ওইবকপগী ঈমাখংলবদ। নতমদা বাহং তৌবা থুগাযনা বনী। বাবাল লাকপনি অহনা ওইবকপগা লোতাবা পীবম অমদা চৎলবপা। লাইবাক অসিগী। হ ডবোগা অসিগী মনুংদ থাগৎবিবা বা ডগা না অসিমক্কা মমি অমত্তং থ জবা ওম্বা অমসং মদবু অপাবশিংগা শবক যামিন্নবা ওষ্থোক্না পামজখি। লাইবিব অসিগী লৈইহিন।

চৎলিবা চহী ১৯৭ অসিগী লেপ্তেম্বর ১০ দা ঐহাক্না **এবিষ্টোটলগী পোযটিক্স** পুথোকচখি। তশে বদি মদুগী মমাঙদা **প্লেটোগী পাউদম** তাসিবু পুথোক্কবা খঞ্জবম্মনি। ডমখিদ্রে [illegible] গীদেব অমনা অমগী মথক্তা নর্নাহ বদগী মমাংগী লাইবাক অদুদসু লোনশেম খং। শাজিংখি। মদু খনা অমদি হৌজিক্কা লাহানব পাসদা হান্নবা শাজিন্নববা ঙাক্তনি হান্না হন্দোকপা লোইবা প্লেটোগী অসিমক হান্না পুথোবচবা ওন্নল্লবসু খনা ফগদবনি। অদুমকপু এবিষ্টোটলগীদা খবা থে নবিখ্রবনিনা হাঞ্জববসু কোম্নবা প্লেটোগী অসিদা লোনশেম থেংনবকপা মতমদা খবমখৈদি লৌনা থাকপগী চা হনদি, বাহংগী ইহনসু হম্থনিবগনি হাযবসি ঐগী লেপ্নমক থাজবনি। ইবোল চাওখংহন্না জনদগী শেমদনা যাদবা মতাং থোক্তুনা শেমখিবা নাইহশিংনি [illegible] খনদ ওইনবসু সাহিত্য অমসু, লোলগী ফিদা মখোযনা ফংজবদি পুম্না মতৈ যাল্লে হাযনা লৌজে। লোনশেমশি অসি অতোপ্পা লোন্দগী পূবগা হাপলম্বসু মযাবনি। অদুবু শেমগৎপা যাবদা নত্ত্রগা হান্না লৈজবম্নবসু

## যাওবিবশিং




*By Courtesy* Hodder and stoughton Ltd , Mill Road, Dunton Green, Sevenoaks, Kent, England

# ৱাহৌদোক

থাযনগী গ্রীকশিংনা ঐখোযদা পীনবম্বা খুদোল অসি ওয়্যোল্লা মমল যামখ্রে। অমবোমদা নোংচুপ্পা চাওখৎলিবসি মখোযগী মপান যনা যাম্না তাংলবনি। কাঙলোন (science), কুম্মাবোল (history) লম্মিৎলোন (geography), য়ুমসা কৈস (architecture), লাইযেকপা, মূর্ত্তি শাবা, সাহিত্যদগী হৌদুনা বাংউবোল (philosophy) ফাওবদা মখোযগী খুনাম তাবমদবা যাওদে। অমবোমদা নোংচুপকী সভ্যতাদা বাংউবোলগী মশক নাইবা শক্তম হৌজিক খণ্ডনবিবা মওংদা তশেংনা ৱাংউবোল হাযবা হীনা অসিমক কযাং চুম্না থম্নিবন্নিবা অসিসু মংলানননি। গ্রীক বাংউবোল অসি থালিস কৌবা ৱাংউবোয অদুদগী হৌবে হায়না লৌনৈ। মহাক্কী মমাঙ যাওবদদি ওইবংপান অসি লাইনা শেম্বনি হাযবা ৱাখল অসি অসুম্মক যানবম্মী। মহাকনা ইহান হান্না মসি ঈশিংদগী হৌবকপনি অমসুং ঈশিংদা অমুক লোইগনি হাযন। হৌদোক্লম্মী। লাইদা যুম্ফম ওইদবা, ৱাখলগী পোৎথোক অমদা তোংদুনা নৈশেম্লোন (cosmogony) গী বাফম থিজিল্লম্বগীদমক্তা থালিসপু গীক বাংউবোলগী অপোকপা হাযনা বৌনৈ। মহাক অসি ৬ শুবা খৃষ্ট মাঙ চহীচাদা লৈবম্বনি হাযনা লৌনৈ।

অমবোমদা থালিসকী তুংদা চহা চনীমুক লৈবগা লাকখিবা প্লেটোবু বাংউবোলগী অপোকপা হাযনা কৌনবি। মহাক্কী মবমদা হায়বতনা বাৎলগদবা মীশক অমনি। খৃষ্টিযন লাইনীংগী মকওইবা ৱাফমশিং অফনা, নুংশিবা, ফজবা হাযবশিং অসিগী মবমদা মহাক্না হান্না লমজীংবা হৌখ্রবনি। নোংচুপকী ৱাংউবোল অসি প্লেটোগী ৱাংউবোল নৈনবনি হাযনা এ এন হুাইটহেডনা মোং পীবি। অদুগা অমেরিকাগী কবি বালফ ৱালডো এমর্সন হাযবা অদুনা অসুম্না ফাওবা হাযখি - "প্লেটোদি ৱাংউবোলনি, বাংউবোলনা প্লেটোনি।" মহাক ৱাংউবোলগী কুম্মাবোলদা অচুম্বা ৱাখল (reason) অমসুং অশেংবা মশক (reality) গী মবমদা অনৌবা পথাপ অমা, শাগৎলম্বা মীশক্নি। মহাক অচৌবা, অশেংবা ৱাংউবোয অমনি হাযবসি মহাক্কী ৱাংউবোলবু খাণ্ডতপ্পগী হেক্তা শাগৎলকপা তৌখিদবা অসিনসু তাকই। মবমদি ৱাংউবোল হায়বসিদি থৌবম অমনি, অমুক হৌখ্রবা

তুংদা চেক চনবা মীনা অমগী মথংদা অমা চনখত্তুনা শেমগৎলকপা অদুগুম হান্না লৈজবন্নবা পবাঁং অদুদগী মশাগী ফিবেপ অমা লেপথোক্তুনা শাগৎলকপনি। প্লেটোগী রাংউবোলদা হেবাক্লিটস, পাবমেনিদিস, সোক্রেটিস অমসুং পাইথগোবিযনশিংগী মচাক শীজিন্নখি — অদুবু চুন্নগী মতৌ তমদুনা হেক্তা ইথোকপদি নত্তে, পূন্নৌ নৌবা অমা পুথোবকপনি।

প্লেটো (৪২৭ খৃঃ মাঃ — ৩৪৭ খৃঃ মাঃ) এথেন্সকী যাযতোং-খমদোং ইমুং অমদা পোকখি। মতম অদুগী যাযতোং-খমদোংবা (aristocrat) কাণ্ডবুসি লম যান্না লৈবা অমসুং পৈশা মতীক চানা পাযবা মীওইশিংনি। অসিগুম্বা ইমুংদা পোকখিবনা মখুত্তা হামদুনা চাবা হাযবা মতমদু থোকখি। হিংনবগীদমক্তা কবিসু থোইনা বানীংঙাই লৈখিদে - মসিমক নৎলমদ্রবদা মপুঙ্গী চুপ্পা রাংউবোলদা কৎথোকখিবসি খবা রাবমগনি। প্লেটোগী অপোকপগী মিংনা অবিষ্টোন কৌই, নিংথৌ ঈনি মমা ইবেম্মা পেবিক্তিওনিসু এথেন্সতা মীযামগী লৈঙাক হৌদোকপদা শীজিন্নখিবা অহানবা লৈঙাক বাযেন লাইবিক (constitution) ইখিবাসোলোন হাযবদুগী মচা মগুনি। মখোযগী ইমুং মসিনা পেবিক্লিস হাযবা নিপাদুনা এথেন্সতা মীযামগী মহুৎ শিনবা ওইনা লৈঙাক্লিংওদগী হৌনা মীযামগী লৈঙাকপু শৌগত্তুনা লাকখিবনি। অদুবু হৌজিক্তি মখোযনা মীযামগী লেঙাক অসিদা থাজবা লৈবক্তে। প্লেটোগী নহা ওইবিঙে পুঙ্গী অসিদা গ্রীসকী মকওইনা এথেন্সকী চিববা তান্‌ফমগা মাযোক্লবে। মাগী মতমদনি চহীচা মগুং অমা হেন্না থেণ্ণখিবা পেলোপোনেসিযন লাল থোকখিবদু। হৌজিক এথেন্স লালদা মাযথীবে, স্পার্টানা লালগুম ফীবাল থেৎথ্রে। এথেন্স মবায চাযবে, পাঙ্গল যাওদ্রে, অবোনবা মিঙ্গল অমখক ফাথদুনা থম্বদা মঙাযবে। মতমসিদা যাযতোং-খমদোংবশিংগী মপাঙ্গল অমুক কন্নৎলক্লে। অদুনা মীযামগী লৈঙাক এথেন্সতা মুথৎলে হাযবগা মীওই কুন্থানা শাবা লৈঙাক অমা লিংখ্রে — মখোয়বু *থর্টি টাইবন্টস* হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা কাঙলুপ অসিগী মক ওইবা লুচিংবা অনীমক প্লেটোগী ইমুং ঙাক্তনি — কার্মিডিস্ হাযবদুনা মতোন্নি অদুগা ক্রিটিযস কৌবা অদুঙ্খনা মতোন অমনা পোকপা মচিন-মনাওশিং অমনি। কুইদে, মখোযনা লৈঙাক পায়বকপগা মীওৎ-মীনৈ, মীহাৎ-মীপূন হৌবক্লে — প্লেটোগী থাজবা মাঙখ্রে। লৈঙাক বাযেন লাইবিক শুম চাবে খন, অঙত্থগী লৈঙাক শাগী লৈঙাক, প্লেটো মীযামগী হায়বা থবক থনাদা খক য়াওখিদ্রে। চহী মবিফুগী শাংলবা পুন্নীদা অমুক্ত ফাওবা মীয়ামগী

লোযশঙ — বুলি (Boule) হায়বদুদা ঙাঙফম থোক্লবসু য়া ঙাঙখিদে। অশেংবা য়াংউবোয অমগী পুন্সীগী মহাও চুপ্পুনা চিন্না লেনখি পুন্সী অমা মহাক্কী অকাডমীদা।

নহা ওইবিঙে, ইনখৎলকপা মতমদগী হৌনা খ্বাইদগী ফয়ে হায়না খল্লবা মহৈ-মশিংদু ফংবগী তাঞ্জা ফংলকই প্লেটো। মহাক্কী ওজা ক্রেটিস হায়বসি হেবাক্লিটস হায়বা য়াংউবোযদুগী মহৈবোযনি। মহাক্কী মতমগী সোফিষ্টশিংগী য়াবোলসু অদুমক প্লেটোগী লৈহাউ চেল্লবা য়াখলগী লৌবুক্তা মক হুল্লখি। অনাক্সাগোবসকী লাইবিকসু পাবমগনি হায়বগী থাজবা লৈ। শৈবেং, ঈশৈ, যন্ত্র, শান্নবা পূন্নমক শুনা তম্নকখি। থোইদোকপা মহৈদি মশাগী চহী ২০ শুবদগী ২৮ শুবা ফাওবা সোক্রেটিসকা লোযনজবদগী ফংখি। অশেংবনি প্লেটোগীদমক্তি সোক্রেটিসত্না লেঙদ্রবা শুক ওইখিবনি।

সোক্রেটিসপু হু পীথক্তুনা শিবগী চৈবাক পীবা মতমদা প্লেটোগী চহী ২৮ শুবে। মতমসিদগী প্লেটোগী পুন্সীদা অর্নাশুবা তাংকক অমমুক হৌনি। লেবাক অমগী মথংদা অমা, অসুম কোযনা চৎপা হৌবকই। অহানবদা মেগবা লৈবাক্তা খোঙশাল্লি। মফমদুদা হান্নদগী হৌনা মমান্নবা যুক্লিদনা মেগবিক মহৈশীংলূপ (Megaric School) লিংখত্তুনা লৈবম্লর্বনি। মফমসিদা প্লেটোগী য়াংউবোলদা অচৌবা মশক অমা লেপ্পা হৌখি। মবমদি মফমসিদা যুক্লিডনা সোক্রেটিসকী য়াখলগা ইলিযাটিকশিংগী য়াখলগা অনীসি পুনশীন্দুনা মহৈ তম্বিবম্মী। মসিয়াইদনি যুক্লিডকী শন্নমদগী প্লেটোনা মাগী মমাঙগী য়াংউবোয পার্মেনিদিসকী বাখলগা শাগা শাগা থেংনবিবসি। মদুগী মহৈদি অঙকপা পোখোক্লি, মশাগী য়াংউবোলগী মশক চঙখোল্লা লেপ্পা হৌবকখি। মেগবাগী মথংদা অমুক চৎলে, সাইর্বিনি, ইজিপ্ত, ইটলী অদুগা সিসীলী। ইটলীদনি মহাক্লা পাইথগোবিযনশিংগা থেংনখিবসি। মাগী তুংগী খুৎইশিংদা মখোযগী মমি তাখিবসু মতম অসিদগী হৌখিবনি। ডাইওন কৌবা মদ্দপ অমনা কৌবকপদগী সিসীলীদা মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈবিবা সিবাক্যুজগী নিংথৌ ডাইওনিসিযস্ সিনিযবগী মনাক্তা থুংলুবে। মবাইবক তিন্নৌ তম্নমদ্রমানে, মাগী য়াংউবোলগী পাউতাকশিং তাক্তবদা মনীং তৌবা নিংথৌশিনা মাবু ফাদুনা মীনাই ওইনা য়োল্লোকখিদৌবে হায়বা পাউসি তাবদগী চান্নজবা এর্নিসিয়স হায়বা সিবেনিযক য়াংউবোয অদুনা লমজীংদুনা শীল-লাংদুনা কলহৌবে। অসুম্না চহী তবামুক মযুম থাদোক্তুনা চৎলুববা তুংদা এথেন্সতা অমুক থুংলবে। হৌজ অনীবক খক্তং মফমসি থাদোক্তুনা চৎলুই। মদুনা লোইবে। অবোইবা মতম ফাওবা মফমসিদা লৈখি। লেমহৌরিবা

পুক্সীদু চাউখাক্লা চহী নিফুমুক্তি — মশাগী বাংউবোল পুথোকপগা, অকাডমী যেংশিনবগা থবক অনীসিদা অদুম্মক কোন্নখি। পুক্সী মবেনগী হাযকব্বদি সোক্রেটিসকা পুন্নমক্তা তাংযাম্ন। মান্নভবনা অমখক্কি — সোক্রেটিসকুম মহাকসু মহৈ তম্বিবদা শেল লৌদে। মহাক্কী অকাডমী হাযনিবসি এথেন্স সহবগী চিদাইদা লৈবা অকাডেমোস কৌবা লাইগী লাইবুং অমদা লৈবা শঙলেন অমনি। মহাক্কা থুপখ্রবা মতুং ফাওবদা প্লেটোগী অকাডমী অসি চহী ৯০০ গী মতম লেপ্তুনা চৎথখী। য়ুবোপকী বিশ্ববিদ্যালযশিংগী হৌবকফমনি হাযবদা গাযমল্লোই।

মফমসিদা লৈবা কান্দা মপান্দা প্লেটোনা খোঙচৎ অনীবক্তি চৎখী। মহাক্কী বিপব্লিক হাযবা লাইবিক্তা যেক্লিবা ফিদস্লাংঙাই লৈবাক্তু মাগী মতমগী গ্রীস লৈবাক্তা ওইথোকপা যাবোই হাযবা শঙলদুনা, মশাগী বাখল্লোনবু যান্নমক লুনা লৌজবা প্লেটোন্না থবক ওইনা পাযখৎপা যাগদবা মফম থিবা হৌবকখি। মহাক্কী বিপব্লিক্কী মকুওইবা বাফমদি বাংউবোযনা নিংথৌ ওইদ্রিমখৈ নত্রগা নিংথৌনা বাংউবোয ওইদ্রিমখৈ আইডিযেল বিপব্লিক' পুবকপা ঙম্লোই হাযবসিনি। ৩৬৮ খৃঃ মাঃ দা ডাইওনিসিযস জুনিযবনা লৈবাক ঙাক্রোন তম্বিযু হাযজবকপদগী চৎলুবনি। অদুবু মরা চৎপীদ্রে — নীংথ। কাযনা ঃল্লকখি। চহী খবগী মতুংদা অমুক্কা শাভনবা বাহৈ কযা লোযননা অমুক্কা হন্না কৌবক্লে। হন্দকমুক আশা চাউনা চৎলুই। কান্নদে। বাহৈ শবদং হাযকব্বদা মযাই কাববা নি থৌদুনা হাৎনবা যাথংদুম পীখি। ওস্থোক্কা বানা পাইথগোবিযনশিংনা চহী যামশিল্লক্লবা বাংউবোযসিবু কলহৌই। হল্লক্লগা চহী তঁবামুক এথেন্সকী অচিকপদা হিংলম্লগা মশাগী চহী মবিফুদা তাইবংপান থাদোকখি — কন্নাওস্নদি মবিফুনিথোইদনি হাযনবসু যাওই।

বাবী-বাতাই শানবগী মওং ওইনা তৌবা পাউসা (dialogue) কী খুৎই অসি অহানবা প্লেটোনা হৌদোকপিবম্বনি — মসিদা যাওবিবা মপুংওইবা মীশক্লা, সোক্রেটিস। অদুনা কবিগুম্বদা বাংউবোলগী মতাংদা সোক্রেটিসকীনা কবম্বনো, প্লেটোগীনা কবম্বনো হাযবা মতাং থোবকই। অদুবু যাম্না শন্না হায়রগা, ঙল্লিঙৈ মতমগী খুৎইশিং অদু সোক্রেটিসকীনা মপুং ওইনা তৌবনি হাযবসি যানববা বাফম্নি। থেঙথবকপা মতমগীদনা মশাগী বাখল্লোন্দা শাগৎলকপশিংনি। প্লেটোগী পাউসাশিং অসি খুৎইগী তুংইন্না মতম অহুম থোক্লা খাযদোকপা য়াই। যেলব (Zeller) না অসুন্না থমই — অহানবা মতম ঃ *Apology, Hippias Minor, Charmides, Laches, Lysis, Euthyphro, Crito*

অমসুং *Protagoras*, অনীশুবা মতম ঃ *Phaedrus, Gorgias Meno Euthydemus, Theaetetus, Sophist Politicus Parmenides* অমসুং *Cratylus*, অহুমশুবা মতম ঃ *Symposium, Phaedo Philebus Republic, Timaeus Critias* অমসুং *Laws* — মসিগী মনুংদা *Phaedrus* অসিমদি স্টেস (Stace) না অহুমশুবা মতমদা ইবা ওইগনি হায়না কন্না হায। Apology অমসুং Crito অনীসিদি তশেং-তশেংনা সোক্রেটিসকী ঋাংউবোলদা শাগৎপা, থোকখিবা থৌদোকশিং অদুগী মিৎনা উহৌবা পাউদম ওইনা তৌবা, অদুগা মীনা শেবান-তুবান হাযনবদগী মাগী গুরু সোক্রেটিসকী মিংচৎপু থীহন্দনবা ইখির্বনি হাযনা লৌনৈ।

মতাং অসি যৌবকপদা প্লেটোগী পুন্সীগী লংলবা মৈবা, মাগী পাউসাশিংগীস্ মপৃংওইবা মীশক সোক্রেটিস অসিগী মনমদা খবমুক ইবা চুম্লে।

খৃষ্ট মাঙ মঙাশুবা চহীচাদা গ্রীক পুন্সী অমসুং ঋাংউবোলদা অচৌবা মেন তাদনা অমখক লৈবম্মী। মসিগী অচৌবা মনম অমা সোফিষ্ট হাযনা খঙনবা মহৈ তম্বিগা মীওইশিং অদুনা ওইখি। মতমসি মানা মানা খনবদুনা চুম্মী হাযনা লৌনবকপা মর্তাম্ন। অমক্তা তার্খিদ্রিবা থবক মহৈ তম্বিবগী পৈশা সৌবা হাযবদু মখোযগী হাক্তুক্তা ওইববে। কবম হাযনা তৌবগা ভচুম্ববু অবানবা অবানববু অচুম্বা ওইনা উহনগদগা, বা ঙাঙলগা মীবু কমদৌনা শুমহৎকনি হাযবা মহৈশিং অসিনা অখোইবা মহৈ ওৎখবে। মীযাম লৈঙাক্কী মখা তানা থোৱকপা মহৈ হাযবদু খম থেন্না থোক্লে। অচুম্বগী মশক মাঙলে, লৈতবগুম্লে। সবর্জেক্তিব ক্রথ হাযর্বসিনা ওবর্জেক্তিব ক্রথপু নমহৎলে। মতমসিদা অনৌবা লৌসিং অমসুং ঋাংউবোলগী ফিবেপ অমা পীবা ঙম্বা মীশক অমা দবকাব ওইবকখি। অদুগুম্বা মীশক অদু সোক্রেটিসনি। মবৈবাক এথেন্সপু খ্বাইদগী নুংশিজবা সোক্রেটিস মফমসিদা ৪৬৯ খৃঃ মাঃ দা পোকখি, ৩৩৯ খৃঃ মাঃ দা পুন্সী লোইখি। সোক্রেটিসকী অপোকপা সোফ্রোনিস্কস মূর্ত্তি শাবগী থবক তৌবম্মী। পোকচবী ফিনবেটি অসিনা চাবোকপীগী শিনফম পায। লাযববা ইমুংনি। মতম খবা মপাগী মতুং ইন্দুনা, নহা ওইবিঙৈ মূর্ত্তি শাবা য়াওবম্মী। অদুবু মাগী পুন্সীগী পম্বুংদি মবোল থোক্তবা মূর্ত্তি শাবা নত্তে, অহিংবা মীওইবগী পুন্সীবু শেমগৎপনি হাযবা ঋাখল অসিনা লমজীং ওইদুনা মপুন্সী লেনখি, লোমখি। মশাগী চহী হুম্ফু তবাগী পুন্সীদা থেংখাং অহুন্নক খক নত্তনা এথেন্স থাদোকখিদবা মীশক্কি। সোক্রেটিস অসি থৌনা ফবা লান্মী অমসু ওইখি।

লালফমদা শিবা মায়োক্লনা মপাংশিংগী পুন্সী কম্লবা হোৎনখিবা মীশক্কি। অচুম্বগী লাম্মী অমনা অশেংবা লালফমদা চৎকদবা শাজৎ অদুমক চৎখী। য়ামদ্রবদা মপুন্সীগী লেমহৌরিবা চহী কুম্লাগী মতমদি অতৈ থবক অমত্তা শুদনা ৱাংউরোলগী পাউজেল পীবদা মহাক্কী পুন্সী লেনখি। মসিগীদমত্তা মহাকপু শিবগী চৈরাক পীখি।

সোক্রেটিসনা ৱাংউরোলগী লাইরিক অমতসু ইদুনা থনমদে। মহাক্লা হৈনজবা থর্বাক্তি ৱারী শানবনি। কৈথেলদা, মী তিনবা মফমশিংদা চৎলে হায়রগা ফা-ফাদুনা অচুম্বা করিনো, ফজবনা করিনো অসিনচিংবা ৱাহৎ কয়া হৎগনি। পুন্সী অমসুং শিবগী মরমদা নৈনবা পাম্বা মীওই খুদীংমক মহাক্লা তরাম্না ওক্লম্মী। মহাক্লা খ্বাইদগী হৈনজবদি মাঙদা লৈরিবা মীওই অদুবু ৱা তপ-তাবমখৈ ঙাঙহল্লগা মহাক্লা মনুং হঞ্জিনবা ৱাহৎশিং হৎবা অসিনি। মদুগী মরম হায়ববু মহাক্তি কবিমত্তা খঙজদে হায়বসিনি। অদুবু কোম্হৎদা ৱা ঙাঙলিবা মীশক অদুগী ৱাঙাঙদা য়াওবিবা য়ানদবা অমসুং করুবশিংদু মহাক্কী শাফু লৈবা ৱাহৎশিংনা পুথোক্কুনা উৎকনি। মসিবু সোক্রেটিক আইবনি (Socratic irony) হায়না খঙনৈ। মসিগী থৌওং অসি প্লেটোনা মহাক্কী অতৈ পাউসাশিংদসু তৌবগুম *কঞ্জবোল, ক্রিটো* অমসুং *ফিদো* অহুম্মক অসিদসু উৎলী।

পাউসা অহুমসিগী মচং ওইবা ৱাফমদি মথাগী অসিনি। *কঞ্জবোল* অসি সোক্রেটিসনা ৱায়েনশঙদা মশাবু কঞ্জনবা পীখিবা ৱারোলনি। করিগীদমক্তনো মানা মশাবু কঞ্জগদৌরিবদি? মসিগী মরমদি — মহাক্কী মথক্তা লাই থাজদে, মশাগী লাই পুথোকই অমসুং নহাশিংবু মাঙহল্লী হায়বা মরাল অহুমখক থাঙৎলক্রে। মিলেটস, লিকন অমসুং এনিটস্ কৌবা মীওই অহুম্মনি। ৱাফমশিংসি করিসু লৈবা নত্তে — তশেংবদি মীয়াম লৈঙাক্কী থৌ পুবশিংনা ইন্সিন্দুনা তৌখিবনি। মহাক্লা লাই থাজদে হায়বসি মতমদুগী এথেন্সকী মীওই অয়াম্বগী ওইনা হায়বা য়াবা ৱাফম্নি — অমরোমদা সোক্রেটিসতি লাই যাম্নমক থাজবা মীনি, অদুনা মহাক্লা হায়জে ঃ "তশেংনা হায়রবদি ঐসি লাই নীংমন্দুনা লায়র-চুদৎনবা মী ওইরবনি।" মহাক্লা লাই নীংই হায়রিবসি দেলফাইদা লৈবা অপোলোগী ওরেকলনা মাগুম্না শিংবা মীশক লৈত্রে হায়না লাইবাউ ফাওরকপদগী, মদুগী অচুম্বদু থিনবা অশিংবনি হায়নবা মীওই খুদীংমক্তা মহাক্লা ৱাহৎ-পাউহৎবগী থবক চৎথখিবা অদুবুনি। মসিদগী মহাকনা খ্বাইদগী শিংই হায়নরিবদুনা খ্বাইদগী অপঙবনি হায়বসি খঙলকখি। মহাক মশাদি করিমত্তা খঙজদে হায়বসি খঙবনিনা মহাক্লা খ্বাইদগী অশিংবা

মী হায়বদু ওইবে হায়বা মাফমসি থোবকখিবনি। মহাক্না মশাগী লাই পুথোকই হায়বিবসিনা সোক্রেটিসকী মফমদা অঙাং ওইবিঙেদগী হৌনা খোঙ্জেল অমনা মসি তৌ নত্রগা তৌগনু হায়বসি হেক-হেক ইনশীল্লকপা লৈ হায়বসি/মহাক্না মফম খুদীংমক্তা খঙহনখী, মদুদগী থোবকপনি। মহাকনা মাফম অসি *কঞ্জবোল্দা* মযেক শেংনা হায় ঃ "ঐঙোন্দা মতম মতমগী ওইনা, তোঙান তোঙানবা মফমদা লাইবাউ অমা তাহল্লকপা নত্রগা খুদম অমা হেক হেক পীবকপগী মাফমদি মযাম্না তানবম্মনি।" মথংদা মহাক্না নহাশিংবু মাঙহল্লী হায়বিবসিনা, মহাক্কী মনাক্তা মতম অদুগী যাযতোং-খমদোং ইমুংশিংগী মচা-মশুশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা লৈবা পাম্নবম্মী। মবমদি মহাক্কী মাঙাঙ শঙাং, মহাক্না অখঙ অহৈ শাবা মীবু ম ফম খঙহনবা পূম্নমকসি মখোযনা তাবদা যাম্না নুংঙাইদ্রবনি, মতৌসু তম্লম্মী। মসিনা শক্তি লৈবা মীওই কযামুক্কী খোযদৌ শাউগৎহনখি। অতোপ্পা মাফম অমনা মহাক অসি মীযামগী লৈঙাক যানিংদবা, নহাশিংবু ইক্নিন্দুনা ইবাং হৌহনবা তৌবা মীনি হায়না চিংনবা অমসু লৈখি। মদুনা মবম ওইদুনা ফোংনা মবাল শীবা যাদনদগী নাবোন্দগী নহাশিংবু মাঙহল্লী হায়দুনা মবাল শীখিবা ওইবসু যাই। মসিমক্তি মহাকপু সোফিষ্ট অমগুম যাম্নমক লান্না লৌবদগীনি। মতমদু সোফিষ্টশিংবু যানবত্তবা মতম্নি। পূম্নমকসিগী মথক্তা লেংঙম শাঙমদবা লৈঙাক্কী মাযোক্তা লোযননা মবনাই যেংনবা মীযাম লৈঙাক্কী মাযোক্তা মতম চুপ্পদা মা ঙাঙবদগী মথক্তা মবাল শীনবগী মবম অমসু ওইখি। মতাংশিদা মহাক্না হায়বি ঃ "ঐখোযগী লৈবাক অসিনা নোয পেম্লবা, চৎপদা মঙম শান্দ্রবা, মশা খীংহন্দবা যাদ্রবা শগোল অমনি। ঐ অসিনা লৈবাক্কী মশক ওইবা শগোল অসিদা তোংলুবো, চীকলুবো হায়দুনা লাইনা থাবকপা শাহযিং অদুনি।"

হৌজিক সোক্রেটিসনা পাম্নম্নবদি পৈশা খবা শেন্তেক তাবগা, নত্রগা মাযেন তৌদৌবে খঙলকপগা এথেন্স থাদোক্তুনা চৎখ্রগা মশাবু কল্লম্মা যাবনি। নত্রগসু মাযেনশঙদা খবা হায়জচৎচ তৌবগা মশাবু কল্লমবা যাবনি। অদুবু পূম্নমক্ত তৌবা পামখিদে, মবমদি মদু মহাক্কী লিচীংবা (principle) গী মাযোক্তনি হায়না মহাক্না লৌখি। মদুগী মতুং মহাকপু লৈবাক্কী থৌ পুবা অমা ওইনা বুলি (Boule) হায়বদি বিধান সভাদা ফম অমা পীগদবনি হায়বা মৌনা হায়খি। অদুনা মাগী মথক্তা শিবগী চৈবাক লাউথোক্লে। মসি মশামক্না ককপা য়াদ্রবা মওংদা পুথবকখিবনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্না ওইদবা তৌবদগীদি

শিবনা হেন্না যৈ হায়না লৌখি।

সোক্রেটিস হৌজিক ফাদুনা কৈশুমশঙদা লৈরে। মরম অমদগী খুদক্তা হাত্তদুনা থা অমা চুপ্পা লৈখিবনি। অদুনা মতমদুগী ফীবমদুদা ইরায়-লায়না নাম্থোক্নুনাচেনখিবা য়ারম্বনি। অদুবু করিগীদমক্তা চেনগদৌরিবনো? — ৱাহং অসিনি *ক্রিটো* হায়বা পাউসাসিনা নৈনরিবসি। মহাক্না লুনা-চান্না তিন্নজবা মরূপ ক্রিটোনা নোংমা অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা মহাকপু কৈশুমশঙ থাদোক্নুনা চেনথ্রসি হায়দুনা হৌবা লাকখি। মতমসি মহাক্কী শিবগী চৈরাক থবক্তা ওম্থোক্নদবা হন্নিদা ঙায়রবা মতম্নি। ক্রিটোনা মরম খরা পী ঃ সোক্রেটিস শিথ্রগা মাগুম্বা মরূপ অমমুক ফংলবোই; অমরোমদা মাগী মরূপশিংনা পৈশা তিংবা পাম্মূবদগী মহাক শিখিবনি; অদুগা সোক্রেটিসনা পীক্রিবা মচাশিংগী খন্দুনা মশা হিংনবা চেনগদবনি। ৱাফমশিং অসি হান্না কূপ্পা খন্নদুনা অচুম-চুমদ যেংলগা চুন্নগনা চেনশি, চুমদ্রগনা তোকশি হায়না সোক্রেটিসনা শীখাঙ খাঙদুনা লৈখি। সোক্রেটিসকী ওইনদি মীয়ামগী ৱাফম অদুক হাক্লা তারুনীংঙাই ওইদে হায়খি। কনাওম্বা মহৈরোয অমনা তাগদবা ৱাসি মহাক্কী ওজা অদুগী মৱা তাগদবনি। মীয়ামগী মোৎ লৌদুনা লৈরবদি মহাক অফবা মহৈরোয অমা ওইবা ঙম্লরোই। হায়রিবা মীয়াম অসিদি তাঞ্জানা থবক পাঙথোকপনি. ৱাখল ,খনবা মীওই খরদগী শহুমদা চৎপনি। অদুনা ক্রিটোনা মঙোন্দা মীয়ান্না মখোয়না য়ানিংদবা মীদা খ্বাইদগী অমাঙবা থোকহনবা ঙম্মী (হায়বদি সোক্রেটিসমকপু শিবগী চৈবাক পীবিবা অদুগুম্না) হায়রকপদা সোক্রেটিসনা খুম্মী ঃ "মীয়াম্না খ্বাইদগী ফত্তবা পৃবকপা ঙম্বা ওইসনু। মদু ওইরবদি মীয়াম্না খ্বাইদগী অফবদুসু পুরকপা ঙমগনিদনা --- কযাগী মতীক নীংথীজগদ্দবা মদুনা।" মহাক্না নাম্থোক্নুনা চেনথ্রগা মহাক্কী মরূপশিংনা ৱাহৌগনি হায়বগী নুংঙাইতবা অদুগী মথক্তা সোক্রেটিসনা য়েৎলিবনা নাম্থোকপগী থবক্তু চুম্মি লাল্লি হায়বসি হান্না খঙদোক্কদবনি হায়বসিনি। মহাক্তি লান্দবনি হায়দুনা শিবগী চৈরাক ফাওবা হবাওনা লৌরবা তুংদা চেনখিবা তারবদি মরাল লৈরে হায়বসি উৎপা তারগনি। লৈবাক অমসুং মদুগী ৱাযেন-লাইবিক্লা (constitution) লৈবাক অমগী নাগরিক্লা য়ানখিবা ৱাফমশিংদু থুগাইরগনি, অদু ওইরবদি মদুগুম্বা মরাল অদুগীদমক্তা অশি লৈবাক্তা মহাক্কী চংজফম ফংলবোই হায়না মহাক্না অকিবা উৎখি। মহাক্না মচা-মশুশিংগীদমক্তা করিসু ৱাখিদে। হিংলিঙৈদসু করিমক্তা তৌবা ঙমখিদ্রবা মহাক অমনা শিথ্রগা মচাশিংগী অমাঙবা করিসু ওইরোই হায়বসি মহাক্কী ৱাখলনি।

অসুম্না মথাই কন্নবগীদমক্তা চেনখ্রসি হায়বদু য়াখিদে।

*ফিদো* পাউসাদা সোক্রেটিসকী অবোইবা নুমিৎ অমসুং মগাক্কা হু থক্কুনা শিখিবগী মওং-মতৌদু উৎলী। নুমিৎসিদা ৱারী শান্নখিবসিনা শিবগী মরমদনি। সোক্রেটিসনা হায়খি ঃ "তশেংনা হায়রবদা, ঐদি অতোপ্পা মফমদা চৎতৌরিবনিনা, অদুগুম্বা লাইবৈবাক্কী খোঙচত্তুগী মরমদা খলহৌবা, ৱারী শাহৌবা হায়বসি ঐঙোন্দদি য়াম্না চুনরবা ৱাফম্নী।" শিবগা মাযোক্নবদা মহাক করিমত্তা নাচুংখিদে। মগাক্কা উনবা লাক্লিবা মরূপশিং অদুবু উবদা হান্ননা লৈরম্লবা মাগী নুপী জানথিপি কৌবী অদুনা কপ-লাউবা তৌরকখি। অদুবু ক্রিটোদা হায়দুনা থিন্দোকহনখ্রে, মখা তাবদা শানখিবা ৱাৰাগী মচং ওইবা ৱাফমদি ৱাংউবোল হাযবসি শিবগী মবমদা থিজিনবা, নৈনবা অদুনি হাযবা ৱাফমসিগা লোযননা থবায হাযবসিদি মাঙবা নাইদে, যুম হোংবতনি হাযবসিনি। নুমিৎনা তাশিল্লকপগা লোযননা বাবী শাবা লেপ্পববদা, ক্রিটোনা সোক্রেটিসতা মহাকপু কবম্বা মওংদা হৌনবা তৌবকউগে হংখি। অদুবু ৱাংউবোয অমগী হৌনবী ফুমগেবা, মৈ থাগেবা তৌনিংবা তৌবকউ, মদুনা মঙোনদা কবিসু কাযহল্লোই হাযখি। অসুম্না ইকুজ-মাযথজবা তৌববা তুংদা টাং-লেম্না হেমলোক হাযনসু খঙনবা হু, খবা অমনা তূমথহন্নবা হাঁদাকনিসু হাযনবা অদু থক্কুনা শিখি। মহাক তশেংনমক ৱাংউবোলগীদমক ঈ কৎখিবা অথৌবা অমনি।

*ফিদো* পাউসাগী মনুংদা ঐখোযনা প্লেটোগী মায়কৈদগী অচৌবা ৱাফম অনীখক নৈনবা থেংনৈ — মখোযশিং অদুদি অচুম্বা লিচৎ (virtue) অমসুং থৱায়গী শিনাইদবা মতৌ হাযবসিমগা। সোফিষ্টশিংগী মতমদগী অচুম্বা লিচৎকী ৱাফমসি মানা মানা তৌরিবা থবক্তুদা মবীক চুম্না তৌবা অদুনি হাযবা অমা খোবকখি। মদুনা হৌন-লমচৎ (ethics) অমসুং খুন্নাইগী মশক্তা অচৌবা অকায়বা পুবকখি। সোক্রেটিসকী ওইনদি অচুম্বা লিচৎ হায়বসি ধৱাযগী ওইনা মপুং ফাবা অফবা ফংনবগীদমক্তা অমত্তা ঙায়রবা লম্বীনি। অচুম্বা লিচৎপু মহাক্কা লৌশিংগা অমত্তা ওইনা লৌখি। অদুনা লৌশিং অসিবু "পোৎ খুদীংমক্কা ওন্নবা যাবা শেল ময়েক" অমা ওইনা লৌখিবনি। লৌশিং য়াওদনদি অচুম্বা লিচৎ হাযবসি ওইথোক্তে। মীওইবনা লৌশিং অসিবু ফংলবদি অরানবা খক তৌরোই, অদুনা খঙদনা ফত্তবা তৌবদগীদি, খঙনা ফত্তবা তৌবনা ফৈ হায়বা মোৎ অসি পীখি। অমরোমদা প্লেটোনা থৱায়গী শিনাইদবা মশক উৎনবা হোৎনরিবা অসিদা পাইথগোরিয়নশিংগী মচাক মৱাং কায়না য়াওরে।

পাইথগোরস (৫৮০ খৃঃ মাঃ — ৫০০ খৃঃ মাঃ) অসি নোংপোক্লোমদা ভারত য়ৌনা লাক্লম্বা, ইজিপ্ত অমসুং অতৈ মফম কয়াদগী লৌশিং কয়া তানসিনখ্রবা বাংউরোয়নি। পাইথগোরসকী বাংউরোল অসি ৫ শুবা চহীচাগী অনীশুবা তঙ্খায়দা ফাইলোলোস কৌবা বাংউবোয অদুনা মরীক চুম্না পুখৎলম্বনি। সোক্রেটিসকী মতম ওইরম্লগনি মহাক অসি — মহাক্কী মরমদা *ফিদোদা* সোক্রেটিসনা সিম্মিয়সতা বা হংই। পাইথগোরসনা থৱায়দি শিবা নাইদে হায়বসি তম্বিবম্বা অদুগুম প্লেটোনসু খোঙকাপ অমগা মাঙ থাংজিন্দুনা নীংশিংবগী *পরৈলোন* অমা শাগত্তুনা ঐখোয়না নীংশিংবা ঙল্লিবসি হান্ননা লৌশিং ফংখিবদগী ঙল্লিবনি হায়বসি পুথোকখি। মসিগী ৱাফমসি *ফিদো* হাযরিবা পাউসা অসিখক্তদা নত্তনা মহাক্কী *পার্মেনিদিস* হাযবা অতোপ্পা পাউসা অমদসু উৎখি। থৱাযগী শিনাইদবগী ৱাফমসি গীতাদসু অসুম্না পীরি — *ন জায়তে ম্রিয়তে বা কদাচিন্ন যং ভূত্বা ভবিতা বা ন ভূয়ঃ*।। অজো নিত্যঃ শাশ্বতোহয়ং পুরানো ন হন্যতে হন্যমানে শবীরে।। (২-২০) — "থৱাযদি পোকপা নাইদে শিবা লৈতে। ওইবিবা অদুদগী ওইদবা হাযবা অমমুক লৈত্রে। মহাক্তি পোকপা নাইদবনি, অরেপ্পনি, মতম পুন্নমক্তা লৈবর্বনি, হত্থবা হেনগৎপা নাইদ্রবা লেঙদ্রবনি। হকচাংনা মাঙলবদা মাঙবা নাইদবনি।" মসিগী ৱাফম অসিবু উৎপা ওইনা *ফিদোদা* সোক্রেটিসনা হাযবি ঃ "থৱায় অসি শিনাইদবা অমসুং মাঙনায়দবা ওইরে। ঐখোযগী থৱায়শিং অসিসু অতোপ্পা তেংবানবা অমদা তশেংনা *লৈকফম থোকই*।" অমরোমদা প্লেটোনসু থৱায হায়বসি অফবা অমসুং ফত্তবা হাযনা খায়দোক্তুনা ফত্তবা থৱায়শিংনা ফত্তবা মপোক ওইনা পোক্লকপগী ৱাফম পীবি — "চাবা কারাম্বা, লমচৎ কাম্বা, য়ুদা লুপ্পা, হায়রিবশিং অসিবু থাদোক্কে হায়বসু খন্দ্রবা মীওইদুদি গধা খঙদে, অতৈ শা-ঙা খঙদে, লমচৎশিংসিগা চানবা থৱায় পানবগী মপোক্তা পোকলুগনি।" মসিবু গীতা দা, মসিগী খ্বাইদগী মচি ওইবা ৱাফমসু ওইরিবা অসিগুম্বা শ্লোক অসিদা অসুম্না খঙহল্লী — *যং যং বাপিস্মরন্ ভাবং ত্যজত্যন্তে কলেবরম্। তং তমেবৈতি কৌন্তেয় সদা তদ্ভাবভাবিত* ঃ।। (৮-৬) — "থৱায়না হকচাংবু থাদোকপা মতমদা নীংশিংখিবা ফীবম অদুদা, হে কুন্তিগী মচা, মহাক অদুনা অমুক পোকলুগদৌরিবনি।"

*ফিদোদা* পীরিবা ৱারোল অসি য়েংলুরগা মসি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী গীতাদি হায়রবা য়াই। শিবগী মরমদা পুক্নীংদা লৈবা চিংনবা পুন্নমক মসিনা কোকহনবা ঙম্মি — অদুনা মসিবু শিবা

তম্নবগী খুৎলায় অমনি হায়না লৌবসু য়াই। লাইবক থীবদি নোংচুপ্তা থরায়না শিবা নাইদবা অমসুং হকচাং অমদগী অমদা চঙবগী য়াখল্লোন অসি থিংখিবা অসিনি। বেদ শাস্ত্রনা থরায়না মীওইবগী মপোক যৌবক্লবা হোৎনবদা য়ামদ্রবদা মপোক ৮,৪০০,০০০ চঙই হায়রি। নোংচুপ্তসু থরায়গী শিনাইদবসি থায়নঙেদা মতম কুইনা থাজনবম্বা য়াফম অমনি। অদুবু অমম্বা মরম অমদগী ৫৩৫ এ দি দা কন্সতান্তিনোপলদা ফমখিবা চর্চকী মীফম্না থাজবা অসিবু এনাথেমানি হায়না লাউথোকখ্রে, লোয়ননা খৃষ্টিয়ন লাইনীংদগী মসিবু লৌথোকখ্রে। হান্নদি থরায়না যুম হোংবগী বাফমসি বাইবলদা মবাং কায়না যাওবম্মী অদুবু কোন্না লৌথোকখিবনি হায়বগী থাজবা লৈ। বাফম অসিদি কুরানদসু নীংথিনা অদুম্মক হায়রি ° How can yoı deny Allah ? Did He not give you life when you were dead and will He not cause you to die and then restore you to life ? Wil you not return to Him at last ? He created for you all that the earth contains, then, ascending to the sky, fashioned it into seven heavens He has knowledge of all things *(সূরা ২ ২৮)* অদুম ওইনমক হৌজিকসু মচি মচিদা মসিগী থাজবদি লেঙদনা অসুম্মক লেবি।

পাউসা অহুম অসিগী মচং ওইবা মনুংগী য়াবোল খবা পীনবা তুংদা য়াংউবোলগী মফমদা সোক্রেটিস অমসুং প্লেটোনা কবি কবি খুদোল তৌবিবম্বগে হায়বদু যেংলশি। সোক্রেটিসকী বাংউবোলদি হৌন লমচৎকী (ethics) মতাংদনি। সোফিষ্ট কাঙবুনসু মমাঙগী গ্রীক য়াংউবোলদা লৈশেম-নোংশেমলোনশী মবমদা থিজিল্লম্বদুগী মতুত্তা মীওইবা মশামকপু থিজিনবা অমসুং নৈনবা হৌবকখি। মতাংসিদা অন্দেবাগী প্রোটগোবসকী ফাওববা বাহৈশিংসি পল্লম্বা যাই: "Man is the measure of all things – of those that are that they are, and those that are not, that they are not' সোক্রেটিসকী ওইনসু মীওইবা অমসুং মাগী হৌন-লমচৎকী য়াফম নত্তবা অতৈ য়াফম অমত্তনা মাগী পুক্নীং চিংশিনখিদে। অদুবু খ্বাইদগী মরু ওইবিবা য়াবমদি — মহাক্কী হৌন-লমচৎকী পাউমেন অসি লৌশিংদা য়ুম্ফম ওইরনি।

সোফিষ্টশিংনা লৌশিং (knowledge) অসি লৌশীনবা (perception) হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইহন্দুনা পুথোক্লম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা অচুম্বা হায়বসিগী ওবজেক্তিব ক্রথ অদু লোয়না মাঙহল্লম্লে। সোক্রেটিসনা হোৎনদুনা লৌশিংবু অচুম্বা য়াখল (reason) গী

মায়কৈদা অমুক পুখৎলকখি, লোযননা অশেংবো মশক (reality) অদুবু তারুবা হোৎনখি। সোফিষ্টশিংনা লৌশিং হায়বসিদি লৌশীনবনি (Knowledge is preception) হায়বা মতমদা সোক্রেটিসনা লৌশিং পুন্নমক অসি ৱাপু (concept) গী থোঙদা ফংবা লৌশিং ওাক্তনি (All konwledge is through concepts) অসুন্না হায়খি। অদুনা সোক্রেটিসনা ৱাংউবোলদা পীবিবম্বা খুদোল অসি যাম্না চন্নদি উবা, তৌইগুম্বসুং খ্বাইদগী তঙায় ফদ্রবা, তুংগী ৱাংউবোলগী মশক লেপ্পগদৌবিবা ৱাপু (concept) হায়বসিনি। প্লেটোগী ৱাংউবোলমকসু ৱাপুগী মথক্তা তোংদুনা শাগৎলকখিবনি। ৱাপু (concept) হায়বসি কবিনো? ঐখোযনা পোৎশক্ অমা, খুদম ওইনা নুং, উ, য়ুম, লাইবিক অসিনচিংবা অসি উবা মতমদা মসি পোৎ অমনি হায়বা খঙবা ঙল্লিবা অদুবু লৌশীনবা (perception) কৌই। পোৎশিং অদুনা ইমাংদা লৈত্রবা মতমদা নত্ত্রগা মিৎ অনীমক উইশিন্দুনা পোত্তুবু নীংশিংবা মতমদা উবিবা অদুনা শক্তম, মূর্ত্তি নত্ত্রগা মহুৎ শিনবা অসুন্না কৌনে। লৌশীনবা হায়বা অদুগুম্না শক্তমশিং অসিবু অকরুবা পোৎশকশিংগী মবমদা থোবকপা আইডিযা, ৱাখল্লোনশিংনি। আইডিযা হায়বসি মখল অনী শুগনি — অকরুবা পোৎশক্কী অকরুবা আইডিযা (individual idea) হায়বা অমা অদুগা মযামগী ওইবা আইডিযা (general idea) হায়বা অমগা। কবিগুম্বা অমা হায়বগা নত্ত্রগা খল্লগা অমুক্তদা মযাম অমবু খঙহনবসু যাওই। খুদম ওইনা যেংশি — 'সোক্রেটিস শিগনি' হায়বসিদা খঙহল্লিবসি সোক্রেটিস হায়বা মীশক অদুখক্কী ৱাফম্নি। অদুবু "তাইবংমী শি ' হায়ববদি সোক্রেটিস মথন্তগী ৱা ওইদ্রে, মীওইবা পুন্নমক্কী ওইনা লৌবা তাবে। মসিবুনি মযামগী ওইবা আইডিযা নত্ত্রগা ৱাপু হায়বিবসি। অমা হায়বগা মযাম খঙনবিবা কাঙলুপ ৱাহৈশিং অসি বাপু মক্তনি। মসি কবন্না শেমগৎপগে হায়বদা মান্নবা মচাক মখৈ লৌখৎলগা, মান্নদবা মচাক মখৈবু হৃঞ্জেক্তুনা শেম্বনি। মী হেক্তা হায়বসি — কনামনা মুই, কনামনা ঙৌই, কনামনা ৱাংই, কনামনা নেমই। অদুবু মী হায়বা ৱাহৈসি শীজিন্নবা মতমদা হায়বিবা তোঙান তোঙানবা মগুনশিং অসিবু যাওহল্লুবদি যাদে — অমবোমদা মী হায়বসি মখোঙ অনী পানবা জীব মখল অমনি হায়বদি যাই। মবমদি মসিদি মী পুন্নমক্কী ওইনা চুন্নবা ৱাফম্নি। অদুনা ৱাপু হায়বদি মান্নবা শকক মখৈ লৌখৎপা অদুগা খেন্নবশিংবুনা খন্দোকপা অমুবু খঙনৈ।

মখা তানা অমুক খঙবসি — অচুম্বা ৱাখল (reason) হায়বসি ৱাপু (concept) হায়বসিগী মনুংচনবা থবক্নি। কনাগুম্বনা অমুক অচুম্বা ৱাখল হায়বসিদি মবৈ য়েংনবদগী,

ওইগনি খনবা (premises) ৱাফমশিংদগী ৱাবোই পুথোকপগী মনুং চনবা থবক্কি হায়না হায়বসু য়ারি। অদুবু অচুম্বা ৱাখল পুথোকপগী (reasoning) থবক পূন্নমক্তি ৱাপু হায়বসিগী মনুং চল্লিবনি। অচুম্বা ৱাখল পুথোকপা হায়বসিমক্তবু মযামদগী অমদা (deductive) নত্ত্রগা অমদগী ময়ামদা (inductive) পানসিনবা ওইগদৌবিবনি। মযামগী লিচীংৱা হায়বসিদি ৱাবোল (statement) নি। মসিনা অমখক্তগী ৱাফম্বু খঙহন্দে, মযাম অমগী ৱাফম্বু খঙহল্লী — শন্না হায়রবদা মযামগী লিচীংৱা (general principle) হাযবসি ৱাপু অমগী মবমদনি। ৱাপু হাযবসিনা কাঙলুপ অমগী তোঙান-তোঙানবা খুদম কযাবু চাংদন্নদুনা ইন্দক্তিব ওইবা মওংদা শেমগৎপা অদুনি। দিদক্তিব বিজনিং হাযবসিনা মসিগী হেক ওন্ন-তৈনবনি। মীওইবসি শিবনিনা সোক্রেটিসসু শিফম থোকই হাযবা তাববদি, অহানবদা সোক্রেটিস অসিবু মী অমবা নত্তববা হাযবা বাফমসি থোবক্কনি, হাযবদি সোক্রেটিস কৌবা অসিদা মীওইবা হায়বা ৱাপু অসি মপুং ফানা পানসিনবা যাবৱা যাদ্রিৱা হাযবসি হান্না যেংবা তাবি। অদুনা হৌজিক খঙবা ঙন্নে মদুদি ইন্দক্তিব বিজনিংনা ৱাপু শেম্বগা মবী লৈনৈ, অদুগা দিদক্তিব বিজনিংনা ৱাপুশিংবু পাঙ্গিন্দুনা শীজিন্নবগা মবী লৈনবে।

মতাং অসিদনি বাংউবোলগী মফমদা সোক্রেটিসকী শৌদাং যাম্না চাউবরিব্রসি। মহাক্না লৌশিং হাযবা জাৎ মখে অসিবু ৱাপুগী মনুংদা থমদুনা অচুম্বা ৱাখল হাযবসিনা লৌশিংগী কযাৎ অমা ওইহল্লকখি। মসি সোফিস্টশিংগী ৱাফমগদি পুবা ওন্ন তৈনববনি। মীওইবগী ওইনদি অচুম্বা ৱাখল হাযবসিনা পূন্নমক্তা যাওবা মচাক অমা হাযবদু ওইবিবনিনা সোক্রেটিসনা লৌশিংবু ৱাপুগী মনুং চন্না পুথোবকপা মতমসিদা ওবজেক্তিব ত্রুথকী মফম অমুক হন্না পীববে - হান্না সোফিস্টশিংনা মানা মানা খনবদুনা চুম্মী হাযনা লৌবম্বা, লৌশীনবদা যুম্মম ওইবা সবজেক্তিব ত্রুথ অদু থুগাইদুনা মাঙহল্লে। সোক্রেটিসনা ৱাপু অমা পুথোকপদা ইন্দক্তিব মেথড শীজিন্নে হাযবসি হাযখবে। অদুবু মহাক্না পুখৎলক্লিবদু উৎলগা হেক্তা লোইশিনবা তৌবমদে। মায়কৈ কযাদগী পুথোকপা যাবা নাতে, ৱাপা (প্রমাণ) কয়া পুখত্তুনা চাংয়েং তৌববা তুংদা শুক্লেঙ লেঙদ্রে হাযবদু খঙলবা মতমদদা ৱাপু অদু লৌবা য়াববা ৱাপু অমনি হায়না লাউথোক্লম্মী। থৌরম অসিমক *ফিদোদা* থৱায়গী শিনাইদবা, মাঙনাইদবগী মতাংদা থিজিনবদা চখখি। সোক্রেটিসনা লৌশিংগী পৰৈলোন (theory of knowledge) অসি পুথোকপা হৌনৈ হাযদুনা অসুম হেক্তা

পুথোকপা ওইরমদে। শীজিন্নবগীদমক্তা পুথোক্লম্বনি, মহাক্না অচুম্বা লিচৎ (virtue) হায়বসিগী ৱাপু খঙবা পামলিবসি পুন্নীদা অচুম্বা লিচৎ চৎনবগীদমকনি। মসিদগী সোক্রেটিসনা হৌন-লমচৎকী পাউমেন পীবম্বদুগী মচং ওইবা ৱাফমদুসু থোবকলে। মদুদি কবিনো হায়বদা, অচুম্বা লিচৎ হাযবদি লৌশিংনি হাযবা মহাক্কী পাউজেল অসিনি। তেন্না হায়ববদা, অচুম্বা হাযবসিগী ৱাপু অদু লৈত্রবদি, কনামত্তনা অচুম্বা চৎপা ঙম্লোই হাযবসি মহাক্কী থাজবনি। মহাক্না লৌশিং লৈত্রবদি কনামত্তনা অচুম্বা চৎপা ঙম্লোই হাযবম্বতা নত্তনা লৌশিং লৈববদি কনামত্তনা অবানবা তৌবোই হাযবা ৱাফমসি যৌনা হাযবম্মী। মাগী ৱাফমসিবু এরিষ্টোটলনা মীওইবনা খঙনা খঙনা অবানবা কয়ামুক তৌই, থবক-থনাদি পুক্নীং-ঈহৌ (emotion) অমদি অকনবা বাখল (passion) না লমজীংই হাযবা ৱাফমসি পুখত্তুনা ককখি। তশেংবদি লৌশিং লৈবে হাযবিবা মীশক কযাসু খঙনা খঙনা অবানবা থবক তৌই হাযবসি ঐখোযনা থেংনববা ৱাফমনি। অদুবু মুন্না যেংশিল্লুববদি সোক্রেটিসনা হাযবল্লিবসি মহাক মশাগী ওইনা চুম্বা ৱাফমদুনি। মহাক্কুম্বা অচৌবা মীওই অমনা খল্লিবা ওইবিবা অদুমক অতৈ মীওইগী ওইনা খল্লুবা, লৌকুবদগী অসুক কনখ্রবা ৱাফমসি ফাওবা যান্না হকচান্না থাজবগা লোযননা হাযখ্রিবনি। অতোপ্পা মক ওইবা ৱাফম অনীখক্তা মহাক্না পুখৎলম্মী — ১। অচুম্বা লিচৎ হাযবসি তম্বিবা যাই, ২। অচুম্বা লিচৎ হাযবসি অমখত্তনি। অচুম্বা লিচৎ হাযবসি অক্ক তম্বিবগুম তম্বিবা যাদে হাযবসি ঐখোয পুন্নমক্না খঙই। অদুবু সোক্রেটিসকী ওইনদি অচুম্বা লিচৎ হাযবদি লৌশিং হাযবনি হাযবা অমা লৈখ্রবনিনা লৌশিংবু মী অমনা অমদা অমুক তম্বিবা, খঙহনবা যাবা অদুগুম, অচুম্বা লিচৎপুসু তম্বিবা যাগনি হাযবসিনি। মসিদা অমুক অযেৎপা পীবিবনা অচুম্বা লিচৎ হাযবসিগী ৱাপু অমা চপ চানা পুথোকপা ঙমদবা অসিনি। মসিবু পুথোকপা ঙম্লবদি সোক্রেটিসনা হাযবিবনা অচুম্বা লিচৎপু তম্বিবা ঙম্বা ওজাদুবু ফংগনি হাযবসিনি। অচুম্বা লিচত্তি অমত্তনি, অনীশুদে হায়বা ৱাফমসিদসু সোক্রেটিসনা লৌশিংগী ৱাফমসি শীজিন্নখি। অচুম্বা লিচৎকী মশকশিং — খাঙহৈবা, কাহেন্দবা, তুং-মাঙ যেংবা, পোবম উবা, থম্মোয চাউথোকপা, থৌজালহৈবা হায়বিবা পুন্নমকসি লৌশিংদগী হৌবকপনি। অদুনা লৌশিং মশামক অসিনা অমত্তা ঙাযববা অচুম্বা লিচৎ অদুনি। হাযবদি অচুম্বা লিচৎ পুন্নমক অসি লৌশিং হাযবসিদা তুংদুনা লৈবে — লুবিবদি মপুং ফাবা লৌশিং অদুবু ফংবা ঙমখ্রিবা অসিনি।

হৌজিক হঙ্গৎনা যেংবা ওইনা সোক্রেটিসনা ৱাংউবোলদা কল্লিবা মফমসি মখাগী অসিনি। মহাক্না লৌশিং হায়বসি ৱাপুদগী ফংগদবনি হায়বম্মী। মসিদদি সোক্রেটিসকী ৱাংউবোল অসি কাণ্ডলোন ইনবা (scientific) হায়বদু ওইবে। মহাক্কী খ্বাইদগী চাউবা ৱাংউবোলগী থৌদাং হায়ববু ৱাপুগী ৱাফম পুথোক্লম্বা অসিনি। হৌন-লমচংকী মতাংদা পুথোক্লম্বা মাগী ৱাংউবোল অসিমদি মীওইবসি অচুম্বা ৱাখলতনা লমজীংই হায়বা অসোমদা চংশ্রবনিনা থোইদোক্না অনৌবা মচাক অমা মসিনা ঐখোয়দা পীবমদ্রে। মতৌ অসুন্না সোক্রেটিসনা সোফিষ্টশিংনা মাঙহল্লন্নবা ওবজেক্তিব ক্রথকী মশক অমুক হঞ্জিলহল্লকখি।

সোক্রেটিস ৱাংউবোলদা লুপচবা মীশকনি। অচুম্বা লিচৎ থিবদা মপুঙ্গী কখোকখিবনি। মসি হায়দুনসু বৈষ্ণব অমগী মওংদা চাহৈদবা, তৌহৈদবা হায়বা কবিসু মঙোন্দা লৈখিদে। *সিম্পোজিয়ম* হায়বা পাউসাদুদা থেংনবা মতুং ইন্না মহাক্কুন্না যু থক্লবদা কোক কনবা মী কনাসু লৈখিদে। অহীং চুপ্পা য়ূ থক্কুনা ৱাংউবোলগী মবমদা ৱাবী শানদুনা লেল্লগা অতৈ পুন্নমক প্রোপ-প্রোপ কেন্নগ্লবদা ৱাকখোং অহানবদা হৌগত্তুনা ইকুজথোক্লগা মাগী হৌনবী মী তিনফমদা চত্তুনা ৱাবী শানবা মী থিবা অদুম মচংখি। নুংগী পাঙ্গল যান্না লৈবা মীশক্নি। মশাগী লিচীংৱাগীদমক থৱায থাদোকখিবা ৱাংউবোযনি সোক্রেটিস।

মহাক্না হৌদোক্লম্বা ৱাপু অসিদগী প্লেটোনা মহাক্কী ৱাংউবোলগী থবক মখা তানা চখিখি। মহাক্না লৈঙাক্লোন অমসুং থৱাযগী মতাংদসু নৈনখি। অদুবু পোলিটিকল অমসুং ফিজিক্সকী ৱাংউবোল হায়না কৌনৈ। মখোযশিং অসিসু ৱাপুগী ৱাফমদগী থোবকপা ঙাক্তনি। হাযবদি ৱাপুনা যুম্ফম ওইবগা প্লেটোনা আইডিয়া হায়বসিগী মশক অসি পুথোকখি। অতৈ ৱাংউবোল হায়বদি লৈঙাক্লোনগী ওইববসু, থৱায়গী ওইববসু লোইনমক ৱাপুদগী শাগৎলকপা আইডিয়াগী ৱাংউবোল অসিদগী শাগৎলকখিবা মক্তনি। অদুনা মতাং অসিদা শুপ্পগী যেংশিনগদবা হীবম অমা ওইনা আইডিয়াগী মতাং অসি লৌখৎলি। প্লেটোগী ৱাপুদগী আইডিয়া শাগৎলকপগী থবক অসিবু ডাইলেক্টিক (dialectic) হায়না খঙনৈ। মহাক্না সোফিষ্টশিং অমদি প্রোটগোরসকী সবজেক্তিব ক্রথপু ৱাপুগী পাম্বৈনা ককথৎলম্মী। প্রোটগোরসনা ঐনা ঐনা খনবদুনা অচুম্বনি হায়বম্মী। প্লেটোনা অমুক প্রোটগোরসনা চুম্মী খনবদু প্লেটো ঐনা লাল্লি হায়না লৌই হায়বে। প্রোটগোরস লাগ্রে, লৌশীনবা হায়বদু ৱাপুগী মাঙদা মায়থীবে। হৌজিক প্লেটোগী ওইনদি ৱাপুবু পুখত্তুনা

মশাগী বাংউরোল অমা শাগৎপনি। মহাক্না বাপুগী মতেংনা অশেংবা মশক্কী (reality) পবেলোন অমা পুথোক্লবা হোৎনবকই — মসিনি আইডিয়াগী পবেলোন নত্ত্রগা ডাইলেক্টিক হায়না খণ্ডনবিবসি। সোক্রেটিসনা বাপু অসিবু লনাই মীওই অমগী শীজিন্নবগীদমক পুথোক্লম্বদু, মহাক্না মযাম অপুম্বগী ওইনা পুথোক্লম্মী। প্লেটোনা উৎলিবনা বাপু হায়বসি ওবজেক্টিব বিয়ালিটি লৈবা পোৎশক অমনি হায়বসিনি। মসি বাখলদা খক্তা লৈগদবা নত্তে, বাখলগী বাংমদা নাইতোম মহীং অমা লৈজবা পোৎশক অমনি হায়না লৌখি। মসিদগী প্লেটোগী আইডিয়াগী পবেলোন অমসুং আইডিয়েলিজম হায়বসি মশা মতোমতা অসুম্বক থোক্লকখিবনি।

সোফিস্টশিংনা পুথোকপা সবজেক্টিব বিয়ালিটি হায়বদি লৌশীনবা (perception) হায়বসিবু সোক্রেটিস অমসুং প্লেটোনা ককপগী বাফম মথক্তা পনখ্রে। প্লেটোনা ওইবিবা পোৎশক অদুগা অচুম্বা হায়বসিগা অনীসি চানগদবনি হায়বম্মী। কবিগুম্বা লৈতবা পোৎশক অমগী মবমদা লৈ হায়না খল্লুববদি বাখলদু অবানবা ওইগনি। অদুনদি অচুম্বা হায়বদি লৈববা পোৎশক অমগী শিন্দোনকপা (copy) শক্তম অমা ওইবা তাবনি। বাপু অমবু অচুম্বা লৌশিং অমনি হায়না উৎকে হায়ববদি বাপু অদু ওবজেক্টিব বিয়ালিটি অমা ওইবা তাবে। অদুনা বাপু অমবু অচুম্বা লৌশিং অদুনি হায়না তাক্লগা, মদুগা মান্নবা মশক্তি অমত্তা লৈতে হায়বা তাববদি মসি মশানা অসুম্বক অবানবা ওইবগনি। মীওইবগী বাখলদা লৈবিবা বাপু অসি মপান্দা মযেক শেংনা লৈববা বাপু অমগী শিন্দোবকপা শক্তম ওইবা তাবনি। অসিগুম্বা মপান্দা মযেক শেংনা লৈববা, ওবজেক্টিব বিয়ালিটি ওইববা বাপু অসিবুনি প্লেটোনা আইডিয়া হায়না থোল্লিবসি।

খবগা কুপথনা যেংলগা আইডিয়াগী মওং-মতৌসি মখাগী অসুম্না তাকপা যাই। বাফম অসি ষ্টেসকী মোৎ মতুং ইন্ননি।

অহানবদা, আইডিয়া হায়বসি পোৎশক (Substance) অমা ওইনা লৌগনি। পোৎশক হায়বিবসি বাংউবোলগী ওইবা বাহম্থোক্তা শীজিন্নবা বাহে অমনি। পোৎশক হায়বগা আইডিয়াবু নুং, যোৎ উগুম হেক্তা উরুগদবসু নত্তে। অদুমকপু যোৎ নত্ত্রগা নুং হায়বগা পোৎশক অমগী মবমদা খণ্ডনবা অদুমক আইডিয়াগী মতাংদসু অসুম্বক খণ্ডনবিবনি। হায়বদি সনা হায়বসিদা অবংবা মচু অমা যাওবি। মচু অসি সনা হায়বা পোৎশক অদুগী মপান তাংবনি। অদুগা পোৎশক অদুনা মচু অদুগী মপান তাংবদি নত্তে। অদুনদি সনা

হায়বা পোৎশক অদু লৈতনদি সনাদুদা কাবিবা অবংবদু লৈববোই। অমবোমদা সনাগী অবংবদু লৈত্রবসু সনা হায়বা পোৎশক অদুদি লৈগদৌৰি। মওংসিদনি ৱাংউবোলদা আইডিযাবু পোৎশক হাযনা কৌদুনা লৌনবিবসি। পোৎশক অমা ওইবিবা আইডিয়া অসি মঙোন্দগী পুন্নমক্কী হৌফম ওইবনি, মঙোন্দা অতোপ্পা অমমুক হাপচিল্লকপা লৈত্রবনি। মশা মতোমতা ওইজবা, মঙোন্দগীদি অমুক অতৈ কযা অমা ওইখিবা, মশা মতোমতা ওইগদবা পুন্নমক লেপচবা পোৎশকনি। লাইনীংগী মাযকৈদগী য়েংলগসু ঈশ্বরদি অমত্তনি, মহাক্না পুন্নমকপু শেম্বনি হাযবগদি ঈশ্বর অসি পোৎশক ওইবা তাবে, তাইবংপান অসিনা পোৎশক ওইদ্রে। মবমদি ঈশ্বরদি মশামক ওইদুনা লৈজর্বনি। মহাকপু কবিমত্তনা থোকহল্লে, মঙোন্দগী পুন্নমক ওইববে। আইডিযেলিষ্ট কাওবুনা হাযবগুমদুনা ৱাখল পুক্নীং (mind) হাযবসিনা মশা মতোমতা ওইজবা অশেংবা মশক (reality) অদু ওইবর্বদি, মেটর (matter) হাযর্বসি মঙোন্দগী থোবকপা ওইবা তার্বনি অদ ওইববদি ৱাখলনা পোৎশক ওইবগনি মেটবনা ওইববোই। মতাংসিদা ফগী ওইনা হাযনবা ইংবাজী শৈবেং What is mind no matter/What is matter never mind হাযবদুগী পাউখুমদু লৈববনি। মথক্কী অসিগুম্বা ৱাংউবোলগী ৱাহল্লোক অসিদনি ঐখোযনা প্লেটোগী আইডিযাবু লৌগদর্বাস। অদুনা আইডিযা হায়বসিনা তেংবানবা (cosmos) অসিগী অহানবা লিচীংবা ওইবে।

অনীশুবদা, আইডিযা হাযবসি তেংবানবগী ওইনা অমত্তা ওইবা (universal) পোৎশক্নি। মবমদি আইডিযা হাযবগা অকক্নবা বস্তু (thing) অমবু খঙনকগদবা নত্তে। মযাম পুন্নমক অমুক্তদা খোনবা ঙম্বা ৱাপু অদুবু খঙনগদবনি। লাইবিক্কী আইডিয়া হাযবগা লাইবিক অমথকপু খঙনগদবা নত্তে - লাইবিক খুদীংমক্কী মহুৎ শিনবা আইডিযা অদুবু খঙনগনি। অদুনা আইডিযাবু যুনিবর্সলস (universals) হাযনসু কৌনৈ।

অহুমশুবদা, আইডিযা হাযবসি বস্তু (thing) অমা নত্তে, ৱাখল (thought) নি। মতাংসিদা লান্না লৌখিবা যাবা ৱাফম অনীখক লৈবি — মদুদি আইডিযা হাযরগা মীনা খনবা ৱাখলদুনি হাযবা অমা, অদুগা আইডিয়া হায়বগা ঈশ্বরনা খনবা নত্ত্রগা পুথোকপা ৱাখল অদুনি হায়না লৌবা অমা। প্লেটোগীদি অনীমকসি অমত্তা নত্তে। আইডিযা হাযবগা সবজেক্তিব আইডিযাবু খঙনগদবা নত্তে। তশেংনা মশা মতোমতা মপুং ফানা লৈজবা, পুন্নমক্কী হৌফম ওইবা ওবজেক্তিব আইডিয়া অদুবুনি মহাক্না লৌবিবদি। মসি কবিগুম্বা

ৱাখল অমতগী মখা পোন্দবনি।

মরিশুবদা, আইডিয়া হায়বসি অপূনবা শকফমদা লৈ। মী হায়বগা তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংগী আইডিয়া লৈবা য়াদবগুন্না, পোৎ কাঙলুপ্ অমখক্কী অপূনবা আইডিয়া অমা লৈগনি। অচুম্বা ৱায়েন (justice) হায়বসিগী আইডিয়া কয়া থোক্লা পুথোক্লরকপা তারবদি পুন্নমক্তা য়াওবা মচাক অদু পুথোকপা তারে। মদুনা অচুম্বা ৱায়েন হায়বদুগী আইডিয়া ওইরগনি।

মঙাশুবদা, আইডিয়াদি হোংদোক-হোংজিন য়াদে। মাঙবা নাইদে। ৱাপু হায়বসি শক্তাকৱা (definition) হায়বসিগা অমত্তনি। শক্তাকৱা হায়বসি লেঙদ্রবা পোৎশক অমনি। অমরোমদা হায়রগনা শক্তাকৱাদি আইডিয়াবু ৱাহৈদা ওহ্লোক্নুনা তাকপনি। অদুনা শক্তাকৱানা হোংদবা অদুগুম আইডিয়াসু হোংদে। ফজবগী মশক কয়া অমা লৈরবসু-লেঙদবা ফজবা হাযবা অদুগীদি অহৌবসু লৈতে, অরোইবসু লৈতে, হোংবসু নাইদে। অসুন্না মীওইবগী মতাংদা হাযববসু মীগী আইডিযা অসি মী লৈত্রবা ফাওবদা অসুম্মক লৈগনি।

তরুকশুবদা, আইডিয়াদি পোৎশিংগী মচি (essence) অদুনি। খুদম ওইনা, মীওইবা হায়বসি অচুম্বা ৱাখল খনবা ঙম্বা জীবনি হায়ববনিনা মীওইবগী ওইনা অচুম্বা ৱাখল (reason) হাযবসি মচি অমা ওইবা তারে।

তরেৎশুবদা, আইডিয়া খুদীংমক অসি লেঙদ্রবা মপূং ফাবা (absolute prefection) অমমম্নি। মপূং ফাবা মী হায়বা তারবদি মীগী আইডিযা অদু ওইগদৌরিবনি। লনাই মীওইশিং অসিদি মীগী আইডিয়া অদুদগী খরা হুহ্না লৈ, অদুনা মপূং ফাবা ৱাথলি।

নিপানশুবদা, আইডিয়াদি মফম অমসুং মতম (space and time) গী মনুংদা লৈতে। আইডিয়ানা মফমগী মনুং চনবা তারবদি কদায়দনো অমা শোযদনা লৈরমগনি, অদু ওইরবদি মসি থেংনফম থোকই। মদুমক ওইরবদি আইডিযা অদু য়ুনিবর্সেল ওইররোই, পার্টিক্যুলর ওইবা তাবনি। আইডিয়াদি মতমগী ৱাংমদা লৈ। মতমদি হোংবা নাই, আইডিয়াদদি মদু লৈতে। আইডিয়াবু হোংই হায়বা তারবদি হায়রিবদু ঐখোয় ইশাগী ফংলকপা লৌশিং (experience) অদুদা হোংবদগী ওইগনি - মদুগী আইডিয়াদু অচুম্বা ৱাখলগী মশক ওইররোই।

মাপলশুবদা, আইডিয়া হায়বসিদি অচুম্বা ৱাখলনা পুথোকপা ঙম্বা (rational)

পোৎশক অমনি। মযামগী মনুংদা মান্নবা মচাক ফংবা হাযবসি ইন্দক্তিব বিজনিংনা পুবকপনি। অসিগুম্বা অচুম্বা-ৱাখলগী খন্থবগী থৌওং অসিনা আইডিযাগী জ্ঞান ফংবা হাযবসি ওইগদৌবিবনি। মাযকৈ অসোমদগী যেংলগা ঈশ্বৰ হাযবসি মিষ্টিক মীৎয়েংনো, হাযবদি ইন্টুইসন (intuition) নত্ত্রগা ইগসটজি (ecstasy) না হেক্তা খঙগদবা নত্তে। অচুম্বা ৱাখল অমসুং থৌ চংবা ৱাখলনা খন্থবগী থৌওং অমগী পাম্বৈনা খঙগদবনি।

অবোইবদা, আইডিযা অসি প্লেটোনা পুন্সী লোইবমদাই মতাংদা পাইথগোবসকী মতৌগুম মশীংগা, হাযবদি পাইথগোবিযন নম্বৰশিংগা মান্নহল্লম্মী। মসিগী ৱাফমসিমদি প্লেটোগী খুৎইশিংদা যাওবমদ্রে। মসি এবিষ্টোটলনা ইবস্বদগী খঙবনি।

মতৌ অসুম্না মীওইবনা খঙবা হাযবসি সেন্স-পর্সেপসন (sense-perception) অমসুং বিজন (reason) অনীসিদগী থোবকপনি হাযবা ৱাফমসি প্লেটোনা যাবে। অহানবগীসিনা সেন্সকী ওইবা পোৎশিংগা মবী লৈনৈ। অনৌবগীশিনা আইডিযাগা মবী লৈনৈ। আইডিযানা লেঙদবা অশেংবা মশক (absolute reality) নি, অমবোমদা হাযবগা লৈবা ওইবা (Being) হাযবদুনি। অদুগা সেন্সকী পোৎশকশিং অসিনা লেঙদবা শেংদবা মশক (absolute unreality) হাযবদি, লৈতবা (not being) হাযবদুনি। লৈতবা অসিসু আইডিযাগী শকক খবদি যাওবিবনি। অদুনা মখোযদা আইডিযানা যাওবিবা শকক অদুমখৈ যেংদুনা লৈতবা অসিদা তঙ্খায অমদি লৈবা, হাযবদি অশেংবা মশক যাওই হাযনা লৌগনি। সেন্সকী পোৎনা তঙ্খায তঙ্খায লৈবা অমসুং লৈতবদা শকক যাববদি — তশেংনা লৈতবা (absolute not being) হাযবসিসু লৈফম থোকই। প্লেটোগী মতুংইন্না তশেংনা লৈতবা পোৎশক অসি বস্তু (thing) অসিবুনি হাযবী। হৌজিক সেন্সকী পোৎশক্না তঙ্খায অমা শেংদবা মশক (half real) ওইবা মতমদা, আইডিযা হাযবসিদি যুনিবর্সল ওইবিবনি। আইডিযাদি অমতনি, সেন্সকী পোৎশকশিংদি মযাম্নি। আইডিযা হাযবসিদি মফম অমসুং মতমগী মনুং চন্দে। সেন্সকী পোৎশক্তি চল্লি। আইডিযাদি হৌবা লোইবা-নাইদবা (eternal) অদুগা হোংদোক-হোংজিনসু তৌদবনি। সেন্সকী পোৎশকশিংদি হোংদোক-হোংজিন নাইবা অওনবগী ফীবমদদা লৈবশিংনি। প্লেটোনা হেবাক্লিটসকী ৱাখল লৌবগা সেন্সকী তাইবংদি ওইবকপগী (Becoming) ফীবমদা লৈ হাযখি। অদুনা সেন্সকী তাইবং অসিবু খঙবা, মসিগী চপ চাবা লৌশিং ফংবা হাযবদু, মসিনদি অসুম হোংদুনতা লৈববনিনা ওইথোক্তে হাযবম্মী। মবমদি লেঙদনা,

হোংদনা লৈববা পোৎশক অদুতগী মবমদা লৌশিং, খণ্ডবা হায়বসি ওইথোক্কদৌবিবনি। মতাংসিদা প্লেটোনা লৌবিবা সেন্সকী পোৎশক অদুগী মতাংদা ফংলিবা ৱাখল (impression) অদুবুনি। পোৎশক অমগী মবমদা লৈবা ইম্প্রেসন অদু লেঙদবা ফীবমদা লৈবা নত্তবনিনা পোত্তুগী লেঙদবা জ্ঞান অদুসু ফংবা ঙমলোই। ৱাফম অসি কোন্না এরিষ্টোটলনা চুমথোকখি। মতাংসিদা প্লেটোগী ৱাখল অসি এরিষ্টোটলগী মতুংইন্না মফম অহুমদগী লৌবনি — ইলিযাটিকশিংগী লেঙদবা লৈবগী (absolute Being), হেরাক্লিটস্‌কী ওইবকপগী (Becoming), অদুগা সোক্রেটিসকী ৱাপু (concept) অহুমসিনা পুল্লগা মহাক্কী আইডিয়াগী পবৈলোন অসি শাগৎলকখিবনি। প্লেটোগী ওইনদি সেন্স-ওবজেক্তশিং অসি আইডিয়াগী যান্না মযেক শেংখিদ্রবা শিন্দোকপা (copy) ঙাক্তনি। মখোযশিং অসিনা আইডিয়াদা 'শরুক যাবিবনি'। অদুগা আইডিয়া হায়বসি লৈবা মতমদা অফবনি হায়না লৌনবিবা পোৎশকশিং অদুখক্তগী ওইনা লৈবসু যাবোই। ফত্তবনি, অমোৎপনি হন্থবনি হায়নবিবশিং অদুগীসু লৈবা তাবনি। ৱাফমসিমক *পার্মেনিডিস* পাউসাদা প্লেটোনা নীংথিনা উৎলী। হৌজিক যেংগদৌবিবনা লেঙদবা অশেংবা মশক হায়বসি আইডিয়ানা ওইববদি মসি অমখক্তবা, মযান্না হায়বদুনি।

*সোফিষ্ট* অমসুং *পার্মেনিডিস্‌* হায়বা পাউসা অনীমকসিদা ৱাফমসি নৈনবগী থবক চথৈ। ইলিযাটিকশিংগী ওইনদি 'এবসোল্যুট' অসিদা 'লৈতবা' অমসুং 'মযাম' হায়বসি যাওদে। অদনা মখোযনা ইগজিষ্টেন্স (existence) হায়বিস শুক্লে লৈতে হায়বা ৱাফমসি পুথোরবর্কখি। প্লেটোনা হৌজিক অমা (one) হায়বসি মযাম (multiplicity) হায়বদুগা পকশীন্নদা যেংবা হৌবকই। মযাম লৈত্রবদি অমা লৈবোই। মযাম হায়বদুসু অমা কযানা শাগৎলকপনি। অদুনা লেঙদবা অশেংবা মশক (absolute reality) অসি মযাম ওইবা য়াবোই। মসি মযেক শেংদবা পোৎশক অমসু (abstract one) ওইবা য়াবোই। মদুগী মহুত্তা অমদা মযান্না য়াওবা, মশক অমত্তা ওইবা ওইবগনি। অসুন্না লৈবা (Being) হায়বসিগী ওন্ন-তৈনবা হায়বা তাববদি লৈতবা (not-Being) হায়সিনা ওইগনি। মঙাল লৈ হায়বদি — অমম্বা লৈতবা অদুবুনি। অদুনদি লৈবদসু লৈতবা য়াওই। মসিগী মখা তাবকপা ওইনা, আইডিয়া মযান্না পুল্লগা শাগৎপা লেঙদবা আইডিয়া 'অমা' হায়বসি লৈবে। মসিগী লেঙদবা, অমত্তা ওইবা আইডিয়া অসিবু প্লেটোনা অফবগী আইডিয়া (Idea of the Good) কৌবম্মী। মসি অপীকপদগী অসুম্ম অসুম শাগৎলকপনি। অদুগা

আইডিয়া খুদীংমক অদু মশাগী ওইনা লৈবা (Being) হায়বদুসু অসুম চংথবিবনি। মশা মতোমতগী ওইনদি লৈবগী থৌওং চংথবিবা আইডিয়া খুদীংমক অসি মখোয়গা পুল্লুগ্রিবা আইডিয়াশিং অদুগী ওইনদি লৈতবা (not-Being) হায়বদু অমুক ওইবিবনি। অসুম্না লেঙদবা আইডিয়াবু শাগৎলকপদা চঙলিবা ৱাখলগী থৌওং অসিবু অমুকসু ডাইলেক্টিক হায়না কৌনৈ। মসি কবিগুম্বদা 'আইডিয়াগী পরৈলোন' হায়নসু অসুম্মক খঙনবি। খবা কুপশীন্না হায়বগনা কবম্বা আইডিয়ানা পুনশীন্নগনি, কবম্বা মখৈনা পুনশীন্নবোই হায়বগী জ্ঞান ফংনবা থিজিনবা অদুগসু মবী লৈনৈ। মসি ফংনবা, হায়বদি আইডিয়াশিংনা অমগা অমগা মবী লৈনবগী অবেপ্পা, অকুপ্পা মশক থিবসিনা ৱাংউবোলগী খ্বাইদগী মকোক থোংবা থবক্নি হায়না প্লেটোনা লৌখি।

অদুমকপু প্লেটোনা অফবগী আইডিয়া হায়বসিগী মতাংদা চপ চাবা ৱানৈবোল (dialectic) অমা পুথোক্লম্বদি তৌখিদে। মহাক্না পুথোক্লম্লিবা আইডিয়াগী পরৈলোনসিগী মতুংইন্না থোবক্লিবা বাফম অমনা মাগী পথাপ অসি টেলিওলজিকল (teleological) ওই হায়বদি থোকলিবদু থোকপম থোকপদগীনি হায়বসিনি। শন্না পল্লবদা বিপব্লিক পাউসাদা পীবিবা বিপব্লিক নত্রগা 'ফিদম্নীংঙাই লৈবাক অসি যেংশি। মসিগী মনুংগী ৱাফমদি অতৈ লৈবাক পুন্নমক আইডিয়েল ষ্টেট অসি যৌবক্লবগী লম্বীদা শেমগৎপা মক্তনি হায়বসিনি। মবমদি মহাক্কী ডাইলেক্তিক্কী মতুংইন্না, অপীকপা, হম্বা আইডিয়াশিং অদুদগী অসুম মথকলোমদা শাগৎলকপা, পুনশীন্নবগী থবক তৌবকপদগী অচুম্বা ৱাখল, লেঙদবা অশেংবা মশক হায়বদু লাকখিবনি। অমবোমদা প্লেটোনা ঈশ্বববু মযেক তশেংনা থম্নমদে -- অমা ওইনসু লৌবম্মী, মযাম ওইনসু। অদুনদি আইডিয়াসি ঈশ্বর ওইগদৌবিব্রা নত্রগা ঈশ্বরনা আইডিয়া ওইগদৌবিব্রা হায়বা বাফমসি থোক্লকই। মবমদি অনীমক লৈবা তাববদি আইডিয়াবু লেঙদবা (absolute) অমনি হায়বদুদি য়াববোই। মীৎযেং অসোমদগী যেংলগা প্লেটোনা লৌবমলিবসি ঈশ্বরগা আইডিয়াগা অমত্তা ওইনা লৌবনি। ঈশ্বর হায়বসি আইডিয়াগী অতোপ্পা মিং অমনি। ৱাফম খবা অসিনা পাউসা অহুম অসিগী মনুংগী মচাক নৈনবদা খবগী মখৈদি মতেং ওইনবগনি হায়বসি থাজবা থমজবি। ঙসিগী ৱাংউবোলনা লোলগী ৱাংউবোল (Linguistic philosophy) অমা ওইবকপা তাববসু হৌবকফম ঈফুৎ ওইবিবা সোক্রেটিস অমসুং প্লেটোবুদি ঐখোযনা খক কাউবা যাববোইদবনি। ■

# মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং


1. Tr. Benjamin Jowett, *The Dialogues of Plato,* Oxford University Press, London (3rd edition), 1893
2. Ed. J.D. Kaplan, *Dialogues of Plato* (Jowett translation), The Pocket Library, New York (1st published 1955), 8th 1959.
3. Tr. A.D. Lindsay, *Plato – The Republic* (Translated with an Introduction), Heron Books –
4. Ed. Justin D. Kaplan, *The Pocket Aristotle,* Pocket Books Inc , New York, 1958.

5 Will Durant, *The Story of Philosophy,* The Pocket Library, New York, 1954.

6 W.T Stace, *A Critical History of Greek Philosophy,* Macmillan & Co Ltd., New York, 1960.

7. T.Z Lavine, *From Socrates to Sartre : The Philosophic Quest,* Bantam Books, New York, 1984

8 Frank Thilly, *A History of Philosophy,* SBW Publishers, New Delhi, 1993 reprint.

9 V. Venkata Rao, *Ancient Political Thought,* S. Chand & Co , Delhi, 1969.

10. B.A Saletore, *Ancient Indian Political Thought and Institutions,* Asia Publishing House, Bombay, 1963.
11. J.E. Swain, *A History of World Civilization,* Eurasia Publishing House (Pvt.) Ltd., New Delhi, 1992 (6th)
12. Gavin Betts and Alan Henry, *Teach Yourself Ancient Greek,* Hodder and Stoughton, Kent, 1989.
13. Ed. I. Frolov, *Dictionary of Philosophy,* Progress Publishers,

Moscow, 1984

14. Gilbert Meadows, *An Illustrated Dictionary of Classical Mythology*, Bloomsbury Books, London, 1978

15 *Coming Back : The Science of Reincarnation* – Based on the Teachings of His Divine Grace Swami Prabhupada, Bhaktivedanta Book Trust, Hong Kong, 1983

16 A.C Bhaktivedanta Swami Prabhupada, *Bhagavad-Gita As It Is*, The Bhaktivedanta Book Trust, Vaduz, Lichtenstein, West Germamy, 1983

17 *The Holy Bible* – New International Version, International Bible Society, East Brunswick, New Jersey, USA, 1984

18 Ed Robert Baldick *et al* Translated with Notes by N J Dawood, *The Koran*, Penguin Books, Middlesex, England, 1976

19 হন্দোকপা ঃ যুম্নাম চাউবা সিংহ, *শ্রী মদ্ভাগবদ গীতা*, ফোঙবা, শ্রী সলাম কিশোবচন্দ্র সিংহ, নম্বোল কোংখাম অব্বাং, মণিপুব, ১৯৯২ (৩ শুবা)।

20 নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, *অবিবা মণিপুবী লোনগৈ*, মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৭৮।



হে এথেন্স মচা পূন্নমক, নখোয়বু করম্না ইথক্তা ইরাল শীরিবা কাঙবুদুনা থাজহল্লমগদবনো হায়বদুদি ঐ হায়বা ঙমদ্রে। অদুবু মখোয়দু ঙাংবা ওম্থোক্লা হৈখ্রে — ঐ ইশা ফাওবা শুমহৎপা য়াওরুরে। তৌবদবু মখোয়গী ৱাফমশিং অদুদা অচুম্বা হায়বদুদি পিসিন্দৌ[১] অমা ফাওবা য়াওবা নত্তে। অমরোমদা, মখোয়না পুথোরক্লিবা অরানব, ৱাফমশিং অদুগী মরক্তা ঐনা লৌশীনফম খঙদবা ৱাফম অমগমুক য়াওরী, মদুদি করিনো হায়বদা— ময়াম পূন্নমক্তা ঐগা নকশীন্নরোইদবনি, ঐঙোন্দগী নশা কঞ্জনবা হোৎনগদবনি, ঐঙোন্দা য়াওরিবা মী ফাবা ঙম্বা ৱাঙাংগী মতীক্তা ময়াম্বু শেরান্ননা পুহল্লোইদবনি হায়দনা মখোয়না পল্লিবা অদুনি। ঐহাক অতৈ ওইনীংবা ওইজরবসু মীপুক-ফাবা ৱাঙাং হৈবা মী অমা হায়বদুদি নত্তে। হায়রিবা ৱাফমসি ঐনা চীনবান্দং কাঙ্বদা অদুম খঙনগদবা লৈরবনি। মসি খঙনা খঙনা অসুম্না হেক হায়বসিদি, ঐনা মখোয়বু য়াম্না ঈকায়খঙদবা মীশিংনি হায়না লৌই। ৱাঙাং হৈবা মী ওইবসিদা অচুম্বা ফোঙদোকপগী পাঙ্গলদুসু য়াওই হায়না মখোয়না খনবীরম্বা ওইরবদি খঙদ্রে, মরমদি মসিমক্তা মখোয়না হায়রিবদুগী মনুংদা লৈবা ৱাফমদু ওইরবদি, চুমই, ঐহাক ৱাঙাং হৈবা মীনি হায়বসি ইশানা য়াজ্জে। তশেংবদি, মখোয়গা ঐগদি কয়াদা খেন্নখ্রবনো! ফরে, ঐনা হায়জখিবদুনি— মখোয়গী ৱারোলশিংদুদা অচুম্বা মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদে। অচুম্বদু ঐঙোন্দগীদি নখোয়না ময়েক শেংনা তাবা ফংগনি। তৌবদবু মখোয়গী ৱাঙাংগুম্না থোং-নৌবা ৱাহৈ ৱাতা, ৱাহৈ লৈতেং, ৱাহৈ চবুন ময়াম শীজিন্নদুনা শেম-শারবা ৱাঙাং অদুদদি ওইররোই। লাইরৈবাক্তা খঙবীসনু, ঐহাক মদুমদি তৌজরোই, মদুগী মহুত্তা ইশাদা খুদক্তা লাকপা ৱাহৈ অমদি ৱাঙাংদা হায়জগে। মরমদি ঐহাক, হৌজিক ফাওবদা ইশানা য়ানা চৎলক্লিবা লম্বী অসিবু অসুম্মক থাজরী। হে এথেন্সকী মীয়াম, হৌজিকপু ঐনা ঐগী চহী মতাং অসিদা ঙরাংদা ৱা ঙাংবা তমখৎলকপা মীশক অমগুম ময়ামগী মাঙদা ৱা ঙাংনবগীদমক শক উৎফম থোক্তে— অদুম হায়না তৌরক্কনি

হায়বসু কনামগুনা খনবীগনু। মতাংসিদা ময়ামদগী থৌজাল অমতগা নিজহৌগে ঃ-ইশাবু কঞ্জবগী রাবোল পীবা অসিদা, ঐদি কৈথেলদা, অগোরাদা[২] নম্ব্রগা অতৈ মফম অমদা সদিঙদা ঙাংবা হৈনবক্লবনিনা, ঐনা অদুগুম্বা রাহৈ রাতাদুদা ঙাংলকপা তাবদা অঙকপা পোকপীগনু, হৈনদে হায়দুনা মরক থৎলকপসু তৌবিগনু। মরমদি ঐহাক চহী ওমফুতরা হেল্লর্বনি, অহানবা ওইনসু বায়েনশঙ কারকপনি। মফমসিদা ঙাংন-শক্লবা লোল ঐদি খঙদে। মবম অদুনা, কনাগুম্বা মীনৌ অমনা মরোলদা নম্ব্রগা মরমদমগী চৎনবী মওংদা কবিগুম্বা খরা হায়জবদা মযাম্না অসুম ঙাকপীবা অদুগুম, ঐবুসু ঙাকপীবা য়ারিবা মীনৌ অমগুম খনবীয়ু। ঐনা নখোয়দা হায়জরিবা রাফমসিবু য়াম্না ফজদবা তাববরা ৮ ঐগী মবমদা, মাগী রাঙাংদি সুমদৌই তৌদে হায়বসি য়ারবদি থওইনা খনবীবনু; ফরম্বা য়াই, ফৎলমদবা য়াই, ঐগী রাহৈশিংদা য়াওরিবা অচুম্বা অদুতবু উবিদুনা, মদুদা পুক্নীং থিংজিনবিয়ু ঃ রা শেংদোক্লিবা মীনসু অশেংবতা হায়রসনু, রায়েনমপুশিংনসু রায়েন চুম্না তৌবসনু।

অহানবদা, মমাঙভৈদগী হৌনা ইথক্তা শীরক্লিবা মরাল অমদি মরাল শীরক্লিবশিং অদুগী পাউখুম হান্না পীখিগে, অদুগা মথংদা, কোন্না লাকপা কাঙবুগী অমুক খুমগে। মবমদি ঙসি ঙবাংতগী রাফম নত্তে, কুইববা মতমদগী হৌদুনা ঐবু অরানবা তৌই হায়দুনা মরাল শীবা কয়া অমা লৈরক্লবনি। ঐহাকপু মখোয় অদুনা নখোয়দসু চহী কয়াদগী লান্না উহল্লক্লি। অমরোমদা হায়বা তারবদি, ঈরায়-লায়না লৌরুবা য়াদ্রবা, ইথক্তা রাকৎলিবা মতীক লৈরবা এনিটস্‌খোয় অমদি মাগী কাঙবুদগীদি মখোয় অসিবুনা থোইনা হেন্নদুম ঐদি কিজে। অদুনা হৌজিক ঐঙোন্দা হেন্না খুদোংথীনীংঙাই ওইরিবদি হান্নগীশিং অসিনি। মখোয়না সোক্রেটিস কৌবা, ঐগা মিং মান্নবা, নোংমদোল অমসুং লৈখা অনীগী মরমদা থিজিন্দুনা রাখল পুথোকখিবা, অদুগা ফত্তববু অফবা ওইনা উহন্নবা হোৎনখিবা[৩] মমাঙভৈদা লৈরম্বা লৌশিং চাউবা নিপা অমবু ঐনি হায়জনবীদুনা, নখোয়না থোইনা চাউদ্রিভৈদগী হৌনা ঐবু লান্না উহল্লকখ্রবনি। ইথক্তা রাকৎলকপশিংগী মনুংদা ঐনা থোইদোক্না কিজে হায়বদি অসিগুম্বা কাঙবুশিং অসিবুনি। মরমদি, মখোয়গী রাহৈশিংদু তারুবা মীশিংনা রাখল তৌদুনা থিজিন-হুমজীনবগী থবক তৌরিবা মীওইশিংসে লাই লৈ হায়বা থাজদবা কাঙবুনি হায়না হেক্তা লৌনৈ। মরাল শীরল্লিবশিং অসিদি ময়াম অমনি, ঐগী মায়োক্তা থাঙ্গৎলিবা রাফমশিং অসিসু কুইরবদগীনি অদুগা,

মখোয়না শন্দোক্লম্বিবা ৱাফমশিং অসিসু নখোয়না মীনা হায়বা য়াম্না থাজগম্লিঙৈ— হায়বদি অঙাং ওইরিঙৈ নত্ত্রগা ঈনখৎলকপা মতম অদুৱাইদগী হৌখ্রবনি— মদুসু অমুক্তা মখোয়না হায়বদনি নখোযনা তাখিবদু, মবমদি মতম অদুদা পাউখুম পীবিনবা কনাসু লৈখিদে। অমুক্তা হেন্না লুরিবদি, তান চাবদগী থেংনরুবা নুংঙাই-পোলোই লিলা ইবা অমখক নত্তনা ঐঙোন্দা ইরাল শীরকখিবা মীওই অতৈদু খুদোম্বীনা থিন্দুনা, মমিং পন্দুনা পুথোকপসু ঙম্লোইদৌরিবসিনি। ঐবু কল্লক য়েংথীবদগী নখোযবু মখোয়গী শক্সমদা পুনবা হোৎনখিবা মীওইশিং অদুমকসু অহানবদদি, মশামক্না ফাওবা থাজদ-থাজদ মচীন্দগী হায়গদৌরিবা অরানবশিংদু মশা-মশাবু হান্না থাজহন্নবা হোৎনখিবনি — সীগুম্বা মীওইশিংসিনা হেন্না লাক্লবদা ৱাখ্রে। মখোযবু ঐনা মফমসিদা পুথোকপসু ঙমদে, ৱা চপখৎপসু ঙমদে। মবম অদুনা, ইশাবু কঞ্জনবগীদমক্তা মমিশিংগা মাযোক্লবদা তাবি। হান্নসু হাযজখিবা অদুনি, ঐনা অমুক্তা হন্না নখোযদা হাযজবী, ঐগী মাযোক্তা লৈবিবসি কাঙবু অনী শুই হাযনা পুন্না লৌমিন্নবসি — হৌজিক্কী কাঙবু হাযবা অমা, অদুগা নমাঙঙৈগী কাংবু হাযবা অমা— অকোনবগী কাংবু অসিগী পাউখুম হান্না পীহৌবনা মতাং চায হাযবসি মযাম্নসু উবিগনি, মবমদি হায়বিবা ৱাকৎশিং অসিদি অতৈ ৱাকৎশিং থোবক্রিঙৈদগী হৌনা, মতম কযাগী মমাঙদগী নখোযনা ইতৎ তত্তনা তাদুনা লাকখ্রবদুনি।

ফবে, হৌজিক ঐহাক ইশাবু কঞ্জবগী ৱাবোল পীবদা তাববনি। তেল্লবা মতমসিগী মনুংদা চহী কযা কযাদগী হৌনা চৎথবক্লিবা, লিববা মিংচৎ থীহল্লক্লিবা ৱাফম অমবু শেংদোক্লবা হোৎনবগে। ঐহাক্না মায পাকলগনা ঐগীসু নখোযগীসু অফবা ওইগদবা লৈরবা নত্ত্রগা ঐনা চৎলকইবা লম্বী অসিদা অসুম চৎপদা ঐঙোন্দা অফবা শরুক তম্বিগদবা লৈববদি, মাযপাকপসি ঐগী ওইসনু। মসি অরাযবা থবক্তি নত্তে হাযবসি ঐ মুন্না খঙই, মনুংদা লৈবিবা চক্রি ময়ামদুগী মওং-মতৌসু চপ চানা খঙই। মতৌ অসুম্না, থোক্লগদবা পুম্বা নোংদম্বা মপুগী মফমদা শিন্নজবগা, ৱাযেন-পথাপ্পা[4] হায়বা ইঞ্জদুনা হৌজিক ঐহাক ইশাবু কঞ্জনবা ৱাবোলসি পীজরগে।

ঐহাক মকোক্তগী অসুম হৌজরক্লগে। অদুনা অহৌবা ওইনা অহানবমক্তদা ঐগী মিংচৎ থীহন্নবা শন্দোকখিবা ৱাফম, মদুদা যুম্ফ ম অমসু ওইজবে হায়বগা হৌজিক ইথক্তা মরাল শীরিবা মিলেটস্ কৌবা নুপা অসিনসু ৱাকৎ থাঙ্গৎলক্লিবা অদুগুম্বা ৱাফমদু কবিনো হাযবসি হংলগে। ফবে, ইমিং থীহনগে লাক্লবিবশিং অদুনা কবিদি হাযবী? ঐগী

ওইনদি মখোয অদুনা লৈঙাক্কী উকিলনি।[৫] অচুম্বদুতা হায়গনি অচুম্বা নত্তনা কবিমতা হাযবোই হায়না লাইগী মিং পন্দুনা ৱাশকলবনি হাযনা ইশানা খঙ্জবগা, ইথক্তা পুখৎলকখিবা মখোযগী ৱাশী[৬] অদু মযামগী মফমদা শম্লপ্পা হায়বগে ঃ "সোক্রেটিস হাযবিবা নিপাসি ফত্তবা থবক তৌবা মীশক্নি। খ্বাইদগী ফত্তবা অদুবুসু খ্বাইদগী অফবা ওইনা উহনবনা মাগী মথৌনি। লোযননা মহাক্না অসিগুম্বা পাউতাকশিং অসি অতোপ্পদা অমুকসু তম্বী।" মসিনি মখোযগী ৱাশী অসিগী মপূং ওইবা ৱাফম হাযববু — মসিমক্নি অরিস্টোফনিসকী নুংঙাই-পোলোই লিলা অমদা[৭] নখোযনা উখিবদু। সোক্রেটিস হায়না মমিং থোঙ্গিনবা মীশক অমা মহাক্না লিলাদুদা হাপচিল্লে। অদুগা মাবু কোযনা চৎলহন্দুনা মশাবু মালংদা চৎপা ঙম্বা মীনি হাযনা শন্দোকহল্লি। মদুদসু নত্তনা ঐগী চীন অসিনা পন্দ্রিবা ৱাবেম পৌবেম মযাম অমা ঙাংহল্লী— ঐনা হাযজবিবসি মহৌশাগী মবমদা নৈনবা বাংউবোনগী মীওইবু হন্থনা খন্দুনা নত্ত্রগা হন্দুনা ঙাংবগী ৱাফমদি নত্তে। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিবু ঐনা হন্থনা খল্লী হাযদুনা মিলেটস্না ইথক্তা ৱাকৎলকপা ওইবল্লবদি মদুনদুম হেন্না ঐগী থম্মোয শোকহল্লমগনি। ইচম চম্বা অশেংবদু হাযবা তাববদি মসিনি, হে এথেন্সকী মীযাম, ঐদি পোৎশক্কী মবমদা নৈনবগা কবিমতা মবী লৈনদে। মফমসিদা তিল্লবিবশিংগী মনুংদা ঐনা হাযজবিবসি চুমই হাযদুনা চোংথোবক্কদবা মীওই কযা যাওবি। মখোযনসু ৱাফমসি মুন্না খন্থবিনবা ঐনা হাযজবী। ঐনা ঙাংখি-শকখিবা পুন্নমক তাবকখ্রবা নখোযনা থংনবিবা মীশিংদা ঐনা সীগুম্বা হীবমসিদা তেন্না খঙদে শাংনা খঙদে কবিগুম্বা মতমদা হাযবা যাওখি নত্ত্রগা যাওখিদে হাযবদু অমুক্তা শেংনা খঙহনবিযু অতৈ মযাম্নসু হৌজিক মখোযগী পাউখুম তাবীবেদনা। অদুওইববদি ইথক্তা মবাল শীবিবা অসিগী পন্দুপ অসি যৌবকপদা, নখোযনা মখোযদগীসু কবিগুম্বা খবা তাবা ফংলবা মতুংসিদদি, মখাদা লাক্কদৌবিবশিংগী মবমদসু অচুম্বনা কবিনো, অবানবনা কবি ওইগনি হাযবদু নশানা লেপচবা ঙম্লগনি।

মতৌ অসুম্না অতোপ্পা যম্ফম যাওদবা ৱাফম অমনা অমুক ঐবু ওজানি, অদুগা ওজা অমা ওইনা মহৈ তম্বিবদা পৈশা লৌই হাযজীনবিবে। মসিমসু হান্নগী ৱাফম অদুগুমনা অচুম্বা মচেৎ অমা ফাওবা যাওদবা বাফম্নি। অদুমওইনমক, কনাগুম্বা মী অমনা কবিগুম্বদা মীওইবা কৌবা ঐখোয অসিবু তশেংনা তম্বিবা হাযবদু হেক্ক মঙম্লবদি, মদুগীদমক্তা তম্বিবিবদুনা পৈশা লৌবা হাযবসি ঐগী ৱাখলদদি, পীবিবা মীদুনা মঙোন্দা

ঈকাযখুন্নবা উৎচনীংবগী খুদম্নি। লিওনটিয়মগী গোর্জিয়স্, কিওসকী প্রোদিকস্ অমদি ইলিস্কী হিপ্পিয়স্ হায়রিবা মীওইশিংসি সহর সহর লৈবাক লৈবাক কোয়না চৎপা মীওই ওাক্তনি। মখোয়না থুংলুবা লমদমশিংদুদা মফমদুগী নহা শঙ্গু-শঙ্গুনা মখোয়দা য়োমশীন্নে। মখোয়বু শেল তিংহন্দনা তাকপী-তম্বিগদৌরিবা মবমদমগী নাগরিকশিংবুনা ইন্থোক্লন্নে হায়বগা, মখোয়না হোৎচীল্লুবিবা মীওইশিং অদুদগী পৈশা ফংবসু নত্তবা, ফংবদি লায়বদনা খরা তম্বিয়ু পৈশাসু পীজগে হায়দুনা ৱাচৎলুবদা য়াব্বিবক্লুবদি স্বর্গ মখুৎনা লাম্ব ফংবগুম নুংঙাইজরবা নহা মখৈনা হাযবিবা মীওইশিং অসিদা ওজা খল্লিবনি। তাঙ্গা অসিদা পলহৌবা যাবা ৱাফম অমনা, মতম অমদা পাবোসতগী পাবিযন ৱাংউবোয অমা এথেন্সতা লাক্তুনা লৈবখি। মহাক্কী মবমদা ঐহাক কবিগুম্বা খরা তাবা ফংজহৌই। মদুনা অসুম্না তারকখিবনি ঃ সোফিষ্টশিংদা পৈশা যাঙ্গোন অমা তিংখ্রবা কালিযস কৌবা হিপোনিকস্কী মচানিপাদু ঐগা নোংমা থেংনৈ। অদুদা, মাসু মচানুপা পোকচবা মীনি হাযবসি ঐসু খঙলদুনা ঐনা মঙোন্দা হায়খি, কালিযস, নহাক্কী নচানিপা অনীদু শগোল মচা, শন্নাউ মচাগুম্বা ওইবন্নগদি মখোযবু লাকপীনবা, পান্নবিনবা মীওই থিবা অদুক হাক্লা ৱাবোই। শগোল শেন্নবা হৈবা মী নত্ত্রগা লৌমী অমা নেকলুবা তাবনি। অদুগুম্বা মীওই অদুনা মখোযগী মশাদা চেনফম থোকপা মতৌশিংদু হেন্না মশক থোকহন্নবা হোৎনবক্কনি। অদুবু, মীওইবা অমসুং লৈঙাক্লোনগী অশেংবা মশক খঙলবা মী ফংলববা? নচানিপা অনী হৌবিবনিনা মসিগী মতাংদা শোযদনমক্কী হান্নবা ৱাখল তৌবম্মনি। মীশক অদুবু ফংলববা? মসিদা মহাক্লা খুমখি, লৈবে। মহাক্তুদি কনানো, ঐনা অমুক হংখি, অদুগা কবি লৈবাক্তগীনো? পৈশাদি কয়া লৌই? মহাক্লা খুন্নকই, পাবিযন ইবনস্ হায়বদুনি। মহাক্লি ঐনা লৈবে হাযখিবদু। মহাক্লা লৌবনা মাইনে[৮] মঙাতনি। মসি তাবদা ঐনা ইতোমতা হাযজৈ, হাযবিবা লৌশিংসিসু লৈববা, অদুগা পৈশাসু অসুক যামদনা লৌববদি, ইবনস অসিদি ওন্থোক্লা মবাযবক ফবা, নুংঙাইবা মীশক হায়বদু ওইবেদনা। মাগী লৌশিংদুবু ঐঙোন্দা লৈজবন্নবদি ঐদি নাপল মথোয় কাবনা মতা অমা ওইবম্মনি। অদুবু অবাবদি, মদুগুম্বা লৌশিংদি ঐঙোন্দা কবিসু লৈজদে।

মতাংসিদা ইচং থৌনা ৱাফম অমখক হায়দোকচগে, হে এথেন্স মচা পুন্নমক, হৌজিক নখোযগী মবক্তগী ঐগী ৱাফমসিবু হঙ্গৎনা ওকপা পাম্বা কনাগুম্বা অমা শোযদনা

থোবক্কনি, অদুগা হাযবক্কদৌরি, ফবেনে সোক্রেটিস, অদুবু নথক্তা শীবক্লিবা নবাদশিং অসিনা কমদৌনা থোবকলিবা? নহাক্কী থবকশিংদা মযামগা মান্নদবা, তোপ-তোপ্পা তাবা কবিগুম্বা খবদি যাওফম থোক্ত্রা? নহাক্লা মী খ্বাইগা মান্নবন্নবদি, নহাক্কী মবমদা থোবক্লিবা পাউনিনখোলশিং, শানবক্লিবা বাবীশিং পূম্নমক অমত্তা থোবক্রম্মোই— অদুনদি, পূম্নমকসি কবিদগীনো হাযবদু ঐখোযদা হাযবো। নথক্তা শমজীনবা বাযেল চংথবসু ঐখোয় পামদে। মতৌ অসুম্না হাযবকপা যাবা বাফম অসি মতীকচানা চঙখোল্লবা বাহং অমনি হাযনা ঐনা লৌজে, অদুনা কবিগীদমক্তা ঐবু অশিংবা মীশক্তি হায়নবগা অসুক যান্না পাউথোকপিবিবনো হাযবদুগী মবমদা মযামদা ঙম্বমখে শেংদোকচগে। অদুনা হৌজিক পুক্নীং চঙনা তাবীবো। ঐগী বাফমসি তাবগা কনাগুম্বনা ফাগী ওইনা খনবীবক্কদবা যওববদি, ঐদি ময়ামগী মফমদা অচুম্বা অদুতা হাযজবনি হাযনা মাঙজৌননা খঙহঞ্জহৌবিবসিনি। এথেন্স মচা পূম্নমক ঐবু অশিংবা মীনি হাযনবগী মিংচৎ অমা লৈবিবসি, ঐঙোন্দা লৈজবা কবিগুম্বা লৌশিং মখল অমখক্সা মবম ওইদুনা হাযনবকপনি। কবম্বা মখলগী লৌশিংনোনে হাযনা হংবিলক্রবদি, ঐ মদু হাযজগে। লৌশিং অসি মী অতৈনসু অদুম্মক ফংবা যাবনি — মসি ফাওবা খঙবা ঙম্বগী লৌশিংদি ঐঙোন্দা লৈবি হাযনা ইশানা থাজবা অমা থমজবী। অদুগা অমবোমদনা, ঐনা পঞ্জখিবা মীওইশিং অদুগী মফমদদি লাইমক্কী লৌশিং চেল্লিবনি। মসি কবিনো হাযবদুদি ঐঙোন্দদি যাওদ্রবনিনা শন্দোক্লা তাকপা ঙমদবসু যাই। অদুনা, ঐঙোন্দা লৈজদবা পোৎশক অদুবু ঐগী লৈ হাযনা হাযবিবা মহাক অদুদি অবানবা ঙাংলবনি— অদুগুম্বা মীশক অদুননি ঐগী মিংচৎতা লৈখোম চাইশিল্লিবসি। মতাং অসি যৌবকপদা, এথেন্স মচা পূম্নমক, ঐগী ৱাঙাং শঙাংসি খবা হেঞ্জিনবগুম তৌববসু, চানবিদুনা মবক থৎপিবক্তনবা হাযজবী। মবমদি ঐনা মখা তানা হাযবক্কদৌবিবা বাহৈশিংসি ইপুকথোক্কী নত্তে। মসিগা মবী লৈননা ঐনা মযামগী মফমদা পূম্নমক্লা থাজবীগদবা সাখী অমা পুথোকচগে। সাখী অসি অতৈ অতোপ্পা অমা নত্তে, দেলফাইগী লাইবেম্বা* মশামক্তি।*কবিগুম্বা ঐঙোন্দা লৌশিং খবা লৈজবা থোক্রবদি, মহাক্লা মযামগী মফমদা লৌশিং অসিগী মবমদা, লোযননা মসি কবম্বা মখলগীনো হাযবসু খঙহনবিবক্কনি। মযাম্না কেবিফোনবুদি খঙবীবমগনি। মহাক অসি মমাঙউঙেদা ঐগা তিন্নজবম্বা মদপনি, মযাম পূম্নমক্কীসুনি। মবমদি, ইকুই কুইদ্রিবগী মমাঙদা মীযাম অমা তাম্থোকখিবগী মবক্তা মহাকসু যাওখিবনি, অদুগা পূন্না

হন্নকম্মিন্নখিবদুনি। ফয়ে, ময়াম্না হেন্না খঙবীববনি— কেবিফোন অসি থবক অমতং তৌবদা যান্না ফিংবা মীতানি। মদুমক্তা মবম ওইদুনা দেলফাই তান্না চক্তুনা কবিমতা নাচুংদনা লাইবাউ ফাওবীনবা হায়কবিবনি— হান্নসু হায়জগ্রে, ঐবু মবক থংপীগনু — মহাক্না চৎলুবগী মরমদি ঐঙোন্দগী হেন্না শিংবা মী লৈববা লৈতববা হাযবসি খঙবা পাম্বদগীনি। মদুদা পিথিয়াগী মাইবীদুনা[১০] হেন্না শিংবা অতৈ কনা অমা লৈত্রে হাযনা খুন্নকখিবনি। কেবিফোন মশাদি তাইবংপানসি থাদোকখবে। অদুম্, ৱাযেনশঙসিদা মযামগী মবক্তা হৌজিকমক তিনবা য়াওবিবা মহাক্কী মনাওনিপানা ঐনা হাযবিবসি মচীনমক্তা অচুম্বনি হাযবদু হংলুবদা হাযবক্কনি।

হংবা যাই, ঐনা ৱাফমসি পল্লুবিবগী মবমদি কবিনো? মসিগী মবম হাযববু ঐঙোন্দা অথীবা মিংচৎ অমগী মপু ওইহনবিবিবসি কবি মবমদগী থোবকখিবনো হাযবদু উৎপা পামজবদগীনি। অদুগা লাইবাউদু তাববা মতমদা ঐনা ইতোমতা হংজখি, লাইবাউনা হাযবিবা ৱাফমসিবু কবি ওইবিদগে? পাখোঙ অসি মতৌ কবন্না ফোঙগনি? মবমদি ঐদি লৌশিং কবিমতা যাওজদবা মীনি। অদুদি লাইবেম্বা মহাক্না ঐবু মীশিংগী মবক্তগী খ্বাইদগী শিংবা মীনি হাযবক্লিবসিনা কবিবু খঙহল্লিবা? মতাক্তি লাইনি, মীনম্বদি ঙাংলোই। ওইদবা ঙাংবদি মহাক্কী লোনচৎকী ৱাংমদা লৈবা থবক্কি। যান্না কুইনা ৱাখল তৌববা মতুংদা ঐনা ৱাহংগী মশক ওইববা বাফম অসিবু চাংয়েং তৌনবা পাম্বে অমা পুথোক্লম্মী। কয়িগুম্বা ঐঙোন্দগী হেন্না শিংবা কনাগুম্বা অমতং থেংনববদি, ৱা শোযবগীদমক্তা লাইগী মফমদা চক্তুনা ৱা নল্লুবা যাবে, অসুম হাযনা খল্লে। মনাক্তা চৎলগা অসুন্না হাযকদৌবিবনি, যেংবিযুদো, ঐঙোন্দগী হেন্না শিংবা মী লৈবে। নহাক্নদি ঐবু খ্বাইদগী শিংবা মীনি হাযবিখিবদায়। অসুম হাযনা খনবদগী ঐহাক লৌশিং লৈবনা নিপা অমগী মনাক্তা চৎলুবে হাযবগা মহাক্কী মবমদা থিজিল্লুবে— মহাক্কী মমিংদি থোইনা অমুক পল্লুবগী কান্নবা লৈত্রবনি। ঐনা চাংয়েং তৌকবিবা মীশক্তু লৈঙাক্লোনশান্নবা[১১] মীনি। উনবব্বদুগী মহৈনা মখাগীসিনি : মহাক্না ৱাবী শানবা হেক হৌরকপদগী হৌনা মহাকসি তশেংনমক লৌশিং চাউবা মীওই অমদি নত্রে হাযবসি ঐ খঙলকখি, মযান্নদি মাবু অশিংবা মীওইনি হাযনা লৌনবিবনি। অদুগা মশানা মশাবু অহোয়নদুম খ্বাইদগী শিংবা মীওইনি হাযনসু খঞ্জবিবনি। মখা তাবকপা ওইনা ঐনা মঙোন্দা নহাক্না নশাবু অশিংবনি হাযনা খঞ্জবিবদু তশেংবদি মদু নত্তে হাযবসি শন্দোক্না

তাক্নবা হোৎনজরুরে। মদুগী মহে ওইনা মহাক্না ঐবু য়েংথীবা অসুম হৌখরে। অময়োমদা মহাক্না ঐবু তাথীবা হৌখিবদু, মফমদুদা তিল্লম্বা ঐনা ভাংবদু তাখিবা মীওইশিংনসু মতৌ তমহৌবে। ঐহাক্না মনাক্তগী অসুম্না ইথন্দা ইবুক্তা শোঞ্জরদুনা থোরকপদা তাখি— ইবানীমক তশেংনা ফজবা হায়বসিনা করিনো, অফবনা করিনো হায়বসি অমতা খঙনদ্রবসু মঙোন্দগীদি ঐনা ফীবম ফরি; মরমদি খঙসু খঙদনা মহাক্না খঙই হায়বনি। ঐহাক্তি খঙসু খঙজদে, খঙদবা অদুবু খঙই হায়নসু খল্লুদে। অকোনবগী মতাংসি য়ৌরকপদদি মঙোন্দগী ঐহাক্না হেন্না খুদোংচাবা অমা লৈরে। মথংদা অমুক মঙোন্দগীসু হেন্না শিংই হায়নবা অতোপ্পা অমগী মনাক্ত চৎলুরে। মদুদসু হান্নগীদুগা অমত্তা ওইরে। তোংজহৌবা অমতং হায়ববু ঐনা মহাকপু মাগী খোঙলোয় ময়ামদুমসু হাপচীল্লগা য়েক্নবা ওইনা ফংজহৌরে।

অদুমকপু য়েক্ন-মরূ হুনবগী থৌওংসি খঙনা খঙনা অমগী মথংদা অমা অসুম তৌদুনা ঐনা চাংয়েংসি চৎথরম্মী। চাংয়েং অসিগীদমক্তা নুংঙাইতবা, নীংঙমদবসু ফাওই; ওইরক্লিবা মহৈশিং অদুগী মতাংদা খল্লুবদা অকিবসু পোকই। অদুবু ইথৌ অমখক্না ইথক্তা নন্দুনা লৈবা হায়বদু ওইখরে— ঐনা খনখিবা হায়ববু অতৈ অরায়বনি, লাইবাউগী অশেংবা অদুখক্ত হান্না পুথোকফম থোকই। অদুনা ইথক্তা হাযজৈ, অখঙবনি হায়নরিবা মখোয় খুদীংমক্কী মনাক্তা ঐহাক চত্তবা য়াদ্রবনি। লাইবাউনা হায়রিবদু করিনো হায়বা তাংদাংবা অমা খঙদোক্তবা য়াদ্রবনি। ঐহাক অশেংবা অদুতা হায়জগনি, হে এথেন্স মচা পূম্নমক, ঐনা তাউবা[১২] মাবু পন্দুনা ৱাশকচরিবসিনি।— ঐদি ময়াম পূম্নমক্তা অচুম্বা অদুতা হায়জগদৌরিবনি— ঐনা কোয়না চত্তুনা হোৎনজরুবগী মহৈনা মখাগী অসি খঙবা ঙমজরে ঃ মিংচৎ হেন্না লৈরে হায়না লৌনবা মখে অদুনা হেন্না হেন্না খঙদবা মীওই হায়বদু ওইরম্মী। মীনা কয়া খঙবীদবা, কয়া শীংথানবিদবশিং অদুনবু থোইনা হেন্না শিংবা, ফবা হেল্লম্মী। ঐনা কোয়না চৎলুবা, হোৎনজখিবশিং অদু য়েংলুবা তারবদি তৌথ্রিবা থবকশিং অদু হর্ক্যুলিস মক্কী থবক্তি হায়নীংই। অৱাবা কোন্জায় খাঙদুনা থিজিল্লুরবা তুংদা লাইবাউ অদুমক ককপা য়াদ্রবা ওইরম্বদুগী মরমদা থেংনরকখিবা ৱারোল পূম্নমক তমজগে। লৈঙাক্রোনশান্নবা মীশিংগা উনরুরবা তুংদা, কবিশিংগী মনাক্ত ঐ অমুক চৎলে। অৱা-পোলোইনবা ইবা, দিথিরেম্ব[১৩] ঈশৈ ইবনচিংবা অয়াম্বা কবিশিং গুন্না মনাক্তা চৎচরুরবনি। মখোয় অমমমগী মনাক্তা চঙলমদাইদা ইশানা ইশাবু চৈজখি, অপঙবা,

হৌজিক্তি নঙগী অশেংবা শকফমদু ফোঙদোকপীবনিদো। মখোয়দগী নহাক্লা হেন্না খঙদে হায়বসি হৌজিক্তি খঙজবনি/ বাখলসি তৌরদুনা ঐনা মখোয মশাগী খুৎইশিংদগী খ্বাইদগী মতীকচানা নৈনদুনা ইববা, চঙখোল্লবা তাক্কক খবা লৌখত্নুনা পুবগা ইবিবশিংদু শন্দোক্লা তাকপীনবা মখোয়দা হায়জক্কই— মসি তশেংবদি ঐঙোন্দা কবিগুম্বা খরা শোয়দনা তাকপীবক্লগনি খন্দুনা তৌজখিবনি। অদুবু ঐনা হায়বক্কদৌবিবসি ময়াম্না থাজবা ঙম্বিগদ্রা? ঐহাক অচুম্বদু হায়দোকপদা তশেংনা ঈকায়বা পোকই। অদুগা মবকসিদা বাফমসিমতংগা হায়জহৌখিগে— ঙসি তিনবিবিবশিংগী মবক্তসু মখোযগী শৈবেংশিংদু মখোয মশানা থাগৎচবগী চাংদগী অমুক্কা হেন্না থাগৎনবোইদবা কনাসু যাওদে। মতাং অদুদনি ঐনা খঙখিবসি, কবিশিংনা শৈবেং ইবিবসি লৌশিংনা নত্তে, পোকপদগী চেন্নবক্লবা মতৌ অমসুং থৌজাল অমা ফংবদগীনি। মখোযদি খেঙ্খাং য়েংবা নত্রগা কিথুম পুবা মীওইগুম্বনি। হাযবিবা মীওইশিং অসিসু নীংথীজবা, চংখোনবা বাফম কযামুক হাযদোকপা ঙমই, অদুবু মখোয়না হাযদোকখ্রিবশিং অদুগী মনুংগী বাদি খঙজদে। কবিশিং অসিসু ঐঙোন্দা হান্নগী মীওইশিং অদুগা মাল্লনা থোক্লবে। মখা তানা ঐনা বাফম অমগা খঙজবকই। কবিশিং অসিনা মশাগী শৈবেংগী মপাঙ্গললনা মবম ওইদুনা মখোযনা তশেংনা খঙলুদবা হীবম অতৈদসু যাম্না খঙ-হৈববা মীওই ঙাক্ত ওইনা উহল্লি। মবম অসিনা, লৈঙাক্লোন-শান্নবশিংদগীদি ঐনা শিংবা হেনবা তাই হাযনা খলহনখিবা মবম অদুমক্লা লমজীং ওইবদুনা ঐহাক কবিশিংগী মফমদগীসু কায়ন-যাথং লৌবকখি।

কোন্নথংদা ঐহাক খুৎনাযবশিংগী মনাক্ত অমুক চৎলুবে। ঐনা শেংনা হাযজগদবদি ঐহাক্তি কবিমত্তা খঙজদবা মীওইনি হায়বা বাখলসি থম্মোয় শেংনা খঞ্জদুনা চৎচক্কবনি। মতমদুদা, মখোযদি মবীক চুম্বা বাফম কযামুক খঙলমগনি হায়বসিনা ঐগী অচেৎপা থাজবী ওইখি। খল্লুবিবা অসিমক কবিসু লাল্লমদ্রে। মবমদি ঐনা খঙজবমদবা অনৌবা লৌশিং কয়া মখোয়দগী ফংলকখি। মতাংসিদদি তশেংনমক মখোযনা ঐঙোন্দগী হেন্না লৌশিং লৈবা হাযবদু ওইববনি। অদুমকপু, সীগুম্বা শক্লায়বা খুৎনায়বশিং অসিগীসু ঐনা কবিশিংগী মফমদা থেংনবকখিবা অশোযবা অদুগুম্বা অমা য়াওবি হাযবসি মখা তানা অমুকসু উবা ফংলকখি। মখোয়দি অচৌবা খুৎনায়বা হাযবদু ওইববনিনা, অতোপ্পা অবাংবা থাক্কী বাফম কয়ামুকপুসু খঙলমগনি হায়না ঐদি খল্লম্বনি। অদুবু যাওবল্লিবা অশোয়বা অসিনা মখোয় মশাগী লৈজরিবা চঙখোল্লবা লৌশিংদুবু খুমজিন্দুনা, কুপশীন্দুনা

লৈবল্লে। মবম অসিদগী লাইবাউগী মহুৎ শিন্দুনা ঐনা ইশাদা হংজবম্মী, ঐনা ঐগী হান্নগী ইশাগী ফীবমসিদা অসুম লৈবনা ফবিব্রা? মদু ওইববদি মখোয পূন্নমক্কী মতৌগুম্না লৌশিং লৈবা মীনিদি হাযনবগা কবিসু খঙদবা অদুদি গুইববোই, নত্ত্রগা মখোযগুম্না খঙবা খঙদব্বা অনীনা পুন্দুনা শাগৎপা ফীবমসিদা লৈসিবা। মখা তাবকপদা, হংজবিবা ৱাহংসিগী পাউখুম ইশানা ইশাদা পীজবা, অদুগা লাইবাউগী মফমদা হঙৎচবসু ওইনা ঐনা ইশাগী হান্নগী ফীবমদা অসুম লৈজবা যাবে হাযনা পীজখি।

মতৌ অসুন্না কূপ্না থিজিল্লুবা অসিদগী মবুক্তা যেকপ্ৰবা, য়াম্না খুদোংথীনীংঙাই ওইববা যেক্লবা কয়া অমা ঐগী মাযোক্তা থোবকপা হৌবে, মী মাঙবা যাবা ৱাফম কযাসু পুথোক্লবক্রে। অমবোমদা ঐবু মীযাম্না অশিংবা মীনি হাযবা অমা হাযবীবি, মসিগী মবম্দি ঐগী ৱাহৈশিংবু তাখিবা মীওইশিংনা ঐনা অতোপ্পদা যাওবা থেংনদে হাযবিবা লৌশিংদু ঐঙোন্দদি লৈ হাযনা লৌনখি : অদুবু অচুম্বদি এথেন্স মচা পূন্নমক, ঈশ্বৰ মহাক্তনি লৌশি৲ লৈবদি। মহাক্না লাইবাউ ওইনা খঙহল্লকপা পাউখুমসিগী পান্দমদি মীওইবা ঐখোযগী লৌশিংদি ফনমক হাযদুনসু মপূং ফাদ্রিবনি হাযবসি নাখৈ শেংনা খঙহনগে হাযবসিনি। মহাক্না তাকপীখিবা ৱাফমদু সোক্রেটিসকী বাফম নত্তে ঐগী মিং সীবু অদুক খুদম ওইনা মথক্কী বাফমসি খঙহন্নবগীদমক্ত শাজিন্নবনি। লাইবাউগী মওংদা মহাক্না তাকপীখিবদু অসুন্না পুথোকপা যাই— হে মীওইবা, সোক্রেটিসকী মতৌগুম নশাগী লৌশিংদি মপূং ফাদবনি হাযবা খঙজববা মী অদুতনা খ্বাইদগী শিংবা মী হাযবদু ওইবনি। মবম অসি লৈবনা ঐহাক্না তাইৱংপানসিদা ঈশ্বৰ মহাক্কী যাথংবু ঙাক্তুনা চৎচৈ লোয়ননা যেংশিনবা অমসুং থিজিনবগী থবক তৌই। কনাগুম্বা অমগা থেংনবদা মহাক্কী লৌশিংবু মুন্না খঙদোক্লবা হোৎনজে। লৌশিংগী মমিবু তাবা উববদি মী অদু লম অসিগী নাগবিক্নি নত্ত্রগা লম্নানবনি হাযবগী খেন্নবা কবিসু থমজদে। কবিগুম্বা ঐহাক্না থেংনজক্লবা মীশক অদুনা লৌশিংগী মপু ওইবমদবা থোক্রবদি, লাইবাউগী অচুম্বদু উৎপা ওইনা মহাক লৌশিং লৈবা মী অমা হাযবদুদি নত্তে হাযবসি উহল্লি। ঐহাক্তি ঐগী শিনফমসিদা মপূং ফানা পুক্নীং লুপচবৰা মীওইনি। মীযামগী অতৈ থবক-থনাদা নত্ত্রগা ইশাগী ওইবা থবকশিংদা কাইথোক্লবা মতম শংজদে। তশেংনা হায়ববদি ঐসে লাই নীংমন্দুনা লায়বচুদৎনবা মী অমা ওইৱিবনি।

অতোপ্পা ৱাফম অমগসু লৈবি : নুংঙাই-যাইফ ইমুংগী মথৌ চিন্দবা নহাশিং, মশানা

পামজবা মতুংইন্না ইনাক্তা লাকই। মবমদি তৌশিন্নবা কাঙবু ফাবগা ঐনা চাংযেং তৌবদু মখোয়সু তাবা পামই। ঐগী মওংদুসু মখোযনা অমুক তম্বজাংনি, অদুনা মী অতৈদা অমুক মখোযনসু চাংযেংগী থবকসি চংথে। মদুদা থুনা-যাঙনা মখোযনা পুথোবকপা ঙম্লিবা ৱাফমদি মশানা মশাবু খবগী মখৈদি খঙজববনি হায়না খঞ্জবা, তৌবদবু কবিসু থোইনা খঙদবা নত্রগা শুকখঙ খঙদবা মীওই কয়ামসু লৈবি হাযবসিনি। মখাদি কবি ওইকব্বনি, মখোযনা চাংযেং তৌকবিবা মীওইশিংদুনা মখোয়দা শাউবদি লায়বদুনা ঐবু ওইনা শাউই — মখোয অদুননি ঐবু সোক্রেটিস হায়বা মফম-মবাং খঙদবা, নহাবোল মাঙহনবা, পুকচেল চুমদবা মী হাযদুনা চৈবিবসি। নখোযনা হাযবিদুবু কবিনো, মহাক্না কবি ফত্তবা তৌখ্রবগে নত্রগা তম্বিবগে হায়না হংলুবগসু মদুগী মবম মখোয খঙদে, হাযবা ঙমদে। অদুবু ৱাহং অসিখক্কী পাউখুম পীনবা হোংনবদা মখোযসি লৌমাঙলবনি হাযবসিদি উৎথোকপা পামদে। মবম অদুনা লৈথক-লৈখাগী মবমদা মহৈ তম্বিবে, লাই লৈ হাযবা থাজদ্রে খ্বাইদগী ফত্তববু খ্বাইদগী অফবা ওইনা উহল্লে হাযবনচিংবা থাযনা মমাঙঙৈদগী হৌনা শেম-শাদুনা থৌবাংদা লৈববা, মখোযনা যানীংদবা বাংউবোযশিংগী মথক্তা লিববা মতমদগী হৌনা মবাল পীনবা হোংনবদা নমশী-শীদুনতা লাক্লবা ৱাশীশিং অসি ঙসিসু হঞ্জিন হঞ্জিন পুখংলক্লি। মখোযনা লৌশিং লৈবর্বনি হাযনা তৌশিন্নবদু খঙদোকখ্রে হাযবসি মশানা যানা উৎথোকপা পামদে — মসিনি অচুম্বদি। অদুগা মখোযশিং অসিদি মশীং যাম্বা, অচাওবম কাবা, চোকথবা নাইদবা, মসিগীসু মথক্তা অচুম অবান থিদনা হেক্তা থেংগাইনবগে হাযবগী মওংদা লালগীদমক্ত শেম-শাদুনা থোবক্লবা, লৈতোন শব্দ পান্দবা কাঙবু ওইবনা, নখোযগী ননাকোংশিংদু মখোযগী মখোল হৌববা, মী মাঙনীংঙাই ওইবা মবা শাংনা চংলবা খুদম-চাংদমশিংদুনা শেগাক কাযনা নিলহনখ্রবনি। ইথক্তা মবাল শীবিবা মীকোক অক্তম — মিলেটস, এনিটস অমদি লাইকন হাযবিবশিংসীনা ৱাকৎ থাঙ্গংলকপসু মবম অসিদগীনি। কবিশিংগী মাযকৈদা মিলেটসকা ঐগা যানদবা অমা লৈখি। এনিটস অসিনা খূংনাযবা অমদি লৈঙাক্রোনশান্নবা কাঙবুগী মাযকৈদগী ওইনা যানখিদে। অদুগা লাইকনগদি বেটোব[১৪] অমা ওইনা যানখিদবনি। হৌবকপদা ঐনা হাযজখিবদুনি, ইথক্তা থোনগংপিবিবা মিংচং থীবগী মপৈসিবু মীংনা কুপ্পদা শীৎ নান্না শেংদোকপা ঙম্নি হাযনা খনবদি ঐঙোন্দা লৈজ্জদে। অদুনা হে এথেন্সকী মীয়াম, মসিনি অচুম্বদু, মপুং ফাববা অশেংবা শক্তমদুনি ঐনা পীজবিবসি। নখোযদা ঐনা

অরোংপা অমত্তা থমজদে, চীনবান লাংবন খোইহী তৈবগী থবকসু তৌজদে। অদুমকপু, ঐগী লৌথুপ-লৌকোয় লৈত্তবা ভাংথোকপগী হৈনবী অসিমক্লা মরম ওইদুনা ঐবু মখোয়না য়েংথীরিবনি হায়বসিসু খঙই। অদুদি মখোয়না ঐবু য়েংথীবিবসিগী মবমসি অমুক য়েংশি। ঐনা হায়জবিবা ৱাফমশিবু ঐনা অচুম্বদুত্তা ভাংজবগী খুদম ওইবোইদ্রা? মসিদগীনি মখোয়না ঐগা ৱা ভাংনবা য়াখিদ্রিবা। মসিনি পূন্নমকসিগী মবম হায়ববু। অদুগা হৌজিক চংথবিবসিদা অমদি তুংদা পায়থংলকপা থিজিনবগী থবক খুদীংমক্তা ময়াম্না থেংনরক্কদৌরিবসু মসিনি।

ঐঙোন্দা ইরাল শীবকপশিংগী মনুংদা অহানবা কাঙবুগী ওইনদি ইশাবু কঞ্জবগী ৱাবোল মতীক চানা পীখবে। হৌজিক অনীশুবা কাঙবুগী মাযকৈবোমদা অমুক ওনশীল্লগে। কাঙবুসিগী লুচিংবদি মিলেটসনি। মহাক্তি মবৈবাকপু তশেংনা নুংশিজবা, ফগ্রবা মীশক্তি। মসি মহাক মশানা হাযজবনি। মখোযগী কাঙবু অসিদগীসু ঐনা ইশা কঞ্জনবা হোৎনবা তাবি : মখোযনা লাই পন্দুনা পীখৎলিবা ৱাবোলদুসু তাসি — মদুদা ৱাফম খবা অসি য়াওবনি, মখোযনা হাযবি, সোক্রেটিস হাযবা নিপাসি ফত্তবা তৌবা মীশক্তি , মহাক্লা নহা মখৈবু লাম্না লমজীংদুনা মাঙহল্লবনি , মহাক লৈবাকসিদা মীযাম্না নীংজবিবা লাইশিংবু থাজদে, মশানা পুথোকচবা লাইঙাক্ত নীংই। মসিনি মখোযগী ৱাকৎ। অদুনদি হৌজিক ৱাফমশিং অসি অমমমতা ওইনা লৌখত্তুনা কূপ্না যেংলসি। মহাক্লা ঐবু ফত্তবা তৌবা, নহাশিংবু মাঙহনবা মীশক্তি হায়। ঐনা অমুক হায়বিবনা, হে এথেন্সকী মীযাম, ফত্তবা তৌবিবা মীওইদি মিলেটস মশামকসিনি। মদুদি কবিগীনো হাযবদা ৱাকৎ পুখত্তুনা ৱাযেন চৎথহল্লিবসি মশামক্লা ফাওবা করেম্নবগী থবক ওইনা পঙতৌ-তৌশিন্দুনা ৱাকৎ থাঙ্গৎখিবদগীনি হাযবসি খঙজবিবা মক্তদা তশেংনা তৌগে হাযনা, থৱায় হুকচাং য়াওনা তৌখিবা থবক মালহল্লি। অশেংবদু হায়বা তাববদি, মপুক্লীং খজিক্ত ফাওবা থিংজিনখিদ্রবা ৱাফমশিং অদুদা মী অতৈবু ৱায়েনশঙদা পুখৎনীংবনা মপুক্ত ৱামৈ ওমদুনা, তৌশিন্নদুনা থৱায় যাওবা, পুক্লীং চংবা শাজিন্নবি। ঐনা হায়বিবশিং অসি অচুম্বমক্তনি হাযবদুসু মযামগী মফমদা চানবা ৱাপা পীদুনা উৎকনি।

সোমদা চঙশীল্লকউ, মিলেটস , ঐ নঙোন্দা ৱা অমতা হংগে। নহাক্তি নহাশিংবু ফগৎহল্লবগী মতাংদা ৱাখল য়াম্না তৌবিবা নত্ত্রা?

চুম্মি, ঐহাক থক্লী।

অদুদি মখোয়বু ফগৎহন্নগদৌবিবশিং অদুনা করি করিনো হায়বদু বায়েনমপুশিংদা অমুক্ত হায়মু। মসি নহাক্লা খঙফম থোকই। ময়মদি নহাশিংবু মাঙহল্লে হায়রিবা মীশক্তু নহাক্লা বানা থিদুনা পুথোরক্লিবসিনি। বায়েনমপুশিংগী মমাঙদা ঐবু পুথোক্নুনা, খুদম পীদুনা ইথক্তা বাকৎ থাঙৎলিবসু নহাক্তি। অদুনা, নহাশিংবু ফগৎহন্নবা তৌরিবদু কনানো কবিনো হায়বদু বায়েনমপুশিংদা অমুক খঙহল্লু।— য়েংউদো মিলেটস, নহাক তুমীন লৈবে, কবিসু হায়নীংঙাই লৈতরে। তুমীন লৈসিনবসিবু ঈকায়নীংঙাই ওইদ্রনে? মদুগীসু মথক্তা, নহাক্তি বাকমসিদা করিসু থোইনা পুক্লীং থিংজিনবা মী নত্তে হায়দনা হায়খিবদুগী মতাংদা য়াম্না খনম্নীংঙাই ওইববা খুদম অমসু মসিনা ওইদ্রিববা? হায়দোক্লোনে মরূপ, মখোযবু ফগৎহন্দৌরিবসি কনানো?

বাযেন পথাপ্না।

ঈকাযখুম্নজবিবা ইবুংঙো, মদুদি ঐনা হাযখিবদুগী মনুংগী বাবোল নত্তে। ঐনা পাম্লিবনা অহানবমক্তদা বায়েন পথাপ অদুবু ফজনা খঙলবা মীশক অদুবু খঙদোকপনি।

বাযেন পথাপ্লু ফজনা খঙবা হাম্বগদি, বাযেনশঙ অসিদা ফম্লিবা বাযেনমপুশিং অসি তাবেদনা, সোক্রেটিস।

কমদৌবা হৌজিক্তিদুবু মিলেটস, নহাক্লা হাযনীংলিবসি নহাশিংবু তাকপি-তম্বিবা অমদি ফগৎহনবগী থবক অসি বাযেনমপুশিংনা ঙস্মিসীবা?

তশেংবমক মদুনি।

অদুদি. বাযেনমপু লোইনমক ঙম্ববা, খবদরা, ঙমদবসু যাওববা?

লোইনমক ঙমই।

ইমা হেরানা[১৫] খঙবীসনু। মদুদি যাম্না ফবা পাউনি। অদু ওইরবদি, নহাশিংবু ফগৎহন্নবা তৌবিবা মীদি মবাং কায়বেদনা। ঙসি তিল্লিবা মীযামসিগী মতাংদদি নহাক্কী কবি মোৎ লৈ? ময়াম অসিসু নহাশিংবু শেমগৎনবা হোৎনবরা?

হোয, হোৎনৈ।

সিনেতরশিংনদি?

চুম্মি, সিনেতরশিংনসু মখোয়গী ফননবা তৌই।

অদুদি, সভাগী মীহুৎশিংনেদি মখোয়গী মাঙনবা তৌবম্বা য়াইনা? — নত্ত্রগা মখোয়সিসু নহাশিংবু ফগৎহন্নবা হোৎনবা কাঙবুবা?

মান্নী, মখোয়সুনি।

মসিনা তাকপদি ঐখক নত্তনা এথেন্সতা লৈরিবা পূন্নমক্লা নহাশিংবু ফগৎহন্নবা, অন্নাংবা থাক্ত লৈহন্নবা থবক তৌরি। অদুনা, লৈবাক অসিদা মখোয়বু লান্না লমজীংদুনা মাঙহল্লী হায়রিবসি ঐহাক ইতোমতা ঙায়রবরা? নহাক্লা অচুম্বা ওইনা পুখোক্লীংলিবসি মসিরা?

মদুমক্তি ঐহাক্লা খোঙফম লেঙদনা চুমহই হায়রিবসি।

করিগুম্বা নহাক্লা হায়রিবসিনা অচুম্বদু ওইরবদি ঐদি ওহোক্লা লাইথক থীরে। অদুমকপু বা অমত্তংগা নঙোন্দা মখা তানা হংলে হায়না খল্লসি ঃ মতাংসিদদি নহাশিংগী বা অসি অমুক্ত থমখিসি। শগোলগী ওইনদি কমদৌবা? মী অতৈ মখৈনা মাগী ফনবা তৌবিরগা মী অমখক্তনা মাঙনবা তৌবরা? অচুম্বদু হায়বা তারবদি মসিগী ওন্ন-তৈনবদুমক ওইরোইদ্রা? মরমদি মাগী ফনবদি মীওই অমখক্লা পাঙথোকপা ঙমই হায়বা য়াই, অদুগা মাগী ফনবা তৌবা গুম্বা মীশীং অসি থোইনা য়ামদে হায়না লৌরবসু য়াই; হায়বদি শগোল শেন্নবা মীশক অদুখক্লা মাগী য়াইফনবা থবক পায়খৎলিবনি। শগোলদুগা মরী লৈনবা মী অতৈনদি থোইনদুম মঙোন্দা অশোক-অপন নংহল্লিবা নত্তরা? শগোলদা পানশিন্দুনা য়েংবদসু ৱাফমসি চুমদরনে, মিলেটস? অতৈ শাশিংদা ওইরবসু অসুম চুম্নোইদ্রা? নহাক অমসুং এনিটস নখোয় অনীনা ফনা হায়নীংবা হায়য়ু, চুমদুনা লৈরগদবা ৱাফম্নি। নহাশিং অসিগী মাঙনবা তৌই হায়রিবনা মী অমখক, ফনবা খনবীরিবনা লেমহৌরিবা মী পূন্নমক — মসিনা তাকপদি মখোয়গী ফীবমসিদি খন্থক্লবদা য়াম্না নুংঙাইনীংঙাইনি। তৌবদবু নহাক নশামক্তি মখোয়গী য়াইফনবগী মায়কৈদা থওইনা পুক্লীং থিংজিল্লুবা লৈখিদে হায়বসি মিলেটস, নশামক্লা মতীক চানা প্রমাণ তৌখ্রে — অমরোমদা নহাক অসি য়াম্না চেকশিন্দবা মীনি হায়বসিসু ইথক্তা থাঙৎলকখিবা নহাক্কী ৱাকৎশিংদুগী মরমদা নশানা মমূৎ তানা খন্থহৌদবগী মমি তারিবসিনা উৎলে।

মিলেটস, হৌজিক নঙোন্দা অতোপ্পা ৱাহং অমগা হংখিগে — জিয়সনা[১৬] খঙবীসনু, মসিমদি ঐ হংগেকো ঃ ফত্তবা নাগরিকশিংগী মরক্তা লৈবগা অফবগী মরক্তা লৈবগা অনীসি করম্বনা ফৈ? ঐনা হংজরিবসি খুম্বিয়ু, মরূপ। ইরায় লায়না পাউখুম পীবা য়াবা ৱাহংনি। অফবা কাঙবুনা লৈমিন্নরিবা য়ুমলোন্নবশিংগী মফমদা অফবা ব্যবহার থন্নবা, অদুগা ফত্তবা কাঙবুনদি নত্তবা ব্যবহার চৎপসি তৌব্রা?

তশেংনা তৌই।

অদুদি লৈমিন্নরগা চাওখৎমিন্নগে হায়বদি খন্দ্রদুনা মাঙজগে হায়না খনগদবা মীসিবু লৈব্রা? পাউখুম পীয়ু, লৈবাকমচা তারবা মরূপ, ৱায়েনগী মতুংইন্নসু খুমফম থোকপনি — মাঙজবসিবু থৌওইনা পান্নবা য়াওব্রা?

অশেংবনি য়াওদে।

মদু ওইরবদি নহাক্লা ঐবু নহাশিং লান্না লমজীংবা, মখোয়গী লমচৎ ফংলহন্দবা মীনি হায়না ৱাকৎলকখিবা অদুবু করম্বা মওংদা মাঙহনবনি হায়রিবনো? মখোয়বু তৌগে য়াওনা মাঙহনবরা নত্ত্রগা থৌওইনা খল্লুদনা মাঙহনববা?

ঐগী ওইনদি মদু তৌগে য়াওনা তৌবনি হায়রিবসিনি।

অদুবু অফবা মীনা য়ূমলোন-কৈবোন্নবগী ফনবা তৌই, ফত্তবা মীনা মাঙনবা তৌই হায়বা ৱাফম অমা নহাক্লা হৌজিক হাযখিবদা ঙাযবী। হৌজিক যেংউ — চুন্নবা ৱাফম অসিবু নহাক্কী অৱাংবা থাক্কী লৌশিংদুনা, নশাগী চহীমকসু অদুক হাক্লা লৈশীন্দ্রিঙৈ মতম অসিদগী হৌনা খনবদি ঙল্লে হাযরগা, ঐদি ঐগা লৈমিন্নগদৌবিবা অদুবু ফত্তবা লম্বীদা চিংশিল্লুরবদি মহাক্লসু ঐগী মাঙনবা তৌরক্কনি হায়বসি ঐগী চহী মতাংসি য়ৌরক্লবা ফাওবদা কবিমত্তা খঙদনা তশেংনমক অমম্বদা লৈবি হাযবসিবা ■ লৈমিন্নবিবদুবু মাঙহল্লিবসু ঐহাক, মদুসু তৌগে যাওনা তৌবনি—মসিনি নহাক্লা হায়বিবনা। মসিদি ঐ ইশাগীদি থমখো, অতৈ কনানসু থাজবিররোই। ঐনা মখোয়বু ফত্তবা লম্বীদা লমজীংদে। তৌরম্বা য়াওরবসু মদু ইশানা খঙজদনা পাঙথোকখিবা ওইগনি। মবম অদুনা খন্নবিবা ৱাফম অসি নাকল অনীমক্তগী যেংবদা থোরক্লিবা ৱাদি, নহাক যান্না চাউনা মীনল্লে হায়বসিনি। ঐনা লঙজকব্বা ইরালদু খঙনা তৌখিবমক নত্তুবনিনা, ৱায়েন পথাপ্নসু মসিবুদি অহকপা মরাল ওইনা লৌনদে। অমবোমদা অমুক, নহাক্লা ঐবু কৌথোক্তুনা সীগুম্বা থবকসি মতুং-মনাও তৌদনবা লনাই ওইনা তাকপীবগা লোয়ননা ৱারক-ৱাতেম তৌবিরম্বা ফাওবা য়াবনি। করিগুম্বা মাঙজৌননা লমজীং-লমতাক ফংজরল্লবদি, তৌগে খন্দনা তৌখিবদু মতুং তানা তৌবা তোক্লমগনি। মসিদা করিসু চিংননীংঙাই লৈতে। ঐহাক শোয়দনমক্কী তোক্রমগনি। অদুবু কদায়, নহাক্তি কৌন-ঙাংনবা ফাওবা তৌবমদ্রে। কবিমত্তা তম্বিরমদ্রে। অদুগা হৌজিক্লা ঐহাকপু লনাই পাউতাক পীফমসু নত্তবা, চৈরাক পীফম ওইরিবা ৱায়েনশঙসিদা নহাক্লা পুখৎপিরে।

এথেন্স মচা পুন্নমক, ঐনা হাযজখিবদুনি — মিলেটসনা সীগুম্বা ৱাখলসি খক তৌখিদে হাযবসি অসুম অসুম মযেক শেংবা হেল্লক্রনি। মিলেটস, ঐনা নহাশিংবু মাঙহল্লী হাযদুনা হৌজিক ফাওবা হাযবিবদুবু করম্বা যুম্ফ মদা লেপ্লিবনো, অমুক্তং খঙবা পাম্মী। ঐঙোন্দা শিবগী চৈবাক পীগদবনি হাযনা থাবা নঙগী ৱাকৎচে অদুগী মবমদি ঐনা খনবদা, নহাশিংদা লৈবাকসিগী যানববা ঈশ্বরশিংবু নীংদনবা, তিনমু-লাইমুশিংগী শক্লোন থাজনবা অমসুং মখোযবু লাই ওইনা নীংনবা ঐনা তাকপী তম্বী হায়বা অমা যাওবিবদু ওইবমগনি হাযনা নীংই। নহাক্না পল্লিবশিংদুগী মতুংইন্নদি অঙাং মাঙহন্নবা তাকপী-তম্বী হাযবিবা পাবাদু ঐনা হাযবিবশিংসি ওইবা তাই।

হোয, মদুমক্লি ঐনা কন্না হাযবিবসু।

অদুদি মিলেটস, থাজদে হাযনবিবা লাইশিংদুনা সাখী ওইহল্লগা হাযনীংলিবদু মী অতৈনা লাযনা খঙগদবা বাহৈদা হাযবো, ঐবুসু ভাব তাহল্লো। ৱাযেনশঙসিবুসু খঙহল্লো। মবমদি ঐহাক্না মীওই খবদদি অতোপ্পা লাইশিং নীংউ হাযনা তম্বিবে হাযবিবনিনা ঐসে তশেংনমক লাই থাজদবা মীদি নত্তে হার্যবিবা কবি হাযবিবনো ঐদি লৌফম খঙদ্রে। ৱাফমসি নহাক্কী ৱাকৎচে অদুদদি মযেক শেংনা যাওবা থেংনদে। মদুদা পল্লিবদুনা ঐনা নীংউ হায হাযবিবা লাইশিংদুদি লৈবাক অসিনা লাৎনদবনি হাযবসিনি। অদুনা ঐঙোন্দা শীবকপা মবাল অমমুক চোংথোবক্লে হাযবা তাই — অতোপ্পা লাই নীংবগী। মসি নত্ত্রে হাযবগনা শন্না ঐসি লাই থাজদবা অমদি থাজদনবা তম্বিবা ওজানি হাযগে হাযবিববা?

মদুমক্লি ঐনা হাযবসু — নহাক লাই তশেংনা থাজদবা মীনি।

কয়াদা ঙকখ্রবা বাফন্নো! কবিগীনো অসুন্না খল্লুবিবদুবু, মিলেটস? নুমিৎ থাবু লাইনি হায়না মযান্না থাজনবিবদু ঐদি থাজবম্মোই হাযনা খনব্রনে নহাক্না?

ৱাযেনমপুশিংগী মফমদা ঐনা হন্না হন্না হাযজবিবসিনি, মহাক অসি লাই থাজবা মী নত্তে, নুমিৎপু নুংনি অদুগা থাবু লৈবাক্লি হাযবিবা মীশক্লি।

মব্দপ মিলেটস, নহাক্কীসিদি ঐবু কাউথোক্নুনা অনাক্সাগোবসপু ওইনা মবাল শীগে খল্লমান্নে। ক্লেজোমেনিযাগী অনাক্সাগোবসনা ইবা লাইবিক্তুদা নহাক্না হাযবিবা ৱাশিংদু যান্না যাওই হায়বসি ৱাযেনমপুশিংনা খঙলন্নোই হাযনা খল্লীববা? মদু ওইববদি, নহাক্না মখোযগা মীচং ওইমিন্নসি হাযবা যাববোইনে। তৌবদবু সীগুম্বা মবমশিংসিদগী নহাশিংবু সোক্রেটিসনা মাঙহনবনি হাযনা লৌনবি। অদুবু হাযবিবসিদি থিয়েতবদা য়ান্না

তোয়না উৎলবা লিলা[১৭] ঙাক্তনি (অযেংমনসু যান্নবদা দ্রাকমা[১৮] অমখক্তনি)। অদুনা সীগুম্বা অঙকপা ৱাফমশিংসি পুথোকই হায়বগদি, অযেংমনগী পীগদবা পৈশা খবদু পীথোক্লগা মাগী মতৌ তমদুনা কৃম্মে ওইনা উৎলিবদু যেংদুনা থবায় তানা নোকথোকলুবা য়াবনি। মিলেটস, নহাক্লা ঐবু লাই অমতা থাজদবা মীনি হাযনা লৌবে হায়বসি তশেংনা শোযদ্রববা?

জিযসনা সাখী, নহাক লাই থাজদবা মীনি।

কনানসু নঙবু থাজবীববোইনে, মিলেটস। মীদি থমখো, নশামকসু নশানা হায়জবিবদু থাজবন্নোই হাযনা ঐদি কন্না খল্লী। এথেন্সকী মীয়াম, মিলেটস অসি ৱাখল চনীং তাদবা, হৌনৈ হৌনদে থিদবা মীনি হাযবসি ঐহাক খন্দবা ইঙম্মক ঙমলোইদৌবি। মহাক্কী ৱাকৎচে সীমসু নহা ওইবগী হে-তোংবা ৱাখলনা মাঙওইনদুনা কনানা কৈদৌজবনি হাযবগী নাপলনা লমজীংদুনা, শুপ্নগী নহা লিংজেল উৎচনীংবদগী থাবা ওইবমতাবে হাযবসিমসু খন্দবা ঙমদ্রে। মাগীসিবু ঐঙোন্দা চাংযেং তৌবিবা নত্ত্রনে? মপুক্লীংদা খল্লিবদু ঐ হাযবক্কে ঃ মযাম্না অশিংবনি হাযনবিবা সোক্রেটিস অসে ঐনা ফাগী ওইনা মনীং মমাঙ-ওন্নবা ৱাফম অমা থাঙ্গৎপদা ফাবা ঙমব্রা ঙমদব্রা যেংগে, নত্ত্রগা মী অতৈগা পুন্না অপঙবা তাহনবা ঙমব্রা যেংগে, অসিনি। ঐনা মসি হায়বগী মরমদি মানা ঐবু লাই থাজদে অমুক হায থাজে অমুক হায তৌদুনা মশাগী বাকৎচেসি মতোমতা ককচবগুম তৌবে— অসুন্না তৌবা হাযবসিদি তৌবিবা থবক্তুদা খোযজঙদে তাকপনি।

হে এথেন্সকী মীযাম, ঐনা নখোযদা হাযজবিবদি ঐনা মহাক্কী অবেগ্না লৈতবা মতৌ অসিবু চাংযেং তৌবদা শকক যাবিযু অসিতনি। অদুগা মিলেটস, নহাক অমদি ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীদবা যাদ্রবনি। তিনবিবিবশিংগী মফমদসু ঐনা হৈনজবা ৱাঙাং চৎথজবদা মবক থৎপীবক্তনবা অমুক্তসু হন্না নীংশিংজবী।

তাইবং মীওইবা যাওদনা মীওইবগা মবী লৈনবা পোৎশক, হীবমশিং অদুদবু ওইনা থাজবসি তৌনব্রা, মিলেটস এথেন্স মচা পূন্নমক, মহাক্লা ঙাইহাক লৈতনা মবক থৎকদবগী হোৎনবিবসিবু কবিগীনো? মসিগী মহুত্তা ঐনা হংলিবসিগী পাউখুম ওইনা খুমহন্নীংই। যেংউ, শগোল কৌবা শা অমা লৈ হাযবদি খন্দনা শগোল তোংবগী মহৈ অদুবু মনীং-মখা তন্না লৈবা হীবম অমনি হাযনা লৌনবসি যাওখ্রববা? বাঁসী খোংবগী থবক হায়বা অমা লৈ হায়বদি খন্দনা বাঁসী খোংবগী মহৈ অদুতবু তোপ্না লৈজবা হীবম

অমা ওইনা খল্লবা লৈরবরা? তৌনখিদ্রি, মরূপ। নহাক্না নশাগী পাউখুমদি পীরবনিনা, হংলিবা ঐনা মসিগী পাউখুম অসে নঙোন্দসু, বায়েনশঙ অসিগী মফমদসু পীজরগে। অদুবু মথংগী বাহং অসিমতংদি পাউখুম পীবিদবা য়াদ্রে ॥ থবায় নত্ত্রগা ঈশ্বরগী ওইবা শাফোঙলকপা মতৌবুদি লৈ হায়না খনবা, অদুগা থবায় নত্ত্রগা লাইশিং অদুদি লৈ হায়না খন্দবদি ঙমগদ্রা?

মদুদি ঙম্মোই।

বায়েনশঙ অসিগী মপান্না হায়রিবা পাউখুমসি খরা বাজরবসু ফংবা ঙমলিবা ঐসি কয়াদা লাইবক ফগ্রবনো। অদুদি অমুক য়েংশি, নহাক্কী বাকৎচেদুদা অচুম্বা ঙাংবগী বাশক লৌবদুনা হায়রিবদাই — ঐনা ঈশ্বরগী নত্ত্রগা থবায়গী মরমদা তাকপী-তিকপী তৌই হায়দনা। মদু ইশামকসু য়াই, মদুদা থাজবসু লৈজে। (থায়নগী ওইরবসু, হৌজিক্কি ওইববসু ওইনিংবা লাই ওইসনু, অকায়বা লৈতে)। য়ামদ্রবদা থবায়গী মতাংদদি মহাক্না পাঙথোকপা থবকশিংবু ঐনা থাজে হায়বসি অচুম্বনি — মসিমসু নহাক্কী বাকৎচেদুদা হায়রী। ঐনা ঈশ্বরবু অমদি মাগী শক্লোনবু থাজববদি মতৌ করম্না উমংলাই, লাইগী মচাশিং অমসুং অতৈ লাইনাউ খিবিকপুসু কৈদৌবগী থাজবোয়দৌরিবনো? থাজফম থোক্তবরনে? ময়েক শেংনা হায়রবদা থাজফম থোকই। মতাংসিদা নহাক্না তুমীন লৈরবনিনা ঐনা হায়রিবসি নশানা য়ারে হায়না লৌরে। ফরে, লাইগী মচা-মশু অদুগা উমংলাইগুম্বশিং অসিদি কনা কনানো? মখোয়সিসু লাইগা মীগা চারৌ-মৌরৌনদুনা শন্দোকপা নত্ত্রা?

মান্নী, অশেংবনি।

মদুদনিনে ঐনা নঙগী বাকৎসি ফাগী তৌগে খন্দুনা পুখৎলকপনী হায়দুনা হেক হেক হায়রিবসে। লাইগী মচাশিং, উমংলাইশিং অসিসু লাইনি হায়রে। মমাঙদনা ঐবু লাই থাজদবা মীনি হায়খ্রে। অকোনবদনা ঐবু লাই থাজবা মীনি অমুক হায়রে, অসিগুম্বা লাইশিং অসিবু থাজে হায়বসি নশানসু য়ারবনিনা। লাইগী মচাশিং অসে লাইশিংনা উমং -বামঙগী লাইরেম্বীশিং নত্ত্রগা অতৈ মমা ওইগদবী কনা-কনাগুম্বীগা মরী লৈনদুনা পোক্লকপনি হায়বসি য়াবগা লোয়ননা (মসিনা মরম ওইদুনা মখোয়বু লাইগী মচা হায়নসু কৌনরিবনি) লাইগী মচাশিং লৈ হায়বসি য়ারবদা লাই লৈতে হায়রবদি অমুক থাজখিদ্রা? মসি হায়বা হায়বদি, প্রমান অমদা খচ্চর কৌবা শাদি লৈ, মদুবু পোক্কদৌরিবা শগোল অমসুং লোলা কৌবা শাশিং অদুদি লৈতে হায়বগা অমত্তনি। অসিগুম্বা মখলগী অর্থ

থোক্তবা ৱাফমশিংসে, মিলেটস, নহাক্লা ঐবু চাংয়েং তৌগে হায়দুনা নপুক্নীন্দা খল্লুবদগী পুখোরকপা ওইদনীংঙাই ৱা লৈতে। মসিবু ৱাকৎচেদা হাপচীনখিবা অদুসু ইথক্তা শীননবা চপ-চাবা মরাল ফংত্রদুনা নহাক্লা হেক্তা হাপচীনখিবনি। অমরোমদা, লৌশিংগী মরীক অমতা ওইরবসু চেঞ্জরিবা মীশক অমদা নহাক্লা পুখৎলক্লিবা ৱাফম — লাই অমসুং লাইগী লৌশিং লৈ হায়বসি থাজরিবা মীশক্তুনা লাই, লাইগীমচা, অদুগা মীওইবশিংগী মরক্তসু লাইগী মশক লৌবা অকন-অথৌ কয়া লৈ হায়বদি থাজবা ঙমলোই হায়বসি তাহল্লুবদা থাজবীয়ু খক য়ারোই।

মিলেটসকী ৱাকৎকী পাউখুমদি ঐনা মতীক চানা পীজরে; মসিদগী হেন্না পাক-শন্না ইশা কঞ্জনবা হোৎনরুবা অরেম্বনি। অদুবু ইশামক্লা মীনা য়েংথীররুবগী লম্বী ফাৎলুবদগী ঐগী মায়োক্তা থোরক্লিবা য়েক্লবশিংগী মশীং কয়া যাম্বগে হায়বদুসু ঐ চপ চানা খঙই। ঐগী অরোইবা মতমদা সোর শৎলগদৌরিবসু মসিননি — ঐবু তুহনগদৌরিবদি মিলেটসনসু নত্তে, এনিটস মহাক্লসু নত্তে। ঐগী অরোইবা পুংফম পুবক্কদৌরিবদি, অফবা মীওই কয়াগী থৱায় লৌগ্রবা, তুংদসু কয়ারক হন্না মাঙফম ওইরবা যারিবা, তাইবংপানসিগী হৌনশা কলক-য়েংথীবা অমসুং মীগী মিংচৎ মাঙহনবা পাম্বা হায়রিবশিং অসিননি। অদুগুম্বা মীওই কয়া কয়াদুগী মরক্তা ঐহাক্লা ইকোন কোনবা মীশক্তু ওইবনি হায়না খল্লুবা যাদে।

মতাংসিদা কনাগুম্বনা হায়রকপা য়াই ঃ— সোক্রেটিস, মনুং-মতম চাদনা নপুন্সী লোইশিনহন্নবগী মবম ওইরিবা নরমচৎ অদুগীদমক্তা ইকায়ত্রা? মীশক অদুমক্তদা ঐনা মখাগী পাউখুমসি থম্মোয় পেন্না পীজগে ঃ ৱাফম অদুদনি নহাক্লা শোয়রিবসে। অফবা হায়বদু শরুক খরদং ওইববসু য়াওরিবা মী অদুনা হিংবা শিবগী মরমদা খুৎ থেক্তুনা পাফম থোক্তে। মহাক্তি থবক অমা তৌবদা শুপ্নতগী তৌবিবদু চুম্না তৌরিবরা নত্রগা লান্না তৌগ্রবরা — হায়বদি মহাক মশানা মীফগী শাজৎ চৎলিবরা, মীফত্তগী চৎত্রবরা হায়বদু খক্তনি মুন্না খন্থগদবা। তশেংনা হায়রবদা মীৎযেং অদোমদগী য়েংলবদি, ট্রোইগী লানফমদা তুখিবা ইপা-ইপুশিংদু পংফ-ফবা ওইহল্লোইদৌরি। ময়ামদুগী মরক্তা খাইদগী হেন্না ফত্ত্রবনি হায়না লৌবা তাবা অমতংগী খুদম পীবা তাববদি মায়খুবগা য়েংনবদা খুদোংথীবতবু খক থৌশাখিদ্রবা থেটিসকী মচানিপা অদুগী মমিং পনবা তারক্লি। হেক্টরগী থৱায় লৌদুনা লম্নন খুমনীংবনা পুক্নীং ফাথবা ঙন্নক্তবা মতম অদুদা, পোকচবী মমাইবেম্মা

লাইবেম্বী মশামক্লা মঙোন্দা তাকপীখিবনি মদুদি মাগী মৰূপ পেট্রোক্লস হাৎখিবগী লমন খুমদুনা হেক্টৰবু হাৎলুববদি মশাগী পুন্সীসু লোইববনি — মমাইবেম্মগী ৱাহৈশিংদু চপ-চানবমক নম্ভ্রবসু মখাগী অসিগুম্বা মওংদা তাকপীখিবনি, "নোংদম্বনা নহাকপু লৈবিবনি ওাইদুনা হেক্টরগীদি মথংদা"। অসুম্না তুংদা থোক্লগদবা ৱাফমবু মনাকোংদা তাহনবীববা ফাওবদা, মহাক্তি খুদোংথীবা অমসুং শিববু কবিসু ওইদনা খনখি। কিবা, নাচুংবদি লাযবদুনা ঈকায যিব্দক খুম্না লেনগদবা পুন্সী মবেল অদুতবু থোইনদুম কিজখী, মৰূপকী লমন খুমদনা তোকপনা হেন্না ৱাজখি। অদুনা পাউখুম পীখিবনি, "উচেক মচীন শাববা হিজাউসিগী মনুংদা, তাইবংপান পুম্বগী নোক্লফম, মালেমসিদা পোৎলুম ওই হিংগদবা শকক্তি, শিখিসনু খুদক্তা শিংলেম্নগা লমনসে য়েক্লবগী মথক্তা।" একিলিস অদু শিগনি, খুদোংথীবা নংগনি হায়না খনখিববা? মবমদি নিপা ওইনা পোক্লবা মপোক্তা মশামক্লা খঞ্জবা মফম নম্ভ্রগা মথক থোংবনা লৈয়ু হাযদুনা লৈহল্লিবা মফম অদুদা নুংঙাইবা মতম খক খল্লগা লৈগে হাযবা অৱাবা পুংজাদদি থাদোক্তুনা চেনগে খনবদি যাদে। মদুদগী মিংচৎ থীবা ওইগদৌবিবদ্‌ খম্বুবা তাই। হে এথেন্স মচা পুম্নমক, হাযবিবসি যাম্না শেংলবা ৱাফমনি।

ঐদি মতম তম্নদা মীযাম্না হাপখিবা লাঞ্জিং পুরেলশিংগী যাথং তুংইন্না পোটিদিযাদা, এমফিপোলিসতা দিলিযমদা লৈয়ু হাযবা মফমদতা লৈদুনা অতৈ কন্নাদগীসু তাদনা অশিবগা মাযোক্লবকখ্রবনি — ঐনা হৌজিকপু কবিগুম্বা পুক্লীংদা খঞ্জবিবা, ফাওজবিবা অসিগী তুংইন্না, ৱাংউবোম্ন অমা ওইনা ঐবু ইশামক্তা অমদি অতৈ মীশিংগী থম্মোযনুংদা থিবগী খোঙচৎ চৎথৌ হাযনা মপু মানা অনীংবা খঙহনবিবক্লবা মতমসিদা শিববু কিবদগী নম্ভ্রগা অতৈ অকিবা মখল কযাদগী, ঈফম থাদোক্তুনা চেনবা তাববদি, হে এথেন্স মচাশা, ঐগী অসিগুম্বা লমচৎ-শাজৎ অসিবু উবগা মীয়াম্না পীগুম শুকপা তাবনি। তশেংনমক মসি অঙকপা অমা ওইগনি, কবিগুম্বা ঐনা শিবা কিদুনা লাইবাউবু থৌশাদ্রবা, শিংসু শিংদনা শিংই খল্লুববা। শিবা কিবদগী লাই লৈ হাযবসি ঐনা যাবমদবা থোক্লবা, ঐবু বাযেনশঙ তান্না ইশা শাগল লাক্তুনা চিংলক্লগা খোঙ্গোয়নবিবা চুমগনি। মবমদি, শিবা কিবা হাযবসি তশেংনমক লৌশিংদি লৈতনা লৈবা শাবনি, শিববু কি হাযবনা অশেংবা লৌশিং খক ওইবোই খঙদবদুবু খঙই হাযদুনা তৌশিন্নবা ওইগনি। অমবোমদা অমুক যেংশি — কিবদগী খ্বাইদগী ফক্তবা, অমাঙবগী মশক ওইবা পোৎশক

ওইনা লৌনবিবা শিবা হায়বসে খ্বাইদগী ফবা পোৎশক অমা ওইবল্লোই হায়বসু কনামতনা খঙনদ্রিবা ৱাফমনি। খঙঙুদ্রিবা পোৎশক অদুবু খঙই হাযব্বনা, নাপল তৌবা তাহাল্লবা লৌশিং লৈতবগী মতৌসিবু য়াম্না চোপ্নীংঙাই ওইখ্রবা অপঙবগী মতৌ ওইবোইদ্রা? মতাংসিদনি মী অতৈগা ঐগা খবা খেন্নে হাযনা ইতোমতা খঙ্গবিবসি, অদুনা মখোযদগীদি ঐনা শিংবা হেল্লি হাযনা ৱাতান্[১৯] তৌবসু যাই ঃ— খাদা লৈ হাযনবিবা খমনুং লৈবাক্তুগী মবমদা ঐদি খঙদবগা অমহানিনা, মদুগী মবমদা খঙই হায়না খক খঙ্গদে। ঐনা খঙজবিবা ৱাফম অমতং হাযবা তাববদি, লাই ওইসনু মী ওইসনু, ঐখোযদগী হেন্না ফবা, ইথক-থোংবা মহাক অদুগী মফমদা অবানবা চৎপা, মহাক্না হাযবা ইন্দবা হাযবসিমদি ফত্তবা থবক্নি, ইশাগী মিংচৎ, ঈকাযখুম্নবা মাঙবা থবক্নি। অদুনা শোযদ্রে খঙলবা ফত্তবদুগী ৱাদি থাপ্না থমখ্রসী, ওইনীংঙাই লৈবা অফবা অদুবুদি ঐহাক কৈদৌঙৈদা কিবোই, থাদোকপসু তৌবোই। হৌজিক মবাল লৈ হাযদুনা ৱাযেন চৎথবিবা অসিদা ঐঙোন্দা শিবগী চৈবাক পীগদবনি হাযবিবা এনিটসকী (মহাক্না মসি হাযবমদ্রবদা ইথক্তা ৱাযেন চৎথবম্বা হৌনদে) মবোলসি মযাম্না লৌদ্রে হাযনা খল্লসি। মতাংসিদা নাহোক্নবগী তাঙ্গা ফংখ্রবদি ঐনা মবম ওইদুনা নখোযগী নচাশিংদু পূম্নাঙ মাঙদৌবিবনি কোইৱা তাবদা — সীমসু থৈদোক্তুনা থম্লগা, নখোযনা সুমহাযনা তাকপীবে হাযনা লৌবসি ঃ— সোক্রেটিস, হন্দক্কী মতাংসিমদি ঐখোয এনিটসকী মবা তাববোই। নহাকপু থাদোকপিবনি। তৌবদবু যানবা অমখক্তংদি ঙাক্নবা তাই। নহাক অমুক হন্না হান্নগুম্না হংবা-থিজিনবগী থবক তৌবা যাববোই। হন্দকমুক কবিগুম্বা থেংনবা থোক্রবদি শিবগী চৈবাক্তগী নাহোক্কনি খক খল্লুনু। নখোযনা ঐবু থাদোকপিবগী যান-বাফমদু মসিনি হাযনা লৌবসি। মদুদা ঐহাক্না পাউখুমসি পীজগনি—এথেন্সকী মীযাম ঐহাক্না মযামবু ঈকাযখুম্নজে, নুংশিজে, অদুম্নদি ওইবগা নখোযগী যাথং ঙাকপদগীদি মপুগী থৌদা ইনবনা হেন্না পামজে। অদুনা, পুন্সীসিনা লৈবিমখৈ, ইপাঙ্গলনা যাওবিমখৈ, ৱাংউবোলগী লম্বীদা চৎচবা, মসিগী মবমদা তাকপগী থবক চৎথবা খক লেপলোই। থেংনবা খুদীংমক্তা চেকশীন্না লৈযু হায়বা তোকলোই। ঐনা হৈনজবা মওংদুদা মঙোন্দা অসুম্না হাযজগনি ঃ চাউববা, মতীক লৈববা, লৌশিংগী পুক্কে ওইবিবা এথেন্স সহবসিগী নাগৰিক ওইবিবিবা মৰূপ, লম্থুম, ঈকায়খুম্নবা অমদি মিংচৎপুদি মপৈ মপৈ পৈশিন্নবা হোৎনবগা, লৌশিংনা কবিনো, অচুম্বনা কবিনো, অদুগা থৱায়বু খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্ত পুখৎলবগী পাম্বেনা কবিনো

হায়বসিগী মতাংদনা করিমতা খল্লিবা, থওই-বাওইনা তৌদ্রিবা, মায়কেসোমদা পুক্কীং খজীক্ত যাওবা থিংজিন্দ্রিবা অসিগীদমক ঈকায়বা করিসু পোকপিদবা? মসিদা ইমাগুদগী মীদুনা অমুক অসুম্না হায়রকই হায়না খল্লসি, নত্তে, নত্তে, ঐদি মদুগী মতাংদা য়াম্না খঙবা মীনি। মদু ওইরবসু মহাকপু খুদক্তা থাদোকলোই, হেক্তা চৎলহনখিবা তৌরোই। বাহং হংবা, চাংয়েং তৌবা অমদি বা চপখৎপগী থবক চৎথখিদৌরিবনি। অদুগা অসুম্না তৌবদা মঙোম্দা অচুম্বা-লীচৎকী[২০] শরুক্তি য়াওদনা য়াওই হায়জীনবনি হায়না খল্লবদি, অহেনবদুবু হল্লনা লৌবগী অদুগা হল্লবদুবু হেনগৎনা লৌরম্বগীদমক্তা মঙোম্দা পেন্দবা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্কনি। বাহৈশিং অসি থেংনবা পুম্বদা, নহা, অহল, লৈবাকসিগী মীওই অমদি লম্লানবা য়াওনা ঐনা হল্লা হল্লা হায়জগনি। মরুওইনা ঐখোয়গী নাগরিকশিংগী মফমদনি ঐনা থোইদোক হেন্দোক্না হায়জগদৌরিবসি, মরমদি মখোয়সিনা ঐগীদি খ্বাইদগী নক্কবা ইচিন-ইনাওশিং হায়বদু ওইরি। ঐনা হাযজরিবসি ঈশ্বরগী য়াথংনেনি হাযবসু ময়াম পুন্নমক্না খঙবীয়ু। সীমসু ঐনা থাজে, ঐনা ঈশ্বরগী থৌগল তৌজরিবা অসিমক লৈবাকসিদা অতৈ কনানা তৌনবা য়াওদ্রি। করম্না হায়রকপা তারবদি — নহা, অহল খাক্তনা ইশা ইশাতগী ওইজবা, লম্বুম তানসিনবা খক্তগী বাখল তৌদনবা, মরুওইনা থব্বায়গী লৌশিং ফংনবগীদমক থৌরাং তৌনবা নখোয় খুদীংমকপু য়াহন্নবা হায়দুনা, কোযনা চত্তুনা তক্কবগী থবক অদুদনি ঐনা তৌরিবসি। ময়াম পুন্নমক্তা হায়জরিবসিনি, অচুম্বা লীচৎতি শেলনা লৈবা ফংবা নত্তে। অমবোমদনা অচুম্বা লীচৎ হাযবসিদগী শেলখক্ত নত্তে, মীয়ামগী ওইরবসু লনাইগীবু ওইববসু অতৈ অফবা হায়বা পুন্নমক্তু থোবকই। মসিনি ঐহাক্না হায়নীংবা বাফমদি, করিগুম্বা ঐগী অসিগুম্বা পাউজেলসিনা[২১] নহাশীংবু মাঙহল্লী হায়রবদি, ফরে, ঐসে মীফম্ত ওইরে। অদুবু কনাগুম্বনা ঐগী পাউজেন্দি মসি নত্তেকা হায়বা য়াওরক্লবদি, হায়রিবা মীদো ওইদবা ঙাংলবনি। মরম পুন্নমক অসি লৈবনা, হে এথেন্সকী মীয়াম, নখোয় পুন্নমক্তা ঐহাক্না হায়জরিবসিনি — এনিটসনা সুম তৌ হায়বদু তৌবিরবসু য়াই, মানা তৌনু হায়বদু তৌবিদ্রবসু য়াই। ঐবু থাদোক্কে নীংলবসু থাদোকপীয়ু, থাদোক্রোই খল্লবসু তোকপীয়ু। অদুবু থাদোকপিরবসু থাদোকপিদ্রবসু, কয়ারক হল্লা শিবা তারবসু, সীমতংদি খঙজীনবিয়ু — ঐহাক্তি ঐগী লম্বাসিদগী খক হোংলরোইদবনি।

এথেন্সকী ইচিম্নাও পুন্নমক, মরক থৎপীখিনু, ঐনা হায়বসি তাবীয়ু। ঐনা হায়গদবা

পূন্নমক লোইবা ফাওবা তাগনি হায়বগী য়ানবা অমা হান্নদগী লৈপ্রবনি। হাযজগদবা ৱাফম খবসু লৈবি। মসি তাবদা নখোয মযান্না লাউ-খোংদুনা ৱা নমহন্নবা তৌবকপা য়াই। অদুবু ঐগী ৱাসি তাবনা নখোয়দা হেন্না কান্নগনি হাযবসি ঐহাক থাজে। মবম অদুনা, মযাম পূন্নমক্তা লাউ-খোংবগী থবকসি তৌবিবক্তনবা খুৎ লোন্নদুনা হাযজবী। নখোযদা খঙহন্দবা যাদবা ৱাফমদুদি মসিনি — কবিগুম্বা নখোয মযান্না ঐবু হাত্তোক্লবদি, মদুনা ঐঙোন্দা মাঙহনবদুদগী নখোয নশাগী মাঙজবনা হেনগনি। ঐবুদি কবিগুম্বা অমতনা শোকহন-মাঙহনবা তৌবোই। মিলেটসনসু ঙম্মোই, এনিটসনসু ঙম্মোই — মখোযনা কবিসু তৌবা ঙম্মোই ঐঙোন্দা। মবমদি ফত্তবা মীদা মঙোন্দগী হেন্না ফবা, অফবা মীদুবু শোকহন-মাঙহনবগী অযাবা পীবা লৈখিদ্রি। অদুবু, এনিটসনা মবম ওইদুনা অদুগুম্বা মীদুবু হাত্তোকপিবা, মীবমদা লোই থাখীবা নত্ত্রগা মীওইবা অমা ওইবগী ফংফম থোকপশিংদু মৎপীখিবা যাবগী ওইথোকপা লৈ হাযর্বাসমদি ঐহাক ককপা তৌজদে। মদু তৌবদা মী অদুদা ঙম্বমখে শোকহল্লে, মাঙহল্লে হাযদনা মহাক্লা লৌজবম্বদি যাই, মীযাম্না নীংনবসু যাই। মসিমদি ঐহাক যানিংদ্রে। মবমদি, মহাক্লা তৌবিবা থবকসি তৌকবগী ফত্তবদুমক্লা — হাযবদি মবম চাদনা মীগী থবায লৌবসির্গী ফত্তবা অদুনা — অতোপ্পা মীশক্তুদা শোকহন-মাঙহল্লে হাযবিবা অদুদগী শকক যান্না হেল্লবনি।

অদুনা হৌজিক্তি এথেন্সকী মীযাম পূন্নমক তাবীযু, ঐনা হাযজবক্কদৌবিবসি লন্নাইগী ৱাফম নত্তে। মযান্নদি অদুম্না খন্নবম্বসু যাই। নখোয মযামগীদমক্তনি। মপু মাগী খুদোল ওইবিবা ঐবু চৈবাক পীদুনা মাগী খুযাখাদা নবাল লঙশীল্লুদনবা হাযবিবনি। অমবোমদসু, ঐবু হাত্তোক্লগা ইহুৎ শিনবিনবা অমা তবাই-তবাইনা ফংগনি খল্লুনু। ঐহাকসি কনানো হাযবা অমুক্কা শক তাকচবা তাববদি, মযান্নদি নোক্লীংবা যাই। অদুমওইনমক, প্রমান অমদা হাযববদা ঐ অসি ঈশ্বরনা লৈবাক অসিগীদমক খনবীদুনা থাবীবকপা শাহযিংনি[২২] হাযবা য়াই। প্রমানসি মখা চৎথবা ওইনা অসুম্না অমুক্কা হাযবসি। ঐখোযগী লৈবাক অসিনা নোয-পেল্লবা, চৎপদা মঙম শান্দ্রবা, মশা খীংহন্দবা যাদ্রবা শগোল অমনি। ঐ অসিনা লৈবাক্কী মশক ওইবা শগোল অসিদা তোংলুবো, চীকলুবো হাযদুনা লাইনা থাবকপা শাহযিং অদুনি। মবম অসিনা নুমিৎচুপ্পা মচি মচি খুদীংদা, নখোয মযাম্বু মিৎকপ থোকহন্নবা, ভাব তাহন্নবা, অদুগা পেন্দবসু ফোঙদোক্লবা হাযদুনা ঐনা শাগোম্নদুনা অসুম লাকলিবসিনি। নখোযনা ইকোম কোম্না ঐগুম্বা অমমুক হেক্তা ফংনি হাযবদি

নীংলুনু। মবম অসিনা ঐগী থবায় লৌগনু হায়বা পাউতাকসি নখোযদা পীজগে। মসি তাবদা (তুম্লিগঙদা খঙহৌদনা হৌদোকপিববা মীগুম) নপুক্লীংদা শাউনিংবা পোক্কনি হাযবসি ঐ থৌনা ফনা হায়বা ঙস্মী। অদুগা এনিটসনা হাযবগুম নঙগুম্বা অমগী নথায লৌববু কবি লৈবপোৎনো হাযনসু নীংলিগনি। ঐ অমা শিগ্রবা তুংদা, কবিগুম্বা নখোয়গী নথক্তা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী অতোপ্পা শাহযিং অমমুক থাবিবকপা থোক্তুগদি, লেমহৌবিবা নপুগীদু নুংঙাইনা তুমদুনা লেনথোক্কে হায়নসু খল্লিনি। মসিনা মসি ওইবে,, মখাসিদি ঐহাক অসি ঈশ্বরনা নখোযদা দান তৌবিবকপনি হাযবসিগা মবী লৈননা ঐনা থৌদাং-খোঙচৎসি চৎথবকই হাযবগী খুদমশিং পীগে ঃ— কবিগুম্বা ঐনা মী অতৈগা মান্নবন্নবদি ইশাগী তৌগদবা কযা থৌশাদনা লাকলিবসি খক তৌবমলোই। চহী কুল্লাং অসুপ যাম্বসি তৌগদবা অতৈ থবক কযা থৌশাবকখিদবদা নত্তনা মতম হৌখিবদুবু খাঙহৈনা য়েংদুনা লেল্লকপসি তৌবমলোই। অদুগা তৌবম্মোইদবা থবক অমগা অমুক হাযববদা, নখোয অমমমগী নাক্তা লাক্তুনা মপা নত্ত্রগা মযাম্বা অমগুম, অচুম্বা— লীচৎকী লৌশিং লৈননবা পাউতাক পীদুনা, নশানা তৌজগদবা থবক ঐনা তৌবক্লিবসিনি। সীগুম্বা লমচৎ-শাজৎসে খ্বাযগা মান্নদ্রবনি হাযবদুসু ইচীনমক্লা হায়দোকচববসিনি। মসি তৌবগী ঐঙোন্দা কান্নবা লৈবন্নবা নত্ত্রগা ঐগী পাউতাকশিং অসিগীদমক্তা অবামল ফংলম্বা থোক্লবদি মানা তৌবির্বসি মবম লৈদুনা তৌবিবনি অসুন্না হাযনবমগনি। অদুবু ঙসি, মসি মযান্নসু খঙবীবক্কনি, ইথক্তা ব্রাকৎলিবা কাঙবুশিং অসিনা ফনমক মমায যোৎ তোপতুনসু ঐহাক্লা কনাগুম্বগা মনতিক্লখি নত্ত্রগা কনাগুম্বদা পৈশা পীযু হাযখি হাযবসিমতংদি ইচং ফনা থৌদুনসু হায়বা ঙম্লোই। মসিগীদমক্তা সাখী ওইবিনবা মীসু লৈতে। ইশাগী ওইনদি হায়বিবসি অচুম্বনি হাযবসিগী চপ চাবা সাখী পুথোকপা ঙমজে — ঐ লাযববা মীনি।

কনাগুম্বনদি কবিগীদমক্তা ঐনা ইবন্নাই ইথৌমক ওইনা কোয়চৎ চত্তুনা পাউতাক পীবিবা অমদি মী অতৈগীদমক্তা ব্রাবীবিবা কবিগীনো, মীয়াম মমাঙদা থোবক্তুনা লৈবাক অসিবু অপুনবা ওইনা পাউতাক পীবদ্রিবদি কবিগীনো হাযবসি খনবদা ঙকপীবম্বা যাই। মদুগী মবম অদু ঐহাক হাযজগে। ঐঙোন্দা মতম মতমগী ওইনা, তোঙান তোঙানবা মফমদা লাইবাউ অমা তাহল্লকপা নত্ত্রগা খুদম অমা হেক হেক পীবকপগী ব্রাফমদি মযান্না তানবম্মনি। মসিবুনি এনিটস্না মাগী ব্রাকৎচেদা ঐগী লাই হায়দুনা লঙনবিবদু। পীবক্লিবা খুদমসি খোঞ্জেল ওইনসু তৌই। ঐনা অঙাং ওইবিঙেদগী হৌবদুনা উহল্লক্লবনি,

খঙহল্লক্লম্বনি। মসিগী হাযববু অপনবা পীবা, তৌবন্নু হাযদুনা থিংবা খক্তনা মথৌনি। ঐনা তৌগে খঙ্গবা থবক অমত্তা মহাক্না তৌবো হাযদুনা হেক্তা য়াথং পীবকপদি মবৈত্রে। মসিননি ঐহাকপু লৈঙাক্লোনশান্নবা মী অমা ওইবমগদবদা ওইহনখিদ্রিবা। ওইহল্লমদবসিমক চুন্নবনি হাযনা ঐহাক খল্লী। মবমদি হে এথেন্স মচা পূন্নমক, ঐনা লৈঙাক্লোন শান্নবা মী অমা ওইবন্নবদি ঙহান্না ইপুঙ্গী লোইবগদবনি হাযবা ব্বাফমসিমদি শোয়দ্রবনি। নখোযগী ওইনসু ইশাগী ওইনসু অফবা, কান্নবা অমত্তা পাঙথোকপা ঙমদনা তোক্লমগনি। অচুম্বা হায হাযদুনসু ঐবু ব্বাবৌবিগনু ঃ অচুম্বা হাযবা তাববদি মবৈবাক্কী লান্মী তেঙ্গোলদনি খঙদে মীগীদনি খঙদে যাওদুনা লাল শোক্লবিবা লান্মী অদুগা অমুকসু লৈবাক অমগী মনুংদা চৎথবিবা ব্বাযেন পথাপ লৈতবা চুমদবা থৌওংশিংগী মাযোক্তা লেপ্তুনা থম্মোয শেংনা চুমথোক্লবা হোৎনখিবা মীশক হাযবা মখোয অসে মথবায কঙ্গবা ঙম্লবোইদবা কাঙবুনি। অচুম্বগীদমক্তা লাম্থে৲নগদৌবিবা মীশক্তুদি মিৎকুপ খবদ হিংলম্বা তাবসু মশা মবোমদোমগী ওইবা মফম অমা কঙ্গবা তাই মীযাম মবক্তা পূল্লনবদি ওইববোই।

ঐনা হাযখ্রিবা ব্বাসে থাজনবা খুদমদি পীদনা ব্বাহৈতনা তাব্লগা তোকপসু তৌবোই হেন্না অবাংবা থাক্ত মযাম্লা থম্বিবিবা থবক্কী খুদম অদুনা উৎচগে ঐগী পুন্সীদা থোকখিবা থৌদোক অমগী ব্বাবী অমা লীবগা। মসিনা ঐহাক শিবা কিদুনা অবানবা ফিবেপকী মফমদা খক চঙজখিদে হাযবসি উৎকনি। অদুগা ব্বাফম অমনা 'চঙজৌ হাযবা যাবন্নোইদবনিনা' ঐহাক খুদক্তা থবায মাঙলম্বা যাবনি হাযবসিগীসু চানবা খুদম পীগে। বাযেনশঙগী বাবী অমখক লাবগে। তাবদবুদি থোইনা নুংঙাইতবা যাই, অদুবু অচুম্বদি অচুম্বনি। হে এথেন্সকী মীযাম, ঐহাক্না লৈবাক্কী থৌগায পুবম্বা হাযববু মতম অমা সিনেটব ওইবম্বা অদুখক্কি। অর্গিনুসিগী লাল[২৩] লোইববা মতুংদা লানবূংদগী লান্মীশিংগী অশিবা হকচাং লৌথোবক্তে হাযদুনা লাঞ্জিংপুবেন খবগী মথক্তা ব্বাযেন তৌখি। মদুদা ব্বাযেনশঙগী মযায তাংবল লৌবগী শরুক্তু এন্টিওকিস সলাইদা তাখি। ঐসু হাযবিবা সলাইদুগী মীনি। মতম অদুদা মীযাম অপূম্বনা মখোযগী মথক্তা ব্বায়েন তৌদবা যাবোই অমসুং চৈবাক পীগদবনি হাযনা কন্না তকশীন্নখি। কোন্নবুদি মদু ব্বাযেন পথাপকী ওইনা ওন্ন-তৈনবা থবক্কি হাযবা খঙনবকখি। অদুবু মতমদুদা ব্বাযেন পথাপকী ব্বাংমদা লৈবা থবক্তুগী মাযোক্ত লেপ্তুনা যানিংদবগী ব্বাবোল থাঙ্গৎখিবা মীশক্তুদি প্রিতেনি[২৪] মযামগী মবক্তা ইতোমতনি। ঐ ইথন্দনা ময়ামগী মাযোক্ত খূৎ থাঙ্গৎখ্রিবদুনি। ওবেতব

মখৈনা ঐবু ফম লৌথোক্কনি, ফাগনি হায়দুনা কিহনবা হৌরকখি। মীয়াম্নসু চৈ-থাংবা, লাউ-খোংবা কয়া তৌনরকখি। অদুবু, কৈশুমশঙদা থম্বা অমসুং শিবা কিবদগী ময়ামগী অরানবা ফিরেপ অদুদা ঐহাক শরুক য়াখিদে। মদুগী মহুত্তা ব্রায়েন পথাপ অমদি অচুম্বা ফিরেপ অনীমক্তা ঐগী নাকন্দা তোংলিবনিনা, খুদোংথীবদু মায়োক্লগে হায়না চপ য়ুংনো লেপখি। হায়রিবা পুন্নমকসি লৈবাকসিদা মীয়ামগী লৈঙাক[২৫] চৎলিঙৈ মতমদুগী ব্রানি। অমুকস্ মী কুষ্টানা[২৬] লৈঙাক চুপ্নী পায়রবা মতমদুদা ঐবু অতোপ্পা মীওই মরিগা লোয়ননা মখোয়গী ফমফম রোটুন্দা অদুদা কৌখৎলকখি। অদুগা সলামিসতা চত্তুনা লিওন কৌবা সলামিস মচা অমবু ফাদুনা পুরক্লবা য়াথং পীবকই। ফাবক্লগা মাবু হাৎকে হায়বগীদমক্তি। মসিমসু মখোয়না চৎথরিবা মরালশিংদুদা য়ারিবমখৈ মী পকশীন্নবা তৌরম্বা থৌওংশিংদুগী মনুংদা অমনী। মসিগী মখা তারকপদা থোকখিবদুদি অসুম্নবু হাযজনীংই — থব্রায় মাঙগনি হায়বগী ইকা অমা ফাওবা নাচুংদনা, ঐগীদি অরানবা, শেংদবা থবক অদু তৌরুদনবা হেক ঙম্বমখৈ চেকশীঞ্জবনা মকওইবনি খনবদগী মখোযগী য়াথংদু চীন্না লাল্লি হায়রম্বতা নত্তনা থবক ওইনসু উত্তুনা ইনখিদে। মীওং মীনৈদা হালেঙদ্রবা কাঙবুদুগী পাঙ্গল লৈরবা খুৎ অদুবু কিদুনা ঐনা অবানবদু তৌখিদে। বোটুন্দাদগী থোরক্লগা মখোয় মরিনা সলামিসতা চৎখরে; লিওনবু ফাদুনা পুবকখি। ঐনা তুমিন ইয়ুমদা হল্লকখি। কুষ্টাগী মতম্না ইকান কান্নদনা লোইশিনখিবা নৎলমদ্রবদি, ঐনা তৌখিবা থবক্তুগী মহে ওইনা ঐহাক থব্রায় মাঙলম্বা শোয়দবনি। ঐগী ব্রারীসি চুমই হায়না সাখী পীবিনবা মী কয়াসু থোরক্কনি।

হৌজিক অমুক্তা য়েংসি — ঐনা করিগুম্বা মীয়ামগী থৌগায়সু পুরম্লবা, অদুগা ঐদি অফবা মীনি হায়দুনা অচুম্বা ঙাক্তুনা চৎপগা লোয়ননা অচুম্বা ফিরেপ্তবু পুন্নমক্কী মথক্তা থমদুনা থবকসু তৌরম্লবা, চহী অসুক শাংনা হিংলকপসি ওইথোক্লমগদ্রা? ওইথোক্রোই, মসি তশেংলবনি এথেন্সকী মীয়াম, ঐ খক্তগী ব্রাফমসু নত্তে। অতৈ অতৈগী ওইনসু ওইররোইদবা ব্রাফন্নি। অমরোমদা, ঐদি মীয়ামগী থবক্তসু লনাইগী থবক্তসু মনুং মপান নাইনা খক চৎলকখিদ্রবনি। মসিদসু নত্তে, ঐগী ছাত্রনি[২৭] হায়না শেরান-তুরান হায়জীনবিরিবা মখোয় অদুগী মতাংদদা নত্তনা, হম্বুবা থাক্কী থবক অমা তৌসি হায়না হৌদোরকপদা কনাগীসু মব্রা লৌরক্তবনি। মসি হায় হায়দুনা মখোয়সি নত্তবা ঐগী লেঙদবা ছাত্রশিং লৈ হায়নসু খনবীগনু। অদুবু, নহা অহল খাক্তনা ঐগী থৌদাং

খোঙচৎসি চৎথবিঙে মনুংসিদা ইনাক্তা লাক্তুনা ঐগী ব্না তাবা পাম্বিববা মীওইদুদি ঐনা চংলক্কনু খক হাযজবোই। শেল পীবা ঙম্বা মীওই খন-খন্দুনা ব্বাবী শাবসু ঐদি তৌজদে। লাযববা ওইসনু, ঈনাকথুনবা ওইসনু, হংনীংবা হংবিববা, ঐনা হংবদসু পাউখুম পীবিবকপা অদুগা ঐনা ঙাংবসু হেক্তা তাবিববা যাই। অদুগুম্বা মীশক অদুনা কোম্না অফবা ফত্তবা ওইবকপদুদি ঐঙোন্দা থঙজীনবিবক্কনু। মবমদি ঐনা মী অমদা মসি তৌ মসিনা তৌনু হাযনা তম্বিবসু লৈতে, তম্বিগনিসু হায়খিদে। অদুনা মী অতৈনা ফোংনা হাযদোক্লদবা ব্বাফম ঐনা মঙোন্দা তম্বিবকই হাযনা কনাগুম্বনা হাযবকপা যাওববদি, মহাক্তু মীনম্বা ব্বা ঙাংলবনি হাযবসিমত্তং ঐ হায়জগে।

অদুবু ঐঙোন্দা অমুক্কসু হংলকপা যাবি — মীশিংসিনা নহাক্কা অসুম ব্বাবী পঙশাদা শানবদা নুংঙাইবিবসিবু কবিগীনো? এথেক্স মচা পূম্নমক, ব্বাফমসিগী নুংগী অচুম্বদুদি ঐনা নখোযদা হাম্ননা খঙহনগ্রবনি ঃ লৌশিং লৈবা শাশিন্নবা কাঙবুশিংবু ঐহাক্কা মমুৎ তানা চাংযেং তৌবদু মখোযদদি যাম্না নুংঙাইজবা অমা ওইনা থোক্রম্বা তাই। মখোযদদি লিলা যেংবা ওইনা তৌববজাৎনি। কুপথনা চাংযেং তৌবগী ইথৌসিদি ঐঙোন্দা ঈশ্ববনা শিন্নবিবকপনি। মসিদি লাইবাউগী থোঙদা, লাইনা থাবকপা শক্তম[২৮] কযাদা, শম্না হাযববদা ঈশ্ববগী অনীংবদু তৌবা ঙম্বগী তাইবং মীওইবদা উহনবিবকপা, খঙহনবিবকপগী পাম্বে খুদীংমক্কা খুদম পীদুনতা লাক্রবনি। হে এথেক্সকী মীযাম, ঐনা হাযর্জবিবসি শেংলবনি। কবিগুম্বা লাল্লম্বা থোক্রবদি থুনমক অবানবদু হেক্তা পুথোকপা য়াবা ব্বার্ফম্ন। কবিগুম্বা ঐনা নহাশিংবু অবানবা লম্বীদা পুশিল্লম্বা নত্ত্রগা হৌজিকসু পুশিল্লিবা ওইববদি মতম অমদা মখোযনা জ্ঞান মপূং ফাদ্রিঙৈদা ঐনা অশোযবা পাউতাক পীখিবনি হাযবা খঙবা ঙম্লবা হৌজিক্তি চাউবা মপূং ফাববা মীওইশিংদুনা মাঙজীন থানা থোবক্তুনা ইথক্তা ব্বাকৎলগদবনি। ইথক্তা লমন খুম্নগদবনি। মখোয মশামক থোবকপা পামদ্রগসু মখোয়গী মবী-মতা, মপা-মতোন, মচিন-মনাও, অতৈ ঙাই-শেন, ইমুং-মনুং থোবক্তুনা ঐনা মখোযদা থোকহনখিবা অমাঙ-অতাশিংদু থিন্দুনা তাক্রবগদবনি। হৌজিক হৌজিকমক মদু তৌবগী মতম চপ চাববনি। হাযবিবা মীওইশিংদুগী মবক্তা কযা অমদি হৌজিক ব্বাযেনশঙসিদা তিল্লিবা মীযাম্লক্তা য়াওবী হাযবা ঐহাক খঙই। ঐগী চহী লেঙ্গাসু ওইবা, অদুগা দীমসু[২৯] মান্নবা ক্রিটো যাওবী। আদা মাগী মচানুপা ক্রিটোব্যুলস্ লৈবিবা অসিসু উই। স্ফেৎতস্কী ইস্কনিস্পু পোকপা লিসানিযস্ অসিসু অমনি — মহাকসু যাওবী।

অদুগা, এপিগিনিস্‌পু পোকপা সেফাইসস্‌কী এন্টিফন্‌সু য়াওবী। ঐগা তিন্নবকপা কয়াগী ময়াম্বা মনাও কয়া অমসু তিনবিবি। দিওস্‌দোটিদিস্‌কী মচানুপা নিকোস্ত্রাটস্‌ যাওবে, দিওদোটস্‌কী মনাওনিপাসু লৈবে (দিওদোটস্‌ মশামক্তি তাইবংপান থাদোকখ্রে, অদুনা মাগী মনাওনুপানা হাযনীংবা হাযবদা লাক্কুনা অথিংবা পীববোই) অদুদগী অমুক দেমোদোকস্‌কী মচানুপা প্বালসস্‌ যাওবী, মাগী মযাম্বা থিযগিস কৌবা অমসু লৈবম্বনি, এবিষ্টন্‌গী মচানুপা অদাইমেন্টস্‌সু য়াওবী, মহাক্কী মনাওনুপা প্লেটোসু ময়াম মবকসিদা উবা ফংই, মথংদা অপোলোদোবস্‌কী মনাও আইযান্টোদোবস্‌ মহাকসু যাওবী। মখোযশিং অসিদসু নত্তুনা অতৈ কয়া অমসু মিং পন্দুনা শীংথাবা যাবির্বনি। হায়বিবা মীওই কয়াসিবু মিলেটসনা মাগী রাবোল পুথোবকপা মতমদা সাখী ওইনা পুথোকপিবকপসু যাই। মহাক্কা কাউবম্বা থোক্লবসু ঐনা মিং পনখ্রিবসিদগী নীংশিংদুনা পুথোকচবকসনু — মাগীদমক্তা লম্বী ফাৎচবমগে। মহাক্কা চানবা খুদম পুথোক্তুনা উৎপা ঙমগনি হাযনবু খঞ্জববদি, মাবু অমুক হাযহর্নসি। মসিমসু ওইববোই, এথেন্সকী ইচিন ইনাওসা, ওন্ন তৈনবা অদুনা অচুম্বা ওইববনি। মবমদি মিলেটস, এনিটস অনীনা মখোযগী মপাচা মযেল্লুশিংবু অবানবা লম্বীদা পুশিনবা, মখোযবু মাঙহনবা মীনি হাযদনা হাযবিববা ঐহাক অসির্গী মায়কৈদা ওইনা মখোয়দি থোক্তুনা সাখী ওইগদবগী থৌবাংদা লৈবি। মাঙহনবিবে হাযবিবা নহাশিং অদুতা নত্তে ঐগী মাযকৈদা তোংলিবসি -- মখোযগী ওইনদি ঐঙোন্দা মীচং চংবগী মনুংদা মবম অমবু লৈবম্বা যাই — অদুবু ঐনা মবম ওইদুনা অবানবা লম্বীদা খোঙদাখিদ্রি হাযবা যাবা, ঐগী শঙ্ম লাংখিদ্রিবা মখোযগী অহল-লমনশিং অদুসুনি। কবিগীদমক্তা মখোয অসিনদি সাখী ওইনা থোবক্তুনা ঐবু শৌগৎকদৌবিবা? তশেংনমক হংবা যাবা রাফম্নি। মসিগী মবম হাযববু অতৈ অমা নত্তে, অচুম্বা অমসুং অচুম্বা ফিবেপকী মায়কৈদা মখোযসু লৈবদগীনি। মবমদি ঐগী বাসিনা অচুম্বনি, মিলেটসকিনা শাজিন্নবা অবানবনি হাযবসি মখোযনা খঙই।

ফবে হৌজিক্তি, মসিনি ঐনা হাযজনীংবা এথেন্সকী মীযামদা, অদুগা ঐনা হাযজগদবা খবদুসু অসিগুম্বা রাফমশিংসি ঙাকনি। অদুম ওইনমক রাফম অমতগা হায়জহৌখিগে। কনাগুম্বা মীওইশিংদি ইথক্তা চৎথবিবা রায়েনগী থবক নত্ত্রগা মসিদগী খবা লাযবা মতাংদা রাযেনগীদমক্তা রাযেনশঙ কাবদা ওস্থোকপা মখলগী থবক-থৌদৌ তৌথোবকপা যাওনবিবনি। মপি চদুম চদুম শীঙ্খবদুনা রাযেন মপুদা হাযজ-চৎচ তৌগনি, মযাম মমাঙদা

মচা-মশু পবেং শানা লেপহন্দুনা মিনুংশি ফংনবা হোৎনগনি। কনানা মদুবু থম্মোয় শোকপা শক্তম নত্তে হাযরুনি? অদুগা, মচাশিংদসু নত্তনা শাগে-নাতে, মফাপ-মপিজা হূপ্পা হাযজহন্দুনা মশা চৈবাক্তগী নাম্ভোকচনবা হোৎনবা যাওনবি। পূম্নমকসিগী মওং-মতৌবু নীংশিংলুবগা ঐঙোন্দা ৱাবৌবা য়াওনবম্বসু য়াই। অমবোমদা ঐদি থবায় মাঙবা যাবগী অকিবদু মযেক ফনা শেংলবা ফাওবদা, মদুগুম্বা থবক্তু কবিসু তৌবোই। খেন্নবা অমা লৈবিবসিগী মতাংদা খল্লুবগা ৱায়ৌগদৌবিবা মীশক অদুনা ঐগী মাযোক্তা লৈখিবা ওইবম্বসু যাই। মসিনা মবম ওইবদুনা অমুক্কসু পেন্দবদগী অশাউবনা মাঙওয়নখিদুনা খূৎ থাঙ্গৎনবদা মাযোক্তা লেপকে হাযবক্কনি। অদুনা হৌজিক কবিগুম্বা মযামগী মবক্তা সীগুম্বা মীওই যাওববদি — বাবৌবিগনু, যাওই হেক্তা হায়বগী ৱাফমদি নৎচদে — কবিগুম্বা যাওবম্বা থোক্লবদি মঙোন্দা পাউখুম অসি হান্না মবীক চুম্না পীজহৌগে ঃ মফাপ, ঐসু মীনি, অতৈগুম ঈ-তোংনা শাবনি। হোমবগী বাহৈদা হাযবগনা "নুং, উগুম্বনা' শাবা নত্তে। ঐসু যূম পাল্লিবনি, ইমুং লিংলিবনি ইচানিপা পোক্লিবনি। এথেক্সকী ইচিন্নাওসা ঐগী ইচানিপা অহুম পোকই অমদি শাবেপ ফাদৌবে, অনী অমদি অঙাং ওইবি। অদুবু ঐবু থাদোকপীযু হাযজহন্নবগীদমক মফমসিদা মখোয়বু পুবক্লোই। কবিগীদমক্তা লাকহল্লোইদৌবিবা? মসি ঐনা নীংজবা লম্বাদা চুমদ্রিংনা ঈনখিবগী ৱাফম ঙাকসু নত্তে। মযামবু উশিৎ-থওইদবগী ৱাফমসু নত্তে। ঐহাক শিববু কি নত্ত্রগা কিদে হাযবসিনা পূমতোপ তোপ্পা ৱাফন্নি। মদুগী মবমদদি মফমসিদা ঐহাক হৌজিক হাযজববোই। তৌবদবু মীয়ামগী অপাম্ববু ঈকাযখুম্নজবা মবম্না, অসিগুম্বা মখলগী লমচৎ-শাজৎসিবু ইশাগী ওইনা, মীয়ামগী ওইনা অমদি লৈপাক অপূম্বগী ওইনা মিংচৎ মযেং তাবা, ঈকাযনীংঙাই ওইবা থবক্লি হাযনা ঐনা লৌজে। ঐগী চহী মতাংসি যৌববা, লৌশিং লৈবগীসু মমিং অমা লৈজববা কনাগুম্বনা মশাবু অদুক যাম্না হুম্বহনবা হৌনদে। ঐঙোন্দা থম্বিবিবা মযামগী মীৎযেংসি ঐগা যেংনবদা মতীক-মপা চাবম্বসু য়াই, চাবমদবসু যাই, অদুমকপু কবিগুম্বা অমা লৈদুনা খ্বাই-খিবিক্লা মী অতৈদগী সোক্রেটিসনা মকোক থোংনা লৈ হাযবসি লেপ্পববনি। লৌশিংদনি খঙদে, থৌনাদনি খঙদে, অচুম্বা-লীচৎ অমদনি খঙদে মকোক থোংবনি হাযনা লৌনববা নখোয়গা পুন্না লৈমিন্নবিবা মীশক অদুনা মতৌ অসুম্না মশাগী ঈকাযখুম্নবা মাঙহজ্ঞববদি, মাগী লমচৎ অদু যাম্না মায খুনীংঙাই মশক ওইবোইদ্রা। মমিং লৈববা মীশক কয়ানা চৈবাক ফংলবা মতমদা

ওহ্নোক-ওহ্নোকপা য়েংহৈদবা থৌওং কয়া তৌথোবকপদু ঐহাক উববনি ॥ মখোয়গী মতৌদু যেংল্লুবদা, মখোয়না শিববদি হাযনীংঙাই লৈতনা অকিবগী মশক ওইববা কবিগুম্বা অমা থেংনরুদৌবি, অদুগা কবিগুম্বা শিবগী চৈবাক অসি ফংদ্রগনা শিনাইদবা হায়বদু ওইদৌবি হায়না খনবগুম তৌবা মাল্লি। ঐগী ৱাখলদদি মসীগুম্বসে লৈবাক অসিগী ইকাযখুম্নববু খোঙ্গাওনবনি। অদুগা অমুকসু, মফমসিদা থুংলবা লম্লানবা কনাগুম্বনা মখোয়গী মতৌদু উগ্র তাপ্রগা, এথেলকী মীযাম প্রজা মক্লা ঈকায়খুম্নরিবা, মখোয়গী লুচিংবা ওইরিবা মফমসিগী অচৌবা মীওইশিং অসিদি নুপীগী জাৎ মক্তা ওইবে হাযনখিদৌবি। অদুননি, মমিং লৈজবিবা ঐখোয খবদি মসিগুম্বা মখলগী থবক থৌওংসি তৌবোইদবনি হাযদুনা ঐহাক্লা হায়জবিবসি। কবিগুম্বদা কনা কনাগুম্বনা মদুম্না তৌনবা যাওবক্লবসু মযাম্না নমদুনা তৌহল্লোইদবনি। কপ-লাউবগী লিলা তৌদুনা সহব অসিবু পূম্নমক্কী মীনোকফম ওইহল্লিবা মীশক অদুবু মশাগী মবুক ফাথজবিবা মীশক অদুনা ফংগদবা চৈবাক অদুদগী হেন্না কনবা, শাথীবা চৈবাক্তুম ফংহল্লি হাযবসি নখোযনা নীংথীনা উৎফম থোকই।

অমবোমদা, মীযামগী মীৎযেংগী ৱাফমসি ঙাইহাক্তং থমখিসি। কনাগুম্বনা মথক্তা থাঙ্গৎলক্লিবা ৱাকৎ অদুগা মবী লৈনবা বাফমশিং শুগাইনা খঙহন্দুনা অচুম্বনা সীনি, অবানবনা সীনি হাযবা লৈখাই অমা পুবক্তুনা অচুম্বগী মাযকৈদা ৱাযেনমপুগী মপুক ওলহনগে হাযবদি লৈতদুনা, থৌজাল ওইনা নিবগা থাদোকহনবা হাযবসিদা কবিনো অবানবা অমা য়াওবগুম তৌবি। মবমদি ৱাযেনমপুগী মথৌদি অচুম্বা ফিবেপ অদুবু খুদোল তৌথোকপা নত্তে, অচুম্বা ফিবেপ্তু লৌবগা ৱাবেপ তাবনি। মহাক্তি মশাগী ঙাইহাক্কী নীংঙকপদু তৌবোই, ৱাযেন পথাপকী মতুংইন্না ৱাযেনগনি হাযনা ৱাশক লৌথ্রবা মীওইনি। অচুম্বা ঙাংগনি, চৎকনি হাযবা মহাক্কী ৱাশক অদুবু থুগাইবগী হৈনবীদু লাকপদা ঐখোযনসু মঙোন্দা পুক্লীং থৌগৎফম থোক্তে, মশানসু মীনা তৌবকপদা যাবোইদবনি — মসিবু তৌদ্রবদি মথৌদা কৎথোকপা হাযবদু মঙোন্দা লৈত্রে। মবম অদুনা, অচোপ্লা থবক্লি, মথৌদা কৎথোকপা লৈতবনি, অবানবনি হায়না ঐহাক্লা খঙবিবা থবক্তু, থোইদোক হেন্দোক্লা হৌজিক হৌজিক মিলেটসকী ৱাকৎতা মথৌ তৌদবগীদমক্তা ইথক্তা ৱায়েন চৎথবিঙে মতমসিদদি চানবিদুনা তৌননবা হাযবগনু। মবমদি হে এথেলকী মীযাম, মবে কাঙলোন শীজিন্নদুনা, হাযজ্র-চৎচ তৌদুনা মখোযনা লৌথিবা ৱাশক্তুবু

ঐনা থুগাইবা গুমহনগ্রবদি, মদু ঐনা নখোযদা লাই লৈতে হাযনা তম্বিবগা পাংখক ওইবনি। ইশা কঞ্জনবা হোৎনববা হায়ববু লাই থাজদবগী ইথক্তা মবাল শীবক্লিবা অসিবু শৌগৎপা ওইনা থোক্তুনা ইশানা ইশাবু মবাল লৈববা মীশক্লি হাযনা উৎচবদা তাবক্কনি। অদুবু মদুমক্তি নত্তেদো — হায়বিবদুদি যাম্না লাপ্না লৈগ্রবা বাফন্নি। ঐহাক ঈশ্ববু থাজে। তশেংনা কুপশীন্না যেংনবকপা তাববদি ইথক্তা ৱাকৎলবিবা কাণ্ডবু অসিদগী শক্ক কযা হেন্না থাজবিবনি। মবম অদুনা, নখোয পুন্নমক্কী মফমদা, অমদি মপুগী খুযাখাদা ঐগী ৱাবোল অসিবু শিন্নজবি। নখোযগী ওইনসু খ্বাইদগী হেন্না ফগদবা মওংদা, অদুগা ঐগী ওইনসু ফগদবা মওংদা অচুম্বদু লেপ্লীযু।

হে এথেন্সকী মীযাম, ঐ অসি মবাল লৈবা মীনি নত্তে হাযবা লাউথোক্লবগীদমক মীচং যেংনবগী মতাং যৌবক্লবসিদা, ঐগোন্দা কবিগী অবাবা পোক্তিবনো হাযবদুগী মবম কয়ামুক লৈগ্রে। ঐনা তৌবক্কনি নীংলম্বা অদুমক্লি হৌজিক ওইবিবসি। অদুবু, ঐবু যাবা যাদবগী চাংযেংসিদা অমনসু অমনসু থোইনা হেন্নদবগী ফীবম অমা উবকপদা ঐহাক খর্বাদি গুকই। মবমদি ঐগী মাযোক্ত লৈবা মীগী মশীং যাম্না যাম্নমগনি হাযনা ঐদি খঞ্জবম্বনি। অদুবু হৌজিক ওইবিবা ফীবম অসিদদি মীচং কুম্ল্রা খক্তং নাকল অমবোমদা হাপচিল্লন্নবদি, ঐসে মবাল লৈতে হাযনা থাদোক্লম্বা যাববনি। মদু ওইববদি ঐনা খঞ্জবদা, মিলেটসকী লাংদগী নাম্ব্রোক্লে হাযবমগদবনি। হৌজিক হাযনীংঙাইবুদি কযা কযানি — মবমদি, এনিটস অমদি লাইকন্ অনীগী হোৎনজমন নত্তনদি ৱাযেন পথাপকী মতুংইন্না মীচং লেপ্নবসিদা লৈবিবা অপুনবা মীশীংগী শক্ক মঙা থোকপগী অমা ফংদবা যাদবা অমা লৈবদু মহাক ফংলম্লোই হাযবসিদি অপণ্ড-অশিং লোযনা খঙনববা, উনববা ৱানি। ফংলমদ্রবদি মঙোন্দা অমুক দ্রাকমা লীশীং অমা শেন্তেক তাদৌবিবনি।

অদুনদি, ঐবু শিবগী চৈবাক পীযু হায়বা ৱাফমসি মহাক্লা থাঙ্গৎলে। হে এথেন্সকী মীওই পুন্নমক, ঐদি ইশাগী মাযকৈদগী কবি থাঙ্গৎসিগে? ঐগী হাযববু ফংফম থোকপদু ফংহনবিযু হায়বসিনা লোইবে। মসি শেংলবা ৱাফন্নি। অদুদি, ফংফম থোকপসি কবিনো?

মপুন্না চুপ্পা থবক মনা অমতা শুদনা লেল্লক্লে হায়বগী নাচুংখিদ্রবা মীদুদা করি ফংহন্দৌরি? হাযরিবা মীশক অদুদি মী অতৈনা কোয়তান তান্নরিবা — লম্থুম, ইমুং-মনুং চাওখৎপা. লাম্মীদা ফম্নাইবা ওইবা, বিধান সভাদা বা ঙাংবা, রায়েনমপু ওইবা, লম-তু লৌহৌবা অদুগা হবাও-মথোয় কাবা হায়রিবা পুন্নমক অসিবু থক তান্নরুদ্রবা, কলকখিদ্রবা মীনি। লৈঙাক্লোন তৌবগা[৩০] হিংগদবসু থম্মোয় শেংমনবনা মতীক চাদবা মী ওইরে হায়না খঞ্জদুনা. ময়ামগী নত্ত্রগা ইশাগী ওইনা কান্নবা করিসু তৌবা ঙম্নরোইদবা মফমদুদা চৎখিদ্রবনি। লনাই ওইনা নখোয়দা পুন্নমক্তগী হেনবা অফবদু পুরক্তুনা পীবা ঙমগনি হাযনা খঞ্জবা মফমদুদনি চৎলিবদি। অদুগা নখোয় মযামদসু থেংনবা খুদীংদা নশাগী মবমদা অমুক্তা খঙ্খিনবা, লনাই লনগৈ পৈশিন্দ্রিঙৈদা অচুম্বা লীচৎ অমসুং লৌশিং হান্না তানসিন্নবা, লৈবাক্কী কান্ননবনি হাযবগী রাখলসি তৌদ্রিঙৈদা লৈবাক অদুবু হায়া অমুক্তা কুপ্পা যেংশিনখিনবসি যানবা তরুদুনতা লাক্লুবনি। অদুগা মী অদুদা মহাক্লা তৌগদবা থবক খুদীংমক্তা পনীংসি কাযহনগনু হাযদুনতা লাক্লবনি। সীগুম্বা মীশকসিগীদমক্ত। কবি তৌবিগদৌরি? হে এথেন্স মচা পুন্নমক, মঙোন্দা মনা পীবিগে খল্লবদি অফবা মনা অমদি শোযদনা পীবিগনি হাযবসিদা চিংননীংঙাই কবিসু লৈতে। অদুগুম্বা অফবা মনা অদু মহাক্কী মতীক থোকপা পোৎশকসু ওইগদবনি। নখোয় মযামগী কান্ননবা তৌবিবা, নখোয়গী মহৈ-পুক্কে চাউখৎহন্নবগীদমক্তা অহাঙবা মতম পামজবা লাযববা অমদা পীগদবা মতীক থোকপা মনাদু করিনা ওইগনি? মঙোন্দা মাগী হিংনলম্বী ওইজনবা প্রিতানিয়মদা মফম অমা পীসি, মদুদগী হেন্না চানবা মনা অমমুক লৈররোই। হে এথেন্স মচা পুন্নমক, হায়রিবা মনাসে ওলিম্পিয়াদা শগোল নত্ত্রগা দোলাই লমজেন্দা, দোলাইদু শগোল অনীনা চিংবরা মরিনা চিংবরা মদুদি ওইনীংবা ওইজরসনু, অদুগুম্বা লমজেন্দুদা মনা ফংলক্লবা নাগরিক অদুদা পীরুবগী মহুত্তা মঙোন্দা পীবনা হেন্না মতিক চারবনি। লায়রবনি ঐদি, মাগীদি নীংথীজনা লৈরবনি। মহাক্লা নখোয়দা পীরিবনা নুংঙাইবগী মপাঙ্খোংগী শক্তম অদুখক্তনি। ঐহাক্লা পীরিবনা অশেংবা শক্তমদুনি। মসিগীদমক্তা চৈরাক পীবিগে হায়না খল্লবদি, ঐনা মুন্না খুৎ থেক্তুনা পারবা তুংদা প্রিতানিয়মদা হিংনলম্বী অম্মা পীবসিতনা চপ চাবনি হায়জবা তারে।

নখোয় ময়াম্নদি হৌজিক ঐনা থাঙ্গৎচরিবসি, হান্না কপ্প-লাউবা, হায়জ-চৎচগী মতাংদা ঐনা বা খরা হায়জখিবদা মাগীসি অকিবা লোৎশীন্দুনা থৌনা ফবা শান্নিবনি

হাযনা খন্নবা যাওখিবগুম তৌবা অদুন্না অমুক্কা খন্নবম্বসু যাই। মদু নত্তে। ঐনা হার্যবিবসিদি কন্নাদসু অবানবা চৎখিদ্রি হাযবসি চপ-চানা থাজবদগীনি। নখোয়বুদি ইশানা তৌবগুম চপ চানা থাজহনবদি ঙমদ্রে — মতম খবা তেনখিবা অসিনসুনি। অদুবু, ঐনা পুক্নীংদা চেৎনা থাজবিবা ৱাফম অমদি, কবিগুম্বা অতৈ সহবশিংদা শিবগী চৈবাক পীবা য়াবা ৱাযেন্দি নোংমদা লোইশিনবা যাদে হাযবগী চৎনবী লৈবগুম, এথেক্স সহবদসু মদুগুম্বা ৱাযেন পথাপ অমা লৈবম্বা থোক্লবদি, ঐনা নখোযবু ঐগী ৱাফমশিংসি চপ চানা থাজবা, যানিংবা পোকহনবা ঙম্লমগদবনি। অসুক চাউখ্রবা মায খুবগী বাফমশিং অসিবু ঐনা মিৎকুপ অমদা হেক শেংদোক্তুনা মাঙহনবদি ঙমজদ্রে। অদুবু, মীংঙান্দা কৈদৌঙৈদসু অবানবা চৎখিদ্রি হাযবসিমদি মপূং ফানা থাজ্ববিবা মবম্লা, ইশানা খঙনা ইশামক্তা অবানবদি চৎলোই। চৈবাক ফংলবসু ঐনা তৌজবম্বগী মহৈনি, মতীব ঢাববনি হাগ্যবসিদি হাযজরোই। অদুগা মতম অদুদা চৈবাক্তু অসি অসি ওইনা পীবিয়ু হাযনসু পুথোকচবোই। কবিগী তৌবনি? মিলেটসনা থাঙ্গৎলক্রিবা শিবগী চৈবাক অসিবু কিবদগী অতৈ চৈবাক খনফম থোকই হাযসিবা? অদুগা, শিবা হাযবসি ফাওবা ফববা ফত্তববা হাযবদু খঙদ্রিঙৈদা শোযদনমক্কী ফত্তবনি খঙলবা চৈবাক অদুবুদি কবিগী ইকোক্তা থোঙ্গৎলুনি — অদুনা ফাদোক ওইনা কৈশুমশঙদা ঐবু থম্বিযু হাযজসিবা? অদুবু, ঐনা অবানবা কবি তৌকদুনা হৌজিক্কী ৱাযেনমপুশিং ওইবিবা তবামাথোই[৩১] অসিগী মীনায ওইদুনা লৈকদৌবিবা? নক্রানা পীদৌবিবা চৈবাক্তু শেন্তেক তাবনা ওইহনবিযু, মদু থীবা ঙমদ্রি ফাওবা কৈশুমশঙদা থম্বিযু হায়হৌসিবা? মদুগী মতাংদসু যাদবা অমা অসুম লৈবি। অতৈ নত্তে মদুদসু ঐহাক কৈশুমশঙদা অদুম পৎপা তাবনি, পৈশা লৈতে, অদুনা শেন্তেক পুখৎপা ঙম্মোই। অদুদি লোই ওইনা থাবীযু হাযসিবা? (ঐনা খনবদা ৱাবেপ তাবদা ইবক্কদৌবিবদু চৈবাকসি শোযদনা ওইববা যাই।) লুবিবদি নাগবিক মশেল ওইমিন্নবিবা নখোযমক্তা ঐগী ৱাবোল, ৱাহৈ-ৱাতা তাবা হৈনবক্তবা, তাবদা অসুক্কী মতীক অবাবা ওইবক্লদুনা, যেংনীংদ্রদুনা ঐগী ইৱাহৈ অমুক হন্না তাববোযসি হাযনা লেপ্পববদা, ঐনা চৎলুদৌবিবা লমদুগী মীশিংনদি ঐনা ঙাংবা-শকপা যাম্না হবাওনা তাবীগনি হাযবা ৱাখল অসি পুদুনা কঙাওনকবা তাববদি, ঐদি থৱাযনা হেন্না নুংশিবদগী লৌশিংগী থোঙ লোনশিল্লবা মী অমা ওইদৌবি। নত্তে, মদু তশেংনমক ওইবোই — এথেক্সতা লৈবিবিবা পূন্নমক, মদু শুকওই ওইববোইদবা ৱাফম্নি। অদুগা অমুকসু খন্থবিযু, চহী মতাং অসিদবু সহব অমদগী

অমদা কোয়চৎ চৎ, লোই কুন্নিবা মফম তত্তনা হোং, অমদগী অমুক তাঙ্খোক অমদগী অমুক তানসিন তৌদুনা কবম্বা পুন্সি মবেন্নো ঐনা লেল্লুগদৌবির্বিসবো। মবমদি ঐহাক্কা চৎলু চৎলুবা মফম খুদীংদা, মফমসিদা তৌবিবসিগুম্না নহামখৈ ইনাক্তা য়োমশীল্লনি হাযবসিমদি শোযদ্রবনি। মদুদা ঐনা মখোযবু তাল্লুববসু মমা-মপাদা ব্বাকত্তুনা ঐবু অমুক তাঙ্খোকপিবক্কনি। মখোযবু তবাম-তবাম তৌকববসু অদুমঙাযবে, মখোযগী অহল-অমন, মচ্চপ-মপিজা মখৈনা মখোয়গী য়াইফনবগীদমক্কি হায়দুনা ঐবু অমুক হন্না শোযদনা তাল্লক্কনি।

কন্নাগুম্বনা মতাংসিদা অমুক হাযবকপা যাই — যাবে, সোক্রেটিস। নহাকপু মীবৈবাক্ত চত্তুনা লৈকববদা নথক্তা খুৎ থিংজিল্লক্তনবা নশাগী লৈযেংদু খক ফাজীন্দুনা থম্বা ঙম্নবোইদ্রা? মসিদনি, মাবু ভাব তাহন্নবা হোৎনবদা পাউখুম পীগদৌবিবসি য়াম্না অকবা অমা ওইবিবসে। মবমদি মহাক্কা হাযবিবদু পাঙথোক্লবদি ঈশ্বরগী মফমদা হুলানবা তাগনি। অদুনা ঐনা নঙোন্দা ইশাগী লৈয়েং ফাজীনবা ঙম্লোই হাযবে হাযনা খল্লসি। মসি অওইবমক্কী হাযবিবনি হাযবা মহাক থাজবোই। মসিগী মথক্তা অমুক্কা নুমিৎ খুদীংগী অচুম্বা লীচৎ হাযবসিগী মতাংদা শুগাইনা নৈনবগী ব্বাফম পল্লক্লবা মদুদগীদি নখোযনসু তানখ্রবা ব্বাফম হায়বদি ঐনা ইশামকপু অমদি মী অতৈবুসু চাংযেং তৌবা মতমদা শীজিন্নবিবা মচাকশিং অদুনা মীওইবগী ওইনদি খ্বাইদগী অফবদুনি অদুনা চাংযেং তৌদনা হিংবদি অবেম্বনি হাযবসি অমুক হাযবকপা থোক্লবদি, মহাক্কা ঐবু অমুক্কা হেন্না থাজখ্রবোই। অমরোমদা, ব্বাশিং অসি নখোযদা যাহন্নবা হোৎনবদা ঐঙোন্দা অব্বাবা পোৎলুম অমা ওইজববসু, ঐনা হাযবিবসিদি অচুম্বদুতনি। অমুক্কা হন্না হাযববদা, ইশাদা ফত্তবা থোক্লববদা মদু থোকফম, নংফম থোকপনি হাযবগী ব্বাখলসিমদি ঐহাক খনবা শুকহৈমক হৈনবক্ত্রি। ঐনা পৈশা পাযবা মী ওইবন্নবদি পীবা ঙম্বা শেনফমগী মতুংইন্না ঐঙোন্দা শীবিবা মবালসিগী অকম-অয়াং ওল্লম্বা যাবনি। অসুক হাক্কা ফীবমসি শোকচীনখিবা তৌবম্মোই। অদুবু পৈশাদি লৈতে, কদায়দগী লৌরুনি। মবম অদুনা, শিবগী চৈবাক্কী মহুত্তা ঐঙোন্দগী লৌবা য়াবা শেন্তেক অদু ঐগী ফীবমগা চাননা পীখৎপা য়াবা চাং অমত্তং লেপ্লীযু হাযজবা তাই। কবিবু হায়কদগে, ঐনা ঙমজবা হাযববু মাইনা অমকাদি পীবা ঙম্বসু য়াইনা। অদুনা ঐগী শেন্তেক্তু মসিখৈ ওইহনবিবো হায়ব্বা ব্বাফমসি পুখৎচন্নি : প্লেটো, ক্রিটো, ক্রিটোব্যুলস, অদুগা অপোলোদোবস হায়রিবা মফমসিদা তিনবা য়াওব্বিন্নিবা

মৰূপ ময়াম অসিনদি মাইনে কুম্থা শেস্তেক তাগে, মদুগী জামীন্না মখোয়না ওইনি হাযবম্মু হায়না তাকপীবনি। ফরে, ঐগী চৈবাকসি মাইনে কুম্থা শেস্তেক তাবনা ওইহনবিবো। শেনফম অসিগীদমক্তি মখোয় অসিনা জামীন ওইনি হাযবিবসি হেন্দোক্লা যাবে হাযনা খল্লী।

---

মফমসিদা তিনবিবিবা এথেল্সকী মী পূন্নমক, সহবসিগী মীব়া ঙাংনবদা হালেঙদবা, মীগী মিংচৎ লায়না থীহনবা ঙম্বা কাঙবুনা নখোয়গী মবমদা থীনা থীনা হায়বদৌবিবা অদুদগী নশা কঞ্জনবা মতমবু নখোযনা ইফং ফংলোইদৌবি। মবমদি লৌশিং চাউবা সোক্রেটিস কৌবা নিপা অমবু নখোয মযাম চংদুনা হাত্তোকখবেযে হায়দুনা শন্দোক্কদবগী মখোযদি ঙাইদুনা লৈববনি। ঐনা অশিংবা মী অমা ওইকদ্রফাও নখোযগী মিংচৎ থীহনগে হাযবগীদমক্তা অতম্পনা ঐসি যাম্না শিংবা মীনি হাযনা মখোযনা শন্দোকপীদৌবি। মবকসিদা নখোযনা মতম খবদংগা খাঙবা ৬স্বগী পাঙ্গলদু লৈবম্লবদি, নখোযনা পাম্লিবদুমক মহৌশাগী খোঙলৈনা পুবক্তুনা নীংবা থুংজবমগদবা লৈববনি। মবমদি ঐসে চহী ফন্না যাম্লবনি নখোযনা হেন্না খঙলিবদুনি মং খূৎনা লাম্বা ফংবা হায়বা চহী মতাংদু যৌববনি। ঐনা হৌজিক হাযবিবসিদি পূন্নমক্ত হাযবা নত্ত্রে, সুপ্নতগী ঐবু শিবগী চৈবাক পীহনবা পাম্লিবা মীওইশিংদুগী মফমদনি। ঐনা মখোযদা হাযনীংবা অতোপ্পা ৱাবোল অমগস্ লৈবি — থাদোক্লীংবা পোকহন্নবা ঙাংগদবা বাহৈ-ৱাতাদু হৈতবদগী ঐসে মবাল লৈবা মী হাযবদু তাববনি অসুম্না নবুক্তা খল্লিবদু ঐ উই — হাযবদি, ঐনা তৌগেবু খল্লম্লবদি তৌবা যাবা, হায়বা যাবা পূন্নমক অমত্তা চিংথদনা হাযবম্বা তৌবম্বা যাবনি হাযবা অমা নখোযগী ৱাখলদা পুবিবা অদুবুনি। মদুগী ৱাফমদুদি ওইবরোই, ঐসি ইবাল লৈতবনি হাযনা উৎকদবদা অৱাংপা অমা লৈখি হায়না খল্লিবদু ৱাহৈ-ৱাতাদা শোযখিবা, মপুং ফাখিদবনা শুকনৎ নত্ত্রে, তশেংনমক নত্তে। শেংনা হাযববদা, নখোযনা ঐঙোন্দগী পাম্লিবদু ঐ ফজনা খঙই। অদুবু ঐঙোন্দদি নখোযনা পাম্লিবা মওং অদুদা হাযজননবগী থৌনা, থৱাযগীদমক্তা ঈকায খঙদবা উৎপা মদু যাওদে, অপাম্বসু লৈতে। কবিনা হাযবদা

নখোয়না হেক পাম্লিবদি মী অতৈদগী তাবা হৈনববা মওংদুদা নমাঙদা কপপু, লাউ খোংদুনা তেংথা-নাওইয়ু অসিনি। মদুদি হৌবদগী হাযবক্লবদুনি, ঐনা তৌববোইদবা থবক ঙাক্লি। হৌবকপদগী হৌনা ঐহাক্তি খুদোংথীবগা মাযোক্লববদসু খাইগী হৌনশা অমদি থম্মোয শোনবগী মশক ওইবা থবক অমতা তৌফম থোক্তে হাযনা খল্লক্লবনি — হৌজিকসু অদুমঙায, ইশাবু কঞ্জনবা হোৎনবগী পবীংদা লৌবর্কাখবা ঐগী ফিবেপ অদুগীদমক্তা ঐঙোন্দা নীংঙমদবা কবিসু লৈতে। ঐদি নখোযনা তম্বিবা তেনবা মবোলদু ঙাংলগা হিংজগদবগী মহুত্তা ইহৌশাগী পুংলোনদা ইশাগী বাহৈগী শাথেক পুথোকচদুনা থবায থাজখিবা পাম্মি। মবমদি লানফমদা ওইববসু, বাযেন পথাপকী মমাঙদা ওইববসু, ঐ খঙদে মী খঙদে কনামত্তনা শিদ্রগা লোইবে খন্দুনা হেক অফংবা পাম্নে পুম্বা অফ ফত্ত খক যেংদনা শীজিন্নবা হৌনদে। কনাগুম্বনা লানফমদা মাবু হাৎকে তান্নবকপশিংগী মফমদা খুৎলায থাদুনা কোক নোঞ্জববদি কযাবক হন্না অশিবগী খযাত্তগী নাম্ভোকপা যাই হাযবসিদা চিংননীংঙাই ওইদে। মসিদসু নত্তনা অতৈ মখল কযাগী খুদোংথীবশিংগা মাযোক্লববদা নিপাদুনা মথনায ফিনবা অচোপ-অবেম থিদনা তৌবা যাবা থবক তৌবনা নোঞ্জবা যাবা নোঞ্জবগসু শিবদগী নাম্ভোক্লীংঙাই লম্বী যাম্না লৈ। অদুবু মহ্নপশা, লুবিবসি শিববু নাথৈবা নৎলমদ্রে চুমদবা থবকপু নাথৈবনা ওইবম্লে। মবমদি চুমদবা থবক হাযবসিদি শিবদগী হেন্না খোঙজেল যাঙবনি। ঐদি অহল ওইবে, খোঙ থাংবা ঙমশিল্লক্লে — অদুনা খোঙজেল তপ্পদুনা হানজিল্লক্লে। অদুবু, ঐঙোন্দা মবাল শীবিবা কাঙবুসিদি মমিৎ-মনা শিংলিবনি, মশা-মউ থীংলিবনি। তৌইগুম্বসুং হেন্না খোঙজেল যাঙবদুনা মখোযদগী মাঙ থাগৎখবে। হৌজিক্তি ঐহাকসু মখা তাবকপসিদা নখোযনা বাবেপ তাবিবদুনা শিবগী চৈবাক লৌজকন্নবা মযামদা কাযনবসি হাযবম্লনি,— অদুগা অচুম্বনা বাবেপ তাবকপদদি মীওৎ-মীনৈ অর্মদি অবানবা তৌকবগী চৈবাক ফংননবা তৌকবিবা কাঙবুদুসু মাগী মাগী লম্বীদা চৎনবনি ঐঙোন্দা পীবিবিবা বাযেনসি ইকোক থোংনা লৌজবে, মখোযসু মশাগী ফংফম থোকপদু মশানা যানা লৌসনু। ঐগী বাখলদদি তৌবিবশিংসি লাইবক্তা তল্লল্লবা হাযবদুনি অসুম্না খল্লী— অদুগা, ঐনা অসুম খঞ্জবদা অমবু ওইবে অমবু শুইবে পুন্নমক পুম্ফ হেক ফববনি।

অদুগা হৌজিক ঐবু চৈবাক পীনবা বাবেপ লৌবিবিবা মীওই পুন্নমক, নখোযগী নফমদা লাইফাও অমা পীবমগে। শিবমদাই যৌববা মীদি লাইফাও পীবা ঙম্বগী মতীক

লৈবিবনি। অদুনা ঐগী থব্বায লৌদুনা মীহাৎপা ওল্লগদবা নখোয়দা লাইফাও অসি পীবমগে। ঐনা হেক চৎখীবগা নখোয়না ইথক্তা নল্লিবা চৈবাকসিদগী হেন্না হুকপা চৈবাক্লা নথক্তা ননগদবগী নখোযবু ঙাইদুনা লৈববনি। ঐগী থব্বায় লৌগদৌবিবা অসিবুদি নখোযগী অশোযবা থিন্দুনা তান্নদৌবিবা মী অদুদগী নাষ্ঠোক্লবা, অদুগা নপুক্সীগী চেবাংদা ইবিবা মযেকশিংদু মযাম মমাঙদা পুথোবক্তনবা হাযদুনা তৌবিবনি। অদুবু নখোযগী অনীংবদু থোক্লোয়দৌবি, য়াম্না খেন্নদৌবি। মবমদি ঐনা হৌজিক্তগী হৌনা হায়বিবসিনি, নখোযগী নথক্তা ব্বাকৎলক্কদৌবিবা মীগী মশীংসি হৌজিক লৈবিবসিদগী তুংদনা শরুক কযা হেল্লক্কনি। নখোযগী নবাল থিবদৌবিবা মীশিংসে হৌজিক ফাওবদি ঐনা ফাথদুনা থন্নক্লি। অমুকসু মখোযসিদি ইনখৎলক্লিবা নহা ঙাক ওইবনিনা নখোযবু ঙার্কপিগে নত্রুগা থৌজাল উৎপীগে হাযবগী ব্বা লৈবল্লোই। মদুদা নখোযসু খোযদৌ থীৎনা শাউবা হেল্লক্কনি। মী খবা হাৎলগা কনামত্তনা নখোযগী পাপ্না থল্লবা পুঙ্গীদুদা বাচপ-কাতি থাবিবক্লবোই হাযনা নীংলুববদি নখোয ওষ্ঠোক্লা লাল্লে। মদুদি ওইথোকপা যাবা অদুগা নশাগী মিংচৎসু শোকহন্দনা থমগদবা খুৎনাষ্ঠোক অর্মদি ওইববোই। খ্বাইদগী লাযবা লোযননা খ্বাইদগীসু অফবনা তিল্লবা লম্বীদুদি মীবু যৈথৎপনা ওইবোই, নশা নশাবু লৌশিং চাওখৎপগী লম্বীদা পুশিল্লকপতনা ওইগদবনি। মসিনি ঐবু চেবাক পীবিবা ব্বাযেনমপুশিংদা ঐনা চৎত্রিঙৈসিদা তাক্রমগদবা লাইফাওসি।

ঐবু মবাল লৈতবা মীনি হাযদুনা থাদোক্লবা খনবিখিবা মব্দপ পুন্নমক, হৌজিক ঐখোযগী ব্বাযেনমপুশিংনসু মথৌ খবা চিল্লিঙৈ, ঐগী ওইনসু ঐনা থব্বায থাগদৌবিবা মফমদুদা চত্রিঙৈ তাঙ্গাসি লৌজবগা, কাইনথংদা থোক্লববসিগী মতাংদা নখোযগা ব্বাবী খবা তৌজহৌবা পাম্মি। অদুনা ঙাইহাক্তংগা পষ্ণবিখো। মতম খবা ফংলিবসি ঐখোয় মশেল ব্বাবী শানদুনা লেলহৌবনসু চুমগনি। নখোযদি ঐগী অশেংবা মব্দপ মক্তনি। অদুনা হৌজিক ঐঙোন্দা থোক্লবিবা থৌদোক অসিগী মনুংগী ব্বাফম, চেল্লীবা ঈচেলদু নখোযদা উৎচগে। ইথক্তা ব্বাযেন থৌদাবিবিবা হে ব্বাযেনমপুশিং—তশেংনমক নখোযগী নফমদা ঐহাক অঙকপা থৌদোক অমা তমজগে। হৌজিক ফাওবদি নুংগী লাইবাউ অসিগী হৌফম, লাইগী ওইবা লৌশিংগী পাঙ্গলসিনা ঐনা তৌজবা থবক খুদীংমক্তা খোঙফম নাষ্ঠোক্কদবা খজিক্তং উবকপদা, যাম্না চম্বা কবিসু লৈতবা ব্বাফম্নি হাযবা য়াবা মতাংদা ফাওবা তক্তনা অথিংবা পীবক্লিবনি। হৌজিক ঐঙোন্দা লোইবা হাযবদুবু পুন্নোই

লোইব্বা, সিদগী হেনবা অমাঙবা অমা লৈতবে হায়বা যাববা, ময়াম্নসু অদুম্না লৌনবিবা থবক্তু থোক্লবে হায়বসি পূম্নমক্না উবিবে। অদুবু, ঐনা অয়ুক্তা যুমদগী খোঙশাম্লকপা মতমদসু, বায়েনশঙ য়ৌবা লম্বীদা খোঙয়াম্লিঙৈ মনুংদসু, অদুগা বা ঙাংলিঙৈ মবক অদুদসু, ঐনা হাযগে খনখিবা পূম্নমক্তসু নুংগী লাইবাউসিনা শম্না মফৈ অমগী অথিংবা পীবকখিদ্রে। মহৌশাদি বা ঙাংলিঙৈদসু বাহে মবক থৎনা ঐবু ফাবকপনি। ঙসিদি হৌজিক ইমাঙদা তাবিবা অকম্বা বাফমসিগা মবী লৈননা ঐনা হাযখিবা তৌখিবা পূম্নমক্তা লাইবাউসিনা অথিংবা পীবক্ত্রি। মহাক্না তুমিন লৈথ্রিবসিগী মবমসিবু কবি হাযনা পীবসিগে? মদু নখোয়দা হাযজগে। মসিনা ঐঙোন্দা থোক্লবিবসিনা অফবনি, অদুগা শিববু ফত্তবনি হাযনা ঐখোয মীওইবগী লক্তা মীওই কযানা খন্নবিবসি অবানবনি হাযনা তাক্লি। মবমদি মমাঙঙৈদগী হৌনা লোযনবক্লবা খুদম অদুনা ঐনা চৎলিবা লম্বীসিনা অফবদা থুংলুবগী মহুত্তা ফত্তবদা থুংলুগদবা লৈববদি ঐবু শোযদনা থাম্লক্কদবনি।

বাফমসি মাযকৈ অমবোমদগী অমুক খন্নসি। মদুদা শিবা হাযবসিদি অফবনি হাযবসি খল্লুবা যাবগী মবম চাউনা লৈবদু উবা ফংগনি। মবমদি শিবা হাযবসি ঐনা হাযজবিবা অনীসিগী মনুংদা অমদি ওইবনি -- শিবদি শূন্যগী অমদি তুমথখিবগী[৩২] মশক্লি হাযবা অমা নত্ত্রগা মীনা হাযনবগুম অহোংবা অমা লাকপনি, থরাযনা তাইবংপানসিদগী অতোপ্পা মফম অমদা অমুক চৎখিবনি হাযবা অসিমগা। অদুদি শিবা হাযবসিদদি মিৎকপ থোকপগী ফীবম শুক্লেমক লৈত্রবনি, মঙলাম্না ফাওবা যৈখাযবা পীদ্রবা তুমখুন হুনবদুনি হাযনা লৌবগদি, শিবা হাযবসি হাযনিংঙাই লৈতনা তোংজবা অমনি। মবমদি কনাগুম্বা মীওই অমনা মঙ ফাওবা মঙদনা তুমখিবা অহীং অমা খন্দোক্লসি। মদুগা মাগী অতৈ অহীং নুংথিলশিংগা চাংদম্নদুনা অমুক যেংহল্লগা, মঙ ফাওবা মঙদনা তুমখিবা অহীং অদুদগী হেন্না ফবা, হেন্না নুংঙাইবা কবম্বা মতম যাওথ্রবগে হাযবদু অমুক হাযহনসি। ঐহাক্না খঞ্জবদা, মী পূম্নমক্কী ওইনা যেংবদা, মীচমদি থমবু থমখিসি, খ্বাইদগী চাউববা নিংথৌবেল অদু ফাওবনা চাংদম্নদুনা যেংবদা সীগুম্বা মতমদি মশীং যাম্না লেনখিবা থেংনবোই। অদুনা শিবগী মহৌশাদি অসূম্না তৌবনি হাযববদি, শিবদি তোংজবনি হাযনা ঐনা হায়জবিবসিনি। মবমদি মতম অদুদা লেঙদুবা মতম[৩৩] হাযবসি অহীং অমখক্তা ওইবনি। অমবোমদা অমুক শিবা হাযবসিনা অতোপ্পা মফম অমদা খোঙচৎ তম্বা ওইববা, অদুগা হাযনবগুম্নদুনা মফমদুদা শিথ্রবা পূম্নমক্না লেঙদনা লৈববদি,

মৰূপ পূন্নমক অমদি ৱায়েনমপুশিং খিবিক, মসিদগী হেনবা অফববু কবি অমুক লৈখিদগে? তশেংবনি, কবিগুম্বা লাইফম চৎলিবা থৱাযশিংদুনা অচুম্বগী মশক, ফিবেপ তাকপীবা হিংলিবা তাইবংপানসিগী গুরুশিংদগী লাম্ছোকচদুনা খমনুং লৈবাক্তা থুংলুবগা অচুম্বা ফিবেপকী মশক তাকপীবি হাযবিবা মাইনোস্, বাদামান্টস্, ইযকস্, ত্রিপ্তোল্মস্, অদুদগী অমুক্সু হিংলিঙে মতমদা অচুম্বগী লম্বেলদা খক্তা চৎথ্রবা লাইগীমচাশিং অসিগুম্বা শেংলবা ৱাযেনমপুশিংদুগা পূঞ্জবা ফংলবদি, খোঙচক্তু চৎপদা মতীক চাববনি। ওর্ফিযস্, ম্যুসিযস্, হেসিয়দ অমদি হোমবগা উনদুনা ৱাবী শানবগী তাঞ্জা ফংগনি হাযববদা মশাগী লৈজবা কৎথোক্লোইদবা কনা যাওবগে? মসিনা অচুম্বা ওইববদি ঐবু অমুক খাম্বিবনু, ঐহাকপু কযাবক হন্না শিবা ফংহনবিযু। ইশাগী ওইনসু মফমদু য়ৌবগা পেলেমিদিস্, তেলামনগী মচানুপা অজাক্স অদুগা অবানবা ফিবেপকী শাফুদা থবায় থাখ্রবা থাযনগী অকন অথৌ কযাগা থেংনজদুনা ৱাবী বাতায শাননীংবগী যাম্না পামজবা অমখক লৈ। অদুগা অমুকসু খঞ্জবিবনা, ঐঙোন্দা থোক্লবিবা অৱাবা তানফমসিগা মখোযনা থেংনখিবশিংদুগা হকথেংননা চাংদম্নদুনা যেংবদা ফংগদৌবিবা নুংঙাইজবসি খজিক খবাক্কি ওইবোই। পূন্নমকসিগী মথক্তা অমুকসু মফমদু য়ৌবগা ঐনা চৎথজবিবা অশেংবা অমসুং তৌশিন্নবা লৌশিংগী মতাংদা থিজিনবগী থবকসি মখা তাকবা ঙমগদৌবি। মদুগী মখা পোন্না লৌশিং লৈবনা কনানো, লৈতনা লৈবা শাবনা কনানো হায়বসু থিজিন্দুনা খঙদোকপা ঙন্ননি। হে ৱাযেনমপু পূন্নমক তাবীযু, ট্রোইগী লাঞ্জংদা লুচিংখিবা মীশক্তুগা,[৩৪] নত্ত্রে হাযবগা ওদিসিযস্ অমসুং সিসিফস্ অসিদসু নত্তনা মশাং লাকঙমদ্রবা অতৈ নিপা নিপা কযাগা উনজদুনা মখোযবু চাংযেং তৌবগী খুদোংচাবা ফংগনি হাযববদবু লৈজবা পূম্বা কবিগী কৎথোক্লোই। মখোযগা বাবী শানবা ফংজবদা, মখোযদা ৱাহং কযা হংবা ফংজবদা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফাওদনীংঙাই মবম কবি লৈ। হায়বিবা মফম অদুদদি ৱাহং হংবগীদমক্তা হংলিবা মীদুবু ফাদুনা হাত্তোকপা তৌদে হাযবি— মফমদুগী মওংগা হাযকববসু তৌনীংঙাই ওইদে। মবমদি ঐখোযদগী হেন্না নুংঙাইনা লৈবতা নত্তনা মযাম্না শরুশোন্নবিবসিনা চুম্নম্নবদি, লৈবিবা পূন্নমক্তু শিনাইদ্রবা[৩৫] ঙাক্তনি।

হে ৱাযেনমপু পূন্নমক, মবমশিংসি লৈবনিনা শিবগী ৱাখল তৌবগা হবাওবিযু। অদুগা ৱাফমশিমসু তশেংবনি হায়বা থাজবীযু— হিংলিঙেদা ওইববসু শিবগা ওইববসু অফবা মীগী মফমদদি পাপকী মমি ফাওবা তাবা ঙমদে। অফবা মী অদুবু, মহাক্কীনি

হায়বা খুদীংমকপু ঈশ্বরনা খক থৌশাদবা তৌদবনি। হৌজিক ঐবু তম্না খুমাঙ চাওশিল্লক্লিবা পোলোই অসিসু তাঞ্জানা হেক্তা পুবকপা নত্তে। মতাংসিদা ঐনা মযেক শেংনা উজবা অমদি লৈবে— ঐগী ওইনা খ্বাই পুন্নমক্তগী কাযন-যাথং নিজখিবনা হেন্না ফবা পুংফম অদু লাক্লে। হিংবগী পোৎলুম অসি থাংদবম্বা পামজবে। অসিগুম্বা মতমসি য়ৌবকপননি হাযবা তাই ঐগী লাইবাউনা ঐঙোন্দা খুদম চাংদম অমত্তা পীবক্ত্রিবসি। মসিনসু মবম ওইদুনা ঐঙোন্দা চৈবাক পীবিবিবা মীওইশিংদা নুংঙাইতবা, শাউনিংবা কবিসু লৈজদে। ইথক্তা বাকৎ পুখৎলকখিবশিংগী মফমদসু পেন্দবা কবিমতা লৈজদে। মখোযনা ঐঙোন্দা অমাঙবা অমত্তা পুবক্তে। ঐগীদমক্তা ফনবা ন্নাখনসু মখোয়না খক খনখিদবনি, মদুগীদমক্তি পুক্লীংসি খঞ্জীক নুংঙাইতে।

অদুমকপু ঐনা মখোযগী মফমদা নিজগদবা অমদি লৈ। মব্দপ পূন্নমক, ঐনা হাযজবমগদবা হাযনবু ঐগী ইচাশিংসিনা হযেং মপুং-মবৈ ফাবক্লবা মতমদা মখোযবু খবা ন্নানক বার্তোম্বিযু। মখোযনা কবিগুম্বা অচুম্বা লৌচৎকী লম্বীদা চত্তদ্না লম্পুম পৈশিনবগী নত্ত্রগা অতৈ ইথক-ইবাংগী হীবমদা লূপ্পগী মওং তৌবক্লবদি ঐহাক্লা নখোযদা ককসাবী শাখিবা অদুগুম্না মকোযবুসু লেম্না থাবক্কনু। কবিগুম্বা অমুকসু মখোযনা মতীক অদুদি চেন্দনা চেনবা শাবকপা থোক্লবদি ঐনা নখোযদা ঙাংখি-চৈখিবা অদুগুম্না মখোযদসু ঙাংবীয়ু, চৈবিযু। অদুনা নখোয মযাম্না হাযবিবশিংসিবু তৌবিবক্লবা ঐ অমদি ইচাশিং পূন্নমক্লা নখোয়দগী অচুম্বা ফিবেপ, অচুম্বা ন্নাযেন ফংজবগনি।

কাযনবগী পূংজা যৌবক্লে, ইশা-ইশাগী লম্বীদা চৎনবা তাবে — ঐহাক্লা শিবগী লম্বীদা, নখোযনা হিংবগী লম্বীদা। কবম্বনা হেন্না ফবিবা হাযবদুদি ঈশ্বর মহাক্তনা খঙবীবমগনি। ■

# খণ্ডহনবা

১। (মৈতৈলোন অবিবা) মবীক

২। মমল লেপ্তুনা পৈশা ওন্নফম।

৩। সোফিষ্টশিংগী মতাংদা হাযবনি।

৪। আইনবু খণ্ডনগনি।

৫। Public prosecutor

৬। (লোনশেম) accusation 'মবাল শীবকপা রাফম' তেনশীল্লগা রাশী হাযনা পুথোকপনি।

৭। লিলা অসিগী মমিং দি ক্লাউদস (নোং মপৈ) কৌই রাফমশিং অসি লিলাসিগী পবে' ২২৫ শুবদগী য়াওবা হৌই।

৮। অমা খণ্ডনবদা মাইনা — মতমদুগী এথেন্সতা চংনবম্বা পৈশানি চাউবাক্লা বাইবলগী মতমদা চংনবম্বা শেকেল ৫০ গা মান্নে হাযন' লৌনৈ।

৯। দেলফাই কৌবা মফম অসিদা অপোলো লাইবেম্বগী ওবেকল লে। মাউন্ট পাবনাসসতা লৈবা লাইশঙনি।

১০। অপোলোগী লাইবাউ ফাওবিবী মাইবী। মাউন্ট পাবনাসস অসি পিথিযা লৈবাক্কী মনু' চন্না লৈ গ্রীকশিংগী রাবীদা মতু'ইন্নাম মমাঙঙৈদা থোকখিবা যাওবা ঈশি, ঈচাউগী মতু'দা মফমসিদা পাইথন হাযন' খণ্ডনববা অচৌবা লিল অমা থোবকখি। অপোলোনা পোকপা নুমিৎ মবিনিদা ঙাযবিঙৈদ লিঙ্গাউ অসিবু হাৎখী। মদুবু নীংশিংবা ওইনা অমসুং লাইবেম্বা অসিগী মগুণ শৈথাদুনা পিথিযন গেমস হাযবসি হৌদোকখি। মবম অসিদগী মাইবী অসিবু অসুম্নসু খঙনৈ।

১১। (লোনশেম) রাজনীতিরালা

১২। By the Dog! মসিদা যাং'রিবা দোগ অসি হেদিস হাযবদি খমনুং লৈবাক্কী থোঙ্গাল শঙলিবা সেবিবস কৌবা মকোক অহুম লোঙবা হূয় অদু ওইবসু যাই। নত্রগা দোগ ষ্টাব / সিবিযস' ওইবসু যাই। অহানবগীসিনা নকশীন্নবা হেল্লি।

১৩। গ্রীকশিংগী পুন্না শকমীন্নবা রাখল মথুম-মবাং হৌহনবা মখলগী ঈশৈনি। যুগী লাই বাকস্ খুকম্বদসু শক্লৈ।

১৪। থাযনগী গ্রীক নত্রগা বোমান বেটবিক্কী ওজা নত্রগা শুপ্নগী ওজা খক্তা ওইনসু খঙনৈ।

১৫। জিযসকী হেক মচল তালোয অমসুং যজবগী লাইবেম্বী।

১৬। ক্রোনোস (নোংমদোন) অমসুং বিযা (মালেম) অনীনা পোকপনি। মাউন্ট ওলিম্পসতা লৈ হাযনা থাযনগী গ্রীকশিংনা লৌনৈ। লাইশিংগী নিংথৌনি।

১৭। মরুওইনা সোক্রেটিস মশামক্কী মশক শীদোক্লুনা লিলাদা চবিত্র ওইনা পুথোক্লবা অবিষ্টোফেনিসসু ওইবা যাই, অনাক্সাগোবসকী রাখল পবীং লৌদুনা য়ুবিপিদিসনা ইবম্বা অদুসু ওইবা য়াই লোযননা মতমদুগী লিলা ইবা অতৈসু খণ্ডনবা যাই। লিলা অমদগী হেনবদা মাগী মবমদা নৈনবিবা সোক্রেটিস অসি হিংলিঙৈদগী হৌনা মাগী মবমদা মীনা রাবী শানবা মীশক অমা ওইবকখি।

১৮। মমাঙউঙৈদা গ্রীসতা শীজিন্নবম্বা লূপানা শাবা শেল ময়েক। হৌজিক গ্রীসতা চৎনরিবা শেলগী মমিংসু ত্রাকমা হায়না খঙনৈ।

১৯। (লোনশেম) দাবী, demand

২০। (লোনশেম) ধর্ম্ম, virtue; লাইরিকসিদা 'অচুম্বা লীচৎ' হায়রগা 'ভর্চু' বু খঙনগনি। ধর্ম্ম হায়না লৌনবসু লৈবনি। অদুবু মফম অসিদদি অচুম্বা লীচৎ হায়বসিনা হেন্না চানবদগী শীজিন্নরি।

২১। উপদেশ, doctrine

২২। শা-শন্দা তোংবা ঈ চুপ্পা তীল অমা, gadfly; হুয়দা হায়রগা হুয়রী — ৱাফমসি হুয়রী তোংত্রবদা হুয়না মশাবু কাউই হায়বগী অর্থ চেন্নি।

২৩। পেলোপোনেসি লাল (৪৩১ খৃঃ মাঃ — ৪০৫ খৃঃ মাঃ) গী মনুং চনবা লানফম অমা।

২৪। প্রিতানিয়মদা (Pretanium) ওকপা যাবা বুলিগী (Boule) থৌবুরেল কাঙলুপকী মীকোক। প্রিতানিয়ম হায়রগা নিংথৌগী থৌশীমী (বাজদূত), সিনেটকী থৌবুরেন, অখন্নবা ঈকাযখুন্নবা ফংলবা নাগরিকশিংবু ওক্কনবা শাবা এথেন্সকী মতমদুগী মীয়ামগী ওক্লশঙ অমবু খঙনৈ। বুলি হায়বগা থায়নগী গ্রীসকী বিধান সভাবু খঙনৈ— হৌজিকসু খঙনরি।

২৫। (লোনশেম) গনতন্ত্র

২৬। ৪০৫ খৃঃ মাঃ দা পেলোপোনেসি লালদা স্পার্টাগী খুত্তা এথেন্স মাযথীরবদা মীয়ামগী লৈঙাক য়াদবা, মীবমদা লাঞ্জেন্দুনা লৈখিবা কাঙবু অমা অমুক হন্নক্রগা ক্রিটিয়সনা লূচিংদুনা, মহাকপু লাইসান্দবনা তেংবাংলগা মীওই কুন্থ্রানা লৈঙাক খুৎপু (ওলিগার্কি) শেমদুনা এথেন্সতা পানখি। মখোয়গী মায়োক্তা লৈবা মখৈবু, স্পার্টাগী লাম্লীগী মতেং লৌদুনা লোৎনা নম্রগা ফোংনা হাৎপা হৌরকখি। মবম অসিদগী মখোয়বু "থর্তি তাইরন্তস" হায়নসু কৌনৈ।

২৭। কুন্থ্রাগী লূচিংবা ক্রিটিয়স অসিসু মতম অমদা সোক্রেটিসকী মনাক্তা পূনবা য়াওরম্বা মীশক্লি। মবম অসিদগী, সোক্রেটিসকী মথক্তা মী খবনা লান্না মবাল শীবসু য়াওখি।

২৮। (লোনশেম) Vision

২৯। থায়নগী অট্টিকাগী সহর-লৈপাক (City State) অমবু খঙনৈ। অমবোমদা, মদুগী মনুং চন্না লৈবা 'পানা' অমবুসু খঙনৈ। মতমদুগী গ্রীকশিংগী মিং অমখক্তমক শীজিন্নবা মরম্না মীশক তাকপদা মহাক্কী পানা নম্রগা দীম (Deme) অদুগী মিংসু শীজিন্নৈ।

৩০। 'রাজনীতি তৌরগা'— রাজনীতিগী মহুত্তা 'লৈঙাক্লোন' ৱাহেসিনা মহৎ শিন্দুনা লাইবিকসিদা শীজিন্নগনি।

৩১। কুন্থ্রাগী লৈঙাক চুম্নী ইনথুরগা মীওয় তরানা পানখিবা অঙম্বগী লৈঙাক্লোনগী মতমদা থবক পুরম্বা ৱায়েন মপুশিংনি। তরাগী ওলিগার্কিসি থিরামিনিস্না লূচিংবা, মীওৎ-মীনৈ খবা হম্বুবা কাঙবুনি।

৩২। Nothingness and unconsciousness

৩৩। Eternity

৩৪। অগামেম্নন্ কৌবা নিংথৌ অদুনি।

৩৫। (লোনশেম) অমর, immortal

# ক্রিটো

পাউসানবিবা মীওইশিং

সোক্রেটিস, ক্রিটো

---

মফম

**সোক্রেটিসপু ফাদুনা থম্লিবা কৈশুমশঙ**

সোক্রেটিসনা হায়ঃ

*সোক্রেটিস ঃ* কমদৌনা ক্রিটো, অসুক ঙন্না?

*ক্রিটো ঃ* উম, খববুদি ঙল্লি।

*সোক্রে ঃ* নুমিৎপু থোক্লবনে?

*ক্রিটো ঃ* চীংখৈ অল্লকপদা ঙায়বী।

*সোক্রে ঃ* কৈগুমশঙ লাকপনা নহাকপু অসুক ঙন্নদি কমদৌনা চঙহল্লকই?

*ক্রিটো ঃ* ঐনা খবা তোযনা লাকপনিনা ইবানী শক খঙনজবে। সিহসু মথক্তা মাগী কান্ননবা খবসু তৌবল্লবনি।

*সোক্রে ঃ* ঙাইখো নহাকপু যৌবকপদা ঙাযবিব্রা?

*ক্রিটো ঃ* যৌবকপবুদি ঙাইহাক মওইবে।

*সোক্রে ঃ* অদুদি কবিগী তুমিন লৈথোক্লিবা— ঐবু হেক্তা হৌদোকপিবকপা যাদ্রা?

*ক্রিটো ঃ* সোক্রেটিস, নহাক্কী দযাসি ঐঙোন্দা তাবা ওইবল্লবদি ঐদি খাঙবা ঙল্লম্লোই— তশেংবনি, নঙগী লাইবকথীবা, পুক্নীং লাঙতক্নবা পুন্নমকশি পু-থাংবা ঐদি ঙমজবোই। অদুনা, ফীবমসিদা ফাওবা নহাক্না ইশি-শিনা, ইঙনা-নুংঙাইনা তুম্লম্বদো উব্বদা অঙকপগা লোযননা যেংলম্লিবনি। মবম অসিননি নহাকপু ঐনা হৌদোকখিদবদো। নহাক্কী চৈনাদু যাবিবমখৈ হন্থহনবা পামজে। হান্নদগী হৌনা নহাকসে নুংঙাইনা লৈবা, পেম্মোকপা হৈবা মীনি হাযবদি ঐসু খল্লকই। অদুবু তাযোন্ননা তন্নন্নবা লাইবকসিবু কৈসু লৈতনা খন্দোক্নুনা, পুক্নীং মবা তপ্না মাযোক্নবিবা মতৌসিদি ঐহাক অমুক্ত থেংনজবক্তি।

*সোক্রে ঃ* হাযবিসিবু কবিনো ক্রিটো। চহী মতাংনা ইপোক থোক ইয়া লাংলক্লবসিদবু অশিবনা ফাবদৌবে হাযদনা অৱা কোকথোংনবা হৌনদ্রেদা।

*ক্রিটো ঃ* অদুবু অহল ওইববা মীওই কয়াসু ফীবমসি থেংনদবদি নত্তে— মখোযদি চহী য়াম্লবনি শিববসু যাবে কৈসু হাযদে। মদুগী মহুত্তা লোয়নমক ৱানবা, পাখৎনবা ঙাক্নি।

*সোক্রে ঃ* মদুবুদি চুম্মিদা। অদুদা, নহাক্না ঙন্তা লাকপসিগী মবমদি হাযদ্রিমাম্লে।

*ক্রিটো ঃ* অবাবা, নুংঙাইতবা, চৈনাখোল পুম্বনা থল্লবা পাউজেল অমখক পুদুনা লাক্রিবনি ননাক্ত— তৌববুদি নহাক্নদি কবিসু খল্লম্লোই হাযবা ঐ থাজে। অদুবু নহাক্কী নব্দপ-নপিজা ওইবিবা খুদীংমক্তা, মরুওইনা ঐঙোন্দদি থম্মোযনা পুঙমগ্রবা পাউনি।

*সোক্রে ঃ* কবি তৌববগেনে? দেলোসতগী জহাজদুবু থুংলবব্রনে? মদুনা যৌবকপগা ঐসু শিদৌবিবনি।

*ক্রিটো ঃ* নত্তে, নত্তে, য়ৌবমক্তি য়ৌবক্ত্রি। অদুবু, ঙসিমক মফমসিদা যৌবকপা যানা লৈবি। সুনিযমদা জহাজসি থাংহৌবা উবকপা মীনা তম্বনি। সোক্রেটিস, হযেংসীনা নহাক্কী তাইবং চেঙজেল লোইযু তমগ্রমাল্লেনে।

*সোক্রে ঃ* ফবে ক্রিটো, মদুমক্তা ঈশ্বরগী অনীংবদু ওইববদি ঐসু হবাওনা য়াজবে। অদুমদী ওইবগা ঐনা থাজবা অমতং লৈবি— জহাজদু নোংমা শোযদনা পম্বগনি।

*ক্রিটো ঃ* মদু খনবগী মবমদি?

*সোক্রে ঃ* ঐ হাযগে। ঐনা শিগদৌর্বাসি জহাজদু থুংলবা নোংঙাল্লগনি, নত্ত্রা?

*ক্রিটো ঃ* মান্নী, মদুনি অঙস্বশিংনা হার্যবিবস্।

*সোক্রে ঃ* অদুবু হার্যবিবা জহাজসে হযেং লান্দ্রীবা ফাওবা মফমসি খক যৌবক্রোই। মসিগী ৱাফমসি ঙবাং হৌজিক অযুকপু হাযবা যাববনি, ইবাযবক ফদুনা নহাক্লা ঐবু হৌদোকপিদবা তাঞ্জাদুদা ঈশ্বরনা থৌজানবিদুনা উহনবিবকপা শক্তম অমনা খঙহল্লম্বনি।

*ক্রিটো ঃ* কবম তৌবা শক্তম্নো, মওং মতৌদি?

*সোক্রে ঃ* নিপীগী শক্তম ওইনা তৌবা অমখক থোবকই, কুচু ফজে, যেংবা নুংঙাই, শেৎলিবা ফিজোলদু পূন্নং লংই। অদুগা ঐবু কৌবদুনা হাযবকই ঃ সোক্রেটিস নঙবু তাববা —

হুম্নিচনবা মতুংদা থাযযাবু^১ লৈহাও হাপ্পবা চৎলগনি নহাক্তি।

*ক্রিটো ঃ* কযাদা অঙকপনা থল্লবা শক্তম্নো, সোক্রেটিস।

*সোক্রে ঃ* মসিগী মনুংগী ৱাদি মযেক যাম্না শেংলেদনা।

*ক্রিটো ঃ* চুম্মি, ৱাবোলসিবুদি তশেং-তশেংলবনি। অদুবুনে হে সোক্রেটিস, চান্নববা মব্দপ, ঐনা হাযজবা ৱাফমসে যাবিযু। মফমসিদগী নাম্বোক্তুনা চেনগ্রসি। মবমদি নহাক্লা থুপগ্রবা তুংদা অমুক শুকফং ফংলবোইদবা মব্দপ অমা ঐঙোন্দা মাঙজবত্তা নত্তনা অতোপ্পা ফত্তবা মবম অমগসু লৈবি। নঙ ঐগী মবমদা মুন্না খঙদবা মীশিংনা ঐনা পৈশা

খরা তিংলন্নবদি নহাকপু কন্নম্বা য়াবনি, থৌশাদবদগী থবকসি থোকহ্রিবনি হায়না শোয়দনা থাজনরগনি। অদুনদি, মরূপকী পুক্নীদগী পৈশানা হেন্না লুনা খনবা মীনি, অসুন্না মীয়াম্না ঐবু লৌনখিবসিদগী হেন্না চোম্নীংঙাই ওইবা বাফমবু করি অমুক লৈখিদগে? ঐনা নহাকপু মফমসিদগী নাম্থোক্তুনা চেনখ্রসি হায়জবদা নহাক্না য়াবিখিদে হায়বসিদি ময়াম্না খঙবিরোইদো।

*সোক্রে ঃ* অদুবু নুংশিজরবা মরূপ ক্রিটো, ময়াম্না করি খনখিনি হায়বসিবু করিগীদমক্তনো ঐখোয়না অদুক লুনা খনগদৌরিবা? মখোয়গী মচীন্দগী লৌশীনবা য়াবা বাহে থোরকপা মীওইদি বাখল চাউবা, লৌশিং লৈবা মীওইশিং অদুতনি। মখোয়নদি থোক্লিবা পূন্নমকসিগী মরমদা পরীং চুন্না অসুম খল্বজরক্কনি।

*ক্রিটো ঃ* অমুক্তা ঙাইবিখো সোক্রেটিস, মীয়ামগী মোৎ হায়বসিমসু তাদবা য়াদ্রি। মরমদি, হৌজিক থোক্লিবা থবকসিনা মখোয়না য়ানিংদবা মীদা খ্বাইদগী অমাঙবা থোকহনবা ঙম্মি হায়বসি উৎলবনি।

*সোক্রে ঃ* নহাক্না হায়রিবদুমক তশেংনা ওইবিরবদি ওম্থোক্না ফরে হায়না ঐদি খল্লী, ক্রিটো। মীয়াম্না খ্বাইদগী ফত্তবা পুরকপা ঙম্বা হায়বদু ওইসনু। মদু ওইরবদি মীয়াম্না খ্বাইদগী অফবদুসু পুরকপা ঙমগনিদনা— কয়াগী মতীক নীংথীজগদবা মদুনা! অদুবু থবক্তা তারক্লবদি ফত্তবসু অফবসু অনীমকসি অমত্তসু মীয়াম্না পুরকপা ঙমদবনি। মখোয়না তৌরিবা পূন্নমক্তু তাঞ্জা চারুবদগী থোরকপা ঙাক্লি।

*ক্রিটো ঃ* ফরেনে, ঐ নহাক্না য়েৎনজররোই। অদুমকপু সোক্রেটিস, নহাক্না হৌজিক চৎলসি হায়বা য়াদ্রিসিবু ঐগী নত্ত্রগা অতৈ মরূপ-মপাংশিংগী খন্দুনা তৌরিবরা নত্তবরা হায়বদুদংদি নুংশিবিদুনা অমুক্তং হায়বীয়ু। নহাক্না কৈশুমশঙদগী নাম্থোকখ্রগা মদুগীদমক্তা ঐখোয় ময়ামসি অরোনবা পাউমীশিংনা তাকশীন্দুনা বাহৌবা তারে, ইরল-ইথুম পুল্লপ্পা মৎখিবা তারে, করিগুম্বা লোয়নমক নত্ত্রবসু খরদি মরৌখ্রনি অসুন্না নত্ত্রগা মসিদগী হেনবা অবাবা ফাওবা তারবসু য়াই হায়না খনবীদুনা য়াদ্রিবা নত্ত্রা? ঐখোয়না মরম ওইদুনা য়াদবা ওইরগদি করিমত্তা চিংনবিরুনু। নহাক্কী পুক্নী কন্নবগীদমক্তি মসিদা নত্তে, মসিদগী হেনবা অবাবা, খুদোংথীবা কয়াসু ঐখোয়না মায়োক্নফম থোকপনি। অদুনদি য়াবিয়ু, ঐনা হায়জবসি তৌবিরো।

*সোক্রে ঃ* চুম্মি ক্রিটো, মদুসু মরম অমনি। অদুবু য়ানিংদবসি মদুখক্তনা

লোইবদি নত্তে।

*ক্রিটো ঃ* চিংনবিগনু, নহাকপু কৈশুমশঙসিদগী কল্লগা লোইবে হায়না খঞ্জবা, পৈশা তিংবা পাম্মদবা অতৈ কযাসু লৈবিবনি। অবোনবা পাউমীশিংগী মচিন মেন্নবগীদমক্তি অদুক হাক্লা চঙগদবা নত্তে। পৈশা খজিক-খবাক্লা অসুম যাবদৌনি। ঐ ইশামক্কী ইবলসু পঙনোপ নোপ্পা নত্তে। পুন্নমক নহাক্কীনি। ঐ ইতোমতনা পৈশা লোইনা পুথোকপদা পুক্কীং নুংঙাইত্রগনা, মতেং পাংজগে হাযবা মীওই কযাসু লৈবি। মমিং অমতং পল্লবদা, থীব্জ মচা সিম্মিযস মশামক থবকসিগীদমক্তা পৈশা খাউজাও অমা পুদুনা লাক্লবনি। সিবিস মকসু অতৈ কযাগা লোযননা নহাক্লা নাম্ভোকপগী মতেং পাংনবা পৈশা থৌবাং তৌদুনা লৈববনি। মবম অদুনা ঐখোযগীদমক্তা খন্দুনা নীংজীং-মাঙজীংনবা তৌবিবনু। অদুগা অতৈ লৈবাক্তা চৎলগা কবি তৌকৃগদগে খঙদে হাযনা ব্রাযেনশঙদা হাযখিবা ব্রাফমদু অমুক হন্না হাযবিবনু। এথেন্স খক্তদা নত্তনা নহাক্লা চৎলু-চৎলুবা মফমদা নহাক্কী মীমক্তা ঙাযদৌবিবনি। চৎকেদা হাযবিযু নহাকপু মশাগী থবাযদগী হেন্না চেকশীন্না ঙাক-শেনগদবা ঐগী মব্দপ কযাসু থেসালী লৈপাক্তা লৈ। থেসালী মচা অমতনা নতু নাম্ম ফাওবা শোক্লোই। অমবোমদা যেংলুববসু, কন্নবা যাবগী তাঞ্জা ফংলবদসু নপুঙ্গীবু মীখুত্তা শিন্নথোকখিবা হাযবসে শৌগৎপা যাবা বাফম অমা ওইনা ঐনা লৌদে। নহাক্কী থৌওংসিদি যাবিমখৈ থুনা নথব্রায লৌবগে খল্লিবা যেক্লবশিংদুগী মখুত্তা নশানা যানা নপুঙ্গী কৎথোকখিবগী থবক্নি। মখা তানা ঐনা হাযজনীংবদি নহাক্লা তৌবিবসে নচাশিংবু থওইনা হঙ্গেকপিবমগে হাযবনি। নহাক্কী নথৌদি মপা অমা ওইনা মখোযবু চাউনবা যোকপি-থাকপীবমগদবনি মহৈ-মশিং তমহন্দুনা মী ওইহল্লমগদবনি। মদুদি তৌদদুনা নহাক্তি মখোযবু থাদোক্তুনা চৎকে হাযবে। অদুনা মখোযদি নোংমগী থোকউ-থোকউবা মওংদা হিংহৌবনি। মবাযবক্তা পিতৎ-পাতৎপা মচাশিংগী অব্রাবদুমক থেংনদবা তাববসু, মদুগী মতাংদা নহাকপু থাগৎনীংঙাই মবমদি কবিসু লৈতে। মচাশিংবু যোকপা-থাকপগী, মহৈ-মশিং তমহনবগী থবক মতোন লোম্না পাঙথোক্লীংদবা মী অদুদি তাইবংপানসিদা মচা-মশু পোক্লোইদবনি। নহাক্তি পুন্নমক্তগী হেল্লবা, নিপা থোকপা, তৌরুম্বা থবক খুদীংমক্তা অচুম্বা লীচৎকী ব্রাফমতবু খনগ্নবা মীশক্লি। নহাককুম্বা অমনা তৌথোবকপগা হেন্না চানগদবা অমদি যবা নিপা থোকপা থবক্ত তৌথোবকপগী মহক্তা হেন্না কোম্বা, হেন্না লাযবা লম্বী অমা খনবগুম তৌবি। অমুক্কসু হন্না হাল্লবদা, থোকখিবা

পুন্নমকসে ঐখোয়না থৌনা ফুদোকহৌদদুনা তৌবিবনি হায়নখ্রনি খল্লুবদা তশেংনমক ঐসে, নহাক্কী অরাবা অসিগী মথক্তা, নহাক্কী মবাপ্পি হায়দুনা লৈরিবা ঐখোয় পুন্নমক্কী ওইনসু খল্লুবদা ওহ্নোক্লা ঈকায়খ্রে। কবি হায়না বাযেনশঙ কাকদৌবিনো, কাববসু চৎথখ্রিবা বাযেন্দু মায়কৈ অমবোমদা পুথোক্লম্বা য়াবনি। পোলোইদা থেংনবিবা অপঙবা তাবগী থবকসি মীরেম ঙাক ওইবমদুনা নহাকপু কল্লমগদবা ঐখোয় অসিনা থৌশাদবা অমদি পাঙদবদগী থোবকথিবা ওইনা উনবগনি। অদুগা নহাক নশামরুসু নশাবু কঞ্জবম্বা হেন্দোক্লা য়াবনি, কবিসু লুনা থোকপা নত্তে। য়েংবিযু সোক্রেটিস, হৌজিক্তি মসিগী মহৈসে নঙোন্দসু ঐখোযদসু কয়াদা অবাবা অমদি মিংচৎ থীবগী মশক ওইবক্রবা। কান্নদে হৌজিক পুক্নীং লেপ্লিবো। নত্তে— হৌজিক পুক্নীং লেপ্পবা খনবগী মতম ওইদ্রে, হান্নলা লেপ্পবা ওইবগদবনি। মবমদি অমুক খন্ন-নৈনদুনা লৈথবগী মতম লৈত্রে। তৌগদবা থবক অমখক্তনি মাঙদা তাবিবসে— মদুসু অহীংগী মতমসিনা খবা লৈবিঙে তাঞ্জাসিদা তৌহৌগদবনি। খবদং হেক পঙ্খিবদা নাহ্নোকৃবগী খুদোংচাবা পুন্নমক মাঙখ্রনি। অমুক হন্নসু ফংলবোই। অদুননি সোক্রেটিস, ঐনা খোঙলৈ থুবিযু হায়জবিবসে— মসি যাবিযু। ঐনা শীঞ্জবিবা লম্বেলসিদা চৎপীনবা ঐনা নঙোন্দা হন্না হন্না হায়জবী।

*সোক্রে ঃ* নুংশিখ্রেদকো নহাকসে, ক্রিটো। হাযবিবা লম্বেলদুনা অচুম্বা লম্বীমক ওইবম্বা থোক্রবদি নহাক্লা থবায যাওবিবা মতৌসে ওহ্নোক্লা থাগৎনীংঙাই মশক ওইনি। অদুগা অরানবা ওইবন্নবদি— থবায যাওবা হেল্লিবমখৈ খুদোংথীবসু হেল্লক্কদৌবি। মবম অসিনা নহাক্লা হার্যবিবদু ঐনা তৌফম থোকই নত্তগা থোক্তে হাযবদু মুন্না খন্নফম থোকই। ঐদি অচুম্বা-বাখলনা[২] পুবা মাযকৈদ্দা চৎচবশিংগী মনুংদা অমনি। হান্নদগীসু ওইবকপনি। হাযবিবা অচুম্বা-বাখল অদুদি ঐহাক্লা মনুং হুঞ্জিন্না খঞ্জীনবদা ঐঙোন্দা সীনা মফবে হায়বা অদুদং ফংলগা লোইবে। হৌজিক মদুগী তাঞ্জা অদুনা ইমাঙদা লাক্কুনা লেপ্পববা মতমসিদা, ইশাগী বাহৈবু ইশানা হেক্তা ককথৎকদবা নত্তে— ঙসি ফাওবদা ঐহাক্লা ঈকাযখুন্নরক্রিবা অমদি লুনা নীংলক্রিবা লিচীংবাশিংদু[৩] মিৎকুপ সিদসু ঙাক্লা চৎথবি। অদুনা খুদকসিদা ঐখোযনা হেন্না ফবা লিচীংবাশিং পুথোকপা ঙমদ্রবদি, ইবানী মোৎ অমত্তা ওইবোই হাযবসিদি শেংলবনি। কান্নবোইদবা বাফম্নী— মীযাম হাযবিবদুগী পাঙ্গলনা ফাদোক কযাবক তাহল্লবসু, লনথুম মৎপা য়াবমখৈ মৎখ্রবসু, হাৎপা তুপ্পা কয়াবক ঙল্লবসু, অঙাংশিংদা তন্নলাইগী বাবী লীরগা কিহনবগুম কযাবক কিহল্লবা

ফাওবদা ঐদি য়াজররোই। অদুদি হীরমসিবু খ্বাইদগী হেন্না মীচং-মীখাই নাইদনা খন্নগদবা লম্বীসিদি করিনা ওইনি? ঐবু ঙসায় নহাক্না মীয়ামগী মোৎ হায়দুনা পুখোকখিবা য়েৎনবগী ৱাফমদু হান্না লৌখৎসিরা? — ঐখোয়না হায়নখিবদু মীয়াম হায়বদুগী মরক্তা ৱা লৌগদবা খরা য়াওই, লোইনমক্তি নত্তে অসুম্না হায়নখিবনি। মীৎয়েংসি ঐনা ৱায়েন চৈরাক ফংদ্রিঙেদা ঙাক্না লাকখিবদু চুমব্রা? নত্ত্রগা মতম অমদা চুম্মি হায়না লৌনখ্রবা ৱাফমদু মতমদুদা অফবা ওইরম্লবসু হৌজিক্তি চুম্না ৱারী শাবা হৌনে হায়দুনা পঙশা শানবা, অঙাংগী চোইরোল তারব্রা? মদুনি নহাক্কী নতেং লৌদুনা খন্নরগা ঐনা পুখোকপা পামজরিবসি, ক্রিটো। ঐখোয়না হৌজিক ঐঙোন্দা থোক্লরিবা ফীবমসিগী মতুংইন্না হান্না নৈনখ্রবা ৱাফমদু মশক ওল্লে নত্ত্রগা ওদ্রি হায়বসিগা লোয়ননা ৱাফমসিবু ঐগী ওইনা অসুম শীজিন্নবা য়াখিদ্রা, তোকথোক্লসিরা হায়বসিমসু খন্নথোকপা তাবনি। ঐনা খঞ্জবদা, মতীক লৈরবা মীওইশিংনসু যানদুনা লৌনরিবা ৱাফমদুদি, ঐনা হান্নসু হায়জখ্রবনি— মোৎ লৌগদবদি মী খবতগীনি, লৌরোইদবা অতৈ কয়া অমসু লৈ হাযবসিনি। য়েংঙু ক্রিটো, নঙসে হযেংমক্তি শিখিরোইদনা— নঙবু য়েংলগা মী অমা ওইনা ঐসু মসি ফাওবদি য়ামদ্রবদা হাযবা ঙম্মি। অদুনা নহাক্তি নশাগী ফীবম্না লান্না লমজীংদুনা পুখিগদবসু লৈতে, অদুগা মদোমদা থোইনা পুক্নীং থিংজিল্লবসু নত্তে। অদুনদি, মীওই খবা খক্তগী মোৎপু মমল লৈনা লৌগদবনি. মখোযদু নত্তবা অতৈ পুন্নমক্কী মোৎপু মমল লৈনা লৌদুনা থাক ৱাংনা থমলুবগী কান্নবা, তঙায়ফদবা লৈতে হায়জখিবদু চুম্মি খনবিব্রা খনবিদব্রা, ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়বীয়ু? ঐনা ৱাফমসিবু খুবামনুংদা চেৎনা পাযশিন্দুনা থল্লিবসিবু চুমব্রা চুমদব্রা হায়বদু অমুক্তা তাকপীয়ু।

*ক্রিটো ঃ* তশেংনা চুম্মি।

*সোক্রে ঃ* অফবা মীশিংগী ৱা তাগদবনি, ফত্তবশিংগীদি তাকদুনা কান্নদেদনা?

*ক্রিটো ঃ* কান্নদে।

*সোক্রে ঃ* লৌশিং লৈবশিংগী মোৎনা অফবা, অদুগা লৈতবশিংগী অদুনা অমাঙবা, ফত্তবা ওইব্রা?

*ক্রিটো ঃ* মদু শোয়দ্রবনি।

*সোক্রে ঃ* অদুগা মথাগী ৱাফমসিগী মতাংদদি করি হায়নরি? জিমনাষ্টিক তম্বদা থৱায় য়াওরিবা মহৈরোয অদুনা মহাক্কী মশা-মঙগী ফীবম য়েংশিনবিরিবা হায়সিরা

নত্ত্রগা মহৈ তত্থিরিবা ওজা হায়গদ্রা— মহাক অদুখক্কী বা তাগদ্রা নত্ত্রগা মী খুদীংনা থাগৎপা, শীথবগী মোৎশিংদুবু লৌগদ্রা?

*ক্রিটো ঃ* ওজাগী বা লৌফম থোকই।

*সোক্রে ঃ* ময়ামগী বা তোক্কগা মহাক্কা মী অমখক্কা মাগী অশোয়বা তাক্ককপদা কিফম থোকপা, অদুগা থাগৎলকপদনা হবাওফম থোক্কা?

*ক্রিটো ঃ* ময়েক শেংলবা বানি, মদু তৌগদবনি।

*সোক্রে ঃ* মীযামগী মোৎপু লৌদুনা থবক পাঙবগী মহুত্তা, মাগী ওজানা অফবনি হায়বা লম্বীদুদা চৎপা, মহৈ তম্নবা হোৎনবা অমদি চাবা থকপা পুন্নমক অসি তৌফম থোকপা নত্ত্রা?

*ক্রিটো ঃ* চুম্মি, তৌগদবনি।

*সোক্রে ঃ* মহাক্কী ওজাগী মোৎ, থাগৎপবুনা থওইদ্রবা, মদুগী মবমদা কবিসু খঙদবা মীযামগী মোৎ অদুবুদি ইন্দুনা চৎপা থোক্কবদি মহাকপু ফত্তবা ওইবকপগী অবাবা নংলোইদ্রা?

*ক্রিটো ঃ* তশেংনা নংগদৌবিবনি।

*সোক্রে ঃ* অদুদি হাযবা ইন্দবদগী ওইবক্কদৌবিবা ফত্তবদুনা মঙোন্দদি মতৌ কবম্না শোকহল্লকনি?

*ক্রিটোঃ* অশেংবদুমক হাযববদা, মশা শোক্কক্কনি। ফত্তবা মহৈ ফংগদৌবিবদু মাগী হকচাং শোক্ককপা অদুনা ওইদৌবিবনি।

*সোক্রে ঃ* যাম্না ফবে। অদুদা হাযবিবসিবু ক্রিটো, অপাম্নমা মমিং অমুক পল্লুদ্রবসু অতৈ পোৎশকশিংগী ওইনসু চুম্লোইদ্রনে? অচুম্বা অবানবা, নিযম ইনবা থুগাইবা, অফবা ফত্তবা হাযবা ঐখোযনা খন্নবিবা হীবমশিং অসিগী মতাংদসু মীযামগী মোৎপু ইনগদববা, কিবদগী মদুবু ঙাক্কদববা, নত্ত্রগা অখঙবা, লৌশিং চাউবা মীগী মোৎ অদু লৌগদববা? তাইবংপান পুম্বা নাকন্দা থম্লগা. মহাক অদুতবু হেম্না কিনগদবা, ঈবাৎফম থোকপা মীশক ওইনা লৌফম থোক্তববা, অদুগা ঐখোযনা মহাকপু থৌশাদবা তাববদি অচুম্বা-বাযেন্না[৪] কনখৎহল্লি অদুগা অবানবা-বায়েন্না[৫] শোহুহল্লি হায়না হান্নদগী লৌনরকপা লিচীংবা অদুবু থুগাইদুনা মাঙহল্লোইদ্রা? লিচীংবা হায়বসিদি সীগুম্বা মওং অমা লৈতব্রনে?

*ক্রিটো ঃ* তশেংনা লৈ, সোক্রেটিস।

*সোক্রে ঃ* মসিগা ৱাপা চাবা খুদম অমমুক য়েংলসি ঃ—করিগুম্বা ঐখোয়না লৌশিং মপুং ফাদবা কাণ্ডবুদুগী মৱাবু লৌরুবদগী, হকচাং ফবনা ফগৎহনবা, লায়নানদি শোক্সহনবা পোৎশক অদুবু থুগাইদুনা মাঙহল্লবদি ঐখোয়বু হিংবদা কান্নখিদ্রা? অমরোমদা মাঙহনগদৌরিবা অদুদি করিনো— ইশাগী হকচাংসি নত্ত্রা?

*ক্রিটো ঃ* চুম্মি, মাম্নীনে।

*সোক্রে ঃ* অমাঙবা, ফত্তবগা শাগোম্নৱবা, মাংলবা হকচাংগা লোয়নদুনা ঐখোয়বু হিংবা ঙমগদরনে?

*ক্রিটো ঃ* তশেংনমক ঙম্লোই।

*সোক্রে ঃ* অচুম্বা-ৱাযেন্না চাওখৎহনবা, অরানবা-ৱায়েন্না মাঙহনবা অদুগুম্বা মীওইবগী অৱাংবা ৱাখলগী শকক অসিবু থুগাইদুনা মাঙহনখ্রবদা হিংবা কান্নখিদ্রা? অচুম্বা অমদি অরানবা ৱায়েনগা মৰী লৈনরিবা লিচীংৱা অসিবু মীদুগী ওইনা ওইনীংবা মখল অমসু ওইজসনু, মীওইবগী হকচাং অসিদগী হন্থবা থাক্ত লৈ হায়বা য়াব্রা?

*ক্রিটো ঃ* তশেংনমক য়াদে।

*সোক্রে ঃ* লিচীংৱা অদুনা হকচাংসিদগী হেন্না ঈকাইখুম্নফম থোকইদনা?

*ক্রিটো ঃ* থোকই।

*সোক্রে ঃ* অদুদি মৰূপ, মীযাম্না ঐখোয়গী মরমদা কবি হাযবি হায়বদু খল্লুদবা তাবনি — অচুম্বনা করিনো অবানবনা করিনো খঙবা মী অদুনা করি হাযখিনি হাযবা অদুখক্তং খন্থবা তাবনি। লোয়ননা অচুম্বা হাযবদুমক্লা করি হাযখিদগে হাযবসিসু খনফম থোকই। মরম অসিনা অচুম-অরান, অফ-ফত্ত, ঈকায়খুম্ননীংঙাই ওইবা-ওইদবা হায়বশিং অসিগী মরমদা মযামগী মোৎ লৌগদবনি হায়না পাউতাক পীবকখিবদু ৱা হৌরকপদগী হৌনা অদুম শোযরক্লবনি। "ফরেনে," মতাংসিদা কনাগুম্বনা অমুক হায়রকপনি খল্লসি, "অদুবু, মীয়াম অদুনা তৌগেবু খল্লবদি ঐখোয়বু হাত্তোকপিবা ঙম্মি।"

*ক্রিটো ঃ* চুম্মিদনা, মদুমক্কি সোক্রেটিস — হেক ময়েক শেংবা পাউখুমদি মদুদনি।

*সোক্রে ঃ* হায়রক্লিবদু চুম্মি, তৌবদবু হৌজিক্তা নৈনদুনা য়ানখ্রবা ৱাফমদুনা নহাক্কী ৱাখলবু খজিক্তা ওইরবসু মচী লেঙহনবা ঙম্নমদবসিদা ঐদি ইঙক ঙকখরে। অদুনা, মখা তানা ঐনা অমুক খঙনীংলিবসিনা মথক্তা হায়নখিবা ৱাফমশিংদু অতোপ্পা হীরম অমদা অমুক পানসিনবদি য়াবোইদবা হায়বসিনি — নৈনসি হায়রিবা হীবম্না, চুম্নগী পুক্নী খক্তা

নত্তবা, অফবা পুন্সী হায়বদুনা হেন্না মমল ঋাংনা লেপকদবনি হাযবসিনি।

*ক্রিটো ঃ* চুম্মি, মদুমসু লেঙত্রবা ঋাফন্নী।

*সোক্রে ঃ* অদুদি অফবা পুন্সী হাযবগা অচুম্বা চৎপা অমদি ঈকাযখুম্ননিংঙাইসু ওইবা পুন্সীদুবু খঙনৈ হায়বা ঋাবোলসিমসু নৈনবসিদা হাপচীনবা যাব্রা?

*ক্রিটো ঃ* চুম্মি, য়াই।

*সোক্রে ঃ* ঐখোযনা লৈ হাযদুনা যানপ্রবা ঋাফমশিংসিগী মবমদা মখা চৎথবা ওইনা হৌজিক ঐহাক এথেন্সকী মীযামগী অযাবা যাওদনা নাম্থোক্লুনা চেনখিফম থোকই থোক্তে হায়বসিগী মতাংদা থোবকইবা ঋাহংসিগী মনুংদা লৈবিবা ঋাবম অদু অমুক পুথোকচবক্কে — মদুগী মতুংইন্না নাম্থোকফম থোকই হাযবা ঋাবোইসি ফংলবদি ঐহাক চেন্নবা তৌগনি। নাম্থোকফম থোক্তে হাযবা ঋাফমসি থোবক্লগনা ঐহাক খক চেল্লোয। ঐনা খন্থফম থোকপা ঋাফমশিংনি হাযদুনা নহাক্কা ঐঙোন্দা পৈশাগী, মিংচৎ থীবগী, অদুগা ইচা-ইশু লাইবিক তমহনবগী মতাংদা হাযখিবা অতৈ বা মযাম অদুদি হাৎকে খল্লগা ঙম্বা মতাংদা হেক্তা মহাৎপা, সীমদি কল্লসি হায়বগনা হেক্তা মকনবা, থোইদোক্লা মবম চায চাদে থিদবা, খল্লক-খল্লকপদা মতৌবা মীযাম হাযবদুগী লাইনীংনি হাযনা লৌই। হৌজিক যেৎনবা অসিদগী বাফম অমা মকওইনা চোংথোবক্লি। বাফম অদুদি, ঐখোযনা নাম্থোক্লবা হোৎনবা, মদুদা মী অতৈবু মতেং পাংহন্দুনা মখোযদসু অৱাবা শকক থুংবিবা, লোযননা নাম্থোকখিবা যাহনবিবিবা মীদুদা পৈশা পীদুনা থাগৎপা ফোঙদোক্লম্বা হাযবিবশিং অসিবু অচুম্বা থবক ওইগদবা, নত্ত্রগা মনুংগী ঋা থিগৎলুববদি অচুম্বা ওইফম থোক্তববা হাযবসিনি। অদুনা, মুন্না খন্থগদবা ঋাহংদি মসি মঙাযবে। অমবোমদা, অকোনবদা পনখিবা অচুম্বা ওইফম থোক্তববা হাযবা বাফমদু ওইফম থোক্তবনি হাযবগী প্রমাণ ফংলবদি, ঐনা অতোপ্পা ফত্ত-নুংদগী বাফম অমত্তা ঐখোযনা খন্নবিবসিগী মনুং চন্না পুশিল্লকপা তৌবোই।

*ক্রিটো ঃ* নহাক্কা হাযবিবদু চুম্মি হাযনা ঐসু খল্লী, সোক্রেটিস। মখাসিদি কমদৌনা চৎথবা তাবে?

*সোক্রে ঃ* ইবানী হৌজিক ঋাফমসি পুন্না খন্থমিন্নসি। নহাক্কা ঙন্নগনা ঐগী ঋাফমসি কক্লবা তৌবিয়ু, মদু ওইববদি ঐসু নহাক্কা মোৎ অমত্তা ওইগনি। নত্ত্রবদি নুংশিববা মব্দপ, এথেন্সকী মীযামগী অপাম্বগী মাযোক্তা ঐবু চেনখবো হাযনা হন্না-হন্না তাকপীবসি

তোকপীয়ু। মরমদি নাম্বোক্তুনা চেনখিবা য়াহন্নবা ইশামক্কী য়েংদুনা নহাক্লা তক্করিবসে ঐনা ওম্বোক্লা মমল লৈনা লৌজরিবনি। অদুবু ঐনা মসিনা হেন্না অফবা ৱাফম্নি হায়না লৌজরিবা অদুগা ওন্ন-তৈনবা থবক তৌ হায়না তক্করকপা মতমদদি ঐহাক য়াজদবা তাই। অদুনদি হৌজিক ঐগী ওইনা অহানবদা লেপচখিবা ৱাফমদু অমুক্তা পুন্না খন্নসি। নুংশিবিদুনা হেক য়ারিবমখৈ খ্বাইদগী অফবা, চানবা পাউখুম পীনবা তৌবিয়ু।

*ক্রিটো :* ঐহাক হোৎনজগে।

*সোক্রে :* ইশানা য়ানা অরানবা খক তৌরোইদবনি হায়গদ্রা, নত্ত্রগা ফীবমগী মখা পোম্না অরানবা হায়বসি তৌগদবনি হায়গদ্রা, নত্তে হায়রগা মদুসু তৌরোইদবা থবক অমরা — নত্ত্রগনা ঐনা পঞ্জখিবা অদুন্না অরানবা তৌবা হায়বসিদি মতম পুন্নমক্তা ফত্তবা, পাপকী মশক ওইবা অমসুং মিংচৎ থীহনবা থবক্তি হায়সিরা? নুমিৎ খরনিসিদা হান্না য়ানদুনা লাকখ্রবা ৱাফমশিংদু লোইনা থাদোকখিবা, লংশেকখিবদা তারব্রা? অদুগা চহীনা মতাংসি য়ৌরক্লবদা ঐখোয়সিনা ঙহানমখৈ অসুক শাংলবা পুন্সীগী মতমদা চাক-ঈশিং চঙদবমখৈ ঙাংনদুনা, নৈনদুনা, য়েৎনদুনা লাকখিবদু পোলোইদা অঙাংগী থবক তাহন্নবা তৌরকপা ওইহল্লসিরা? অমরোমদনা, মীয়ামগী মোৎনা ওইনিংবা ওইজখ্রসু, হেন্না ফবনি খঙদে ফত্তবনি খঙদে থোক্লীংবা মহে থোক্লরবসু, অরানবা-ৱায়েন হায়বসিদি মতম পুন্নমক্তা ফৎখিদ্রবা পাপকী মশক্তি, মিংচৎ থীনবা থবক্তি হায়না ঐখোয়না মতম অমদা হায়নখিবশিংদু হৌজিকসু অসুম্মক চুমদুনা লৈরি হায়বসি হন্না-হন্না পুথোক্তুনা অরানবা-ৱায়েন তৌরিবা মহাক্কী মফমদা উৎফম থোকপরা? থোকই হায়গদ্রা, থোক্তে হায়গদ্রা?

*ক্রিটো :* থোকই হায়বা তাই।

*সোক্রে :* অদুদি অরানবা হায়বসি ঐখোয় তৌবা য়াদ্রেকো?

*ক্রিটো :* তশেংবনি, য়াদ্রে।

*সোক্রে :* ময়াম্না খন্নরিবা মীনা অরানবা তৌরক্লবদি মদুগা মান্নবা অরানবনা লমন খুমগদবনি হায়বসিমসু য়াদ্রে; মরমদি মীঙোন্দা শোয়বা, অরানবা চৎপা য়াদবা নত্ত্রা?

*ক্রিটো :* তশেংনমক মদু তৌরোইদবনি।

*সোক্রে :* অমুক্তগা হংহৌখিগে, ক্রিটো। ফত্তবা থবক তৌবদি য়াব্রা?

*ক্রিটো :* শুকয়া য়াদে, সোক্রেটিস।

*সোক্রে* ঃ মীয়ামগীদি লমচৎ-শাজৎ[৬] ওইরিবা ফত্তবগী লমন ফত্তবনা খুম্বা হায়বসিদি চুম্না চুমদব্রা ?

*ক্রিটো* ঃ মদু চুমদবনি।

*সোক্রে* ঃ মী অমগী মফমদা ফত্তবা তৌরুবা হায়বসি মঙোন্দা অমাঙ-অতা থোকহনবগা অমত্তরা ?

*ক্রিটো* ঃ মদু য়াম্না চুম্বা ৱাফম্নি, অমত্তনি।

*সোক্রে* ঃ অদু ওইরবদি, মীনা ঐথোয়দা ফত্তবা তৌনিংবমখৈ তৌজরকসনু, ফত্তবনা ফত্তবগী লমন হন্দুনা খুম্বা নত্ত্রগা ফত্তবা চৎলুবা হায়বসি তৌফম থোক্ত্রে। মতাংসি য়ৌরকপদা ক্রিটো, নহাক্না হায়রিবশিংদু থম্মোয়দগী থোবকপরা নত্ত্রগা খৌজেংদগীরা হায়বদু অমুক্তং খন্থহন্নীংই। মরমদি অসিগুম্বা মীৎয়েং, ৱাখলসি মী কয়াগী মফমদদি খক লৈতবা, লৈস্ লৈরবোইদবা অমনি। ৱাফমসিনা য়ুম্ফ ম ওইদুনা মখোয় মশেল য়ানরিবনি নত্ত্রগা য়ানদ্রিবনি হায়না খঞ্জরিবা মীওইশিং অদুগীস্ য়েংনবা লৈতনা য়ানরবা য়ুম্ফ ম হায়বদুদি লৈতবনি।[৭] অদুনা অপূনবা ওইনা য়েংলুবা মতমদা যানৈ যানদে হায়দুনা মনুংদা কয়াদা পাক-চাউনা খেন্নবন্নিবনো হায়বদু খঙনরকপদা মখোয় মশেল পৎ তৎপমখৈ য়েংথীনজবা ঙম্নরিবনি। মতাংসিদা ঐগী অহানবা লিচীংরা — মীঙোন্দা অমাঙ-অতা থোকহনবা, লমন খুম্বা, ফত্তববু ফত্তবনা ঙাকথোকপা হায়বসি অচুম্বা থৌওং নত্তে, খক তৌরোইদবনি হায়খিবদু নহাক্না মোৎ চানব্রা, ৱাফমসিবু মপূং ফানা য়ান্নিংলিব্রা হায়বদু অমুক্তা হায়বিয়ু। অদুদি মসিনা হৌজিক ঐথোয়না ৱাহন্দোক থিবগী থবক অমা চৎথরিবসিগী ওইনা হান্নদগী লৈ হায়না যানরবা ৱাফমদু[৮] ওইহল্লসিরা ? নত্ত্রগনা মসি য়ানিংদবদগী নশাগী তোঙানবা মীৎয়েং অমা লৈরিবরা ? ঐগী ওইনদি ৱাফমসি খন্দুনা, য়াদুনা হিংলকপনি, হৌজিকসুনি। নহাক্না অতোপ্পা মীৎয়েং অমা পুথোকপা পাম্লগদি মদুসু হায়রকউ, ঐসু তানীংই। করিগুম্বা হান্নগী ৱাখলদু অদুম্মক হোংদ্রিবা ওইরগদি, ঐহাক মখা অমুক চৎথজরগে।

*ক্রিটো* ঃ মখা চৎথবীয়ু, ঐগী ৱাখল হোংজদ্রি।

*সোক্রে* ঃ ফনি, মখা তাথজরগে। মসিমদি ৱাহং ওইনা হংববু য়াই—কনাগুম্বা অমনা মশানা অচুম্বনি হায়দুনা য়াজরিবা থবক্তু পাঙথোকফম থোকপ্রা নত্ত্রগা অচুম্বদু ইন্দৌরিবনি হায়না থাজহল্লগা খাঙতপ্তা থাদোক্রম্বা হৌনব্রা ?

*ক্রিটোঃ* অচুম্বনি হায়না খনখ্রবা অদুদি ঙাক্না চৎকদবনি।

*সোক্রে ঃ* অদুবু মসিনা অচুম্বা ওইরদি মসিগী শীজিন্নফম্না কদায়দনো? এখেক্কী মীয়ামগী অনীংবগী মায়োক্তা কৈগুমশঙসি থাদোক্তুনা ঐনা চৎখিবা মতমদা, ঐসি কনাগুম্বা থৱগী মফমদা অরানবা শীচৎ খরা চৎপ্রা? নত্ত্রগা অমরোম্মদা হায়রগা ঐনা অরানবা খক চৎফম থোক্তবা মখোয়দুগী মফমদা অসুন্না তৌবদা অরানবা অমত্তা চত্ত্রা? ঐখোয়না অচুম্বনি হায়না য়ানখ্রবা লিচীংবাশিং অদুবু ঐনা মসি তৌরুরবদি লম্মখাওদা থাদোক্রম্বা তারোইদ্রা? মসিদা নহাক্কী করি মোৎ লৈ?

*ক্রিটো ঃ* ঐ হায়বা ঙমদ্রে, সোক্রেটিস, ঐ করিমতা খঙদ্রে।

*সোক্রে ঃ* মদু ওইরগনা ৱাফমসিবু অসুম তৌনা অমুক খন্থরো — ঐসি মরৈ-মরা তৌবা, থবক লৈথোক্কনবা মীনি (করি থবক্লো হায়বদুদি থোম্নিংবা মিং অমা হেক্তা থোঙ্জিল্লু), মসিনা মরম ওইদুনা ৱায়েন-পথাপ অমদি লৈঙাক[১] অনীমক্না ইনাক্তা লাক্তুনা হায়ররে — "হায়য়ু সোক্রেটিস," মখোয়না ঙাংলগদৌরিনি, "করিনো নহাক্না তৌরিবসে? ৱায়েন-পথাপ অমসুং লৈঙাক চৎথবা-লৈবাক অনীসিবু নহাক্না লৈ হায়না য়াদুনা অদুক্কী মতীক নীংজবা হেল্লিমখৈ, নহাক্না চৎথরিবা তাযোন্নবা থবক অদুনা পূন্নমক মথক-মখা ওলহল্লগে থৌরাংলিবা নত্ত্রা নঙনা তৌরিবসে? ৱায়েন-পথাপ্না লেপ্লা ৱাফমশিংনা মপাঙ্গল য়াওদ্রবা, মৱা চৎপীদ্রবা, মীওই খুদীংনা মদুবু খোঙ্গাওনরবদা লৈবাক অদু কায়দনা অসুম হিংবা ঙমখিনি খনব্রা?" অসিগুম্বা ৱাহং, ৱাঙাং অসি তৌরক্রবদি করি পাউখুম পীবা তাবগে, ক্রিটো? চৈরাক অমখক লাউথোকলুবদা মপুঙ্গী লোইশিলহল্লবা ৱায়েন-পথাপ অসিগী মায়কৈদা লেপ্তুনা মী খুদীংমক্না, মরুওইনা ওরেতরশিংনো ৱারোল কয়ামুক হায়রক্কনি। মদুদসু ৱায়েন-পথাপ্তু ইন্দবা, থৌশাদবা থবক তৌবা য়াদে হায়বা ৱাফমশিং ফোঙদোরক্কনি। মদুদা ঐখোয়বু অসুন্না পাউখুম পীসিরা, "হায়রিবদু চুম্মি। অদুবু লৈঙাক অসিনা ঐখোয়দা অমাঙ-অতা থোকহল্লে, পীফম থোক্তবদা চৈরাক লাউথোকপিরে।" অসুন্না ঐনা হায়রুবা তারবদি কমদৌবা তাবা?

*ক্রিটো ঃ* ৱাফমদু ফাওবদি ফনা ফজরি, সোক্রেটিস।

*সোক্রে ঃ* "মদুরা ঐখোয়না নহাক্না য়ানখিবা ৱাফমদো?" ৱায়েন-পথাপ্না পাউখুম ওইনা হায়রক্কনি, "নহাকপু লৈপাক্না পীবা চৈরাক্তু নকোক নোম্না লৌফম থোক্ত্রা?" ৱাফমসি তাবদা ঐনা অঙকপা ফোঙদোকলুরবদি, ৱায়েন-পথাপ্না অমুক মখা তাথরকপা

ম্যাই ঃ "নমিৎ-ননা লাওথোকপগী মহৎতা পাউখুম হান্না পীখো, সোক্রেটিস — নহাক্তি অৱায়-অখুম তৌনবনা হৈনবী ওইদুনা লৈবে। ঐখোয়দা অমুক্তা হায়য়ুসে — লৈবাক অসিবু, ঐখোয পুন্নমকপু থুগাইদুনা মাঙহন্নবা তৌবিবা নহাক্কী থবকসি চুম্মি হায়দুনা কবি ৱাকৎনীংবা লৈ? অহানবমক্তদা, নহাকপু ঐখোয়না শেম্বিবকখিবা নত্ত্রা? ঐখোয়গী ইতেংনা নহাকপু পোকপা পষ্টৌনা নহাক্কী পলেম্বু লৌদুনা যুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নবগা নহাকসে তাইবংপান্দা মিৎকপ থোক্লকখিবনি। যুম্বানবগী থবকপু পবীং চুম্না চৎথহল্লিবা ঐখোয়গী মীওইশিং অদুগী মাযোক্তা নহাক্লা কবি ৱাকৎনীংঙাই লৈবগে হাযযু?" লৈজদে, ঐহাক পাউখুম পীবা তাবনি। "নত্ত্রগা, নহাকপুসু মহৈ-মশিং তম্বিখিবা, নচা-নওশিংবুশু য়োকপি-থাকপিবা, লোযননা মহৈ-মশিং তম্বিবগী থবক পবীং নাইনা মচা খাযনা চৎথনবা শীল্লাঙলিবা ঐখোযগী মীওইশিংদুগী মায়োক্তদি কবি ৱাকৎ পুখৎনীংঙাই লৈবি? মহৈ-মশিং তম্বগী থৌ অদুবুসু কাযদনবা শীল্লিবা ৱাযেন পথাপকী শরুকশিং অদুনা নহাক্কী পষ্টৌদা নহাকপু কলা বিদ্যা অমদি জিমনাষ্টিক তমহন্দবা গাদবনি হায়না যাথং পীখিবদুবু চুমদত্রা?' চুম্মি ঐহাক পাউখুম অদুম্মক পীবা তাবনি। মদু ওইববদি ফবে নহাকপু ঐখোযনা তাইবংপানসিদা মিৎকপ থোকহনবিববা, চাউনবা যোক-থাক্তুনা মহৈ-মশিংসু তমহল্লবনিনা, নহাক্কী পাবোল-পুবোলনা মমাঙঙৌদগী ওইবকখিবগুম নহাকসু ঐখোযগীদি ইচা অদুগা হাযবা ইনযম থোকপা থৌদামী[১০] অমা ওইফম থোকই হাযবসি নহাক যাদবা ঙমগত্রা? অদুগা হাযবিবসিনা চুম্লবদি নহাক্লা ঐখোয়গা চাউবা মান্নৈ হায়না লৌবা যাবোই। মদুগীসু মথক্তা ঐখোযনা নঙোন্দা তৌবিবা অদুমক নহাক্লসু হঙ্গৎনা ঐখোযগী ইথক্তা চৎথবকপগী হক লৈ হাযনসু খনবা যাদে। নহাকপু পোকপা পষ্টৌনা নত্ত্রগা নঙবু লোইবা নবুংঙো অমনা নহাকপু যৈবক্লে, থীনা তৌবে নত্ত্রগা অমাঙ-অতা থোকহল্লে হাযদুনবু মদুমক হেক হন্দুনা মঙোন্দা থবক চৎথক্নবগী হক অদুবু নঙোন্দা লৈববা? লৈ হায়নদি খুন্নোইদনা? ঐখোযনা নঙবু মাঙহনখিবনা চুম্মি হাযনা খল্লী হাযদুনা, নহাক্লা অদুক্কী মতীক নীংজবিবা ঐখোযবু অমসুং নবৈবাক অসিবু লমন খুম্বা ওইনা থুগাইদুনা মাঙহন্নবগী হক নঙোন্দা লৈববা? হে শেংলবা অচুম্বা লীচৎকী গুরু, অদুম্না তৌবগা নহাক্লা চুমগনি খনববা? লৈবাক অসিবুনা হেন্না থাক ৱাংনা থমগদবনি, মহাক্লা ইমাদগীসু ইপাদগীসু, পাবোল-পুবোল পুন্নমক্তগীসু হেন্না বাংই, হেন্না শেংই, লোযননা ঈশ্বরমক্কী মিৎযেংদসু হেন্না লুনা খনগদবনি হাযনা লৈবিবনি হাযবসিবু নহাকুম্বা

ব্বাংউবোয়[১১] অমনা খওজবা ওমত্রবরা? মহাক্কী মপুরুীং ফাথনবা হোৎনগদবনি, মহাক্কা শাউরক্লবদা অপোকপা পস্থৌগী মফমদা তৌবদগীসু শরুক কয়া হেন্না তপ্না-ইওনা অমদি নোম্লুকচবগা লোয়ননা মফমদা হায়জগদবনি, হায়জরিবদু য়াবিনবগীদমক্তা ওম্বমখৈ তক্লগদবনি, কবিওম্বা ওকযামক য়াখিদবা থোক্রগনা মহাক্কা হায়বদু ইনবা তাবনি হায়বসি নহাকপু খওদ্রবরা? ইরৈবাক্কা ঐখোয়বু কৈওমশওদা থম্বিরবা নত্ত্রগা ফু-চৈদুনা ব্বারক্লবা মতমদা চৈবাক অদুবু তুমিন্না খাওবা তাবনি। অদুগা ইরৈবাক্কা কবিওম্বা ঐখোয়বু অশোক-অপন নংগদবা মফমদা নত্ত্রগা লালফমদা থব্বায় থারুরো হায়না থাজীনবিবা থোক্রবসু মফম অদুদা চওশিনবনা অচুম্বা থৌওং ওইরিবনি। ওইনিংবা মফম ওইসনু, লালফম ওইগেবা, ব্বাযেনশও ওইগেরা, মীগীদা শাইদাংফম লৌকম্বা য়াবা নত্তে; নীংহন্নদুনা, মশাগী কাওবুবু হুজেক্লমদুনা চেম্লকপসু য়াদে। মহাক্কী সহব, লৈবাক অদুনা পীনবিবা য়াথং অদু ইন্দুনা থবক্তু পাওথোক্কদবনি। নত্ত্রগনা লৈবাক্কী মীৎয়েংদা অচুম্বা ব্বায়েন্নি হায়না খল্লীবদু নত্তে লাল্লি হায়বসি যাহন্দুনা মখোযগী মীৎযেং অদু হোংদোকহনবা তাবনি। অদুনা, মী মহাক অদুনা মমা-মপাদা পাঙ্গল শীজিন্নবা যাদে হায়বসি খল্লবদি মদুদগীসু শরুক কযামুক হেন্না মবৈবাক্কী মফমদা পাঙ্গল শীজিন্নবা কৈদৌবা অমত্তা তৌবা যাদ্রে।" অসুম্না হাযবক্লবদা ঐখোযনা পীগদৌরিবা পাউখুমসিবু কবিনো, ক্রিটো? ব্বায়েন-পথাপ্না হায়বক্লিবা ব্বাফমসিবু অচুম্ববা অরানবরা?

*ক্রিটো ঃ* মখোয়না হাযবিবদু চুম্মি হায়নদি খল্লী।

*সোক্রে ঃ* ব্বায়েন-পথাপ্না মখা তানা অমুকসু হায়রক্কদৌরি : চুম্লবদি নহাক্কা হৌজিক পাওথোক্লবা হোৎনগদৌরিবা অদুনা ঐখোয়দা অমাও-অতা থোকহনগদৌরে। হৌজিক ঐখোয়না হায়দৌরিবা ব্বাসি নহাক খক্তগীসু নত্তে, নাগরিক পুন্নমক্কী ওইননি। মবমদি, তাইবংপান উহনবিরবা, চাউবা মপুং ফানবা হোৎনবিরবা, মহৈ-মশিং হৈহনবিরবা অমসুং ঐখোয়না পীবা যাবা অফবা হায়বদুগী শরুক খুদীংমক থুংহনবিরবা তুংসিদা, নাগরিক অমনা চাউবা মপুং ফাবক্লদুনা সহরসিগী চৎন-লোনচৎ পুন্নমক উদুনা তাদুনা খওলবা, লোয়ননা ঐখোয়সি কবিনো হায়বদুসু লৌশীনবা ওম্লবা তুং অসিদা মহাক্কা ঐখোয়গা লৈমিন্নবা পাম্লক্তবদি, ম্বওোন্দা ঐখোয়না থুংবিখিবা নীং-খা তম্বগী শরুক অদুনা মরম ওইদুনা চৎনীংবা মফমদা মপোৎ-মচৈ পুদুনা চৎচখিবা য়াই হায়বসি ঐখোয়না খওহনব্রবনি — মসি অমুকসু হন্না এথেন্স মচা খুদীংমক্তা খওহল্লিবসিনি। মফমসিগী হেক লৈরিবা

ৱায়েন-পথাপ অমত্তনা মঙোন্দা অথিংবা অমসুং অয়েংপা পীদবনি। ঐখোয়বু, সহবসিবু পামজম্রবা মীশক্তু ঐখোয়গী লোইলম অমদা নত্ত্রগা মখায়না তাবা অতোপ্পা সহব অমদা হেক্তা মরল-মথুম পুম্বগা লোযননা ময়ুম হোংজখিবা য়াই। তৌইগুম্বসুং লৈবাক অসিদা অসুক কুইবসি লৈবক্তুনা মফমসিগী ৱাযেন অমদি লৈঙাক-পথাপ্পু মুম্না খণ্ডলবা তুংদা লৈবনি হাযদুনা লৈববা মী অদুদি ঐখোযনা হায়বা অদুতা ইঙ্গগনি হায়বগী ইদনা য়ানবা অমা থমগ্রবনি। অদুগা ঐখোযনা হাযবদা ইন্দ্রবা মহাক্তুদি অহন্নক হন্না লাল্লবনি — অহানবদা, ঐখোয়না হাযবদা ইন্দবা হায়বদি মমা-মপানা হাযবদসু ইন্দবনি, অনীশুবদা, ঐখোযনা মহাক্কী মহৈ-মশিং হৈজনবগী মবাযবক হাযবদু লেপ্পিবকখিবনিনা, ঐখোযনা হাযবদা ইন্দ্রবা মহাক্তু মহাক্কী ওজা, শুবন্না হাযবদসু ইন্দ্রবনি, অদুগা অহুমশুবা ওইনা, মহাক্তি ঐখোযনা হেক হায়বা পুন্নমক ইঙ্গগনি হায়নসু যাপ্তবনি। মহাক্না হৌজিক ঐখোযগী যাথংসু ঙাক্কে, মদুগীসু মথক্তা যাথংশিং অদুবু সিদা লাল্লি হাযনা ৱাপা চাবা উক্তুনা ঐখোযবু ভাব তাহনবসু তৌদ্রে। তৌবিবা পুন্নমক অসিস্ ঐখোযনা মথক্তা হেক্তা নক্সিনবা নত্তে। হাযবা ইনগেবা?— ইক্লোই হাযবগনা ঐখোযনা হাযবা ইক্লোইদবগী মবমদু শুগাযনা তাক্তুনা ঐখোযবু ভাব তাহল্প হাযদুনা মঙোন্দা তাঞ্জা অমসু পীবিবনি। ঐখোয়না মঙোন্দা পীখিবা মখোঁদি হৌজিক শাংথাগ্রিবশিং অসিনি। মগাক্তি মগ্যার্মাসিদগী অমত্তসু তৌদ্রে।

ঐখোযনা হাযখিবদুনি, সোক্রেটিস। নপুক্লীংদা খল্লিবদুনা থবক্তা হেক ওথ্লোবকপদা মাযোক্লগদৌবিবা মবালশিংদু হাযখ্রিবশিং অসিনি — ৱাফমসে এথেন্সকী অতৈ মীগী মতাংদদি খববু লাযবী, নহাক্কী ওইনদি খ্বাইদগী অকন্বা অমনি।" মতাংসি যৌবকপদা ঐনমুক হংলে হাযনা খল্লসি — অতৈ মীবুদি নাকন্দা থল্লগা ঐতবু মকওইনা লৌবিবদি কবিগীনো? মদুদা মখোযনা ঐদি মী অতৈগা চাংদম্লবদা ইদনা যানখিবা অদুবু হেন্না থৱায-হকচাং যাওনা যাথোকখ্রবনি হাযবা পাউখুমসি খুৎলৈ থুনা পীবক্কনি। মখোয়না হাযবক্কদৌবি, "সোক্রেটিস, নহাক্না ঐখোয পুন্নমক্কা লোযননা সহবসিগী মফমদা নুংঙাইতবা, পেন্দবা কবিসু লৈতে হায়বসিগী প্রমান মতীক চানা লৈবি। এথেন্সকী মীওই পুন্নমক্কী মনুংদা নহাক্তনি খ্বাইদগী লেঙদনা মফমসিদা লৈবিবা। নহাক্তি মফমসি থাদোক্তুনা পাক চত্তবনিনা নহাক্না মফমসিবু য়াম্না নুংশিজে হাযনা লৌবা তাবনি। মবমদি, নহাক্তি অমুক খক ইসমস[১৩] ফাওবা চৎলুবদু নত্তনা মফমসি থাদোক্তুনা শান্নবগী কুম্মৈদু[১৪]

ফাওবা য়েংবা চৎখিদে। লাল্লী ওইবিঙে মনুংদু নত্তনা লংথে-তুথে চৎপসু তৌদে, মী খ্বাইদৌনা লম-তু কোয়বা ফাওবা চৎপীদবা মীনি নহাক্তি। অময়োমদা অমুক য়েংলেবসু নহাক্তি অতৈ লৈবাকশিং অমদি লম অতৈগী ৱায়েন-পথাপশিংবু খঙনীংবগী লাঙতক্লবসু পোকলুদে। নহাক্কী থম্মোয়, নহাক্কী নুংশিবা পুন্নমক ঐখোয় অমদি ঐখোয়গী লৈবাক অসিদগী হেন্দোক্লুনা কনাদসু পীখিদবনি। ঐখোযতনা নহাক্কী অখন্নবা অচানবা হায়বদু ওইববনি। ঐখোয়না নথক্তা ৱাযেন অমদি লৈঙাক চৎথবদসু নহাক্তি হবাওনা অদুম্মক য়াখিবনি। অমুকসু, লৈবাকসিদা নচা-নশু চাদা নাউদাবিবদুনি — মদুমক্লসু নহাক্লা মফমসিদা লৈবদা অপেনবা পোকচে হায়বগী লেঙদ্রবা খুদম ওইববনি। মসিদসু নত্তে, নহাক্লবু পাম্লম্বা তাববদি নথক্তা ৱায়েন চৎথবিঙে মনুংদুদা নঙোন্দা পীগদবা চৈবাক্তু লৈবাকসিদগী তাহ্মোকপনা ওইহল্লম্বা যাবনি। নহাকপু হৌজিক থাদোকপিযু হাযবদা য়াদ্রিবা লৈবাক অসিনা মতম অদুদদি নহাকপু লৈবাক থাদোক্লুনা চৎলহনখিবদা অসুম হবাও-হবাওনা যাজবমগদবনি। অদুবু, নহাক্তি মতম অদুদা তাহ্মোকপিগদবগী শক্কপুদি শিজগে হাযকবে, হৌজিক্লা শিবা অমুক পামদ্রে। তাঙ্গাসি যৌবকপদদি নহাক্তি হান্নগী শেংলবা ৱাথলগী পবীং মযাম অদু লোইনমক কাউথোকপিখ্রে। নহাক্লা থুগাইবিববা ৱাযেন-পথাপ ঐখোযবুসু কবিমত্তা ঈকাযখুম্নবা উৎপিদ্রে। অচম্বা নাই অমনা তৌগদবা থবক্তু তৌবি, চেনগে হাযনা খল্লী। নাগবিক অমা ওইনা ঐখোযগা হাযন-শীংনখিবশিং, যানখিবা ৱাবোল কযাদুগী মাযকৈদা নতুং উৎকদবগী তৌবি। অদুনা অহানবমক্তদা ৱাহংসিগী পাউখুম হান্না পীখো ঃ— ঐখোযনা লেপ্পা মওংদা নথক্তা লৈঙাক-পথাপ চৎথবিবসে, চুম্না ৱাহৈনা পঙহায হাযবগী ৱাফম নত্তবদা নশানা থবক্লা উক্তুনা যাজখ্রবনি হাযনা ঐখোযনা হাযবিবসি চুম্না চুমদব্রা?” মখোযনা অসুম্না হাযববদা কবি পাউখুম পীগনি, ক্রিটো? চুম্মি হাযসিবা, চুমদে হাযসিবা?

*ক্রিটো ঃ* চুম্মি হাযদবা যাদবনি, সোক্রেটিস।

*সোক্রে ঃ* মদু ওইববদি মখোযনা অমুক হাযবক্লোইদ্রা ঃ— “সোক্রেটিস, নহাক্তি ঐখোযগা থম্নখিবা লৈখা তাহৈদবা যানবা অদু থুগাইবেদো। মসি নহাক্লা তিলাং খযোৎননা তৌখিবা থবক্তি। হাথু-হাথুনা হেক্তা তৌশিনখিবা নত্তে। নম-হাদুনা, নমথাক তৌদুনা নহাকপু য়াহনখিবসু নত্তে। কবিগুম্বা ঐখোয়সি নপুক্লীংনা খোয়দাজক্লা হায়বদু ওইবমদ্রবা নত্রগা ঐখোযগা থম্নখিবা লৈখা তাহৈদ্রবা যানবশিংদু নঙোন্দা অবানবা ৱায়েন অমা

ওইনা থোক্লম্লবা, সহবসি থাদোক্কুনা ঙহান্না চৎখিবা য়াববনি। মরম অসিনা য়ানখিবদু ইচম-চম্না পাঙথোকখিবা নত্তে। নহাক্কী শাংলবা চহী হুম্ফুতরাগী পুন্সী অসিগী মিংকুপ খুদীং খঙ্লনবগী মতম লৌবমখে লৌবগা য়ানখিবনি। নহাক্না খঙ্লনবগী মতম হেন্দোক্লা ফংগ্রবনি। মতম অমদা লৈঙাক ৱায়েন ফৈ হায়দুনা নহাক্না য়াম্না থাগৎচখিবা লাসিদেম্লন নত্ত্রগা ক্রিট হায়বিবা লৈবাক অনীসিগী মনুংদা অপাম্বা অমদা নহাক চৎখিবা য়াবম্বনি। হেলেনিগী[১৫] লৈবাক অমদা নত্ত্রগা মীবৈবাক কয়া লৈবিবশিং অসিগী মবক্তা অপাম্বা অমা খল্লগা হেক্তা চৎখিবসু যাবম্বনি। অদুবু নহাক্তি অহোয়নদুম ঐদি এথেন্স মচানি হাযদুনা লৈবিবশিং অসিগী মবক্তা থোইদোক-হেন্দোক্লা লৈবাক অসিতবু লুনা-চান্না তৌবকখিবনি। ৱাহৈসি অমবোমদা অমুক ওম্থোক্কুনা হাযবগনা, ইবৈবাক অসিদা চৎনবিবা ৱায়েন-পথাপ ঐখোযবু ওম্থোক্লা লুনা-চান্না তৌজবকখিবনি (ৱাযেন-পথাপ লৈতবা লৈবাক্কী মবমদবু কনানা কবি খঞ্জকনি হায়বগে?) — নহাক্তি মফমসিদগী খক চৎথোকখিদে হায়বা যাববনি। খোঙতেক মিত্তাং, শোইনাইববশিং ফাওবা নহাক্কুম্না তং-তানা তুংদুনা লৈনবা যাওদবি। অদুগা হৌজিক্লা নহাক্তি যানবা পুম্নমক থুগাইবমদুনা চেনখিদৌবে। সোক্রেটিস, ঐখোয়গী পাউতাক ইনগে হায়ববদি অদুম্না তৌগনু। সহবসিদগী নাম্থোক্কুনা চেনখ্রে হাযবগা নশাবু মীযাম্না খুবাক খূদুনা নোক্লবগদবা মীশক্তু তাহনগনু।

অমুক্তা খম্থৌ — কবিগুম্বা নহাক্না অসুম্না লম হেল্লবা নত্ত্রগা অশোযবা থবক তৌববা, নশাদা অমদি নহাক্কী মৎপ-মপাংশিংদা কবিনো নহাক্না পুবক্কদৌবিবা অফবসে? অফবা হাযববু সীমঙায — নহাক্কী মৎপ মখৈ লৈবাকসিদগী তাম্থোকপিবনি, নাগবিক অমা ওইবসু ফংলবোই, অদুগা লনথুম মৎখিদুনা মবোল মবাং তাকপদগী চং ফংনা নুংঙাইজবা হাযবদু ওইবনি। মসিমখৈদি শোযদনা থোক্লগদবা লৈববসু খববু খাঙনবা যাবি। নহাক নশামক্কী ওইনা অমুক হাযবগনা, নীংথীনা লৈঙাক ৱাযেন চৎথবিবা থীব্জ নত্ত্রগা মেগবাগুম্বা লৈবাক্তা চেনশীল্লুবা তাববদি যেক্লবা অমা ওইনা চঙলুবা তাবনি, সোক্রেটিস। মখোযগী লৈঙাক পথাপ্নসু নহাক্কী মাযোক্তা লৈবক্কনি। মফমদুগী মবৈবাক নীংজবা নাগবিক মখৈনসু নহাকপু ৱাযেন-পথাপ থুগাইবা মীশক অমা ওইনা উদুনা মমিৎ পৈনা যেংনবক্কনি। অদুগা, মফমসিদা নঙোন্দা বাযেন তৌখ্রিবা ৱায়েন মপুশিংনসু মখোয়না নঙোন্দা পীখিবা চৈবাক অদুগী মবমদু অচুম্বনি হায়না খন্নবগনি। মবমদি, ৱাযেন-পথাপ্লু থুগাইববা মীশক অদুদি নহাশিংবু অমদি মীওইবা কাঙলুপকী মনুং চন্না

য়াওরিবা অপগুবা মীওই কাণ্ডলুপ অদুবু অমুক্তা হেল্লা মাণ্ডহনগদবা মান্বা হায়বসি হৌনশানি। মদু ওইরবদি, নীংথীনা লৈণ্ডাক ৱায়েন চৎথরিবা সহবশিংদগী অমদি অচুম্বা লীচৎ চৎপা মীওইসিংদগী পামজদ্রে হায়দুনা চেম্মোকথিবা তাববা? সীগুম্বা ফীবমদা হিংবসিবু হৌনবরনে? নত্ত্রে হায়বগা, ঈকায়বা নাইদবা মীগুম মী অতৈশিংদুগী মনাক্তা চণ্ড-চণ্ডদুনা ৱাবী-ৱাতাই শানবব্বা তাব্রা নহাকপু, সোক্রেটিস? মখোযদা করি করিদি হায়গে খল্লি? নহাক্লা মফমসিদা ঙাংলি-শক্লিবা অচুম্বা লীচৎ, অচুম্বা-ৱায়েন, লৈবাক্কী লোযশণ্ডশিং অমদি ৱায়েন-পথাপ হাযবিবশিং অসিতনা মীওইবা কাণ্ডলুপকী ওইনা খাইদগী ফবা পোৎশক ঙাক্তনি হাযবদু মফম অদুদসু অসুম হায়কপগদ্রা? হাযফম থোক্তে। মফমসিদগী চেনখ্রগা লৈঙাক, ৱায়েন হাযবা অমমুক লৈত্রবা, মশা-মশানা অপাম্বতা তৌনববা থেসালীদা ক্রিটোগী মব্দপশিংগী মনাক তাল্লা চেনশীল্লুবে হাযনা খল্লসি। মফমদুগী মীওইশিংদুনা নহাক্লা হামেঙ মউল্লা নশা কুপশীন্দুনা নত্ত্রগা কবিনো অমা তৌদুনা নশক লোৎলে হাযবগা মীবোৎ-মীচেনশিংগী হৌনশা ওইবা মওংদা নশক হোংদোক্তুনা, কৈশুমশঙদগী নাম্ভোক্তুনা চেল্লকপগী বাবীকাদু নুংঙাইনবা শেমদোক শাদোক্তুনা, নোক্লীংগদবা মতাংকা হাপচীন্দুনা নহাক্লা লীবকপা তাবদা মযা কাদুনা শোযদনা তাগনি। অদুবু অহল মতম ওইবক্লবা ঙসি হযেং হাযবা শণ্ডলক্তবা মতমসিদা পুক্লীবু মিৎকুপ খবদংগা চোম্ভহন্নীংবগী তোল্লবা অপাম্বদুনা মবম ওইবদুনা পুন্নমক্তগী শেংলবা বাযেন-পথাপ অদু ফাওবা থুগাইবদা নহাক্তি ঈকাযবা খজিক্ত ফাওবা লৈখিদ্রে হাযবসি নঙোন্দা নীংশিংবিনবা মফমদুদা মী অমত্তা লৈববোইদ্রা? লৈতবসু যাই হাযনা খল্লী, মফমদুগী মী খবদুনা মপুক্লীং নুংঙাইবিবা মখৈদি। অদুবু, মখোযনা খোযদৌ শাউগৎপা মতাং থোকলুববদি তাহৈদবা ৱাহৈ কযামুকসু তাবক্কনি। নহাক হিংববুদি মহীংগনি, অদুবু কবম্বা পুক্লী মবেল লেল্লুগদৌবি? মী পুন্নমক্কী মফমদা চিবোন-খাবোন তৌদুনা হিংবা মী ওইগেবা, নত্ত্রগা মী খুদীংমক্কী মীনায ওইনা হিংগেবা? অদুগা কবি তৌদুনদি হিংগনি? থেসালীদা চাবা-থকপা ফংনবা, চাক চবা অমগীদমক মীবম চত্তুনা হিংলুবগে হাযবদা মতাবে। মতম অদুদা নহাক্কী অচুম্বা-ৱাযেন অমদি অচুম্বা লীচৎকী শেংলবা ৱাখল, মীৎযেংশিং অদু কদাযদা থমগনি? নচাশিংগীদমক যেংদুনা হিংনিংই, মখোযবু যোকপা-থাকপা, মহৈ-মশিং মপুং ফানা তমহনবা পাম্মি হযবসি — অদুদি মখোযবু থেসালীদা পুবগা এথেন্সকী নাগবিক অমা ওইজবগী হক অদু মাণ্ডহনবিবগে হাযববা?

মসিগী কান্নবসিরা নহাক্না মখোয়গীদমক্তা মতেং পাংবিরমগে হায়না খল্লীবসিবু? নত্ত্রগনা নহাক নশামক মফমসিদা লৈজদ্রগসু হিংবু হিংলবদি মখোয়বু মফমসিদা নীংথীজনা শেন্নবিগনি, মহৈ-মশিংসু তমহনবিগনি হায়বগী মগু অসি মগুলিবরা? হায়বদি নহাক্কী নরূপ-নপিজাশিংনা মখোয়বু য়েংশিনবিগনি অসিরা? নহাক্না থেসালীদা লৈবা মী ওইরবদা মফমদুগী মীশিংনা নচাশিংবু অমুক য়েংশিনবিগনি হায়না খল্লীবরা? অদুগা, খমনুং লৈবাক্তুদা কুমথ্রবদি কনামগুনা মখোয়গীদমক খনবীররোই হায়না লৌব্রা? মদু নত্তে; নহাক্কী মরূপশিংগী ৱাখলদা অফবা থবক তৌনিংবগী অপাম্বা লৈরবদি মখোয়বু য়েংশিনবিরক্কনি — শোয়দনা য়েংশিনবিরক্কনি।

অদুনদি নহাকপু চাউনবা হোৎনবরুবা ঐখোয়না হায়বিবশিংসি মুন্না তাও, সোক্রেটিস। থবায় অমদি নচাশিংগী হান্না খল্লগা অচুম্বা-ৱায়েনগী ৱাফম্না কোন্না খনবা তৌগনু। খমনুং লৈবাক্কী মবুংঙোশিং অদুগী মমাঙদা নহাক্না অচুম্বা বায়েনগী বাখলদা লূপচবা মতৌ অদু উৎলুবা ঙম্নবগীদমক্তা অহানবদা মদুগী মবমদা বাখল তৌ। মরমদি ক্রিটোনা হায়বিবশিং অসি তৌববদি. নশামক অমদি নহাক্কী ওইবা মখোযশিং অদু হন্দক মপোকসিদা হেন্না নুংঙাইবা, শেংবা নত্ত্রগা অচুম্বা বায়েন চৎপা হাযবদু ওইবা ঙম্নরোই, অদুগা অতোপ্পা মপোক অমদসু অদুমগায। অদুনা নহাক্না ফত্তবগী লমন ফত্তবনা শিং, মাঙহনবগী মহুৎ মাঙহনবনা পী, ঐখোযগা থম্নখিবা লৈখা তাহৈদবা ৱাফমশিং অমদি য়ানরোলশিংবু থুগাইদুনা, অমুক মখা তানা হাযববদা লান্না চৎফম শুকথোক থোক্লুবা মখোয অদুগী মফমদা হায়বদি, নশামক, নহাক্কী মরূপ-মপিজাশিং অমসুং ঐখোযদা অরানবা চৎলম্নগা মপান্দা থোকখ্রবদি, নহাক্না হেক হিংলিবমখৈ নথক্তা ঐখোযনা শাউবা তোক্লরোইদবনি। অদুগা খমনুং লৈবাক্কী ঐখোয়গী ইচিন-ইনাওশিং অদুনসু নহাকপু য়েক্লবা ওইনা লৌরগদবনি। মবমদি নহাক্না ঐখোযবু থুগাইদুনা মাঙহন-তাকহন্নবা ঙম্বমখৈ হোৎনরম্মী হাযবসি মখোয়সু খঙগনি। অদুনদি, ঐখোয়না হায়বিবসি তাও, ক্রিটোনা হায়রিবদু তারুনু।"

নুংশিরবা ক্রিটো, মসিনি থুপলোন খঙবা[১৬] কনাগুম্বগী নাকোঙদা খোয়থুন্নরবা বাঁশীগী খোঞ্জেল তাবগুম ইনাকোংদা নৈশিন্দুনা ঙংলবগুম তৌবিবা খোঞ্জেলসে। ঐনা হায়জরিবসিনি, খোঞ্জেল অসিনা ঐগী নাকোংদা অসুম ঙংদুনা লৈবদগী অতৈ অতোপ্পা খোঞ্জেল অমত্তা তাবা ফংহন্দ্রে। অদুনা নহাক্না হাযগদৌরিবা অতৈ পুন্নমক লোয়না অরেম্বা তারগনি হায়বসি ঐহাক খঙজরে। অদুমকপু হায়য়ু, নহাক্না হাযনীংবা করিগুম্বা

লৈরবদি তাসি।

*ক্রিটো ঃ* ঐগীদি হায়জনীংঙাই কবিসু লৈব্রে, সোক্রেটিস।

*সোক্রে ঃ* অদুদি ক্রিটো, মপুগী অনীংবা মপুং ফাহন্নবা, মহাক্না চিংদুনা পুবা মাযকৈদা তুংইন্নবা ঐহাক লৈজহৌবগে। ■

## খঙহনবা

১। লম অমগী মমিংনি Phthiotis (Phthia) দগী লাকপনি। অতোপ্পা উচ্চাবন অমদা 'ফথাইযা' হাযনসু হৌনৈ। থেসালীগী খা-নোংচুপ পাংবদা লৈবা মফম অমবু খঙনৈ। মফমসিদগী একিলিস হৌবর্কাখবনি।

২। (লোনশেম) Reason

৩। (লোনশেম) Principle

৪। (লোনশেম) Justice

৫। (লোনশেম) Injustice

৬। Morality

৭। খুৎ হন্দবদা যাবা কাঙবুগা খুৎ হনগদবনি হাযবা কাঙবুগা অনী অসি তিন্নবা যাদে পুনশীন্নবা যাদে হায়বা রাফন্নি।

৮। Premise

৯। (লোনশেম) সবকাব, government

১০। (লোনশেম) Slave, মীনায

১১। Philosopher — Philosophy দর্শন শাস্ত্র বাংউবোন তৌবা মীওই। মফমসিদা ইল্লিবা বনান অসি বাঙউবোন/ল নত্তে, বাংলা উবগী অর্থদা বাংউবোন/ল (অযাংবা) হায়না শীজিন্নৈ।

১২। Colony — মতম অদুদা এথেন্সকী লোইলম কযামুক লৈবম্মী। অদুবু লোইলম সহব খুদীংমক্কী মশাগী তোঙানবা রাযেন-পথাপ লৈজে। মরম অদুনা, এথেন্সকী নাগবিক খুদীংমক্না মশানা পামজবা রাযেন-পথাপ চৎপা লোইলম সহব অমা খন্নগা লৈকবগী খুদোংচাবা লৈবম্মী। অসিগুম্বা তোঙানবা রায়েন-পথাপশিংদা যুম্ফম ওইবা সংবিধান কযা এবিষ্টোতলনা থোমজীন্দুনা খুৎহই ওইনা থম্বিবম্মী।

১৩। অট্টিকা অমসুং পেলোপোনেসি অনীবু শমজিন্নবিবা ঈথিঙ, Isthmus

১৪। চহী মবি খুদীংগী এলিস লৈবাক্কী ওলিম্পিয়াদা পাঙথোক্রম্বা ওলিম্পিক্কী মশান্নশিং, মসিদগী হৌজিক্কী ওলিম্পিক গেমস ওইবকখি।

১৫। গ্রীকশিংনা খুন্দাবা লম্বু শুপচিন্না হেলেনি হাযনসু খঙনৈ।

১৬। (লোনশেম) Mystic

# ফিদো

পাউসানবিবা মীওইশিং

**ফিদো**

মহাক্লা পাউদম অসি

ফ্লিযস্কী ইচিক্রেটিস্কী

মফমদা তাহনবনি

**সোক্রেটিস**

কৈশুমশঙদা থবক তৌবা মীওইশিং

অপোলোদোবস সিম্মিযস

সিবিস, ক্রিটো

**মফম**

সেক্রেটি সপু ফাদুনা থম্লিবা কৈশুমশঙ

পাউদম্লিবা মফম

**ফ্লিয়স্**

---

ইচিক্রেটিসনা হায :

*ইচিক্রেটিস ঃ* ফিদো, সোক্রেটিসনা হু থকখিবা নুমিত্তু নহাকপু কৈশুমশঙদা মহাক উনবা চৎলহৌব্রা?

*ফিদো ঃ* চৎলুই, ইচিক্রেটিস। ঐ মহাক্কা উনহৌই।

*ইচিক্রেটিস ঃ* মহাক্কা শিখিবগী মওং-মতৌদু য়ারবদি ঐ অমুক্তং তাজনীংই। মহাক্কী অবোইবা পুংজাদুদা কবি করি হায়রম্বগে? মহাকপু হু পীথক্তুনা হাৎখিবনি হায়বদি তাবে। অদুবু, মদুদগী হেনবদি ঐখোযগী লমসিদা অতৈ কনানসু খঙনদ্রে। মবমদি হন্দক মবকসিদা ফ্লিযসকা এথেন্সকা চংনখিদবদগী সোমগী মীনসু এথেন্সতা চৎলুদ্রে, এথেন্সকী কাঙবুসু সোমদা লাকখিদ্রে। অদুননি, ঐখোযনা অশেংবা পাউদম অমত্তা তাবা ফংখিদ্রিবসি।

*ফিদো ঃ* বাযেন চৎথবিঙৈদা হাযনখিবা ৱাবোলশিংদুসু তাবিখিদ্রিববা?

*ইচিক্রেটিস ঃ* মদুবুদি তাখ্রে। ৱায়েনগী মতাংদুদি কনানো অমনা তমগ্লবনি। অদুবু ঐখোয়না ভাব তাদ্রিবদি, চৈরাক লাউথোকখ্রবা মতুংদা অদুক কুইনা কান্নরে হাযবগা থবক্তু পাঙথোকখ্রিবসিবু করিগীনো হায়বসিনি। মসিগী মবমসি অমুক্তা তাকপীযু হাযববু কবি হায়বগে?

*ফিদো ঃ* মদু তাঞ্জা অমদগী তৌখিবনি হায়বা তাবে, ইচিক্রেটিস। মসিগী মরম হায়ববু এথেন্সনা দেলোসতা হেক হেক থাবা হিজাউদুগী হিনীং হোঙবদু সোক্রেটিসপু ৱায়েন তৌগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা পাঙথোকখিবননি।

*ইচিক্রেটিস ঃ* হিজাউ হায়রিবসিনা করম তৌবজাৎনো?

*ফিদো ঃ* মমাঙঙৈদা থিসিয়সনা[১] পাখং নৈশাবী তবামরিগা লোযনদুনা চৎখিবা খোঙচৎ অদুদা তোংনখিবা, মখোয পূম্নমক্কী থবায়বু অশিবগী খয়াত্তগী কন্দুনা অমুক হন্নকপা মতম অদুদসু তোংলকপা হিজাউ অদুবু, এথেন্সকী চৎনরকপা মতুংইন্না নীংশিংবা উত্তুনা শাবা হিজাউ অদুবুনি হৌজিক হায়বিবসি। মতমদুদা চৎখিবশিংদুনা

তেক্ত-কায়দবা পীনবিয়ু, চহী খুদীংগী এথেন্সতগী দেলোসতা মী কাওবু অমা হেক হেক চৎলহঙ্গগে অসুম হায়না অপোলোবু খুরুমজদুনা ৱাশকথি হায়নৈ। হৌজিকসু মদুগী চৎনবীদু অসুম ওাক্লি। অদুনা অপোলোগী পুরীৎনা হিনীং হোঙবা নুমিত্তগী হৌদুনা, দেলোস ফাওবা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপদা চঙবা মতমসি অশেংবা মতমনি হায়না লৌনৈ। হায়রিবা চৈরকশিদা কৈশুমশঙদা লৈরবা মীফা খঙদে অমা খঙদে, মীহাৎ-মীপুনগী থবকসি তৌনদে। অদুগা, কবিগুম্বা নুংশিংকী মায়ওনগা চানরুদ্রবদি চৎথোক-চৎশীন্দা চঙলিবা মতমসি য়াম্না শাংনা চঙবসু য়াওদবা নত্তে। ওসায় ঐনা হায়জখিবদুনি— ৱায়েন হৌগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা হিনীংগী শরুক্তু হোঙখিবনি। মদুনা মরম ওইদুনা শিবগী চৈরাক লাউথোকত্রবা ফাওবদা, মদু শৎ হেক পাঙথোকপা য়াদবদগী সোক্রেটিসনা মতম কুইনা শাংনা কৈশুমশঙদা লৈরকখিবনি।

*ইচিক্রেটিস ঃ* মহাক্কী অরোইবা মিৎকুপ্তুবু কমদৌখিবগে, ফিদো ? মতম অদুদা কবি করি হায়নখী? কবি কবি তৌনখী? মনাক্ত তিনখিবশিংদুগী মরক্তা মন্দপ-মপিজাশিং কনা-কনাদি যাওখী? নত্ত্রগা অঙম্বশিংগী যাথংনা মনাক্ত মী চঙহন্দবদগী মহাকপু খঙন-চান্নবশিং কনাসু থেংনদনা মতোমতা থবায় থাখ্রবরা ?

*ফিদো ঃ* মদুমক্তি থোকখিদ্রে। মরূপ-মপাং কনা য়াম্না মনাক্ত পূনখী।

*ইচিক্রেটিস ঃ* করিগুম্বা থবক অচিনবা থোইদোক্লা লৈবিদ্রবদি মতম অদুদা থোকখিবা পুম্নমক্তু হেক ওম্মিবমখৈ চিৎথ-নাম্থ য়াওদনা, মরীক যান্না চুন্না ঐঙোন্দা অমুক্তা তম্বিয়ু।

*ফিদো ঃ* তশেংবসু ঐগী ওইনা হৌজিকসি থবক অচিনবা হায়বা অমা থোইদোক্লা লৈজদে। অদুনা অনীংবদু থুংহঙ্গগে। সোক্রেটিসকী মরমদদি ইশানা ঙাংজবগী তাঞ্জা ফংলগসু, নত্ত্রগা মীনা ঙাংনে-শোম্নরম্বদা তারুরগসু, মাবু অমুক্সু হন্না নীংশিংজবা ফংবদুনা ঐগী ওইনদি খ্বাইদগী পেঞ্জবনি।

*ইচিক্রেটিস ঃ* অচুম্বনি, অদুগা হায়রিবা ৱাফমদু ইশা ইতোমতগী ওইনসু খনবীনু। মরমদি, নহাক্কা চপ মান্ননা মহাক্কী মরমদা তাজনীংবা, খঙজনীংবা ঐখোয় কয়া'মসু লৈজরি। অদুনা হৌজিক্তি থৌদোক্তুগী মরমদা হেক ওম্মিবমখৈ চিৎথ-নাম্থ য়াওদনা, চপ চানা পাউ তম্বিবগনি হায়না পুক্নীংদা নীংজরে।

*ফিদো ঃ* য়াম্না ফনি, ঐহাক তমজগে। অহানবমক্তদা, মনাক্ত লৈরিঙৈদুদা ইথা-থাজদনা পুম্নমক ইকাউ কাউহনবগুম্বা অমা ঐখোয়দা ফাওনখী। মরমদি, তৌরিবা

ফীবমদু উবগা, হৌজিক ঙাইহাক্কী মনুংদা শিবগদবা মরূপ অমগী মনাক্তনি ফন্নিবসে হায়বা খ্রাখলসি কবিমত্তবু পোক্লকখিদে হায়বা যাই। মবম অদুনা, ইচিক্রেটিস, মতম অদুদা মহাক্কী মবমদা ঐগী থম্মোয় নৌথোকপা, নুংঙাইতবা পোকপা কবিসু তৌখিদে। অকিম্বা, থুক্কৎপা হায়বদু মচেৎ অমা ফাওবা যাওদনা নোক্লা নোক্লা মহাক থবায় থাখী। মহাক্কী ঋাঙাং-শঙাং, মিৎযেং-নাযেং কবি হায়কনি, অসুক্কী মতিক চিঙ-লেমখ্রে, নীংথীজখ্রে— লাইনীং মপূং ফাবদুনা মপূংফাবা নুংঙাইবা ফংলবা মীওই অমা ওইনা মাবু ইমিৎসিদা উজখি। মপুগী থৌদাং অমা পুবকপা নত্তনদি অশি-লৈবাক্ত মতৌ অসুন্না চৎপসি ওইথোক্লোই। অদুগা কবিগুম্বা মফম অদুদা চৎখ্রবা মীনা নুংঙাইনা লৈকবা যাওই হায়ববদি মহাকসু শোযদনা মদু ফংলুগনি হায়না ইপুক্তো নীংজখি। অদুনা কাযন মিৎকুপ যৌবক্র-ফাওবদা ঋাফম থোক্লবসু ঐঙোন্দা অবাবা নুংঙাইতবা কবিসু পোকখিদে। অদুমকপু নুমিত্তুদা শানখিবা ঋাংউবোলগী মতাংদুনা অতৈ মতম অমদা পীবা ঙমখিবা নুংঙাইবা অদুমক যৌনা নুংঙাইহনবদি তৌখিদ্রে (ঋাংউবোলগী মতাংদনি ঐখোযনা ঋাবী শানখিবদু)। পেঞ্জবা খববুদি অদুমক পোকখিবনি। অদুবু অপেনবদুগী মনুংদসু অমুক কবিনো হায়ফম খঙদ্রবা চৈনাখোল অমা থাদোকউ হাযবা ইযা যাদনা যাওবম্মা। মবমদি বাবী শান্ন-শান্ননা মহাকসি শিগদবা ঙাইহাক্ত ঙাযববা মীশক্লিকো হাযবা ঋাখল অসিমদি পুক্লীংদগী থাপ্লোকখ্রো হাযবা থক যাবমদে। মসি ঐতগী ঋা নত্তে, তিল্লম্বা খুদীংমক্কী পুক্লীংদসু ইফাও-ফাওনখিবা ঋাফন্নি। মনাক্ত পুন্নুবিবা ঐখোয মযামদু অমুকসু নোকই, অমুকসু কপ্পী, অসুম তৌনা খাঙনখি। খ্বাইদগী হেন্না ফীবম শোকখিবা মীওইদি মশানা হান্নদগী হৌনা থম্মোযসু খবা নৌজদুনা লৈববা অপোলোদোবসনি— মহাকসি কমদৌবা মীতানো হাযবদু হেন্দোক্লা খঙবীবিনি?

*ইচিক্রেটিস ঃ* হোয, খঙজে।

*ফিদো ঃ* মহাক্তি মতৌ যেংবা ঙমখিদ্রে, খর্জীক্ত ফাওবা মপুক্লীং ফাথবকা ঙমখিদ্রে। অদুনা ঐখোয পুন্নমক মাগী মতৌদুদা ওত্থোক্লা ঋানা খাঙনখি।

*ইচিক্রেটিস ঃ* অতৈ কনা কনাদি পূনবদুদা যাওখি?

*ফিদো ঃ* এথেন্সকী কাঙবুশিংগী ওইনদি অপোলোদোবসকা লোযননা ক্রিটোব্যুলস, মাবু পোকপা ক্রিটো, হর্মোগিনিস, ইস্কিনিস অদুগা এন্টিসথিনিস হাযবিবা মীওইশিংসি যাওখি। সীদসু নত্তনা পিযনিযা দীমগী টেসিপ্পস অদুগা মেনেক্সেনস যাওখি, অদুগা অতৈ

কনা কনানো খবা অমগসু য়াওখিবনি। ঐনা নীংশিংজবসিনা লান্দ্রগদি প্লেটোদি মশা ঙমদে হায়দুনা লাকখিদমাক্লে।

*ইচিক্রেটিস ঃ* মীবমচাদি অমা ফাওবা যাওখিদ্রা?

*ফিদো ঃ* য়াওখি, কমদৌনা যাওদনি। থীজ্জ লৈবাক্কী সিম্মিযসকা লোয়ননা সিবিস অমসুং কেদনিসসু যাওখি। মেগবাদগীনা য়ুক্লিদকা টর্পস্যনগসু লাকখি।

*ইচিক্রেটিস ঃ* অবিষ্টিপস, ক্লিযমব্রটস অনীদি?

*ফিদো ঃ* মখোযদি লাকখিদ্রে। মতমদুদা এগিনাদা লৈখি হায।

*ইচিক্রেটিস ঃ* কনা কনা অতৈদি?

*ফিদো ঃ* ঐনা খঞ্জবদা হাযবিবশিংসিনা শুবমাক্লে।

*ইচিক্রেটিস ঃ* ফবে অদুদি, শানখিবা ৱাবীশিংদু অমুক তাবশি।

*ফিদো ঃ* মকোক্তগী হেক্তা হৌবে হাযবগা শানখিবা ৱাবী পূম্বদু চিৎথদনা তম্নবা তৌবগে। হাযবিবা নুমিত্তুগী মমাঙদদি ঐখোয মযামসি কৈশুমশঙদুগা মনীং-মমাঙ ওইনা লৈববা ৱাযেনশঙ অদুদা ঙল্লপ্পা হেক হেক তিন্নৈ কৈশুমশঙগী থোঙনদি ঙন্না হাংদবনিনা। অসুন্না ৱাযেনশঙদুদা পুল্লে হাযবগা ৱাবী-বাতায তৌনদুনা ঐখোয মযাম থোঙ হাংবা ঙাইদুনা লৈনবনি। অদুদগীদি চংবা যাববা মতমদা চংলে হাযবগা নুমিৎচুপ্পা সোক্রেটিসকী মনাক্তা লেনগদৌবিবনি। লাইগী শেংলবা হিজাউদু দেলোসতগী থুংলবে হাযবসি নোংমা ৱাৎলিঙৈদা ঙসিগুম্বগী যাচংবদা ঐখোযনা কাযনবমদাইদা তানবকপদগী অবোইবা নুমিৎ অদুদদি ঐখোয পুন্নমক হান্না ঙনবগী মথক্তা অমুক্কসু ঙন্তানা মফমদুদা পুন্নবে হাযবগা মিৎকুপ অমা ফাওবা চোম্থদনা মহাক্কা উনহৌনবা হাযদুনা মহৌশাগী উনফমদুদা থুংলনবা তৌনসি হাযনা লেপ্লবম্মী। নোংঙাল্লগা ঙন্তা যৌকবদদি থোঙ হাংদোক্লবিবা কৈশুমশঙ লাকপা অদুনা ঐখোযবু খুদক্তা চংহন্দ্রে, কৌশিল্লক্ত্রি ফাওবা মী চঙলকপা যাবোই হাযনা খঙহল্লকই। অসুন্না পাউ পীথোবকই— "সোক্রেটিসকী মনাক্ত তবামাথোইগী কাঙবুদু লৈবি। মখোযনা মাগী মশাদগী যোম্থিং-ফলাং লৌথোক্তুনা ঙসিমক শিগদবনি হাযনা যাথং পীবি।" অদুমকপু থোইনা ঙাইনহন্দনা অসুম কৌশিল্লবে। ঐখোযনা মনুং যৌবকপদদি সোক্রেটিসকী মশাদা পক্রম্বা যোম্থিং-ফলাংদু ইকোক-কোক্রম্বা থেংনবে। মনাক্তা জানথিপী পুংকক চাউববা মচা অমা কোল্লদুনা ফম্লম্মী — মাবুদি মশক খঙলমগনি, খঙদ্রনে[২] ঐখোয়বু হেক উবদা নুপী ওইবিগী হৌনশা

তেংথাবা হৌবকই ঃ "হাদ সোক্রেটিস, ঙসিনা লোইবেদকো' ঙসি অহীংনা হৌখ্রগা নবাপ-নপিজা কনাগা ৱাবী শানগে ঙম্নবোই, উনজগে ফংলবোই, ওন্থোকপা মতৌনিদকো।" মতাংদুদা সোক্রেটিসনা ক্রিটোবোমদা ওনশীন্দুনা হায়বকই ঃ "ক্রিটো, নহাক্না শীন্দুনা অমুক্তা মাবু য়ুম য়ৌনা থিলহনবিখো।" মহাক্কী অপাম্বা মতুংইন্না ক্রিটোগী মী খবনা মাবু অদুম থিনবিক্লবে। তেংথা-নাওইদুনা, থবাক খুদুম শুবদুনা থোকচখি জানথিপীদু। অসুন্না মহাক্কী নুপীনা থোকখ্রবা মতুংদুদা মাগী হিপফম হিদান মচা অমা থাবিবদুদা হিপ্লম্বদগী হৌগত্তুনা ফম্লগা, নোম্বদুনা মখুৎনা মখোঙ নোইব-নোইবদুনা সোক্রেটিসনা হায়বকই ঃ কযাদা অঙকপগী মশক্নো অপেনবা, নুংঙাইবা হায়বা পোৎশকসে। অদুগা, হেক ওন্ন-তৌনবদা লৈবিবা চৈনাখোল হায়বসিনা অমুক মসিগা কযাদা মবী থাংনদনা মবী থোক্লবিবগে হায়বদুসু যেংউ। মবমদি, মীওইবদা অনীমকসি অমুক্তদা পূন্না লৈবা হায়বদুদি থোক্তগসু, অনীসিদগী অমবু ফংলুববদি অমদুসু ফংবা শোযদ্রবনি। মখোয অনীসি মশাদি অনী থোকচববসু মকোক্তি অমতং পাল্লি হায়বা যাই। কবিগুম্বা ইসোপ্না[৩] অনীসিবু নীংশিংলম্বা তাবগদি মখোযগী মৃক্লবসি তাইশিন্ননবা হোৎনবদা ঙমদ্রদুনা মখোযবু শেম্বীবকপা লাইদুনা মকোক মমৈ অমতা ওইনা পূনশিনবিবম্বগী পাউতাক ৱাবী অমা শোযদনা ইবমগনি হায়বসি ঐহাক হেক হেক খন্দবা ঙমদে। অদুনদি মখোয অনীসিনা অমগী মতুং অমনা হেক্তা ইল্লকপসি মবমসিনা ওইবা তাবে। হায়বিবসি ইশামক্লা থেংনজদুনা ফংলকপা লৌশিংদগী[৪] খঙলকপনি— হায়বদি খোঙদা যোৎথ্রিং থাংলম্বগী অৱাবা, চৈনাখোলদু কোকখ্রবা তুংসিদা নুংঙাইবা অমুক ফাওবকপা অসিগী বানি।

মতাং অসিদা সিবিসনা হায়বকই ঃ সোক্রেটিস, নহাক্না ইসোপকী মিং পল্লকপসি তাবদা ঐ যাম্না নুংঙাইজবে। মবমদি মী অতৈনা যাম্না তোযনা হংনবিবা, ঙহান্দসু ইবনস্ কৌবা কবিদুনা হংলকখিবা, হন্দকমুক থেংনবদসু শোযদনা হংলক্তদবা লৈববা অদুগুম্বা ৱাফম অমখক ঐবু নীংশিংহল্লক্কে। মবম অদুনা কবিগুম্বা মঙোন্দা পাউখুম পীহন্নীংবগী অপাম্বদু লৈবগদি কবি হাযযু হায়বগে মদু খবা তাকপীবম্মু। মহাক্না খঙনীংলিবদি মসিনি ঃ- মমাঙঙৈদা শৈবেংনি হায়বা পবেং অমা ফাওবা ইবকখিদ্রবা নহাক্না হৌজিক কৈশুমশঙদা লৈববা মতমসিদা ইসোপকী পাউতাক ৱাবীশিংবু শৈবেংদা ওন্থোক্লিবা, লোযননা অপোলোগী মফমদা খুকমজবা শৈবেং অমগা লেংবা হোৎনবিবসিবু কবি মবমদগীনো হায়বসিনি।

মদুগী ব্রাফমদু ওইববদি মহাক্কী মফমদা অশেংবা ব্রাবমদু অমুক্তা তম্বিয়ু, সিবিস, মহাক্কা খুম্নকই— ঐগোন্দা মহাক্কা অমসুং মাগী শৈবেংগা লাম্বা তৌনীংলুবগী ব্রাখল অমতা লৈজদে। হায়বিবদু পাঙথোকপা তাববসু অবায়বা থবক নত্তে হাযবা ঐ খঙজে। ঐনা হৌজিক মসি পায়খৎচবিবসিগী মবমদি ঐগী মঙদা হঞ্জিন হঞ্জিন ঐবু ওৎলবিবা ব্রাফম অমখক্কী মতাংদা চিংনবা অমখক কোক্লীংদুনা তৌবনি। হৌজিক ফাওবা হিংলকপসিদা ঐঙোন্দা কযাবক হন্না "ঈশৈ লেংউ" হাযনা মঙলান্দা তাক্লববনি। মসিগী মওং-মতৌসি কবিগুম্বা মতমদা খবগী মখৈ হোংদোক-হোংজিন নাইবগুমসু তৌই, অদুবু মবোলদি ইমান-ইমান মাম্নে। ব্রাহে-ব্রাতাদা অদুক অথোই-অহেন খবা লৈবতনি ঃ "ঈশৈবু পুখৎকদবা মাযকৈদা চঙশীল্লু," মঙলানসিনা হায়বক্লি। মসিদা ঐনা খঙ্খীবনা, হাযবিবসিগী মবোলদি পুন্সীসিদা পম্লুংফম অমা ওইনা ঐনা তান্নজবক্লিবা, থোইদোক হেন্দোক্লসু চীং লেম্লবা, ঈশৈ পুন্নমক্কীসু মকোক ওইবিবা বাংউবোলবু নৈনবদা হেন্না পুক্লীং থৌগৎপিবির্বনি অমদি লেপ্তুনা মখা চৎথৌ হায়দুনা অহোযনদুম তকশীল্লিবনি। মঙলানশিগী ব্রাফমসি অমবোমদগী অমুক যেংলুবগদি ঙমজবী থাদুনা লমজেল চেঞ্জবিবা নিপা অমদা অযেংবশিংনা অমুক্কসু চেনখৎলু চেনখৎলু হাযদনা লাউশিনবিবা অদুগুম্বনি। অদুমকপু, মসিমক্লি হাযনা হেক্তা চম্না লৌরুবসু যাদ্রি। মবর্মদি ঐগী মঙলান্দা ঈশৈ হাযর্বাল্লবা অসি ঈশৈ হাযবগা মযান্না খঙনবিবা অদুমক ওইবম্বসু য়াবিবনি। অদুর্নদি চৈবাক ফংলদুনা শিবগী মতম ঙাইবিঙে, হবাও-কুম্মৈনা মবম ওইদুনা অহাঙবা তাঞ্জা অমসু ফংলিঙে চৈবক অসিদা মসিগী খুদোংচাবসি লৌহৌদুনা পুক্লীংগী চিংনবা কোক্লবা হোৎনহৌবনা ঐগীদি মবম চাবা হাযবদু থোকপনিনা, তাইবংপান থাদোক্ত্রিঙে, পুন্সী চেঙজেলনা নোংমা নিনী লৈবিঙেসিদা শৈবেং খবদং ইদুনা যেংহৌগে হাযনা খল্লকখি। অসুন্না খল্লকপদগী মহাক্কীদমক্তা মীযান্না হবাও-কুম্মৈ পাঙথোক্তুনা খুকমজবিবা ঈশ্বব মাগী মফমদা খুকমজবগী শৈবেং অমতং ইজকবে। মসিগী মখা তাবকপদা, অশেংবা কবি অমা ওইগে হায়ববদি ব্রাপা চাবা যেংদুনা ফজনবা মওংদা ব্রাহে চবুন খবা লেংশিনবনা ওইবা য়াবোই, অনৌ-অনৌবা ব্রাবী পুথোক্কদবনি হায়বসি খনবা.হৌবকখি। ঐদি অনৌবা ব্রাবী শেমগৎপগী ইতীকসু লৈজদে। ইতীক লৈজদবনিনা ঐগী ওইনা অহানবা শকখঙনখিবসু ওইববা, হান্নসু লৈজববা, লাযনসু নীংশিংবা ঙম্বা হাযদুনা ইসোপকী পাউতাক ব্রাবী খরা লৌখত্তুনা শৈবেং ওইনা ইথোক্রে। ঐনা হায়বিবা

ৱাফমশিংসি ইবনস্তা খরা তম্বিয়ুকো সিবিস। মাদি নহাক্কা লাম্বা তৌনগে হাযবসু খলহৌদে, অদুনা থৱায় কবিসু ৱাক্নু খবা হায়বম্মু। ৱাফম অসিমতংগা মঙোন্দা হাযবম্বা কাউবিনু— অশিংবা মী ওইববদি পম্বদনা মহাকসু ইতুং ইল্লরুবা থৌবাং তৌগদবনি। ঐগীসু ঙসি অসিনা খোঙশানগদবা নুমিৎ ওইববা যাই। এথেক্সকী মীশিংনা ঐবু চৎলো হায়না তাকপীবন্নে।

সিম্মিযসনা হাযবকই, নহাক্কী পাউবোল মতাসিগা নিপাদুগী মওংদুগা! মাগসু তিন্নবা মীশক অমা ওইনা মাগী মবমদা অখঙবা হাযজৌ হায়ববদি, তঙাযফদবমক নত্ত্রগদি নহাক্কী ৱাফমসি মহাক্তি মনাদা হাপ্লোই।

কবিনোনে হাযবিবসিবু, সোক্রেটিসনা ঙক্লা খুম্মি, ইবনস অসিবু ৱাংউবোয নত্ত্রনে?

মান্নী হাযনদি খল্লী, সিম্মিযসনা হায়বকই।

অদুদি মহাক খক্তগী ৱা নত্তে ঐনা হাযবিবসিদি। ৱাংউবোলগী বাখল চেনবা মীওই খুদীংমক্লা শিবা অসিবু যানিংগনি। অদুবু, মশাগী পুক্সীবু মশানা মাঙহনর্বদি তৌবোইদবনি। মদু ৱাযেন পথাপ্পা যাদবা থবক্নি।

মতাংসিদা মহাক ফম্ফ ম হোংই, হিদান্দুগী ফীবান্দা মখোঙ লৈবাক্তা যান্থদুনা ফমখি। অসুন্না ৱাবা মখা চৎথবিঙে মতমচুপ্পা ফম্ফমসিদগী হোংখিদে।

কনামত্তনা মশাগী পুক্সীবু মাঙহনবা যাদে অদুবু ৱাংউবোযদি শিবগী তুং ইন্ননবা থৌবাংদা লৈগদবনি হাযবা নহাক্কী ৱাফমসিবু কবি হাযবিবনো? সিবিস্না হংলকই।

সোক্রেটিসনা হায, ফাইলোলোসকী অচানবা ছাত্র ওইবিবা সিবিস অমদি সিম্মিযস, নখোযবু মহাক্লা মসিগী মবমদা ঙাংবা খক তাখিদ্রিববা?

তাববুদি তাখ্রবনি, অদুবু মাগী লোলদু কযা মযেক শেংদবগুম তৌই, সোক্রেটিস।

ঐগী ৱাহৈশিংসিসু মদুগী খোম্থাং হাযবদুনিদা। অদুমকপু ঐনা তাৱবা ৱাফম অমা অমুক হন্না হাযবা যাদে হাযবদি লৈতে ঃ তশেংনা হাযববদা, ঐদি অতোপ্পা মফমদা চৎতৌবিবনিনা, অদুগুম্বা লাইবৈবাক্কী খোঙচত্তুগী মবমদা খলহৌবা, ৱাবী শাহৌবা হাযবসি ঐঙোন্দদি যাম্না চূনববা ৱাফন্নী। হৌজিক্তগীনা নুমিৎ তাদ্রিঙে ফাওবদা তৌবা যাবা থববক্সিবু সিদৈ হেন্না ফবা অতৈ কবি লৈবিবগে?

অদুদি মসিগী মবমদু ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপীযু, সোক্রেটিস— মশা মতোমতা শিজবা হাযবসি বায়েন-পথাপ্পা যাদ্রিবা কবিগীনো? নহাক্লা হৌজিক মিং পনখিবা

ফাইলোলোসনসু ঐখোযগা থীজ লৈবাক্ত লৈমিন্নবিঙেদা মসি খায়েন পথাপ্পা ষাদে হায়বসি চুমই হায়খিবদু ঐখোয তাজহৌই। মসিমক পঙহায হায়নবদু মী কযাগী মচিন্দগীসু তাবা ফংই। পূন্নমক ওইদুনসু মখোযনা হাযবিবশিংদুনা কবি খঙহল্লিবনো হায়বসিমদি ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।

মদুগীদমক্তি পুক্নীং হম্বক্নু, সোক্রেটিসনা পাউখুম পীবকই, ভাব তাবক্কদবা নুমিৎসু মবাকখিনিদা। ঐনা খনবদা, ফত্তবনি হাযনরিবা অদুনা কবিগুম্বা মতমদা কন্নাগুম্বা মীওইশিংগী ওইনা অফবা ওইবকপদি যাওবগা, শিবা হাযবসিনা কবিগী মসিগী মনুং চলহন্দ্রিবা, অদুগা শিজবনা হেন্না ফববা মীওইবু মশানা মশাগী কান্নবা তৌবা, মতেং পাংবা মী অমা ওইবা যাহন্দদুনা শিবগীদমক্তা মীখুৎ ঙাইহন্দৌবিবা কবিগীনো হাযবসি খম্বক্বদা নহাক ঙক্লমগনি।

য়াম্না শেংলবা ৱানি, খোযকম মোমোন তৌবদুনা মমালোন বিওসিযন্দা[৫] সিবিসনা খুন্নকই।

ঐনা হাযখিবা অসিদা মবীক চুমদবা ৱাঙাং যাওই হাযবসি ঐ যাই। অদুবু মবীক চুমদবগী মতৌসি তশেংনা যাওবমদবসু য়াবি। ঐখোয মীওইবসে থোঙ ফক্কাযদুনা চেন্নীংবা মতমদা হেক্তা লোন্না চেনখীবা যাবগী হক লৈতবা মীফা ঙাক্তনিকো হাযনা নাপদতা লোন্না-লোন্না হাযনবা পাউমেন অমখক লৈবি। ঐগী ওইনসু মসি কবিগীনো হাযবা ফজনা খঙদ্রিবা অথুপ্পা ৱাফম ওইনা লৈবিবনি। অদুমকপু লাইশিংনা ঐখোযগী শেন্নবোয়[৬] ওইবিবনিনা, ঐখোযসে মখোয়গী মবলনি হাযবসিদি ঐসু থাজে। নহাক্তি মসি যানিংদববা?

হাযবিবদু চুম্মি; ঐ মদু মপুং ফানা যানিংই, সিবিসনা হাযবকই।

অদুদি নহাক্কী নবল ওইবিবা কবিগুম্বা জীব অমনা, শল্লাবা হায়সিবা খচ্চব হাযসিবা অমা হেক্তা হাযবসি, নহাক্না শিজখ্রো হায়খিবসু লৈতনা মতোমতগী ওইবা মওংদা শিবগী নীংখাতম্বা-লৌবক্রবদি নহাকপু মঙোন্দা শাউনীংলোইদ্রা? পাম্বে ফংলবদি মহাকপু চৈবাক পীদুনা ৱাবক্লোইদ্রা?

শোযদনা ৱাবক্কনি, সিবিস্না খুন্নকই।

ৱাফমসিগী ওইনা হৌজিক্তি যানবা মীৎয়েং অমা ফংলবনিনা— মল্লাম্না হাযনবিবা মতম ম্লৌদ্রিবা ফাওবা ঙাইগদবনি, হৌজিক ঐবু কৌরক্লিসিমঙায, নোংদম্বনা কৌবক্ত্রি

ফাওবদি লৈগদবনি, মবক্তা পুন্সীবু খাঙুথক্তা মাঙহনফদে হায়বসিদা অচুম্বা য়াওবম্বা যাবি।

চুম্মি সোক্রেটিস, সিবিসনা হায়বকই, নহাক্কী ৱাফমদা অচুম্বা য়াওবি নীংই। অদুবু লাইশিংনা ঐখোয়গী শেম্নবোযনি, ঐখোযনা মখোযগী মবলনি হাযবা অচুম্বমক্কী থাজনববা ৱাফমসিগা, নহাক্কা হৌজিক ৱাংউবোয অমগী মফমদা পীশিনখ্রিবা শিবদা চিংনবা লৈতবগী ৱাখল অদুগা, অনীসিগী মবক্তা কবম্না যানবা পুবক্কদৌবি? মীওইবশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী শিংলবনি হাযনবিবা ৱাংউবোযশিংনো, অথোইবা লৈঙাকপা তেংবানবগী মপুনা ঙাকপী শেনবিবিবা থবক-থৌবম অমসুং মদুবু পাঙথোক্লিবা মফমদুবু থাদোক্লগা চৎনীংই হাযবসিদি মবম চাদে। মবমদি কনাগুম্বা অমবু মশা মবোমদোম থাদোকপিবা মতমদা ঈশ্বরনা যেংশিনবিবম্বা অদুগুম্না মশামক্না মশাবু যেংশিঞ্জবা ঙমগনি হাযবসি ৱাখল খঙ্বা মী অমত্তনা খল্লোই। মথৌ থাদোক্তুনা অফবা অদুদগী চেনখিদৌবা নত্তে, অসুম্না চেনখীবা হায়বসি মবম চাদবা থবক্লি, অদুনা অবোইবা মিৎকুপ ফাওবা লৈথবনা মথৌনি হাযবসিদি খন্দদুনা লৌশিং ৱাৎপা কনাগুম্বনদি মবুঙো অদুবু থাদোক্তুনা চেনখীবনা অফবনি হাযনা যেৎলকপসু যাই। অশিংবা মীনদি মঙোন্দগী হেন্না ফবা মীশক অদুগা মতমচুপ্পা লৈমিন্নবনা হেন্না পামগনি। হাযবিবা ৱাফমশিং অসিদি, সোক্রেটিস হৌজিক হৌজীক্তা পুথোকখিবশিং অদুগী ওন্ন তৈনবা ঙাক্তনি। মবমদি মীৎযেং অসিদগী যেংবা তাববদি পুন্সীবু থাদোকপদা অশিংবা মীওইনা অৱাবা পোক্কদৌবি, অপঙবশিংনা হৱাওনগদৌবি।

সিবিসকী থৱায যাওবা মতৌনা সোক্রেটিসপু পেলহনবগুম তৌখি। মতমদুদা ঐখোয অতৈদো ওনশিন্দুনা হায়বকই, মতম চুপ্পা থিজিনবদা চোকথদ্রবা, ৱাফম অমা তাবগা হেক্তা থাজদুনা মদুদা পেন্থোক্তবা নিপা অমা উবেদো।

অচুম্বসু অচুম্বনি, সিম্মিযসনা অমুক মখা তাবকই, ঐনা সুম খনবদা মহাক্না হৌজিক পুখৎলকখিবা ৱাফমসিদা লৌবা যাবা ৱা যাম্না যাওবি। মবমদি মশামক্তগীদি হেন্না অফবনি হাযবা খঙলবা মপু অদুবু থওইদনা থাদোক্লম্লগা চেনখিবা পাম্লিবা তশেংনা শিংলবনি হাযবিবা মীদুগী থৌদৌসিবু কবিনি হাযনা হাযগনি? অমবোমদনা সিবিসনা হাযবিবশি তশেংবদি নহাক্কী মবমদনি হাযনা ঐদি খল্লিবনি। নহাক্না ঐখোযবু হাথু-হাথু থাদোক্লীংমল্লি— ঐখোযগীদি অফবতনা তিল্লবা মপুনি হাযনা নহাক্লসু যাখ্রবা লাইশিং অদুবুসু হাথু-হাথু নহাক্লা থাদোক্কে থৌবাংই হায়না মহাক্তি মপুক্লীংদা খল্লিবনি।

চুম্মি, সোক্রেটিসনা হায়রকই, নহাক্না হায়রিবদুদা অচুম্বা খরা য়াওদবা নত্তে। অদুনদি ইথক্তা পুখৎলক্লিবা ৱাকথশিং অসিগী পাউখুমসু ৱায়েনশঙদা তৌখিবগুম ঐনা পীফম থোকই খল্লেদনা?

পীবিরক্কদবা পাউখুম অদুনি ঐখোয়না তাজনীংলিবসি, সিম্মিয়সনা হায়।

অদুনদি ঐনা ৱায়েনমপুশিংগী মাঙদা তৌখিবা অদুদগী হেন্না মায়পাক্না ইশাবু ঙাকথোক্লবা হৌজিক হোৎনবা তারে। করিগীনো হায়বদা সিম্মিয়স অমসুং সিবিস, নখোয় অনীমক্কী মফমদা ঐনা ফোঙদোকচরিবসিনি— অহানবমক্তদা করিগুম্বা ঐ অসি লৌশিংগী মপু অমদি অফবগী মশক ওইরবা লাইশিংগী মনাক্ত চৎলিবনি হায়বসি পুক্নীংসিনা য়ারমদ্রবা (তশেংবদি ঐদি চপ-চানা মসিবু থাজরবনি), ঐহাক্না মফমসিদগী কাযনদৌবিবা খ্বাই-খিবিক্তগীসু অমবোমদা হায়বগা হেন্না চঙথোক্লবা, হান্নমা খোঙশানখ্রবা মীওইশিংদুগী মনাক্ত চৎকদৌরিবনি হায়বসিমগা ইশাদা ফাওরমদ্রবা— অদু ওইরবদি শিবগী মতম্না যৌবকপদা ঐহাক্না শোয়দনা অৱাবা পোক্রমগনি। অদুবু মরমশিংসি লৈবনিনা ঐহাক্তি ৱাফম থোকই খন্নবদু ৱাদে। শিববশিংগীদমক্তা কবিগুম্বা খরদি লৈবমগনি হাযবসি ঐ লেপ্পমক নীংই; লোয়ননা থায়নঙেদগী হৌনা হায়নরক্লিবা অফবা তৌবশিংগীদমক্তদি ফত্তবশিংগী তন্নিবা অদুদগী হেন্না অফবা মওংদা থম্বিবমগনি হায়বসি ঐসু খল্লী।

অদুবু অমুক্তদি তাবিখো, সোক্রেটিস— নহাক্কী লৌশিংদু লোইশিল্লগে, অসুম্মক পুদুনা চৎথ্রগে হায়না হেক্তমক লেপ্পবরা? সিম্মিয়সনা হংলকই। ঐখোয়দা করিগুম্বা খরদসু তাকপি-তিকপি তৌরবোই খল্লব্রা? — ঐনা মসি হায়জরিবসি নঙোন্দা য়াওরিবা ঈশ্বরগী খুদোলপোৎ ওইববা লৌশিং অদুদা ঐখোযগী শককসু য়াওবি হায়না খঞ্জবদগীনি। মসিগী পাউখুম পীবিয়্, মদুদা করিগুম্বা নহাক্না ঐখোয়বু মপুং ফানা থাজহনবা ঙম্নবদি নথক্তা লৈরিবা ৱাশী অসিগী পাউখুমসু মদুনা ওইরনি।

ঐ হেক ঙম্বমখৈ হোৎনজগে, সোক্রেটিসনা খুম্মি। অদুবু ক্রিটোনা হায়নীংলিবসি করিনো হান্না অমুক্তা তাখিসি। মহাক ঙসায়দগী ঐঙোন্দা করিগুম্বা খরা হায়নীংবগুম তৌরক্লি।

ঐনা হায়নীংবদি ৱাফম অসি খক্তনি, সোক্রেটিস, ক্রিটোনা হাযরকই, হু পাম্নরিবা নিপাদুনা নহাকপু খরা য়েংশিল্লু, ৱা য়াম্না ঙাংহনগনু হায়দুনা ৱাফমসি নঙোন্দা খঙহন্নবসু ঐঙোন্দা কম্না শিন্নরম্মী। ৱা য়াম্না ঙাংলগা হৃকচাংগী মৈশা হেনগৎহন্দুনা হুদুগী ময়াই

চমথহল্লি হায়বা অমা হায়রি। মপুক ফাথবা ঙমদবা মীশক ওইববদি অমুক ফাওবা কদায়নো হায়ববা হূসে অনীবক হন্না পীথকই, মদুদসু য়াদ্রগনা অহন্নক ফাওবা পীথকই হায়বন্মী।

অদুওইববদি মথৌ নীংথীনা তৌ হায়দুনা খবা হায়বিখো, সোক্রেটিসনা খুল্লকই। হূ হায়বিবদু অনীবকপু ওইবে, তঙায়ফদ্রগা অহন্নকপু ওইবে থকপা কোন্ননবা শেম্মু খবা হাযযু। বা লোইবেকো।

মদু হাযবক্কনি হায়বদি ঐসু ঙসাযনা খঙলবনি, ক্রিটোনা হায। অদুবু ঐদি মহাক্লা শিন্নবন্বদু তৌদবা যাদবগী অদুক হাযজবতনি।

মাগী বা খল্লুবনু, মহাক্লা তেনশীল্লন্মী।

অদুনা হৌজিক্তি বাযেনমপু ওইবিবিবা পূন্নমক, ঐনা নাতৈ পুথোক্কুনা উৎপা পাল্লিবদি অশেংবা ৱাংউবোযদি শিবমদাইদুদা হবাওগদবনি অমদি শিববা তুংদা অতোপ্পা তাইবংদুদা থোইদোক হেন্দোক্লা অফবা শকক তম্বিবমগনি হাযনা নীংজবা যাই হাযবসিনি। মসি কবন্না ওইথোকপা যাবিবনো হাযবদু সিম্মিযস, সিবিস অনীমক, ঐহাক কুপথনা পুথোক্কুনা উৎনবা হোৎনজগে। মবমদি বাংউবোলদা শেংনা থৱায কৎথোকচববা মীশক্কুবু অতৈ মীওইশিংনা লান্না লৌবী হাযনা ঐনা খল্লী। মহাক্তি শিবা অমসুং শিবগী লম্বীতবু তান্নজবিবনি হাযবসি মখোযনা উশিনবা ঙমদে। মদুনা কবিগুম্বা মসিমক ওইববা লোযননা মপুন্নী চুপ্পা শিবতবু পামজদুনা লাকপা ওইববদি, মতম পূন্নমক্তা তান্নবক্লিবা অমসুং পান্নক্লিবা অদুবু ফংজবগী তাঞ্জা লাক্লবদা, কবিগীদমক্তা মহাক্লা অৱাবা ফোঙদোকফম থোকপগে?

সিম্মিযসনা মসি তাবদা নোক্কুনা হাযবকই, নোকপগী মতম নত্ত্রবসু নহাক্লা ঐবু নোক্লীংবা পোকহন্লে, সোক্রেটিস। মী অতৈনা তাব'দি ৱাংউবোয বন্নানো হাযবসি নহাক্লা ওহ্ণোক্লা মযেক শেংনা তাকএদা হাযনা শোয়দনা হাযনবগনি। অদুগা নুপী অঙাং ফাওবনা ৱাংউবোযশিংনা পামজবিবা পুন্নীসিদি শিবা ওইবন্নেদনা, অদুদি মথৱাযনা পামজবিবা শিবা অদুমক মখোয়দা পীবনা মতীক চপ চাবনি হাযনা ৱাবীনহৌবনি।

'মীয়ান্না ৱাংউবোযবু মশক খঙঙে' হাযবদুখক নত্তনা, সিম্মিয়স, মখোযনা খল্লীবদুমক অচুম্বনি। মবমদি, অশেংবা ৱাংউবোয় অমগীদি মতিক চাবনি হাযবিবা শিবা অদুগী মওং-মতৌ, নত্ত্রে হাযবগা কমদৌনা মতিক চাবিবা, কমদৌনা শিববু পাল্লিবা হাযবদুদি

মখোযনা খঙদে। অদুবু অতৈগী ৱাসি তোক্লসি। ৱাফমসি ঐখোয় মশেল ওইনা খল্লবশি। শিবা কৌবা অমখক লৈ হাযবসিদি অসুম্মক থাজনব্রা?

সিম্মিয়সনা খুল্লকই, মদুদি শোয়দ্রবা ৱানীনা।

মসিবু থৱায়[৭] অমদি হকচাং অনীগী কায়নবা নত্ত্রা? শিবা মতমদা কাযনবগী থবকশি মপুং ফাবনি। অদুনা থৱায়না মশা মতোমতা লৈজববা, হকচাংদগী তোখাই তাহল্লবা মতম অদুদা ওইবিবা মওং অদুবু শিবা কৌবা নত্তনা অতৈ কবি হাযনবগে?

মদুমক কৌনবিবনি, মহাক্লা খুম্মি।

অতোপ্পা ৱাহং অমসু লৈবি। কবিগুম্বা মসিগী মতাংদা নঙ ঐনা যানবা অমা পুবকপা ঙম্লবদি হৌজিক ঐখোযনা থিজিল্লিবা অসিদা মঙাল অমা পুবকপা ঙমগনি ঃ- চাবা থকপা হায়বসিসু নুংঙাইবনি হাযনা লৌবা মতাববদি, ৱাংউবোয অমনা নুংঙাইবা অসিবু ফংননবা হোৎনফম থোকপবা?

তশেংনা থোক্তে, সিম্মিযসনা খুম্মি।

অদুদি নুংশিবদগী ফংবা নুংঙাইবগী মতাংদদি? মহাক্লা মসিবুসু ফংননবা হোৎনফম থোকপবা?

মদুমসু থোক্তে।

মহাক অসিবু হকচাং লাৎনবা হোৎনবদা হাযবদি মমল যাম্বা, অতাঙবা ফিবোল শেৎপগী, মমল য়াম্বা খুগ্রাং তোংবগী নত্ত্রগা হকচাংগী লৈতেং অতৈ ফংনবগী ৱাখলদা লুপফম থোকপ্রা? তশেংবদি মহাক্তি হাযবিবশিংসি খল্লুবদি লাযবদনা, মহৌশাগী পবৈ তুংইন্না চংবা পোৎচঙশিং অদুদগী অহেনবশিংদু থাপ্পা থল্লিবা নত্ত্রা? মসিদা নহাক কবি খল্লী?

অশেংবা ৱাংউবোযদি হাযবিবা অহেনবা পোৎশকশিংদু থাপ্পা থমগনি হাযবসিমদি ঐসু হাযগনি।

মহাক্তি হকচাংসিগী মহুত্তা থবাযগা অমত্তা ওইবা মবী লৈনবা মীশক্লি হাযবসিমদি নহাক হাযববোইদ্রা? মহাক্লা পামজবদি হেক ঙল্লিবমখৈ হকচাংদগী নাম্থোক্তুনা থৱাযগী মাযকৈদা চংশীনবদুনি।

তশেংনমক চুম্মি।

অসিগুম্বা মতাংসিদদি মী পুন্নমক্তগী ৱাংউবোযশিংনা থৱায়বু হকচাংগা অমত্তা

ওইখিবদগী থাইদোক্লনবা মওং খুদীংদা ঙমজবমখৈ হোৎনবদু উগনি।

য়াম্না চুম্মি।

খেন্নরিবা ৱাফম্না, সিম্মিয়স, নুংঙাইনীংবগী ৱাখল লৈত্রবা, হকচাংগী নুংঙাইবগী লম্বী কয়াদসু চৎপগী শরুক য়াদ্রবা মহাক অদুদি পুন্সী অসি হিংলুবগী কান্নদ্রবনি অসুম্না তাইবংপানসিদা অতৈ মীওইশিংনা খন্নরি। মদুগীসু মথক্তা মসিগুম্বা ৱাখল পোক্লবা, থৌশা-ৱাশাদ্রবা মীওই অদুদি অশিবগা পাংখক্লি হায়নসু লৌনরী।

মদুসু চুম্মি।

অশেংবা লৌশিং ফংনবা হোৎনবগী লম্বীদুবু ঐখোয়না করিনি হায়না লৌসিগে? হকচাং অসিবুসু থিজিনবদা য়াওহল্লে হাযনা খল্লসি — মতম অদুদা হকচাংনা থৱাযগী মতেং পাংলগদ্রা নত্ত্রগা অপনবা পীরগদ্রা? ঐনা হায়নীংবদি উবিবা, তারিবা পুন্নমক্ত অচুম্বা ঙাক্তবা? কবিশিংনসু মতম পুন্নমক্তা হাযবক্লিবা অদুম্না মখোযসিবু অশাবা সাখী ওইরোইদ্রা? তাবা, উবনা সাখী ওইদুনা পীবিবা ৱাবোলদু মরীক চুমদে, ময়েক শেংদে হাযনা লৌরবদি, মখোয নত্তবা অতৈ কযাৎশিংগী মতাংদদি কবি অমুক খনবা তাবে? মবমদি কয়াৎশিংসিগী মরক্তদি উবা অমসুং তাবা হাযবসিনা খ্বাইদগী শক্লায়বনি হায়বসিদি নহাকসু হাযবোইদ্রা?

থাঙ্গৈশেংনমক হায়গনি, মহাক্না খুম্লকই।

অদু ওইরবদি কবম্না মতমদা থৱায়না অচুম্বা হায়বদু ফংগদৌরি? মরমদি মহাক্না হকচাংগা তিন্নদুনা কবিগুম্বা অমতংগী মবমদা খঙ্গনবা হোৎনববদা মহাকপু মীনম্বগী লাংদা হেক্তা তাহনবা হাযবসিমদি শোযদ্রবনি।

মদু চুম্মি।

অদুদি লৈবগী অশেংবা মশক[৮] হায়বসিনা মঙোন্দা শকউৎকদবা লৈরবদি ৱাখলগী থোঙদা উৎলগদবা নত্ত্রনে?

মান্নী।

অসুম্না পুক্নীংনা মশামক্তা পুনশীল্লবা, খোঞ্জেল, মিৎনা উবা পোৎশকশিং, চৈনাখোল নত্ত্রগা নুংঙাইবা— হায়রিবা পুন্নমকসিনা অপনবা অমত্তা পীরদ্রবা মতম,— হকচাংগা কায়নদুনা মরী শুকথাং থাংনদবগা মান্নরক্লবা মতম, হকচাংগী ওইবা ৱাফম নত্ত্রগা অপাম্বা থমদ্রবা, লৈবা অশেংবা[৯] হায়বদুতবু পামজরবা মতমদা ৱাখলনা খ্বাইদগী ফবা ফীবমদা

লৈবা নত্রা?

তশেংবনি।

অদুনা মসি তৌবা মতমদনা ৱাংউবোয়না হকচাংসিবুদি ঈকাযবা পীবি, মহাক্কী থৱাযনা মাগী হকচাংবু থাদোকপীরি। অদুগা থৱায়দুনা মশামক্তা তুংদুনা লৈনীংবা নত্রা?

মদু চুম্মি।

ফবে, অদুবু অতোপ্পা ৱাফম অমসু লৈবি, সিম্মিয়স ! লেঙদবা অচুম্বা[10] হাযবা অমা লৈববা লৈতব্রা?

মদু লৈ হাযগনি।

অদুদি লেঙদবা ফজবা অমসুং লেঙদবা অফবসু লৈবা তাবে?

তশেংনমক লৈগনি।

হাযবিবশিং অসিবু নহাক্না নমিৎমরুদি উবব্রা?

মদুদি কদায়দগী উরুদগে।

নত্রগনা হকচাং কয়াৎকী মতেংনা মখোযগী মনাক যৌরুবব্রা? অদুগা ঐনা হাযবিবসিদি মখোয় খরা অসিদগী ৱা নত্তে। মসিগী মনুংদা লেঙদবা অচৌবা, হকচাং ফবা, পাঙ্গল, খুদীংমক্কী মচি,[11] অশেংবা মহৌশা[12] হাযবিবশিংসিস্ যাওববনি। মখোযশিং অসিগী অশেংবা মশক[13] অদুবু নহাক্কী হকচাং কয়াৎকী পাম্বৈনা কবিগুম্বদা লাম্ব ফংবা যাওখ্রববা? অমবোমদা হায়বগা, খল্লু-খল্লুরিবা ৱাফমদুগী মচং অদুবু হেক যাবিবমখৈ চপ চানবা মওংদা মশক লাকশীনবা ঙম্লনবা থবক তৌ হায়না মশাগী লৌশিংগী মিৎপু[14] থৌদাবিবা মহাক অদুনা মথক্তা হাযখিবশিং অসিগী মশক-মওং কয়াদুবু হেক ঙম্লিবমখৈ মযেক শেংনা খঙননবা হোৎনবা নত্রা?

তশেংবনি।

অদুনদি মখোয অসিগী মবমদা খ্বাইদগী ময়েক শেংবা লৌশিং অদুদি— মখোয়গী নাক্ত ৱাখলতনা য়ৌনবা হোৎনবিবা, অদুগা ৱাখলনা চংশীনবগী থবক্তু তৌরিঙৈদা মিৎনা উবা পোৎশকশিং নত্রগা মরম থিবা[15] হায়বা থবক্তু ফাওবা য়াওনা কয়াৎকী ওইবা ফাওবকপা জ্ঞান মখল অমতা চেম্নহন্দ্রবা, মঙোন্দা অয়েংপা পীহল্লক্ত্রবা, শুপ্নগী ৱাখলগী মঙালতনা মশাদা অমকপা মরীক অমা ফাওবা চেন্দ্রবা ফীবমদা মখোয় খুদীংমকসিগী অচুম্বদুবু থিবা লাক্লরিবা মীশক অদুতনা ফংই। মিৎ, নাকোং শন্না হায়রবদা

হকচাং মখৈসিদি পুক্নীংবু চোইজাইনহনবা পোৎশক্কি হাযনা লৌনর্বিবনি, মখোযসিনবু চঙখ্রবদা থব্বায়না অচুম্বা অমদি লৌশিং অনীবু ফংনবা হোৎনবকপদা খুৎনৌ হেক্তা থাংহল্লে। মবম অদুনা পূন্নমক অসিবু হেক ঙম্নিবমখৈ থাদোকপা ঙম্নবদা, থাদোকপা ঙম্নিবা মীশক অদু নত্তনা কনানবু অচুম্বা হাযবা শকফমদুগী অশেংবা লৌশিং ফংবা ঙমলুদগে?

সোক্রেটিস, নহাক্কী ব্বাফমসিদা অঙকপা ফংবা অচুম্বা অমা যাওবি সিম্মিযসনা খুম্মি।

অদুনা অশেংবা ব্বাংউবোযশিংনা পূন্নমক অসিগী মবমদা খন্থক্কবদা, মখাগী মওংসিদা যোঙদোকপা যাবা ব্বাখল অমখক খল্লক্লোইদ্রা? "ঐখোয় ইশামক্কী ওইনা অমদি ঐখোযনা খন্নবিবা বাফম অসিগীসু ব্বাবোই অমা পুবরুবা তোৎনগে হাযববদি, ঐখোয়না হকচাংসিদা তুংদুনা লৈথোক্লিঙৈ হকচাংসিগী ফত্তবা, অমকপা কযানা থরাযবু মোৎশীনহন্দুনতা লৈবিঙৈ মতমসিদদি ঐখোযনা পামজবিবা অচুম্বা হাযবা পোৎশক্তু খক ফংলবোই,' মখোযনা হাযনগদৌবি."হাযবা বাখল পবীংসি থোবক্তুব্রনে? মবমদি চুন্নগী চাবা-থকপগী বাখলতনসু হকচাংনা ঐখোযদা তত্তনা ওৎলবগী খুদোংথীবা অদুগী হৌফম ওইবি। অদুগা হকচাংদা লাযনানা অব্বাবা পীবক্তুনা ঐখোযনা লৈবা অশেংবা হাযবদুবু খঙনবা থিবদা অপনবা থোকহল্লবসু যাবি। হকচাংসিনা মবম ওইদুনা ঐখোযবু নুংশি-নুংওনগী ব্বাখলনা থলহল্লী, হকচাং কযাৎকী ওইবা অবাম-খৌবাংশিং পোকহল্লী, অকিবগী ব্বাখল ফাওহল্লী, মখল-মখা কযাগী ফংনীংবা কযা ফংগে নীংহল্লী অমসুং লোইখম নাইদনা ব্বাখল যাওদবা থবক কযাগী মাযকৈদা পুক্নীংবু লমজীংদুনা পুবি। তশেংনা হাযববদা ঐখোযদগী বাখল খনবগী ইতৌক ফাওবা কোগোক কোক্লা মাঙহল্লী হাযনা মীনা হাযনবিবসিনি। শা-লাল খৎন চৈনবা, খাইবুং তানবা হাযবিবশিংসিবু কদায়দগী থোবকপনো? হকচাংসিদগী, হকচাংসিগী ইখৌলাংবশিংদগী নত্তনা কদাযদগা ওইগনি? লাল হাযবসি লম্থুম মিহৌবদগী তৌনবিবনি, লম্থুম হাযবসিনা হকচাংগী থৌগলদা শীজিন্নবিবনি। অদুনা সীগুম্বা যৈখায-থিঙ্গায কযাসিনা মবম ওইদুনা ঐখোযনা বাণ্ডবোলগীদমক্তা কাইথোক্লুবা মতম ফংজদে। অদুগা অবোইবদা, খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবা অমসুনি হায়বা ফাওবা যাববা ব্বাফম অমনা, ঐখোযনা কবিগুম্বদা অহাঙবা মতম খবা ফংজদুনা থিজিন-তুমজিনবগী থবক চৎথক্কবদসু, হকচাংসিনা ঐখোযদগী ঙাইহাক্ত

থাপ্তোকখো হায়বসি য়াদে। চৎথবিবা থিজিনবগী থবক্তুদা চযেৎ-খোয়েথনবা, চমন্নবা কয়া থোকহল্লী, লোয়ননা ইমিৎ-ইনা থক্কৎহনবিদুনা ঐখোয়দা অচুম্বা অদুবু উবা ফংহন্দে। ঐখোযনা কবিগুম্বা অমতংগী মবমদা অশেংবা লৌশিং অদুবু ফংগে থল্লবদি হকচাং অসিতবুদি থাদোক্তবা ময়াদ্রে হায়বসি ফংলকপা লৌশিংনা উৎলে মদুদি— থব্বায়না মশামক্তা লৈবগা পোৎশকশিংবু মখোয মশামক্তা যেংগদবনি— মওং অসিদা ঐখোয়না পামজবিবা লৌশিং অদু ফংগনি, কবিনা হাযবদা ঐখোয়দি লৌশিং অদুবু নুংশিজবা অমসুং ফংননবা তান্নজবিবা মীওইশিংনি হায়না ইশানা হাযজববনিনা। হায়বিবসি হিংলিঙৈদদি ফংলোই, শিববা মতমদা ফংগদবনি। মবমদি হকচাংগা লোযনদুনা লৈবিঙৈদা থব্বাযনা অশেংবা লৌশিংবু ফংবা ঙমদে হাযববনিনা, মসিদগী মথাদা পীবিবা ব্বাফম অনীসিগী মনুংদা অমদি শোযদনা থোবক্কদৌবি— মদুদি লৌশিং হাযবসি ফংবা ইঙম্মক ঙম্লবোইদবা পোৎশক অমনি নত্ত্রে হাযবগা কবিগুম্বা ফংবা তাববসু, শিববা মতুংদদা ফংই। মবমদি থবাযনা হকচাংদগী তোঙান তাদুনা, মশামক্তা নাইতোম তুংদুনা লৈজগদবসি মতম অদুদা থক্তনি, মতমদু যৌদ্রি ফাওবদি ওইথোক্তে। হৌজিক হৌজিক হিংলিবা পুক্সী অসিদা ঐখোযনা হকচাংগা থ্বাইদগী হন্থবা চাংদা মবী লৈনববা, মসিগা শাগোন্নদুনা লৈত্রবা, হকচাংগী মহৌশাগী ওইবা মওং মতৌনা হেঞ্জিন্না ঐখোযবু শীজিন্নহন্দ্রবা, অদুগা নোংদম্বা ঈশ্বব মহাক্লা পেনবীদুনা ঐখোয়বু থাদোকপিদ্রিবা মতম অদু ফাওবদি ইশাবু য়াবিমখৈ শেংনা থম্লবদতা, লৌশিংগী-মী অমা ওইবগী মাযকৈদা থ্বাইদগী হেম্না নক্লা চঙশিনবা ঙম্মি হাযবা ব্বাফমসি অচুম্বনি থল্লী। মতৌ অসুম্না হকচাংগী ওইবা অপঙবা মতৌ অদুবু তাম্থোকপ্রবা মতমদা ঐখোয শেংগদৌবিবনি। মতম অদুতদা অশেংবা হাযবদুগা ঐখোযনা হকথেংনবা ঙমগনি— অচুম্বগী নত্তনা অতৈ অমগী ওইদ্রবা তশেং-তশেংলবা মঙালদু মফম পুন্নমক্তা ইশামক্লা ফংবা ঙমগনি।” মবমদি অমাংবদুবু অশেংবগী মনাক্ত চঙহন্নবদি যাদে। সিম্মিযস, লৌশিংবু তশেং-না নুংশিজবা মীওইশিংনা মখোয মশেল শুকশোয শোযদনা হাযনগদবা লৈববা লোযননা থনগদবা লৈববা ব্বাফমদুদি মসিনিদো। নহাকমকসু হাযবিবসি য়ানীংলমগনি, যানীংদব্রনে?

চিংনবা লৈতনা যাজবি, সোক্রেটিস।

অদুনা মব্দপ, মসিনা চুন্নবদি ঐনা চৎকদৌবিবা মফমদু তান্না অসুম চৎলকপনা খোঙচৎকী অবোইবা তাক্কক য়ৌবকপসিদা পুক্সী চুপ্পা ফংনীংদুনা তান্নবক্লিবা পোৎশক্তু

শোয়দনা ফংলুরনি হায়না নীংনবগী ময়ম চাউনা লৈরে। ময়ম অসিনা ঐনা ঐগী লম্বীসিদা হয়াও-হয়াওনা চৎলিবনি; ইতোমতসু নত্তে মসে — অময়োমদা মশাগী পুক্নীং শেম-শাদুনা লৈরবা অমসুং মশাবু করিগুম্বা মওং অমদা শেংদোকচদুনা লাক্লবা মীওই খুদীংমকসুনি।

শোয়দবা য়াফন্নি, সিম্মিয়সনা খুম্মি।

অময়োমদা অমুক শেংদোকপা হায়বসিবু, ঐনা হান্নসু পনখ্রবদুনি, থবায়না হকচাংদগী খাইদোরকপা অদু নত্তনা কবি ওইনি? মসিবু থবায়না হকচাংদগী থোরক্লুনা মায়কৈ পুন্নমক্তা চাইথোক্লুনা লৈরম্বা অদুদগী মশাবু মশামক্তদা খোমজীন তাশীঙবা, অদুগা অতোপ্পা মরম্নাই পুন্সী অমা লৈবগুম্মা হৌজিক্কী ফীবম অসিদসু হেক ঙম্নিবমখৈ মশাগী ওইবা মওংদা মশাগী মফম অমদা মতোমতা লৈজবা — শম্না হেক হায়রবদা থবায় অসিবু হকচাং মানা য়োৎহিলং-ফলাং চল্লম্বদগী থাদোকপদু ওইরোইদ্রনে?

য়াম্না চুম্মি মদু ওইগনি, মহাক্না হাযবকই।

অদুগা থবায়বু হকচাংদগী থাদোরকপা মতমগী কাযনবা অসিবু শিবা হাযনা কৌনববা?

অদুম হাযনা কৌনৈ, মহাক্না হায়।

অশেংবা ৱাংউরোয়শিংনা লেপ্পুনা থবাযবু হকচাংদগী থাদোক্লবা হোৎনবি। অদুদি থবায়বু হকচাংদগী খাইদোকপা অমদি থাদোকপা হাযবসিনা মখোযনা অখন্নবা নৈনরিবা হীরমদু ওইববা?

মাম্নী, চুম্মি।

অদুদি হান্নদগী ঐনা হাযরকপদুনি, হেক ঙম্নিবমখৈ অশিবগী ফীবমদা হিংনবদি নৈনরি হায়ববু মশাদা থোক্কদৌববা মতম অদুদা মীওইশিং অদুনা তেংথা-নাওইরকপা থোক্লবদি নাতৈ চাদবা তায়োন্নবা থবক অমা ওইনা থোক্কদৌবি।

শেংলবনি।

অদুনা অশেংবা ৱাংউরোয়শিংদি, সিম্মিয়স, শিবা হায়বসিত্তবু তম্বদা মপুন্সী হৌগ্রিবনি। মী খ্বাইগা য়েংনবদা মখোয়গী মফমদদি শিবা হাযবসি অমুক অকিবগী মশক ওইদ্রে। ৱাফমসি অসুন্না অমুক য়েংউ ঃ- ৱাংউরোয়শিং অসিনা মবম পুন্নমক্তা হকচাংগী মায়োক্তা লৈবা ঙাক ওইদুনা থবায়খক্তগা লোয়নদুনা লেঙবা পাম্বা মীওইশিংনিদি হায়রগা, মখোয়না পামজবিবা লৌশিং হায়বদু য়ৌবগা ফংলুদৌরিবা মফমদু য়ৌনবা খোঙ শান্দোকপদা

হবাও-তয়াম্বদি ফোঙদোক্নে খন্দ্রদুনা, কিব্বনা নীঙ্কুনা অৱা-মৈচাক কয়া ফোঙদোকপগী থবক চৎথরক্লবদি, য়েংবিয়ু মখোয় অসি কয়াগী মতীক মপুকচেল লেপ্লবা ওইদৌবিবনো হায়বদু। মালেম থক্তা নুংশিনজবম্বা কনা নত্ত্রগা মাগী তালোয় নত্ত্রগা মচা-মগু উনজদুনা ৱাবী-ৱাতাই শাবা ফংজবগী নীংজবনা মাঙওযনদুনা, খমনুং লৈবাক্তা চৎচনীংবা মীওই কোঙ্গায়নি। অদুদি লৌশিংবু তশেংনা নুংশিজবিবা, খমনুং লৈবাক যৌবগা মদুগা পেন্না শাগোম্নজরগনি হাযবা ৱাফমসিমসু যাববা মহাক অদুনা হৌজিকসু শিবগীদমক্তা তেংথা-নাওইবা তাবিব্রা? মহাক্তি হবাও-তয়াম্না চৎখিদৌবা নত্ত্রা? মদ্দপ, অশেংবা ৱাংউবোয়মক ওইববদি মহাক্না মসিমক তৌগনি। মবমদি মফম অতৈ অমদা অমুক চৎলুবা তৌদনা লৌশিং কৌবী মহাকপু মফমদু খক্তদা ফংজগনি হাযবসি মহাক্না চেৎনা থাজে। মসিনা অচুম্বা ওইববা, অদুগা ঐনা হাযজখিবগুম মতম য়ৌবকপদনা শিববু কিবক্লবা— অদুগুম্বা মীশক অদু ওম্থোক্না মথোঙ হুকখিব্রবা মী অমা ওইদৌবি।

তশেংনা ওইফম থোকই, সিম্মিযসনসু হাযখি।

শিবগী শউম লাংবদা পাখৎলবা মীদু উবগা, মানা যানিংদ্রিবসিনা মবম ওইবদুনা নিপা অসি লৌশিংবু নুংশিবা মীওই নত্তে, হকচাংতবু নুংশিবা, মসিদসু নত্তনা পৈশা অমদি তৌবঙম্বা নত্ত্রগা অনীমক অসিদসু ঙাওজবা মীওইনি হাযবসি মতীক চানা উৎত্রিববা?

মদুমক উৎলর্বনি, মহাক্না অমুক খুম্মি।

অমবোমদা থৌনা হাযর্বসিদি, সিম্মিযস, ৱাংউবোয অমগী মফমদদি অখন্ননা মশাগী মশক তাক্লিবা মচন অমা নত্ত্রা?

মান্নী।

কাহেন্দবা[১৬] হাযবা অমসু অমুক্না লৈবি। মসিবু অচম্বা মীওইশিং মক্না ফাওবা অকনবা পুক্নীং-ইহুনশিংবু[১৭] খুদুম চর্নাসনবা অমদি পথাপ অমগী মখাদা থম্বদা লৈ হাযনা খন্নবিবনি। অমুক্সু মসিবু অকনবা পুক্নীং-ইহুন অদুদগীসু হেন্না ৱাংবা থাক্ত লৈ হাযনা খন্নবিবনি। অচুম্বা লীচৎ চৎপদা ওইববসু কাহেন্দবা হাযবসি হকচাংবু হঙ্গোইজবিবা, মপুন্নীদু ৱাংউবোল নৈনৰদা কৎথোক্লবা মীওইশিং অদুদদি লৈফম থোক্ত্রা?

শোযদনা লৈফম থোকই।

থৌনা অমসুং কাহেন্দবা হাযবা মচন অনীসি মী অতৈ-অতৈদা যেংবদদি অমগা

অমগা ককথংনরম্বদু থেংনগনি।

মদুদি করম্না?

করম্না হায়বদি, ফরে, মহাক্না হায়রকই, শিবা হায়বসি মীওইবনা মহৌশানা হৌনবী অমা ওইনা য়াম্না ফত্তবা পোৎশক অমনি হায়না লৌনৈ হায়বসিমদি নহাকসু খঙলম্লনি।

য়াম্না চুম্মি, মহাক্না খুমখি।

থৌনা ফবা মীওইশিংনা শিবদগী হেন্না অচৌবা ফত্তবশিংবু কিজবদগী শিবগা হকথেংনরিবা নত্ত্রা?

মদুদি অচুম্বমক্নি।

অদু ওইববদি ৱাংউবোয় মখৈ নত্তনা অতৈ মী পুম্নমক্তি অকিবনা মরম ওইদুনা থৌনা ফবা হায়বদু ওইরে। অদুমকপু কিবদগী থৌনা ফরকই, হায়বদি কিগনবা, পাঙদবা মীশক ওইরুবদগী থৌনা ফবা, অকনবা অমা ওইরকপনি হায়বসিসু ঙক্নীংঙাই ৱাফম অমা ওইবি।

মদুসু চুম্মী, ওইরিবনি।

কাহেন্দবা মীওইশিংগী মতাংদসু ৱাফমসি চপ চানা অমহা ওইদ্রিবরা? মরমদি মখোযনা কাহেন্দবা ওইবিবসি কাহেনবা ওইরুবদগীনি হায়বা বাফম অমা থোরক্নি — মসিসু ককথংনবা ৱাঙাং অমগুম থোক্কনি। অদুবু কাহেন্দবা হায়বা ৱাফমসি হেক লাকখিবদগী হৌনা মসিসু মশানা লোয়নজরক্লবনি। মরমদি মখোযনা ফংহৌররোই হায়দুনা পাখৎচবা নুংঙাইবা কয়ামুক লৈরিদো। অদুনা পামজব্বা নুংঙাইবশিং অদুবু মাঙহন্দনা থম্নবা হোৎনবদা অতৈ নুংঙাইবা খবা অমুক মখোযনা থাদোকই। করিনা হায়বদা নুংঙাইবা মখল খরনা মখোয়বু খুদুম চনসিনখ্রবনি। অমরোমদা অমুক নুংঙাইবনা লাকশীনখিবসিবু মীওইবনদি কাহেনবা শাজৎ অমনি হায়না হায়নরবসু, মখোয়দদি নুংঙাইবা ফংবদা মায় পাক্না মতোন লোম্নবা হায়বদু ওইরি। মসিবুনি মীৎয়েং অমরোমদা ঐনা মখোয়বু কাহেনবা অদুমক্না মরম ওইদুনা কাহেন্দবা ওইহল্লী হায়না পনখিবদু।

ৱাফমসি মদুদা তারে।

অদুমকপু অকিবা, নুংঙাইবা, চৈনাখোল মখল অমবু অতোপ্পা অকিবা, নুংঙাইবা, চৈনাখোল মখল অমগা শিন্নবা, পৈশা ওম্ভোক-ওনশীন, কায়থোক-কায়শিন তৌনবগুম, অচৌবগা মচাগা শিন্নবা হায়বা পুম্নমকসিদা অচুম্বা লীচৎপু শিন্নবা, ওম্ভোক-ওনশীন

তৌনবদি য়াওদে। থৌজালগী মঙাল ফংলবা সিম্মিয়স, পোৎ খুদীংমক্তা ওন্নবা য়াবা শেল ময়েক অমা লৈতত্রনে? — শেল ময়েক্তুগী মিংদি লৌশিং কৌবনি। মসিগা ওন্নরবদতা, মসিগা তৎন-থানত্রবা মরীদু থন্নবা মতম খক্তদা থৌনাবু ওইরবসু, কাহেন্দববু ওইরবসু নত্ত্রগা অচুম্বা-ৱায়েনবু ওইরবসু তশেংনা লৈবা নত্ত্রগা য়োম্নবগী থবক্তু চপ-চানা পাঙথোক্লিবনি। অকিবা, নুংঙাইবা হায়বগুম্না অফবা, ফত্তবা হায়দুনা লৈরিবা কয়াসি লৌশিং অদুগী মশাদা য়াওই য়াওদে হায়না অমুক থিরুত্রবসু — তশেংবা অচুম্বা লীচৎশিং অসিমক্তবু লৌশিংগা লেঙদনা লোয়নরবা নত্ত্রা? অদুমকপু, অচুম্বা লীচৎ অদুবু শাগৎপদা চঙলিবা পোৎশকশিংদুগী মশাদগী লৌশিংগী শরুক অসি থাইদোকখিবা থোক্লবা, লোয়ননা শাগৎপদা চঙলিবা পোৎশকশিংদুনা মখোয় মশেল ওম্ল্যাং-ওল্লিন অসুম তৌনরবা ওইরবদি অচুম্বা লীচৎ হায়রিবদু মম্নি খক্তমক ঙায়হৌরগনি। মাগী মশাদা নীংতম্বা, মশা শেংবা অমদি অচুম্বা হায়বদু লৈররোই। অমরোমদা অশেংবা শিন্নবা, ওন্নবা হায়বদুদদি পোৎশক পূন্নমকসিবু শেংদোকখিবগী থবক অমখক য়াওরি— মদুদা কাহেন্দবা, অচুম্বা-ৱায়েন, থৌনা অমদি লৌশিং মশামক য়াওনা মখোয়বু শেংদোক্লবগী পোৎশকশিং ওইরি। অদুনা থুপ্লোন ৱারী তাকপা লাইরিক ইরম্বা কাঙবুনা হায়রম্বা ৱাফমসিদসু করিগুম্বা মরম অমদি লৈরম্ফম থোকই হায়না ঐনা খল্লী। মমাঙঙৈদা মখোয়না তাকপীরম্বা ৱাফম—অমোৎপা চেন্দুনা, শেংদোক্তনা, খমনুং লৈবাক্কী মমিং-মথা লৈফম খঙনবা থিহৌদনা চৎত্রবা মীশক্তুদি লৈখোম-লৈনাং মরক্তা ঈওন্দুনা লেল্লুগনি; অদুগা মশক মুন্না খঙজদুনা, মশাদা চেন্নবা অমকপা পূম্বা শেংদোকচরগা চৎত্রবা মহাক অদুদি চিংঙু ফাংখোঙ নাক্ত লৈরুদৌরিবনি হায়বসি, অরেম্বদা পঙহায় হায়জীনবা ওইরোই। থুপ্লোন ৱারীদুদা[১৮] অসুম হায়না শৈথারি— "বাকস্কী চৈশু পায়বদি কয়ানি, থুপ্লোন খঙবদি কনাসু য়াওদে," — মসিদা থুপ্লোন খঙবা মী হায়রিবসিবু ঐনদি "অশেংবা ৱাংউরোয়" অদুবুনি হায়না লৌজে। মখোয়দুগী মরক্তনি ইশাবু মশীং চলহঙ্গরে হায়রগা পুন্সী চুপ্পা ঙমজবা চাংদা হোৎনদুনা মফম অমতং থিরক্লিবসি। থিবসিদা লম্বী চুন্না চৎলিবরা, লান্না চৎলিবরা হায়বদুদি ঈশ্বরনা থৌজানবিদুনা অতোপ্পা মফমদুদা থুংলুরগা ইকুই কুইদনা খঙলগনি, ঐনা অসুম্না থাজে। মরম অদুনা সিম্মিয়স অমসুং সিবিস, ঐনা নখোয়দগী অমদি ইথক্তা ৱায়েন থৌদাবিরিবা পূন্নমক্কী মফমদগী, তাইবংপান অসিদগী কায়নবদা অৱাবা পোক্ত্রিবসি চুম্মি হায়না খল্লী। অতোপ্পা তাইবং অদুদসু নখোয়গুম্না ফবা মরূপ-মপাং অমদি

লৈঙাকপশিং থেনেরুনি থাজে। তৌবদবু সীগুম্বা ৱাফমসি অয়াম্বনদি থাজনগন্দে। অদুনা মতাংসিদা এথেল্লগী ৱাযেন মপুশিংবু ঐনা থাজহন্নখিবা চাং অদুদগী হেন্না নখোযবু ইশা কঞ্জবগী ৱাবোল খবসিনা থাজহন্দুনা নপুক্কীং ওলহনবা ঙম্লবদি, মদু যাম্না অফবা ৱাফম ওইনি।

সিবিসনা অমুক খুম্মী, সোক্রেটিস, নহাক্না হাযবিবদু অয়াম্বা শকক ঐসু য়াই। অদুদা থৱাযগী মতাংদদি ফনমক হাযদুনসু কনাগুম্বা অমদা হেক্তা থাজৌ হায়বা যাদবা ৱাফম অমসু লৈ। ময়াম্নদি অসুম্না হায়নবি— থৱাযনা হকচাংদগী মপান থোকখ্রগা মাগী মফম অমমুক লৈনি লৈবোই খঙদে, শিবগা অসুম মাঙখ্রদবা, লোইশিনখ্রদবা পোৎনী— হকচাংদগী হেক থোবকপগা মৈখুওই নুংশিৎওই তৌদুনা ইচাই-চাইনা শন্দোবকপদা তবং-মালংদা তিন্দুনা অসুম তাকখ্রগদবনি। নহাক্না পীখ্রিবা ফত্তবগা খুদম পুন্নমক অদুদগী নাম্থোবক্তুনা এনীং মখা তশ্লবা মতমদা থৱাযদুনা হাযবিবা পুন্নমক্তু অচুম্বনি হাযনা লৌনীংঙাই ওইবমগদবনি। চুম্মি ঐনা হাযজবিবা অসিনা লোইবসু নত্তে, ৱাফমসিগা মৰী লৈননা খন্ন নৈনবা থিজিনবা কযা তৌদবা যাদবনি। অদুনা, মীনা শিববা তু'দা মহাক্না থৱাযদি শিবা লৈতে পাঙ্গল নত্ত্রগা লৌশিং মাঙবসু তৌদে হাযবসি খুদম চাংদম কযা পীদুনা অমদি পুথোক্তুনা উৎপা অমসু চঙলি।

চুম্মি সিবিস, সোক্রেটিসনা হাযবকই ৱাফমসি ওইথোকপা যাই যাদে হাযবদুগী মতাংদা ৱাৰী মতেক অমতং শাখিসি হাযববা?

তশেংনা হাযববদা সিবিসনা খুম্লকই, হার্যবিবশিং অসিগী মবমদা লৈবা নহাক্কী বাখল পবীংদু ঐ যাম্না খঙনীংই।

ঐনা খনবদা, সোক্রেটিসনা হায হৌজিক হাযগদৌবিবা ঐগী ৱাফমসি তাবগা থাযনগী যেক্লবসু ওইসনু নুংঙাই পোলোই কবিসু ওইসনু, কনানসু ঐনা ইশাগা মৰী লৈনদবা ৱাফমদা ৱাবেম ঙাংলিবনি হাযনা ইথক্তা ৱাশীবকপদি ঙম্লবোই। অদুনা মযাম্না অযাবা পীবিবগদি থিজিনবসি চৎথবসি ঃ - মীওইবনা শিবগা থৱাযনা খমনুং লৈবাক্তা চৎলী চত্তে হাযবা ৱাফমসি লৌখৎলশি। মতাংসিদা থাযনদগী হৌনা থাজনদুনা লাক্রুবা পাউমেন অমখক লৈবদুগী ৱাখল লাকই। পাউমেন অদুদি থৱাযনা অতোপ্পা তাইবংদুদা চৎলুবগা মফমসিদা হল্লকপবু অশিবদগী অমুক পোক্লকপা কৌই অসুম্না হাযনবদুনি। হৌজিক য়েংবিযু, অহিংবসি অশিবদগী ওইবকপনি হাযবসিনা অচুম্বা ওইববদি ঐখোযগী

থৱাযসু অশিবগী লৈফমদা লৈরকফম থোকই। মবমদি, মফমদুদা লৈরন্দনা কবম্না অমুক হন্না পোক্লকহুনা তাইবংপান্দা খোঙদাবদগে? অদুনা অহিংবসি অশিবদগী লাকপনি হাযবসি চপ চাবা খুদম-চাংদম পীসি হাযববদি মসিনসু লোইশিনবা হেক্তা যাবে। মসিনা মতীক চাদে হাযবগনা অতৈ যেৎনলোন পুথোক্লুনা, খুদম পীদুনা অচুম্বদু উৎপা তাবনি।

অচুম্বা ৱাফম্নি, সিবিসনা হায।

অদুনদি ৱাফম অসি মীওইবগী মতাংদতা নত্তনা শা-ঙা পুন্নমক্কী ওইনা, পাম্বীশিংসু য়াওনা হাযবদি নাউবোল শন্দোক্লিবা খুদীংমক্কী ওইনা থন্নবসি, মদুনা খুদম-চাংদম পীবদা হেন্না কোন্নগনি। তাযোন্নবা[১৯] মশক লৈবা পোৎ পুন্নমকসি মখোয মখোয়গী তাযোন্নবা মশক অদুদগী পুথোবকপা নত্ত্রা? ঐনা হাযজবিবসি অফবা, ফত্তবা, চুন্না চৎপা, লান্না চৎপা সীগুম্বসিগী মতাংদনি— অদুগা মসীদসু নত্তনা তাযোন্নবদগী থোবকপা তাযোন্নবা অতৈ কযাসু মশীং থীজ্ঞমদনা লৈবি। ঐনা উৎকে নীংলিবদি তাযোন্নবা পুন্নমক্তা তঙাযফদনা মান্নবা থৌওংদা ওক্লোক্লবা অমা লৈ হাযবসিনি হাযবদি খুদম ওইনা হাযববদা হেন্না চাউবা পোৎশক্তু অপীকপা ওইবন্নবা মতুংদা চাউবা হেন্নক্কদবনি।

চুম্মি।

পীকথবক্লিবা অদুসু মতম অমদা অচৌবা ওইবম্বদগী পীকথবকফম থোকই।

থোকই।

অদুদি অশোনবসু অকনবদগী ওইবকপনি, অযাঙবসু অতপ্পদগী থোবকপনি।

যান্না চুম্মি।

ফত্ত্রে হায়বিবদুসু অফবা অদুদগী থোবকপনি, হেন্না অচুম্বা চৎপা অদুসু হেন্না লান্না চৎপদগী থোবকপনি।

তশেংনমক থোবকপনি।

হাযবিবসি তাযোন্নবা পুম্বগী ওইনা চুন্নব্রা? পুন্নমকসি তাযোন্নবা মশকশিংদুদগী থোবকপা ঙাক্লি হাযবসিবু থাজনবব্রা?

থাজনবে।

অদুনদি পোৎ পুন্নমক্কী তাযোন্নবা মশক লৈবগী সংসাবগী মহৌশা চৎনবী অসিদগী তাযোন্নবা অমদগী অমদা অমুক যৌকবা অমুক হন্নকপগী মবকসিদা লৈবা থৌওং অনীখক থোবকপা উবা ফংলনি— অচৌবা অমা অপীকপা অমা হায়বসি লৈবা তাববদি

মবক্কি ওইবা থৌওং অমখক লৈবা তাই। অসুন্না চাউখৎলক্লিবা অদুবু হেনগৎপা, কাযথবক্লিবা অদুবুনা হষ্টবা হাযনা কৌনবা নত্ত্রা?

মান্নি কৌনৈ, মহাক্লা খুম্মী।

অমুকসু খাইদোকপা পূনশীনবা, ইঙথহনবা শাগৎহনবা হাযবনচিংবা অমদগী অমদা চঙশিল্লুবা হন্দোবকপা নাইবা অতৈ অতোপ্পা থৌওং কযামুকসু লৈবি। ৰাহৈ মচা তানা অমুক হাযকুদ্রবসু মসিমক তাযোন্নবা পূন্নমক্কী ওইনা তঙাযফদনা চুন্নবা ৰাফন্নি — মখোযসি অমনা অমদগী থোবকপনি, অদুনা তাযোন্নবা অমদগী অমদা চংশীনবা নত্ত্রগা ওনবগী থৌওং অমা লৈবি, নত্ত্রা?

যান্না চুম্মি, মহাক্লা হাযবকই।

ফবে, অদুনা তূম্বা হাযর্বসিনা মিৎকপ থোবকপগী তাযোন্নবা ওইবগুমদুনা, পুক্সাগীদি তাযোন্নবা লৈত্রা?

লৈ, মহাক্লা হায।

মদুদি কবিনো?

শিবা, মহাক্লা খুম্মি।

অদুদি মখোয অসিনা তাযোন্নবা ওইববদি অমনা অমদগী থোবকপা ওইফম থোকই, লোযননা মখোযগী ওইনসু মবক্কী থৌওং অনীখক লৈবিবা নত্ত্রা?

তশেংনমক লৈ।

হৌজিক, সোক্রেটিসনা সমথবকই, ঐনা নঙোন্দা পর্নাখবা তাযোন্নবগী পুংবা অনীদুগী মবক্তুগী অমা লৌখৎলগা মদুগী মতাংদা মবক্কী থৌওংদুগা কোন্ননা নৈনবগে, লৈহৌবিবা অমদুনা নহাক্লা ওইনা নৈনদুনা ঐবু খঙহল্লো। অমবুনা ঐনা তূম্বা হাযনা থোনগ্রে, অদুগা অমদুনা মিৎকপ থোকপা হাযনা। তূম্বগী ফীবম অসিনা মিৎকপ থোকপগী ফীবম অদুগী তাযোন্নবনি। তূম্বদগী থোক্লকপনি মিৎকপ থোকপা হাযবসি, মিৎকপ থোকপসিদগী তূম্বসু থোক্লকপনি। অদুনা থোক্লকপগী থৌওংসি নাকল অমদনা তূমথবদা লৈবে, অমবোমদনা মিৎকপ থোকপদা লৈবে। মসিদি যানীংব্রা?

মপূং ফানা য়াই।

অদু ওইরবদি হিংবা, শিবা হাযবসিবু সুমহাযনা অমুক নৈনদুনা তাক্লসি। শিবসিবু হিংবগী তায়োন্নবা নত্ত্রা?

মাল্লী।

মখোয়সিবু অমনা অমদগী থোরকপা ওইদৌরিব্রা?

মদু ওইগনি।

হিংবদগী থোরকপসিনা করিনো?

হিংবদগী থোরকপনা শিবনি।

শিবদগীদি?

মদুগী পাউখুমদি — হিংবা হায়বসিনি।

অদুদি সিবিস, অহিংবশিংসি পোৎশকপু ওইরবসু, মীবু ওইরবসু অশিবদগী থোরকপা ওইবা তাব্রা?

তশেংনো ওইবা তাবনি, মহাক্লা খুম্মি।

মসিদগী থোরকপা ৱাফমদি খমনুং লৈবাক্তা ঐখোয়গী থৱায় লৈ হায়বসি ওইরোইদ্রা?

মদু চুম্মি।

চৎথরিবা থবক নত্ত্রগা ওইরকপগী থবক অনীসিগী মরক্তা অমদি মিৎনা উবা ফংবনি — শিবগী থবকসিবু উবা ফংদবরনে?

তশেংনমক উবা ফংই, মহাক্লা খুম্মি।

মসিনা খঙহল্লিবনা করিনো? মসিদা তায়োন্নবগী থবক্তু সুকয়াও য়াওহল্লরোইসিরা? মহৌশা লাইরেম্বী অসিবু মখোঙ নাম্মতনা চৎলহল্লসিরা? শিবদা অমুক ওইরকপগী থবক অমদি পীফম থোক্তবরনে?

থোকই, পাউখুম পীরকই সিবিসনা।

থবক নত্ত্রগা থৌওং অদুদি করি ওইবা তারে?

অমুক হিংলকপা।

অদুদি হিংলকপা হায়বা অমা লৈ হায়না লৌরবদি মদু অশিবনা অহিংবগী তাইবংদা অমুক পোক্লকপা ওইরোইদ্রা?

য়াম্না চুম্মি, ওইনি।

মদু ওইরবদি মতাংসি য়ৌরকপদা অশিবসি অহিংবদগী লাকপনি হায়বগুমদুনা অহিংবসু অশিবদগী লাকপনি হায়বা ৱারোই ফংবা য়াবা লম্বী অমা ঐখোয়গী মাঙদা

লৈরে। অদুগা মসিনা অচুম্বা ওইরবদি শিরবা মতুংদা থরায়গী লমদনফম অমা লৈবা তারে। মদুদগী মহাক্না অমুক হন্না খোঙশাল্লক্কনি হায়বসিগী মতাংদো মথক্কী বাফম অসিনা শেংলবা খুদম-চাংদম পীরে।

মান্নী সোক্রেটিস, মহাক্না হায়রকই, মমাঙদা য়ানখ্রবা বাফমশিং অদুদগী বারোই অসি ককপা য়াদনা লাকচবগুম্না তৌই।

ঐখোয়না য়ানখি হায়রিবা বাফমশিংদু , সিবিস, য়াম্নমক মরীক চুম্বা, মখোঙ চেৎপা ঙাক্তনি হায়বদু অসুম্না উৎপা য়াই হায়না থল্লী ঃ পোকপা শিবা নাইবনি হাযনা খঙলবা থরায় পানবা পূম্নমকসিনা করিগুম্বা লয়ি অচুম্বা অমা ওইনা অসুম চৎথরকপা ওইরম্লবা, মহৌশা লাইরেম্বীগী খূৎশেম অসিগী মনুংদা মদুবু মবক্তা থৎনবগী পাঙ্গল লৈবমদ্রবা, হৌরকফম বিন্দুদা অমুক হঞ্জিল্লকপা চগো ওইরক্ত্রবা, পোৎচাকশিংনা[২০] তায়োন্নবগী মায়কৈদা চঙশিনবা নত্রগা হন্দোরকপা তৌরমদ্রবা, মদু ওইবা তাববদি পূম্নমকসি মমৈথংদদি মওং ইমান মান্নরক্কনি, মওং অমতদা পুল্লক্কনি, মখা তানা অমুক নাউবোল শন্দোকপা তৌরবোই — বাফমসি মুন্না খঙজীনবিযু।

তাকপীরিবা বাফমসিবু করিনো? মহাক্না হায়রকই।

মসিদি ইচম চম্বা বাফন্নি। তূম্বগী মতাংদা খুদম অমা লৌখত্তুনা হেক্তো খঙনবা তাক্কে, মহাক্না খুমখি। অদুগা মখা তারকই, নহাক্না খঙঙিদুঙাই, তূম্বগা মিৎকপ থোকপগা অনীগী মরক্তা হোংদোক-হোংজিন করিমত্তা লৈরমদ্রবদি এন্দিমিয়নগী[২১] তূম্বগী বাবীসি বা ওইনা লৌবা য়ারম্মোই। মরমদি অতৈ পূম্নমকসু তূমদুনা ঙাক লৈরগদবনিনা অতূম্বা অতৈদগী অতূম্বা মহাক অমা খন্দোকপা হায়বসি ওইথোক্লরোই। নত্রগা অমুকসু শাগৎপদমক লৈরবা, শাগৎপদা চঙলিবা মচাকশিং[২২] অদুবু মখা তানা খক খায়দোক্ত্রবা— মমৈদদি অনাক্সাগোরসকী *কেওস*[২৩] হায়বদু শুকশোয় শোযদনা ওইরক্লনি। মতৌ অসুম তৌদুনা, নুংশিরবা সিবিস, হিংবদা শরুক য়ারিবা পোৎ খুদীংমকসি শিরবা, অদুগা শিরে হায়রগা শিবগী মওংদা অদুম্মক লৈরবা, হিংবগী লম্বীদা অমুক খক হল্লক্ত্রবা ওইরবদি পূম্নমকসে কাইনথংদদি ঙম্নমক শিগ্রনি, অহিংবা অমত্তসু লৈহৌররোই। মসি নত্তনা অতৈ করি অমা ওইরক্কদগেনে? মরমদি অহিংবা হায়বসিনা অতৈ অতোপ্পা করিগুম্বা পোৎশক অমা নত্রগা অমদগী ওইরকপা থোক্লবা, হায়রিবা মখোয়দুসু অসুম্মক হল্লক্তনা শিগ্রবা— পোৎশক পূম্নমকসি মমৈথংদদি পূন্না অশিবগী খয়াত্তা তাখিরোইদ্রা?

মদুদগী নাম্বোক্কবা লম্বীসি লৈরোইদৌরি, সোক্রেটিস। ঐ ইশাগী ওইনদি নহাক্কী য়েৎনলোনসি য়াম্না চুম্মি হায়না নীংজে।

মাম্নীনে সিবিস, মহাক্না হায়। চুম্মিবনিনে, অদুগা ঐগী ৱাখলদা চুম্ফম থোকপনিসু খল্লী। য়ানবসি পুরকপদা ঐখোয়বু নমথাক লৌনম তৌদুনা, লাম্না লম্মজীংখিবসু লৈতে। অমুক্কসু হন্না হায়রবদা, হিংবা হায়বা অমদি তশেংনা লৈ হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। সীদসু নত্তনা অহিংবদি অশিবদগী থোরকপনি; শিরবা তুংদা থবায়দি অসুম লেঙদনা লৈ; অফবা থবায়না অফবা মহৈ চারুই, ফত্তবদুনা ফত্তনা হায়বসিসু ঐগীদি অচেৎপা থাজবনি।

মসিদা সিবিসনা মখা অমুক সমথরকই, নহাক্কসু তোয়না পনবা নহাক্কী হৈনজরবা পাউমেন— লৌশিং হায়বসিদি ইচম-চম্না অমুক হন্না নীংশিংবা অদুবুনি হায়বদুনা চুন্নবদি, সোক্রেটিস, ঐখোয়না হৌজিক নীংশিংলিবা অসিবু খঙনবা তমখিবা মমাঙগী মতম অমা শোয়দনা লৈফম থোকই হায়বসিমসু খঙহন্লে। অসুন্না থবায়সিনা মীওইবগী শকওংদা লৈত্রিঙৈদা অতৈ অতোপ্পা মফম অমদা হান্নন লৈরমদবা তারবদি মসি ওইথোকপা য়ারোইদবনি। মতাংসিদা থবায়দি শিনাইদবনি হায়বগী খুদম অমগা ফংঙে হায়না লৌবা য়াই।

সিবিস, অমুক্তা ঙাইখো, সিম্মিয়সনা মরক থৎলদুনা হায়রকই। নীংশিংবগী ৱাখল্লোনশিবু[২৪] শৌগৎপা করম করম্বা য়েৎনলোন্দি পুথোক্লবগে হায়বদু অমুক্তা হায়রমখো। ঐদি হৌজিক পুম্নমক্কু করিমতা নীংশিংফম থোক্তে।

মদুগী য়াম্না চঙখোনবা খুদম অমা পীয়ু হায়রবদি, সিবিসনা খুম্মকই, ৱাহং হংদোক-হংজিন তৌবগী থবকসিনি। চঙখোম্না, নীংথীজনা কনাগুম্বা অমদা ৱাহং অমা হংলবদি মশাগী মপুকথোক্কী ওইবা পাউখুমদু শেংনা পীরক্কনি—অদুবু মাগী মশাদা লৌশিং অমদি অচুম্বা ৱাখল[২৫] অমা হান্নদগী হৌনা লৈরক্তনদি মসি কমদৌনা ওইথোক্কনি? ৱাফমসি মীশক অদুদা খুৎয়েক[২৬] অমা য়েংহনবা মতমদা ময়েক হেক্তা শেংগদবনি।

অদুমকপু সিম্মিয়স, সোক্রেটিসনা অমুক হায়রকই, হৌজিক ফাওবা ৱাফমসিদা থাজদবা পোক্রবদি অতোপ্পা মওং অমদগী অমুক য়েংশি হায়ববু, নহাক্কী অপাম্বনা করিনো— মদুমসু খঙনীংই। ঐনা হায়বদি, লৌশিংদি নীংশিংবনি হায়বসি হৌজিকসু নহাক্না য়ানীংদবা তারবদি হায়বগী ৱাফম্নি।

থাজদবদি নত্তে ঐগীসে, সিম্মিয়সনা হায়বকই। অদুমকপু নীংশিংবগী মতাংদু ঐসু অমুক্তংগা নীংশিংবা পামজবি। হৌজিক সিবিসনা হায়খিবা খবা অদুদগী ঐসু খব-খবদি নীংশিংবা হৌবক্লবনি, পুক্লীংদা থাজবসু পোক্লিবনি। অদুন্নদি ওইবে হাযবগা নহাক্লা হায়গে খনবদুমদি ঐহাক তাবা পামজে।

ঐনা হায়নীংবা হায়বু সীনি, মহাক্লা হায। নীংশিংলিবসি মী অদুনা মমাঙগী মতম অমদা খঙগ্রবদুনি হাযবসি ঐখোয়দি য়ানববনি হাযবসিবু ঐনা পঙহায হাযবা তাবদ্রা?

কবিগী তাকনি, মদু য়ানববনি।

লৌশিং, নীংশিংবা হাযবিবশিং অসিগী হৌনশা, মওং-মতৌনা কমদৌবজাংনো? ঐনা হংনীংলিবনা— মী অমনা কবিগুম্বা অমা উপ্রগা নত্ত্রগা মদুগী মবমদা তাকবগা নত্ত্রগা পুক্লীংনা লাম্ব[২৭] ঙমলুবগা, মদুখক্তং খঙবদা নত্তনা হাযবিবা পোৎশক্তুগী লৌশিং নত্তবা অতোপ্পা মখলগী লৌশিং অমগী হীবমদসু মাগী পুক্লীংদা মব্দ হুক্লবদি[২৮] হান্ননা মাগী পুক্লীংনা লাম্ব ফংখিবা পোৎশক অদুবু নীংথীজনা নীংশিংজবা ঙমদদুনা তৌবিবনি হাযবা যাব্রা?

নহাক্লা হাযবিবশিংসিবু কবিনো?

ঐনা হাযবিবশিংসি মখাগী খুদমসিনা ইবায লাগনা তাকপা যাবা বাফম্নি— লাযব[২৯] অমগী মবমদা ঐখোযনা খঙলিবদুগা মী অমগী মবমদা খঙবগা অনীসিদি মান্নদববা?

চুম্মি, মান্নদে।

নুংশিনজবা মীওইশিংনা মখোযনা নুংশিবিবা মীশক অদুনা শীজিন্নবম্বা লাযব্ নত্ত্রগা ফিবোল নত্ত্রগা পোৎ-চৈ অমা হেক উবব্দা মপুক্লীংদা কবি ফাওবিদগে? লাযবদুগী বাখল তৌকব্দগী মদুবু শীজিন্নবা পাখংদুগী শক্তমদু মাগী পুক্লীংগী মিৎনা উবক্তববা? মসিনি নীংশিংবা হাযবদ। মতৌ অসুন্না সিম্মিযসপু উকবা মীওই অমনা সিবিসপুসু নীংশিংলকপা যাই। অদুনা বাফমসিমক্কী লোইবা নাইদ্রবা খুদম পবেং লৈগ্রে।

মদু থীকবা তাববদি অওকপা ফংনা যামনি, সিম্মিযসনা খুম্মকই।

অদুনা নীংশিংবা হায়বসিদি মতম্না অমসুং পুক্লী° থিংজিল্লুদবনা মবম ওইদুনা হান্ননা কাউগ্রবা অদুবু থিগক্তুনা ফংবনা অনম্বনি।

যান্না চুম্মি, মহাক্লা খুম্মি।

ফবে অদুদি, অযেকপা লাযব্ নত্ত্রগা শগোল অমা উকবগা নহাকপু অতোপ্পা

কনাগুম্বা অমমুক নীংশিংলোইদ্রনে? সিম্মিয়সকী অয়েকপা শত্তম উরুবদগী সিবিসপু নীংশিংলকপা হেন্দোক্লা য়াই।

চুম্মি।

নত্ত্রগা সিম্মিযস মশামকপু নীংশিংলকপসু য়াই।

মদুমকসু যাবিবনি।

হায়বিবা মওংসিদা নীংশিংলকপগী থবক অসি মান্নবা নত্ত্রগা মান্নদবা অনীমক্তগী থোবকপা ইযা যাবা নত্ত্রা?

যাই।

অদুদি মান্নবা পোৎশিংদগী নীংশিংলকপা তাববদি মসিদগী খন্ননীংঙাই ওইবা অতোপ্পা ৱাফম অমা থোবকপসু শোযদে। মদুদি কবিনো হাযবদা— মান্নবগী চাংদু নীংশিংলিবা অদুগা চপ চানা মান্নবত্রা মান্নদত্রা হাযবসিনি, থোবক্লোইদ্রনে?

যান্না চুম্মি থোবকপা যাই মহাক্লা খুম্মি।

খোঙকাপ অমও গা চঙশিনখিসি। মান্নবগী মতৌ হাযবা অমা লৈ হাযবসি য়ানববা তুংদা, মান্নবা হাযবিবসি উগা উগা নূংগা নূংগা মান্নবগী ৱাফমদুদি নত্তবদা মসিদগীসু হেনবা মপুং ফাবা মান্নবা[৩০] হাযবা অমা লৈ হাযবসিমসু লৌশীনসিবা? ঐখোয়বু মসি তশেংনা লৈ হাযবসিবা?

হোয মদু হাযবসী সিম্মিযসনা পাউখুম পীবকই। পুক্সীনা পোম্বা ওইবফাওবদা মসি লৈ হায়বসি ৱাশক্তুনা হাযবা তাবনি।

অদুদি সীগুম্বা মপুং ফাববা-মচি[৩১] অসিগী হৌনশা, মওং মতৌদুদি ঐখোয খঙলত্রা?

হাযথবিয়ু।

ঐখোযগী লৌশিং হাযবসিনা কদায়দগী ফংলকপনো? ঐখোযনা উ, নূংগুম্বা পোৎশিংগী অমগা অমগা মান্নবা মতৌদু উবে হাযবগা, মখোয়গী মান্নবা মতৌ অদুদগীসু তোঙানবা মান্নবা মখল অমখক্কী ৱাখল্লোন অমা ফংগ্লবা নত্ত্রা? মবমদি খেন্নবা অমা লৈ হাযবসিদি নহাকসু মযাবগনি। নত্ত্রগসু মাযকৈ অমবোমদগী অমুকসু যেংবা য়াই— উগা উগা, নূংগা নূংগা অসিসু কবিগুম্বা মতমদনা মান্নবা, কবিগুম্বদনা মান্নদবগুম উত্রা?

মদুদি শোযদবনি।

তৌইগুম্বসুং থাক্লেশেংবা মান্নবশিং অসিবু কবিগুম্বদা মবক্তা অমুক্তং ওইববসু

মান্নদবা মতাংকাসু যাওব্রা? নত্ত্রগনা মান্নবগী ব্বাখল্লোনসিবু মান্নদবগী ব্বাখল্লোনগা অমত্তা ওইহল্লসিবা?

মদুদি ওইথোকপা য়াবোই, সোক্রেটিস।

অদুনদি সীগুম্বা (অসুম্না কৌনবিবা) মান্নবশিং অসি মান্নবগী ব্বাখল্লোন অদুমক্তা অমত্তা ওইবদি নত্ত্রেদনা?

ঐবু হায়জৌ হায়বদি তশেংনা মান্নদে, সোক্রেটিস।

অদুমকপু মান্নবগী ব্বাখল্লোন অদুদগী খেন্নজবসু হাযবিবা মান্নবশিং অসিদগী অদুগুম্বা ব্বাখল্লোন্দু পোক্লকখিবা, ফংলকখিবা ওইবোইদ্রা?

যাম্না চুম্মি মহাক্কা হায।

হাযবিবা ব্বাখল্লোন্দু মখোযদুগা মান্নবসু যাব্রা মান্নদবসু যাব্রা?

যাই।

অদুদি কবিমত্তা খেন্নবা লৈত্রেদনা: কবিগুম্বা পোৎশক অমা উকবদগী, মান্নববসু মান্নদ্রবসু অতোপ্পা পোৎশক অমগী মবমদা ব্বাখল তৌবকপা মতমদা নীংশিংবগী থবক অমদি তৌবিবা নত্ত্রা?

যাম্না চুম্মি।

উ, নুংগুম্বগী মান্ন মান্নবা শরুকশিং নত্ত্রগা পোৎ অতৈগী মান্নবগী মতাংদদি নহাক কবি খল্লী? মখোযসিগী মতাংদা নপুক্লীংদা কবি মমি তাই? মপূং ফাবা মান্নবা হাযবদুনা মান্নবগী মওং অদুগা খেন্নদনা মখোযসিবু মান্নববা? নত্ত্রগনা চাং তম্নদুনা যেংবদা চেন্নদনা মপূং ফাববা মান্নবা হাযবসিদগী হাইথনা লৈব্রা?

মান্নী মহাক্লা হাযবকই, খজিক্তা নত্তে, যাম্না হুম্ননা লৈ।

অমুকসু ঐ খঙদে মী খঙদে কনানোমনা পোৎশক অমবু যেংবদা পোৎশক অদো অতোপ্পা অমা মানগেদি তৌই, অদুবু মানগদ্দবদি যাম্না ব্বাৎলী হাযবসি খঙবা ঙম্নবদি — উবিবা পোৎ অদুনা মানগে তৌবিবা পোৎ অদু মানগদবা যাম্না ব্বাৎলী হাযবা খঙলিবা মীশক অদুদা মান্নবা হোৎনবিবা পোৎশক অমদুগী মবমদা মাঙজৌনবা লৌশিং অমা লৈফম থোকই হাযবসি ঐখোযগী ওইনা যাফম থোক্তা?

তশেংনমক যাফম থোকই।

মসি মান্নবা মখল কয়াগী অমসুং মপূং ফাববা মান্নবগী মতাংদা ওইবিবা ঐখোযগী

কীবমদু নত্রা?

মদুমক্লি।

অদুনদি পোৎ অমগা অমগগী মান্নবা অদু অহানবা ওইনা উকবে হায়বগা, সীগুম্বা মান্নবা মান্বা পূন্নমকসে মপূং ফাবা মান্নবা অদু ফংনবা হোৎনবদা য়ৌবা ঙমদবগী রাতনি হায়বসি খল্লকপদা, মান্নবা হায়বদুদি মসিগী মমাঙদগী হৌনা লৈববনি হায়বসি খঙলক্লবনি হায়না লৌফম থোক্লা?

চুম্মি, থোকই।

সীগুম্বা মপূং ফাবা মান্নবা অসিবু উবগী, শোকপগী নত্রগা হকচাংগী অতে খঙবগী কয়াৎকী পাম্বৈনা চপ-মান্ননা, হেন্দোক-হেনজিন নাইদনা খঙই অমদি খঙবা ঙম্মি হায়বসিমসু ঐখোয়না যানববা রাফম নত্রা?

চুম্মি সোক্রেটিস। খন্নবিবসিগী মতাংদা হায়কব্ববদি হায়বিবা হকচাংগী খঙনবগী পাম্বৈশিংদু অমসু অমসু মান্ননা থবক অদুম তৌই।

লৌশিং যাওজবা পোৎ খুদীংমক্লা, ফংবা ঙম্বা ঙমদবা হায়বদুনা অতোপ্পা রাফমনি, মপূং ফাবা মান্নবা অসিবু ফংনবা পান্দম থম্মি হায়বা রাফম অমা লৈবি। মসিগী মতুংইন্নদি অসিগুম্বা লৌশিং অসি ঐখোযগী ইশাদা য়াওজবিবা খঙনবগী পাম্বৈশিংগী মতেংনা ফংবা ঙমগদবা ওইফম থোকইকো?

মান্নী।

মদু ওইববদি কবিনো মওং অমদা হেক্তা উবা, তাবা নত্রগা পূক্নীংনা লৌশীনবগী থবক তৌদ্রিঙৈদগী হৌনা ঐখোয়দা মপূং ফাবা মান্নবগী লৌশিংসি লৈজবকপা ওইবম্বা তাবে, নত্রবদি হকচাংগী খঙবা ঙম্বগী পাম্বৈনা খঙজবা ঙন্নিবা মান্নবা মখলশিং অদুবু থাক অদুদা পুখত্তুনা যেংবা ঙম্বা ওইথোক্তবা নত্রা? — মবমদি থাক অসিবুনি মখোয পূন্নমক্লা যৌগে হোৎনবিবসি, অদুগা যৌবসু ঙন্নদ্রিবসি।

মমাঙগী রাফমশিংদগীদি মসি নত্তবা অতে রা কবিসু থোকক্তবে।

অদুদি মান্নবগী লৌশিংসি মাঙজৌনবা মতম অমদগী হৌনা ঐখোয়দা লৈরক্লবা ওইবা তাবেদনা?

চুম্মি।

হায়বদি ঐনা খনবদা, ঐখোয়সিনা পোক্লিরিঙৈদগী?

চুম্মি, মদু ওইফম থোকই।

কবিগুম্বা লৌশিং অসি পোক্ত্রিঙৈদগী হৌনা ঐখোয়দা লৈবকপা ওইববা লোয়ননা মসিগী শীজিন্নফমসু খণ্ডনা ঐখোয়সি পোক্লকপা ওইববদি — মান্নবা, হেন্না চাউবা নত্ত্রগা পীকথবগী লৌশিংশিং অসিখক্তা নত্তনা অতৈ হেক লৈবিবা লৌশিং পূন্নমক অসি পোক্লক্ত্রিঙৈদসু, হেক পোকপা মতমদগীসু অসুম্মক খণ্ডলক্লবা হাযবদু ওইবা তাবে। মবমদি, ঐখোযনা হাযনবিবসি মান্নবা খক্তগী বাফম নত্তে, ফজবা, অফবা, অচুম্বা বাযেন হাযদুনা লৈবিবা অতৈ কযাসিগী মতাংদসু ঐখোযনা বানৈবোলগী থৌওং[৩২] চৎথবদা মচি হাযনা লেপ্পমক কৌনবিবা পূন্নমক অদুগীসুনি। পূন্নমক অসিগীসু যাওনা হাযবিবা লৌশিং অদু পোক্ত্রিঙৈদগী হৌনা ঐখোযদা লৈবক্লবনি হাযবসি শোযদ্রে হাযনা লৌবা যাবব্রা?

লৌবা যাবে।

লৌশিংদু ফংলবা তুংদা, ঐখোযনা মখল খুদীংমক্কী ওইবা ফংলকখিবা লৌশিংদু কাউদবা থোক্লবদি, ঐখোযসি মশানা লৌশিংগা লোয়ননা পোক্লকফম থোকই। ঐখোযদসু নত্তে, থবায পান্‌বা, হিংলিবা মথৈসু লৌশিংগা লোযনবকফম থোকই — মবর্মদি খঙবা হাযবসিমক্তবু লৌশিং ফংবা অমসুং মদুবু থর্মজিনবনি, কাউথোকখিবদু নত্তে। কাউথোকখিবা হাযবসিবু, সিম্মিযস, লৌশিং মাঙখিবদু নত্ত্রনে?

অচুম্বমক্নি, সোক্রেটিস।

কবিগুম্বা পোক্ত্রিঙৈদগী হৌনা লৈবক্লবা লৌশিং অদু পোকপা মতমদা মাঙখিবা থোক্লবা মতুংদা হকচাংগী কযাৎশিংগী পাম্বৈনা[৩৩] হান্ননা খঙখ্রবা অদুবু অমুক হন্না ফংবা তাববদি, তম্বা হাযনা খঙনবা থৌওং অসিবু ঐখোযর্দাদি মহৌশাগী মহৌশা ওইববা লৌশিং অদুবু অমুক হন্না ফংননবা হোৎনবা নত্ত্রা, মসিবু তশেংনমক নীংশিংবা কৌবোইদ্রা?

যাম্না চুম্মি, কৌগনি।

মসি ফাওবদি মযেক শেংঙে — মদুদি, উবদগী নত্ত্রগা তাবদগী, নত্ত্রগনা অতৈ অতোপ্পা খঙবা-ফাওবা অমগী মতেংদগী কবিগুম্বা অমা পুক্নীংদা ফাওবকপা মতমদা, ফাওবিবা অদুদগী অদুগুম্বা পোৎ অদুগা মান্নববসু মান্নদ্রবসু মবীদি লৈনবা, তৌবদবু কাউবদি কাউখ্রবা অতোপ্পা পোৎশক অমগী মবমদা পোক্লকপা বাখল অমা ফংবা ঙম্মি।

ঐনা হায়জখিবা অদুন্না, মসিদগী ওন্থাং-পুথাং তৌবা য়াবা ৱাফম অনীখক থোবকই ঃ- অহানবা ৱাফন্না লৌশিং হাযবসি পোকপদগী য়াওজবক্লদুনা পুন্সী চুপ্পা লোযনরি, অনীশুবা ৱাফন্না লৌশিংদি পোক্লবা মতুংদা লাকপনি, তম্বদগী ফগুলকপনি হায়বা অমা। অকোনবগীসিনা হায়বিবসি তশেংবদি নীংশিংবগী থবক্তনি চৎথরিবা, মবমদি তম্বা হায়বসিমক্তবু অমুক হন্না নীংশিংবনি।

মান্নী, মদু য়ান্না চুম্মি, সোক্রেটিস।

সিম্মিযস, অনীসিগী মনুংদা নহাকপু কবম্বনা য়ানিংবগে? লৌশিংগা লোয়নদুনা পোক্লকপনি হাযনীংববা, নত্রগা পোক্তিৗঙেদা খঙগ্রবদু পোক্লবা তুংদা অমুক নীংশিংবনি হাযদৌবিব্রা?

ঐ মদু খুদকসিদা লেপ্পা ঙমদ্রে।

অদুবু যামদ্রবদা লৌশিং লৈবা মী হাযদুদি মশাগী লৌশিংগী মবমদা ৱাবোল অমা পীবা ঙম্নি ঙম্মোই হাযবা ফাওবদি নহাকসু লেপ্পা ঙম্মিদনা? কবি হাযবগে?

তশেংবনি, মদু ফাওবদি মহাক ঙমগনি।

তৌইগুম্বসুং ঐখোযনা ঙাংনবিবা ৱাফমশিং অসিগী মবমদবু মীওই খুদীংমক্না ৱাবোল অমা হেক্তা পীবা ঙমগনি হাযনদি খনব্রা?

ঙম্নববদি ফগদবনি, সোক্রেটিস, অদুবু ঐনা ৱাজবদি হযেং সুঙৈ মতমসি যৌবকপদা ৱাফমশিং অসিগী মবমদা পীফম থোকপা ৱাবোলদু পীবা ঙম্বা মী অমত্তা হিংলবোইদ্রা হায়বসিনি।

অদুদি সিম্মিযস, মী খুদীংমক্না মসিবু খঙই হাযবসি নহাক্কী ৱাখল নত্ত্রেদনা?

থাঙ্গেশেংনমক নত্ত্রে।

হান্নমা তমদুনা খঙগ্রবদু নীংশিংনবগী থৌওং অমা চৎথববা?

তশেংনা চৎথবে।

অদুবু কবম্বা মতমদা থৱাযনা লৌশিং অসিবু ফংখিবনো? থৱাযসিনা মীওইবগী হকচাংদা চঙদুনা মীওইবা ওইনা পোক্লক্লবা মতুংদদি নত্তেদনা?

শেংনা নত্ত্রে।

মদুনা তাকপদি হান্নমা ফংলকখিবা তাবে?

হোয়, মদুদা তাবে।

অদুনদি সিম্মিয়স, ঐখোয়গী থবায় অসিসু মীওইবগী শাওং লৌথ্রিঙৈদা হুকচাং য়াওদনা লৈরম্বা তারে। মতম অদুদা মঙোন্দা লৌশিংসু[৩৪] শোয়দনা লোয়নফম থোকই।

মাম্নী সোক্রেটিস, সীগুম্বা বাখল্লোনশিং অসি পোকপা মিৎকুপ্তা ফংহনবনি হায়না লৌবমক নত্তুগাদি মদু ওইবা তাবনি। ফংবগী ওইথোকপা য়াবা মতম অমা হায়বযু মদুখক্তা ঙায়রে।

অচুম্বনি মরূপ, অদুবুনে মসিনি হায়না লৌরবদা করম্বা মতমদগী মখোয়শিং অসিবু মাঙখিবগে? মরমদি মখোয়সি পোকপদদি লোয়নরক্লে — মদুমদি নহাক্লা য়াথোকখ্রে। লৌশিংশিং অসিবু ফংবা মিৎকুপতুদা মাঙখিবরা, মদু নত্তে হায়রগনা করম্বা অতোপ্পা মতমদা মাঙবা ওইগনি?

শোয়থ্রবনি সোক্রেটিস, ঐসে বাখল তৌহৌদনা চনীং তাদবা বা ঙাক্তা ঙাংথোকখরে হায়বসি খঙজরক্রে।

মদু ওইরবদি সিম্মিয়স, হান্নদগী অসুম হায়বকপগীসু হায়রকপা, মপূং ফাবা ফজবা, অফবা অমদি পোৎ পূন্নমক্কী মপুং ফাবা মচি অমমম লৈরবা, অদুগা হাযবির্বশিংসি হান্নদগী হৌনা লৈরক্লবনি হায়বসু হৌজিক্তি পুথোকখ্রবনিনা, হান্নদগী হৌনা লৈবক্লবশিং অসিনা ঐখোয়দা ফাওবক্লিবা পূন্নমক্কী ফাওরক্লবা মরম্নি, বাখল্লোনশির্ংসি হান্নদগী লৈরম্লবনি, ঐখোয়দা পোকপদগী যাওরক্লবনি হাযবা বাফমশিং অসি মযেক শেংনা থেংনববনিনা, বাখল্লোনশিং অসিগা মখোয়না থোকহল্লকপা ফাওহনবগী থবক অসিগা অনী অসি অমুক চুংশিন্নদুনা য়েংবদা — ঐখোয়গী থবায়শিংসে হান্নমা লৈবম্লবনি হায়বসি থোরকই; করিগুম্বা হান্নদগী হৌনা লৈবা নত্তে হায়রকপা তাববদি পুখৎতুনা লাক্লিবা য়েংথনরোলসিগী কান্নফম করিসু লৈররোই হায়বসি য়াদ্রিবরা? ঐখোয়না পোক্ত্রিঙৈদগী হৌনা থবায়না লৈবম্বা থোক্লবনিনা মসিমক্লা বাখল্লোনশিং অসিবু ঐখোয় পোক্ত্রিঙৈদগী হৌনা লৈরম্ফ ম থোকই হায়বসি মশানা খুদম-চাংদম পীজরে। অদুগা বাখল্লোনশিং অসিনা করিগুম্বা হান্নমা লৈবমদবা থোক্লগনা থবায়শিং অসিসু লৈবম্বা ওইথোক্রোই।

মাম্নী সোক্রেটিস, অমা লৈরম্বা তাববদি অমদুসু লৈরম্ফ ম থোকই হাযবসি ঐহাক ইপুক্তা চপ-চানা থাজে। য়েংথনলোন[৩৫] অসিদা মীওইবনা পোক্ত্রিঙৈদগী থবায়না হান্না লৈরম্বগী বাফম য়াওরিবা অদুদগী, নহাক্লা হায়রিবা মচিশিং অদুসু হান্নমা লৈবম্ফ ম

থোকই হায়বা ৱাফমদু খাইদোকথিবা ইয়ামক য়াদনা নীংথীজনা পবীং চুন্না চৎথরকই। মরমদি নহাক্লা হৌজিক পনখিবা ফজবা, অফবা, অতৈ অতৈ ৱাখল্লোন কয়া অমা মখোয়দুমুক ঐগী ৱাখলদা ময়েক শেংনা মন্নি তাবা, তশেং-তশেংনা মপুং ফানা লৈবা অতৈ অমা লৈত্রে। উৎপ্রিবা খুদম-চাংদমশিং অদুনসু পেল্লে।

ফবে, অদুবু সিবিসকী ওইনদি য়াবব্রা? মহাকপুসু থাজহনবা তাবনি।

ঐনা খঙ্জবদা, সিম্মিযসনা হায়বকই, সিবিসসু ৱাফমসি থাজবম্মনী। মহাক মশানা তাইবংপানগী মীওইবশিংগী মবক্তগী খাইদগী থাজগন্দবা মীশক অমা হাযবদু ওইজববসু, পোক্লিঁঙৈদগী থৱাযদি লৈবন্নবনি হায়বসির্দদি মহাক চপ চানা য়ানিংলবনি হায়না খল্লী। অদুবু, শিববা মতুংদা হকচাংদগী থোকখ্রগা থৱায অসি অসুম হিংদুনা লৈগনি হাযবা ৱাফমসিগী মতাংদদি ঐনা পেঙ্জবা চাংদু যৌনা খুদম-চাংদম উৎখিদ্রি। সিবিসনা অহানবদা হৌদোর্কখিবা ৱাফম খবা — মীওইবনা শিবগা থৱাযসু চাইথোকখিনি, মদুনা মসিগী খোঙ্গুল মুৎপা হাযবদু ওইবনি হাযর্বসিগী পুক্লীংদা নিংকোক-নিংকোকপা অমা পোক্লিবসির্দি মাঙহনবা ইঙম ঙমদ্রে। মবমদি থৱাযসি কদাযদনো অমা পোক্লকপা, মচাক কযানা শাগৎলকপা, মীওইবগী হকচাংদা চঙত্রিঙৈদগী হৌনা লৈবম্লবা পোৎশক অমনি হাযবসি যাববা ফাওবদা, হকচাংদা চঙলুবগা অমুক থোকখিবা মতমদদি মহাক অসি পুমতোই তোইনা লোইখিবোইদবগী মবমদি কবি লৈবগে?

যান্না চুম্বা ৱাফম্নি, সিম্মিযস, সিবিসনসু হাযবকই। তঙাযফদবা লৈবিবা অসিগী মনুংদা তম্বায অমদি খুদম পীদুনা উৎলে— হাযবদি ঐখোযনা পোক্লিঁঙৈদগী হৌনা ঐখোযগী থৱাযশিং অসিদি লৈবন্নবনি হায়বসি পুথোক্তুনা উৎখ্রে। অদুগা থৱাযসিনা পোক্লিঁঙৈ মমাঙদগী লৈবম্বা অদুম্না শিববা মতুংদসু লেঙদনা লৈগনি হাযবসিনা অচুম্বা উৎকদবা ৱাৎলিবা শকক্তুনি, মসিগীসু খুদম-চাংদম পীফম থোকই। মদু পীববতদা ঙসাযদগী উৎলক্লিবা অসি শেংনা মপুং ফাবগনি।

হাযবিবা খুদম-চাংদম অদুদি, সিম্মিযস, সিবিস, সোক্রেটিসনা হাযবকই, কবিগুম্বা নখোযনা হান্নগী ৱাফম অনী হাযবদি— ঐনা হৌজিক হার্য়খিবদুগা মমাঙদা হাযখিবদুগা অমা ওইহল্লগা, ঐখোযনা যানখ্রবা হিংলিবা খুদীংমক অশিবদগী পোক্লকপনি হাযবদুগা অমুক অনী অসি পুল্লপ পুনশীল্লববদি অদুম্মক মশানা উৎচববনি। মবমদি পোক্লিঁঙৈদগী থৱায়না লৈবক্লবা, পুল্লীসিদা চঙলক্তুনা পোকপগী থৌ তৌবকপদা অশিবা হায়বা অদুদগী

খক্তা পোক্লক্কদবা ওইরবদি, শিরবা তুংদো মহাক অসি অমুকসু পোকখিগদবা লৈবনিনা হকচাংনা শিরবদসু মহাক্তি অসুম্বক লৈফম থোক্ত্রা? নখোয়না পাম্লিবা খুদম-চাংদম অদুদি শোয়দনমক্কী হান্ননা পীদুনা লোইশ্রবনি। অদুমকপু নহাক্কা সিম্মিয়সকা নখোয় অনীমক য়েংনলোনসি খরগা মখা তানিংবগুম উই। অপীকপা অঙাংশিংনো কিজবগুম নখোয়দসু করিগুম্বা থবায়না হকচাংসিবু থাদোক্তুনা চংখিবা মতমদা, মকওইনা নোং-নুংশিং তৌরিঙৈ মনুং, অতিয়ানা মবুক তপত্রিঙৈ মনুংদা লৈখিদবা থোক্লবদি, নুংশিংকী শহন্না থবায়সিবু তশেংনমক ফৃদেক্তুনা হমদোকখিনি, চাইথোকখিনি হায়বগী অকিবগুম্বা অমনা নতুং কোয়িন ইন্নবগুম তৌরি।

সিবিসনা নোকফেৎ তৌদুনা খুন্নকই, অদু ওইরবদি সোক্রেটিস, ঐখোযগী অকিবসি নহাক্কা কোকহনবিবা তারে— শেংনা হায়রবদা নহাক্কা হায়খ্রিবশিংদুবু নত্তে ঐখোয়না কিজবিবদি। ঐখোয় পুন্নমক্কী থনুংদা অশিববু তম্নলাই অমগুম খনবা অঙাং মচা অমমম যাওনরী— অমম্বদা মথন্দা ঙায়ববদা মাবু কিহন্দনবা হোংনবা তাবনি।

সোক্রেটিসনা হাযবকই, অকিববু কোকহনবা ঙম্বা শুমহৎহৈবা মাগী খোঞ্জেলদু নুংতিগী নখোয়গী অকিবদু মপুং ফানা শুমহৎপিদুনা তাম্থোকখিদ্রিবা ফাওবা নখোয়না তাবা ওইরসনু।

অদুবু নহাক্লা চংখ্রবদা সোক্রেটিস, ঐখোয়গী অকিবশিংবু শুমহত্তুনা কোকহনবিবা ঙম্বা মীশক্তুবু কদায়দগী অমুক ফংলুগদগে?

সিবিস, হেল্লাস[৩৬] যান্না চাউবা লন্নি, অফবা মীগী মশীং রাংপা হৌনদে; খুনুং চক্কী মীওই[৩৭] কাঙলুপস্ন ইবৈ লৈত্রবনি — পুন্নমকসিগী মবক্তা অন্না-অনা থিদনা, নরল তিংবা পাম্মুদনা, থাপ্না কোয়না চত্তুনা মহাকপু থিয়ু। মরমদি মদুদগী হেন্না ফবা লম্ভুম শীজিন্ননবগী অঁতে লম্বী অমা লৈত্রবনি। সীদসু নত্তনা নখোয়গী লক্তসু থিবা তোক্কনু। মরমদি হেন্না চঙখোন্না, মমুৎ তানা থিবা ঙম্বা অঁতে অতোপ্পা অমা অমুক ফংলরোইদবনি।

শোয়দনমক্কী থিবা অদুমদি পাঙথোক্লনি, সিবিসনা হায়বকই। হৌজিক্কী ওইনা নহাকনা য়াবিরগদি, ঐখোয়না য়েংনলোনসি অসুম চংথরকপদা লম্ফে চংখিবা মফম অদুদা অমুক হজিল্লসি।

মদুমক তৌগদবনি, সোক্রেটিসনা হায়রকই, মদু নত্তনা ঐনা পেনগদবসিবু করিনো? য়াম্না ফরবা বানী।

সোক্রেটিসনা মখা চংথরকই, চাইথোক্কুনা মাগুখিবা য়াই হায়রিবা, মদুগীদমক্তা কিনরিবা অদুবু কররিনো হায়বসি ঐখোয়না ইশাদা হান্না হংথম থোক্তা? মদুগী মতুং তাবদদি চাইথোক্কুনা মাগুখিবগী অরাবা নংবা য়াবা হায়বসিবু থরায়গী হৌনশান্না, নত্ত্রা হায়বদু মখা তানা থিজিনবা য়ারেদনা— ঐখোয়না থরায়গী মরমদা অসুম তৌরমগনি নীংবশিং অমদি পোক্লিবা অকিবশিং পুন্নমক অসিনা য়াহংশিংসিগী পাউখুমসু অদুম্মক পীজরনি।

চুন্নবা য়াফন্নি, মহাক্না হায়।

য়েংউ হৌজিক, পোৎপূন[৩৮] নত্ত্রগা শাবুন[৩৯] হায়বসি পূনশীন্নকপা হায়বগী য়াফম অমা মশানা অসুম য়াওরিবনিনা মচেৎ তাখিবসু য়াই। অদুগা পূনশীন্নকপা তৌদ্রিবা অদুখক্তনি মচেৎ তাহনবা য়াদবা অমা হায়রগদি।

মান্নী, ঐসু মদু ওইনি খল্লী, সিবিসনা হায়।

অদুনা পোৎপূন শাগত্ত্রিবা মচেৎ অদুদি অমত্তা ওইনা লৈ, হোংবা লৈতে; অমরোমদনা পোৎপূন হায়বসিদি মশক হোংদুনতা লৈবনি, অমগা অমগা মশক মান্নদে, মশক ওল্লী, অমত্তা ওইদুনা খক লৈতে।

মদু ঐসু য়াজে, মহাক্না হায়।

মথংদি হান্না খন্নখিবা য়াফমদুদা অমুক তারক্লসি। য়ানৈরোলগী থৌওংদা ঐখোয়না মচি নত্ত্রগা লৈবগী অশেংবা মশক হায়না কৌনবা য়াথল্লোন নত্ত্রগা মচি অদু— মান্নবগী, ফজবগী নত্ত্রগা অতৈ অতোপ্পা অমগী মচিবু ওইরবসু — ঐনা হংনীংলিবসিনা মসিনি— অসিগুম্বা মচিশিং অসি করিগুম্বা মতমদা মশক হোংদোক-হোংজিন তৌগনব্রা? নত্ত্রগনা মখোয় খুদীংমক অসি করিগুম্বা মওংদা নত্ত্রগা মতমদা হোংদোক-হোংজিন অমত্তা থোকহন্দনা, মশাগী ইচম-চম্বা মতোমতা-লৈবা,[৪০] হোংনাইদবা-মওং[৪১] অদু অসুম্মক ঙাক্কুনা মখোয়না ওইরিবা ফীবম অদু ওইদুনা অসুম লৈবরা?

অমত্তা ওইবা ফীবমদা অসুম লৈগনি, সোক্রেটিস, সিবিসনা খুম্মি।

অদুদি ফজবনি হায়দুনা লৈরিবা পুন্নমক অসিনা কমদৌবা? তাইবং মীগী ওইরো, শগোলগী ওইরো, ফিরোলগী ওইরো, অসুম্না মমিং অমা নাইদুনা লৈনরিবশিং, ফজবা মতৌ লৈ হায়নরিবশিং অসিগী মতাংদদি করি হায়নীংই? মখোয় পুন্নমক অসিবু হোংবা নাইদবরা, মতম চুপ্পদা অমত্তা ওইনা হায়বদি ফীবম অমতদা সুম লৈবরা নত্ত্রে হায়রগনা

তশেংবদদি মদুগী ওন্ন-তৈনবদুবা? মখোযসিবু মশাগা অতৈ অতোপ্পা অমগা লীশাং শীংনা অমত্তা ওইনা লৈয়ু য়াদবা পোৎশকশিং ভাক্তনি হাযবদি যাদববা?

অকোনবগীদু যাফম থোকই, সিবিসনা খুম্মি। মখোয অসি মতম পূন্নমক্তা অহোংবগী ফীবমদা লৈ।

সীগুম্বা মখলগী পোৎশকশিং অসিনা শোকপা, উবা, হকচাংগী কয়াৎকী পাম্বৈনা লৌশীনবা ঙম্বা অদুগা অহোংবা নাইদবা পোৎশকশিং অদুনা শুপ্নগী ৱাখলনা লৌশীনবা ঙম্বা — মিৎনা উবা ফংদবা, উবসু উকদবা পোৎশকশিং ওইব্রা?

মদু যান্নমক চুম্মি, মহাক্না হায।

অদুদি ফবে সোক্রেটিসনা মখা তাথবকই হৌজিক ঐখোযনা লৈবা[42] হাযবসি মখল অনী শুই হাযনা লৌবসী -- অমনা উবা ফংবা অতোপ্পা অমদুনা উবা ফংদবা।

যাবে লৌবসী।

মসিদগী মখা অমুক তাবকপা ওইনা ঐখোযসি শবক অমনা হকচাং, অতোপ্পা শরুক অমনা থৱায নত্ত্রা?

তশেংবমক্নি।

হকচাংসিনা কবম্বা মখলগা পূনবগে হেন্না মৰী লৈনবগে?

উবা ফংবদুগা নকশীন্নে হাযবসি শেংলবা বানি— কনানসু মসিদা চিংনবোই।

থৱায হাযবসি উবা ফংব্রা ফংদব্রা?

তাইবং মীওইবনদি উবা ফংদে, সোক্রেটিস।

অমবোমদা 'উবা ফংবা' অমসুং ''উবা ফংদবা হাযবগা' ঐখোযনা খঙনবিবসি তাইবং মীগী মিৎনা উবা ফংবা নত্ত্রগা ফংদবা অদুবু নত্ত্রা?

মান্নী, মিৎকী ৱাফম্নি।

অদুনদি মসিগী মখা পোন্না অমুক্কা হন্না হংলগে— থৱায হাযবসি উবা ফংবা পোৎশক্না নত্তববা?

উবা ফংদবনি।

হাযবদি উদবা পোৎশক ওইবেকো?

মান্নী, ওইবে।

অদু ওইববদি থৱায়না উদবগা অদুগা হকচাংনা অউবগা হেন্না মান্নবেদনা?

মদুদি মশানা তাজববনি, সোক্রেটিস।

অদুগা পুক্কীংনা লৌশীনবগী থবক হায়বদি উবা, তাবা, নত্ত্রগা হকচাং কযাং অমগী পাম্বে শীজিন্নবগী থবক তৌবকপদা থবায়না হকচাংবু খুৎলায ওইনা শীজিন্নবকপা মতাংদা (হকচাংগী মতেংনা পুক্কীংনা লৌশীনবা হায়বদি কযাথশিংসিগী থোঙদা লৌশীনবা ওইবা তাবনি) হকচাংসিনা মবম ওইদুনা থবায়বু পল্লেপ্তবা মফম অমদা[৪৩] পুথখিবদগী লম্ফে চৎহল্লী, কঙাওনহল্লী হায়বসি ঐদি হান্নদগী হৌনা অসুম্মক হাযজবকখিবনি। ঐনা হাযবকখিবদু, তেংবানবসিনা মাগী অকোয়বদা লৈদুনা লৈবি লোযননা লেপ্তবা মতৌ অহোংবা হাযবদুগা শন্নবকবদগী মহাক্কসি যুঙাওবা অমগুম তৌবকই হায়বসিগা অমত্তা ওইবোইদ্রা?

যান্না চুম্মি, ওইগনি।

অদুবু মশামক্তা অমুক হঞ্জিল্লকপা মতমদদি ব্বাখলদা লুপ্পা[৪৪] হৌবকই মতমদুদা মহাক্কীদি মবী থোক্লিবা অতোপ্পা তেংবানবা— অশেংবগী লমদম হৌখম নাইদবা[৪৫] শিনাইদবা অমসুং হোংনাইদবা পুম্বনা তিল্লিবা মফমদুদা মহান্না চংশীনখি। অদুগা মখোযশিং অসিগা লোযননা মাবু মতোমদা থাদোকপিববা মঙোন্দা খুবৌ অমতা থাংহন্দ্রবা মতমদুদা মফমদুদা লেঙদনা লৈ। মদুগী মথংদা লম্ফ ংনবা লম্বীদা চৎপা তোক্তুনা হোংবা নাইদবগা তিন্ন-তোৎনকবদগী মশামকসু হোংনাইদবা হাযবদু ওইবকই। সীগুম্বা থবাযগী ফীবম অসিবু নত্ত্রা লৌশিং হাযনা কৌনবিবসে?

ব্বাফমসি নীংথীজনা, যান্না মযেক শেংনা তাকপিখ্রে সোক্রেটিস, মহাক্কা খুন্নকই।

অদুদি হৌজিক চৎথবিবা যেৎনলোনসিগা হান্না চৎথখিবদুগা অনীসি চুংশীন্নদুনা যেংলগা, থবায অসি কবম্বা কাঙলুপকা মান্নবা অমসুং চানবা হেল্লি হাযনা লৌবগে?

ঐনা খঞ্জবদা, সোক্রেটিস, য়েৎনবোলসিবু মমুৎ তানা তাবিবা খুদীংমক্কী ব্বাখলদা থবাযদি হোংনাইদবদুগা ঙমখৈ লৈতনা মান্নে হায়না লৌগনি— খ্বাইদগী শিংদ্রে হাযবিবা মী অদু ফাওবনা মসিদি য়াদবা তৌবোই।

অদুনদি হকচাংসিনা হোংবা নাইবদুগা হেন্না মান্নবেকো?

মান্নবে।

অদুমকপু ব্বাফমসি নাকল অমবোমদগী অমুক্তা খন্থখো ঃ- থবায অমসুং হকচাং অনীনা পুনশিন্নববদা, মহৌশা কৌবি লাইবেম্বীনা থবায মাবুদি ব্বাযেন-থৌদাকনবা,

হকচাংবুনা মদুবু ইন্দুনা মখা পোন্না লৈকবো হায়না শিক্ষা পীখ্রবনি। হৌজিক শিক্ষা অনীসিগী মনুংদা কবম্বনা হেন্না লাইগী মতৌ চেনবগে, অদুগা কবম্বনা হেন্না পোকপা শিবা-নাইবা মতৌগা হায়বদি মীওইপোক্কা নকশিন্নবগে? লাইপোক ওইবদুনা মহৌশানা বাযেন-থৌদাবিবা নিংথৌ, অদুগা শিনাইবদুনা থৌদা ইন্নিবা মীয়াম ওইনা তৌদব্রনে?

চুম্মি, তৌই।

অদুদি কবম্বগা থবাযগা হেন্না মান্নবে?

থবাযনা লাইগুম্বা অদুগা মান্নবে, হকচাংনা শিনাইবা ওইবে — মদুগী মতাংদদি চিংননীংঙাই কবিসু লৈব্রে, সোক্রেটিস।

অদুনদি মুন্না বাখল তৌবিয়ু, সিবিস— হায়নবিবা পুম্বসিগী বাবোইসি মখাগী অসুম্না পীবা যাবোইদবা? — হাযবদি থবায অসিদি লাইগুম্বা মতৌ, শিনাইদবা মতৌ বাখলদা শাফু পীবা মতৌ[৪৬] চাংমান্নবা মতৌ,[৪৭] থুণাইবা যাদবা মতৌ[৪৮] অমসুং হোংনাইদবা মতৌগা[৪৯] লেপ্পমক মান্নে অমবোমদা হকচাংদি মীওইবগী ওইবা মতৌগা, শিনাইবা, লৌশিং লৈতবা, শক্রোন যাম্বা, কাযথবা নাইবা অমসুং হোংনাইবা হাযবদুগা অমহা ওইবি। নুংশিজববা সিবিস, হাযজবিবসিবু যাবিদবা ঙমগদ্রা?

ঙম্লবোই।

ফবে, মসিনা অচুম্বদু ওইববদি হকচাংসিদি খোঙলৈ যাঙনা কাযথনীংঙাই ওইদব্রা? নাকল অমদনা থবাযগী ওইনদি অযাম্বা শরুক নত্তগা লোইনমক কাযথববোইদবা নত্রা?

তশেংবমক্কি।

সীমসু উর্বিনি— মী অমা শিববা তুংদা মাগী হকচাং, হাযবদি মিৎনা উবা ফংবা পোৎশক, মিৎনা উবা ফংবা তেংবানবসিদসু লৈবিবা, অদুগা অশিবা হাযনসু কৌনবা, মহৌশা পথাপর্কী তুংইন্না তুমথখিগদবা, কাযথগদবা, মাঙখ্রগদবা পোৎশক অদু শিবে হাযবগা খুদক্তা হেক্তা তুমসিনখিবা, কাযথখিবা তৌদে। কবিগুম্বা মী অদুনা মশা-মউ ফনা শিখিবা থোক্রবা, অদুগা কুম-থা ফবা মতমদা শিখিবা থোক্রবদি হকচাংদু মতম খবদগী বাফম নত্তনা ফনা কুইনা শাংনা লৈবসু যাইদনা? মবমদি ইজিপ্ত কৌবা লৈবাক অদুগী লোঙ্গৎ অদুম্না হকচাংগী শরুক খবা কোৎথোক্রগা হীদাক থাদুনা চেকশীন্না যোমদুনা থন্নবদি চহী চা কযা চুপ্পা লৈবা যাবিবনি। অমবোমদা অশিবা হকচাংনা পৎথ পুমথবা তাববসু শরু, শরুশিংবু তাইনহল্লিবা মশিঙগী শরুক খবগী মখৈদি লৈহৌই॥

মসিদি যানিংব্রা?

যাজনীংই।

মদ্ ওইববদি মিৎনা উবা ফংদবা থরায অসে মহাক্কুন্না উবা ফংদবা শেংলবা, মতীক লৈববা মক্তুবা হেদিসকী[৫০] লমদম পাংবদা— অফবা অমসুং লৌশিং পুন্নমক্কী তুংনফম মপু মাগী খুযা মাযগৈ তম্বদা (মহাক্কা নোংখাইবিববদি মফমদুদা ঐগী থরায়সিসু থুনমক খোঙশাঞ্জগদৌবি)— ঐনা অমুক্কসু হন্না হাযজবিবসিনি, থরাযনা অসুন্না মফমদুদা চৎপনা মশাগী হৌনশা ওইববা অদুগা মফমদুনা মহাক্কীদি হৌফম-শাৎফমসু ওইববদি, মহাক্কা হকচাংবু থাদোকপা খুদক্তুদা মহাকসিবু হুমদোক্তুনা, চাইখাইদুনা মাঙখিনী হাযনা মী কযামুক্কা হাযনবিবসিবু ওইথোক্কদবা মানব্রনে? কৌদৌঙদসু ওইববোইদবনি নুংশিজববা সিস্মিযস সিবিস। অচুম্বদু হাযবা তাববদি খোঙশানবা মতমদা শেংনা চৎচখ্রবা অদুগা মতমচুপ্পদা মাগী লাংদগী নাছোকচনবা হোৎনবিবা হকচাং অসিগা লৈমিন্নবিঙ মতমদসু থওইনা নকশীন্নবা মবী থমখিদ্রবা মবম্না খোঙশান্দোবকপদা হকচাংগী অমকপা পক্লক্তুবা থরাযদুদি মশানা মশাদা তিঞ্জখিবনি — অসিগুম্বা থরায মহাক্কী ওইনদি হাযখ্রিবা চিথোকপগী[৫১] থবকসিবু নৈনবতনা মথৌ ওইবক্কি। মসিনা অমুক মখা তানা মহাক্তি ব্রাংউবোলগী অশেংবা মহৈবোয ওইবকই হাযবা তাকপগা লোযননা মদুনা মবম ওইদুনা তশেংবমক শিবগী লম্বীতবু তুংইঞ্জদুনা লাক্লিবনি হাযবসি তাকচববা নত্ত্রা? মবমদি ব্রাংউবোলগী থবকসিবু শিবগী মবমদা নৈনবদু নত্ত্রা?

তশেংবমক্কি —

অদুগুম্বা মশক উবা ফংদবা থরাযদুনা উবা ফংদবা তেংবানবা, লাইগী ওইবা শিনাইদবা অমদি ফিবেপ ইনবা ব্রাখল[৫২] অদুগী মনাক তান্না খোঙশানখি হাযবসি ঐগী ব্রাখলনি ঃ মফম অদুদা থুংলুবগা মহাক্তি লাইবৈবাকী নুংঙাইবা শোগদনা ফংই। মীওইবগী ওইবা অবানবা, লৌশিং যাওদবা লমচৎশিংদগী, অকি তুজুং ব্রাখলশিংদগী, অকনবা পুক্লীং-ইচ্ছন ময়ামদগী অমসুং তাইবং মীগা লোযনদুনতা লৈববা ফত্তবা কযাদগী নাছোকপা ঙমই। মসিদসু নত্তনা থুপ্লোন খঙলবা[৫৩] মহাক অদুদি লাইশিংগী মনাক্ত মতমচুপ্পদা লৈ হাযনবী। মসিবু চুমদ্রববা, সিবিস?

অচুম্বমক্কি, সিবিসনা হায, মদুদা চিংননীংঙাই লৈতে।

নাকল অমবোমদনা কবিগুম্বা থরায় অদুনা খোঙশাল্লকপা মতমদা অমোৎপা

শেংদবনা থল্লক্লবা, মতম পূম্বদা হৃকচাংগী মপাং অমদি থৌদারোয় ওইনা লৈরকপা ওইরবা, হৃকচাংতবু নুংশিজবা, মসিগী ব্রাখলদা কণ্ডাওনবকপা, হৃকচাংগী ওইবা অপাম্বা, অপেনবগী ব্রাখলতনা শুমহৎপ্লবা ওইরবা অমসুং অসিগুম্বা ব্রাখলশিং অসিনা হেণ্ডিল্লক্লুনা— অচুম্বা হায়বদুদি শোকপা, উবা, মহাউ তংবা ঙম্বা, মশাগী কয়াৎপু পেলহন্নবগী থবক-থৌরম কয়াদা শীজিন্নবা য়ারবা হৃকচাংগী শক্তম অসিখক্তদা লৈবেদনা হায়বা য়ৌনা খল্লক্লবা — হায়বদি তুকৎচবা, য়েংথীবা, অকিবা সীগুম্বগী ব্রাখলদা চুপ্লবা, মদুগীসু মথক্তা হৃকচাংগী মিৎসিদদি অমম্বগী মশক ওইববা, উবমকসু ফংদ্রবা, শুপ্পগী ব্রাংউবোলগী মতেং খক্তনা ফংজগদবা লৌশিংগী লম্বেলদু ফাওবা তুংওইনপ্লবা থব্রায ওইববদি — অমকপা যাওদনা, কোনশেং ওইনা খোঙশানখিবা ঙম্নি হায়না নহাকপু খনবরা?

মদু ওইথোক্লোই, মহাক্লা খুম্মি।

অসিগুম্বা থব্রাযসিদি হৃকচাংগা তক্তনা মবী থাংনবদগী, হৃকচাংবু অবেপ্পা লৈতনা লুনা তৌবদগী, মদুনা মহাক্কী হৌনশা হায়বদু ওইবক্তুনা লৈপাক্লা শাবা হৃকচাং অসিনা চেৎনা ফাজীন্দুনা থম্লিবনি।

চুম্নবা ব্রাফম্নি।

মৰূপ, হার্যবিবা লৈবাক্কী শকক অসিদি মশা লূম্বা, হৃকপা, লেঙঙম-শাঙমদবা পোৎশক্লিদো। অদুনা চানদবনিনা লৈপাক্কী শকক অসিনদি খমনুং লৈবাকপু কিবিবনি। মসিনা থবায়বু শোম্ভবগী ব্রাখল পোকহনবতা নক্তনা অমুকসু হন্না, হেন্না উবা ফংবা মপাম্ভোংগী তাইবংসিদা মহাক্তবু চিংথবদা মতেং পাংসিল্লিবা উবা হায়বদুগী মচাক অমসু ওইরিবনি। মশা-শেংনা খোঙশানখিদবা, উবা ফংবা মপাম্ভোংগী শক্তম্না তাহক্তুনা চৎখিবা মবম্না মোংফমদা, লৈকূদা শেম্বা অশি-লৈবোল চনফমদা[৫৪] তিনমু-লাইমুগী শক্তম ওইনা থেংনবা য়াওই হায়রিবশিংদু সীগুম্বা থব্রায ঙাক্তনি।

মদু ওইথোক্কদবা মাল্লী, সোক্রেটিস।

মাল্লী সিবিস, মসি ওইথোক্কদবা মান্বা অদুমক্লি। অদুগা হায়বিবা তিনমু-লাইমুশিংসে অফবা থব্রায়শিংনা ওনবদি ওইরোই। মমাঙঙৈদা লেনখিবা ফক্তবা পুক্সী মরেন্দুগী চৈরাক নংবা ওইনা সীগুম্বা মফমশিংদা কোয়না চক্তুনা লেল্লু হায়না তমপ্লবা ফক্তবা থব্রায়শিংদুনা ওনবা ওইদৌরিবনি। পল্লেপফম খঙদনা কোযচৎনবগী থবক অসিসু

মখোয়না থাদোকপা ঙমদ্রবা তাইবং-লাং অদুমক্কা মরম ওইদুনা, অতোপ্পা হকচাং অমদা মখোয়বু অমুক হন্না কৈদা শুম্বগুম শুম্বিদ্রিবা ফাওবা চৎথবিবনি। মখোয়গী অনৌবা কৈশুমশঙ অসিসু মখোয়না মমাঙগী মপোক্তা চৎলম্বা লীচৎ-শাজৎ, হৌনশা অদুমক্কা মান্নবা চৎপা মফমদা থোক্লগনি হায়না অদুম্মক লৌবা যাই।

লীচৎ-শাজৎশিং অদুদি কবি কবিনো, সোক্রেটিস?

ঐনা হায়বদি— চাবা কাবাম্বা, লমচৎ কাম্বা, য়ুদা লুপ্পা, হাযবিবশিং অসিবু থাদোক্কে হায়বসু খল্লবা মীওইদুদি গধা খঙদে, অতৈ শা-ঙা খঙদে, লমচৎশিংসিগা চানবা থবায পান্‌বগী মপোক্তা পোকলুগনি। নহাক্কী বাখলদদি কবি লৈ?

তার্কাপবিবদু য়ান্না ওইথোক্লিংঙাযনি।

অবানবা বাযেন চৎপা, মী শুম্বা ওৎ নৈবগী থবক তৌবা, পাঙ্গল শীজিন্নবনা মশকক ওইবা মীওইশিং অদুনা কৈশালগী মপোক্তা পোক্কনি, নত্ত্রে হাযবগা খুনুখবং উমাইবীগুম্বগী মপোক্তা পোক্কদৌবিবনি— মসি নত্তবা অতৈ কবম্বা মপোকপু মখোযনা ফংগনি খনবগেনে?

চুম্মি, সিবিসনা হাযবকই হাযবিবা লমচৎ মতাদুগা হাযক্ববদি বাফমদুদা মখা অমুক তানিংঙাই লৈত্রবনি।

অদুনদি মাগী মগী শাজৎ অমদি মহৌশা যেংলগা, মহাক্কা মখা চৎথবকই, মী মী অদুগী চানবা মপোক অমমম লেপ্পা হাধবসিসু থোইদোক্কা অক্ববা থবক নত্ত্রেদনা?

অক্ববা ওইবোই, মহাক্কা খুম্মি।

খবনা অতৈদগী হেন্না নুঙাইবা হাযবসি হৌনশানি। মী অমনা মশা মতোমতা লেজবা মতমদসু নত্ত্রগা মযামগী মবক্তা তিন্নকপা মতমদসু মীবক তিনবদা ঙাক্কদবা কাহেন্দবা অমসুং অচুম্বা বাযেন হাযনা খঙনববা নোঙ্লুক্কা চৎপগী অচুম্বা লীচৎ অসিবু, মাগী পুক্লীংনা থোইদোক্কা বাংউবোলদা থিংজিল্লুবা তৌদ্রবসু হৈনবী ওইনা লোযনজববদি অদুগুম্বা মাশক অদুনা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা মীওই হায়বদু ওইবিবনি।

মখোযসিনা পূন্নমক্তগী হেন্না নুংঙাইবা মীওই ওইবিবনা কবিগীনো?

মসিগী মবম হাযববু মখোযসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা শিন্নগা মবুক-মপাউ তপচবা, পুন্না হিংমিন্নবা পামজবা মখোযগী মহৌশাগা চানজবা, খুদম ওইনা হাযববদা হযিংখোই, উনাখোই, ককচেংগুম্বগী মপোক্তা নত্ত্রে হাযবগনা মীওইপোক্তা পোক্কনি হাযনা লৌবা

যাই — অদুগা মখোযনা পোক্লকপা মপোক অদুদগীনি অচুম্বা বাযেন চৎপা, মশাবু লাকশীঞ্জবা[৫৫] মীওই থোবক্কদৌবিবা অসিসু।

মদুমক ওইববা য়াই।

বাংউবোলবু নৈনখিদ্রবা, খোঙশান্দোকপা মতমদা মপুং-ফানা শেংখিদ্রবা কনামত্তা লাইশিংগী মনাক্ত চঙহন্দে। মখোযগী মবক্তা পুসিনবীবিবদি লৌশিংবু নুংশিজবিবা মহাক অদুতবুনি। মবম অসি লৈবননি সিম্মিযস, সিবিস— বাংউবোলগী লম্বীদা শেংনা চৎচবা মীওইশিংনা লু-তোংগী ওইবা মিহৌবা পূম্ববু থাদোক্লিবা, মখোযগী মাযোক্তা শিখাঙ খাঙদুনা লৈবিবা, মশাবু সীগুম্বা লম্বীসিদা খোঙকাপ অমা ফাওবা থাংজিনহন্দ্রিবা— মখোযনা অসুম্না তৌবিবসে লম্বুমতবু নুংশিজবা মীওইগুম নত্ত্রগা তাইবংম্মীগী হৌনশাগুম লাযবখিনি, ইমুং-মনুং মবোল-মবাং তাক্কনি হাযদুনা কিবদগী তৌবা নত্তে। অদুগা অমুকসু তৌবা ঙম্বা অমসুং মিংতবু নুংশিবা মীওইশিং অদুগী শাজৎ লৌবসু নত্তে। মবমদি মখোযনা কিজবিবদি ফত্তবা থবক তৌকবে হাযবগা মদুনা মবম ওইদুনা মিংচৎ লৈখা তাবা নত্ত্রগা কাওথোকপিবকপা যাবা অদুতবুনি।

লৈখা তাগদবা থবক্তি মখোযনা তৌবদা পকচবোই, সোক্রেটিস, সিবিসনা হাযবকই।

পকচাবোইদবা তশেংবমক্কি সোক্রেটিসনা খুম্মি। মবম অদুনা মশাগী থবাযগীদমক্তা খন্দুনা চেকশীঞ্জবা হকচাংগী থবক থৌবমগীদমক্তা খক্তা হিংবা তৌদবা মখোয়দুনা পূন্নমক অসিগা কাযনবি। মখোযদি মিত্তাংবগী লম্বীদা চৎনীংদে। অদুগা বাংউবোলনা মখোযগী থবাযবু শেংদোকবগী, ফত্তবা পূন্নমক্তগী নীংখা তম্বা ফংনবগী লম্বীদু তাকপীবকপদা মহাক্কী ফিবোই[৫৬] যেংদুনা চৎফম থোকই। মসিগী মাযোক্তা লৈফম থোক্তে। মহাক্কা চিংবা মাযকৈদা মায ওন্দুনা মতুং ইন্নফম থোকই হাযবসি মপুক্কীংনা খল্লী।

মদুগী মনুংগী বাবোলদি কবিনো,সোক্রেটিস?

ঐ হায়জগে, মহাক্কা হাযবকই। লৌশিংবু নুংশিজবা মীওইশিংনা থবাযদি হকচাংসিদা ফাজীন-নপশীন্দুনা থম্বতনি হাযবসি মুন্না খঙই — বাংউবোলনা মকাদা লৌশীনবিদ্রিবা মতম অদু ফাওবদি লৈবগী অশেংবা মশক হাযবসি মশামক্ত অমদি মশাগী নুং ফাওনা উজবা ঙমজবমদে, কৈশুমশঙ মনুংদগী যোৎচৈ লান্না মপান্দা যেংজবতনি ঙল্লন্নিবা। মহাক অসি মখল মখা অযাম্বা খঙদবগী লৈনাঙদা ঈওন্দুনা

লৈরম্বনি। লূ-তোংবু পেলহন্নীংবেতনা মশামকপু কৈদা শুম্বদা অচৌবা শরুক য়ারম্লিবনি। মসিনি মহাক্কী হান্নগী ফীবম। মসিগী মতুং তারকপদা ঐনা হান্না হায়খিবা অদুগুম অদুগা অমুকসু লৌশিংবু নুংশিজবা পূন্নমক্কা নীংথীজনা খঙনরবা রাফম অমা ওইরিবা অদুগুম, রাংউরোলনা থৱায়বু পোনশুমনুংদা লৈরে, মশানা থাকচবা লাংদা থুজবদগী য়াম্না ফীবম তাদনা লৈরে হায়বসি উরদুনা তরান্না তৌবিদুনা, থোৎনা-মেঙনা হোৎনদুনা মাগী পুক্কীংগী অৱাবা কোকহনবিরে। অদুগা মিৎ, নাকোং, লৈরিবা অতৈ কয়াৎশিং পূন্নমক অসি লৌনম-লাংথাক্তনা থনবনি, অদুনা মখোয় ময়াম অসিদগী থাগ্তোক্লা লৈনবা অমসুং তঙায়ফদনা মখোয়বু শীজিন্নবগী থবক পূন্নমকসু তোকথোক্লবা তক্লরে হায়রগা অমুকসু তাশীন-খোমজীন্দুনা মশাবু মশামক্তা তুংজনবা, মশাতবু অমদি লৈবগী অশেংবা মশক হায়বদুগী মতাংদা মশাগী অশেংবা মশক খঙজবগী পাঙ্গল অদুবু থাজৌ হায়না তাকপিরদুনা থৱায় অসিবু কৈশুমশঙ অসিদগী নাম্থোকহন্নবা হোৎনবিরি। মরমদি অসিগুম্বা চোইজাইনহনবা পোৎশকশিং অসিদি উবা ফংবা, শোকপা পায়বা য়াবা[৫৭] ঙাক্তনি। অমরোমদা থৱায়না মশাগী ওইরিবা ফীবম অদুদা উরিবদুনা লৌশিংগী মপান্না খঙবা ঙম্বা অদুগা মিৎনদি উবা ঙমদবা পোৎশক্তুনি। অদুনা অশেংবা রাংউরোয়না মহাক্কী থৱায় অদুনা মাগীদমক্তা য়েংদুনা লানবীনবা তৌরক্লিবা থৌরাং অসিবু থিংফম থোক্তে হায়বসি খল্লী। মরম অদুনা মহাক অসিনা হেক ঙমজবমখৈ নুংঙাইথোকপা, অপাম্বা, থম্মোয় শোকপা অমসুং অকিবগী রাখল কয়াবু থাদোকই। মখোয়বু থাদোকপগী মরমদি কাহেন্না হরাওবা, রাবা, কিবা নত্ত্রগা অপাম্বা পোকপনা — কাহেন্না অপাম-নুংশি লম্বীদা খোঙদারগা পাঙ্গল অমদি লম্ফুম ময়েং তাহল্লি হায়বগুম্বা মাঙজৌননা উবা ঙম্বা ফত্তবদু নত্তবা — মদুদগীসু হেনবা, ফত্তবা হায়দুনা লৈরিবা পূন্নমক্তগীসু হেনখ্রবা অদুগা মসিনি হায়না খনসু খম্বহৌদ্রবা ফত্তবদু মঙোন্দা থোক্লক্কনি হায়বসি খল্লুবদগীনি।

মদুদি করিনো, সোক্রেটিস? সিবিসনা হংই।

অসিগুম্বা ফত্তবসি করিনো হায়বদা হরাও-নুংঙাইহনবা নত্ত্রগা থম্মোয় শোকহনবা রাখল ঈহৌনা[৫৮] থূমগৎলক্লবদা মীওইবগী থৱায়সিনা রাখল ঈহৌদুগী হৌরকফম ওইরিবা মচাক অদুতবু খ্বাইদগী ময়েক শেংবা, পূন্নমক্তগী চুম্নবা পোৎশক্তুনি হায়না লৌনৈ। অদুবু মদুমক্তি ওইদে— মখোয়না অশেংবনি খল্লীবশিংদুদি মিৎকী ওইবা মচাক ঙাক্তনি।

য়াম্না চুম্মি।

হায়বিবসি থৱায়বু হকচাংনা খ্বাইদগী হেন্না শুমহৎপগী ফীবমদু নত্ত্রা?

কৱন্না মদুদি?

কৱন্না হায়ববু হৱাও-নুংঙাইবা, থম্মোয শোকপা চৈনাখোল ফাওবকপা খুদীংমকসি থৱায়না মহাক্না কাযদোংলিবা হকচাংদুনা অচুম্বনি হায়না খুদোম্বীনা থিল্লিবা অদুতবু অচুম্বা ওইনা লৌবকপগী ফীবম অদু ফাওবা যৌনা হকচাংসিগা অমত্তা ওইহন্নবা যৈশীল্লিবা যোৎপী অমগুম্বনি। অদুগা হকচাংগা য়ানবকপা অমসুং নুংঙাইবগী লম্বী পূল্লকপনা মবম ওইদুনা হৈনবী অমদি চাক্তাফমসু তিন্নবা তাবকই। অদুগুম্বা থৱাযদুদি খমনুং লৈবাক খোঙশানবা মতমদা মশা অদো হকচাংগী লাযনানা চুববনিনা শেংনা চৎকদবা মান্দ্রে। মবম অসিদগী অতোপ্পা হকচাং অমদা অমুক লমদল্লুবগা মযোন চোংলক্তুনা হৌগৎলকই। অদুনা লাইগী ওইবা, অশেংবা অমসুং অচম্বা হাযবশিং অসিগা পূনশানবগী মাযকৈদা চংশীনবা যানবা শরুক মচেৎ অমা ফাওবা লৈজদে।

যাম্না চুমখ্রে, সোক্রেটিস, সিবিসনা হাযবকই।

সিবিস, লৌশিংবু তশেংনা নুংশিজবা মীওইশিংনা কাহেন্দবগী লমচৎ চৎন্সিবা অমদি ইচং থৌবিবগী মবম হাযবু মসিনি — তাইবংপান্না লৌনবিবা মীৎযেংদু নত্তে।

মদুমদি ওইদ্রে।

তশেংনমক ওইদ্রবনি। বাংউবোযগী থৱাযসিনা যেংলিবা মীৎযেংসিনা ইতোপ তোপ্পনি। মহাক্তি হান্নগী হৱাও-নুংঙাই ৱাখল অমদি থম্মোয চৈনাখোলনা পান্বা মীনাই লৈবাক্তুদা অমুক হন্না লৈজবা ফংনবা বাংউবোলদা লানবীযু হাযজববোই। তৌজকবা পূন্নমক কাম্বথাঙ তাহনগদবা থবক তৌববোই। পিনিলোপিগী লংদুমদু[৫১] হন্দোকপা নত্তনা অমুক হন্না যেৎশিনবগী থৱক্তি তৌববোই। অমবোমদা হাযবিবা থৱায অসিদি অকনবা পুক্নীং-ইচ্ছনবু ইঙথহনগদৌবি, লোযন লোযননা থৱায অসিনা অচুম্বা অমসুং লাইগী ওইবা মতৌ হাযবদু (মখোয অসিদি মীৎযেংগী মখা পোল্দ্রবা ঙাক্লি) মাঙদা লেঙদনা থমজবে হাযবগা, মদুদগীসু অমুক মশাগী শাবেপ তান্নবা পোৎচং অদু লৌজদুনা, অচুম্বা ৱাখল হাযবদুগী ৱাখলদা লূপতুনা লৈদৌবিবনি। মতৌ অসুন্না হিংলিঙে মতমসিদা থৱাযনা মওংসিদা হিংনবা হোৎনজে। অদুগা শিববা তুংদনা মাগী শাগে-নাতৈগী অমদি মহাক্না মান্নজবশিংদুগী নাক্ত চৎপা ফংগনি হাযবা অনীংবা থমজৈ। অদুনা সিম্মিযস, সিবিস — মতৌ অসুন্না যোকখৎশ্রবা অমসুং থবকশিং অসিতবু লাইনীং ওইজশ্রবা

থবায় অদুনা হকচাংদগী থোকখিবা মতমদা চাইথোক্নুনা মাওখিনি, মালঙ শাফুনা শুমদোকখিদুনা অরেম্বদা তানি, মফম কৈদসু থুংফম লৈরোই, মশামকসু করিমত্তা ওইররোই, লৈহৌররোই হায়না থক কিরুবনু।

সোক্রেটিসনা অসুন্না ঙাংপ্রবা তুংদা মফমদু ফনা কুইনা চিকখী। মহাক মশামকসু ঐখোয় অয়াম্বগী মতৌগুন্না হায়নখ্রিবা অদুগী মরমদা মুন্না খন্দুনা লৈবগুম তৌই। সিবিসকা সিম্মিয়সকা মখোয় অনীখক্তংদি করিগুম্বা খরা চিবোন-চিবোন তৌনখি। মখোয়গী মতৌদু উবদা সোক্রেটিসনা চৎথরক্লিবা য়েৎনলোন্দুগী মরমদা করি খল্লী, অবাং-অপা লৈবিবরা? — অসুম হায়না হংলকই। মরমদি, মহাক্না মখা তারকখি, ৱাফমসিদা কনাগুম্বনা মখা তানা, মমুৎ তানা থিজিন্নীংবা যাওবক্রুবদি, হৌজিকসু চিংনবা যাবা, ৱাহং হংনীংঙাই ওইবা মতাংসু য়াওরিবনি। নখোয়না খন্নরিবদুনা অতোপ্পা ৱাফম ওইরগদি ঐহাক করিসু হায়জরবোই। অমরোমদা হৌজিকসু নপুক্নীংগী চিংনবা কোক্তুবদি, কবিমত্তা চিংনদনা হায়দোকউ। নখোয়না পুথোকপা ঙম্বা হেন্না মরীক চুম্বা ৱাফম লৈরগসু পুথোকউ, তাসী। নখোয়না ঐবু খজীক্তা ওইববসু নতেং ওইননি হায়না খল্লবদি নতেং পাংজগে।

সিম্মিয়সনা হায়রকই, অশেংবদু হায়জবা তাববদি, সোক্রেটিস, ইবানীগী পুক্নীংদা চিংনবা মতাং খবদি লৈবি। অদুগা, ঐখোযনা পংহঙ হংজিল্লুবগা মতম অসিমক্কী ফীরমসিদা নঙোন্দা য়ান্না অকাযবা, নুংঙাইতবা ওইনা থোক্লগদ্রা হায়না খনবদগী হংবদি কিন্নববা পাউখুমদি পান্নিবা ৱাফমদু নঙ হংউ নঙ হংউ হায়না ঈন্নরম্নিবনি।

সোক্রেটিসনা মোমোন তৌরদুনা খুন্নকই, ওষ্ঠোকপা মতৌনি, সিম্মিয়স, করিনো নহাক্না হায়বিরিবসিবো? ঐসে হান্নগী হান্নদুনি, ঐগী ফীবম হৌজিকসু করিমত্তা হোংজদে হায়বা ৱাফমসি নহাক ফাওবা য়াহ্নবা ঙমদ্রবদা, হৌজিক ঐঙোন্দা থোক্লবিবসে লাইবক থীবা নত্তে হায়কবদা কনানসু ইবা লৌবীদৌবা মাল্লক্তে। ঐঙোন্দসু কাঙাশিংগী মতৌগুম লাইবাউ ফাওবা ঙম্বগী পাঙ্গল অমা লৈজে হায়বসি ফাওবদংদি নখোয়না খঙবিয়ু অমদি থাজবীয়ু য়াররোইদ্রা? মরমদি কাঙাশিং অসিসু মপুঙ্গী চুপ্পা ঈশৈ শক্লুনতা লাকপনিনা মখোয়না থৌগল তৌজরিবা মবুংঙো অদুগী খুয়াদা অমুক লৈবা ফংজরগনি হায়বগী ৱাখলসিদা হরাওজখিদুনা হেন্নদুম থবায় য়াওনা, হরাও-মথোয় কানা ঈশৈ শক্কথলিবনি। অদুবু তাইবংমী হায়বসিদি মশানা শিবা কিজবনিনা, অরোইবা মতম্নদা কাঙানা শক্লিবসি তেংথাশৈনি হাযনা লান্না হেক্তা হায়জিল্লি। উচেক হায়বা জ্বাংসে

খোইনীং খঙদে, সেম্বাং খঙদে, চোঙালাবা[৬০] খঙদে ইংলবদা, মপুক লাল্লবদা নত্ত্রগা চৈনাখোল ফংলবদা ঈশৈ শক্তে হায়বসিসু খম্নদে। অমরোমদা হায়রুরবদি উচেক খরা অসিনি শিরমদাইদা অবাবগী ঈশৈ শকই হায়না ময়াম্না হায়নরিবা অদুসু। অদুবু হায়রিবসিমক ঐদি উচেকশিং অসিগী ওইনসু, কাঙাগী ওইনসু চুম্মি হায়না খনদে। করিনা হায়রবু মখোয়দি অপোলো কৌবা লাইগী[৬১] অশেংবা উচেকশিং ওইনা লৈরিবনিনা মশাদা লাইবাউগী মতিক লৈজে, অদুনা লাইরম্লেন্দা ফংলুগদৌরিবা নুংঙাইবশিংদুগী মরমদা মাঙজৌননা খঙবা ঙমই। মদু খঙলবদুদদি হায়রিবা নুমিত্তুদা হান্নদগী শরুক কয়া হেন্না হরাও-তয়াম্বা ফোঙদোকচৈ। অদুনা ইশাবুসু ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা থবায় হকচাং কৎথোকচরবা কাঙাশিং অদুমক্কী পাংখক্কুম মাগী থৌগল তৌজবিবা মীওইনি হায়না খঞ্জদুনা, পুন্সীদগী কাযনয়াথং লৌজবা মতমদা কাঙা কৌবা চেক্লা অদুদগী চাং হম্বদনা হরাও হরাও ঐনা চৎচখিনি। অদুনা হায়নীংবদু হায়দোকপদা চিংনবা অমখক লৈরিবদুগী মবম মসিনা ওইরবদি কবিসু চিংনরুনু, নপুক্তা লৈবা পুন্নমক অখাকপা লৈতনা হৌজিক হৌজিক এথেন্সকী ব্বাযেনমপু তবামাখোইনা অযাবা পীবিরিঙৈসিদা হায়হৌবো।

য়াম্না ফরে, সোক্রেটিস, সিম্মিয়সনা হায়রকই। ঐসু ঐগী অৎবদু হায়জরগে। সিবিসনা মশাগী হায়জবনি। ঐখোয়না পুথোক্তুনা নৈনথ্রিবা ব্বাফমশিংসিগী মরমদা হৌজিক্কী মপোক অসিদা মসিনা শোয়দ্রবা পাউখুম্নি হায়বা অমা পুথোকপসি (ব্বাফমসি নঙোন্দসু শোয়দনা ফাওরমগনি নীংই) অসুক্কী মতিক লুপ্রবা, অমরোমদা হায়রগা ওইথোকপা য়াররোইদবা ব্বাফম ওইনা ঐনা লৌজে। অদুমওইনমক অমুকসু অসিগুম্বা ব্বাফমশিং অসিবু খন্ন-নৈনবা মতমদা মখোযগী মরমদা হায়নবা য়াবা হায়নরে হায়রগা, হাযনখ্রিবদু খুদম-চাংদম পুথোক্তুনা পীবা ঙমদ্রবা, নত্ত্রে হায়রগা ব্বাফমশিং অদুবু মায়কৈ খুদীং-মক্তগী য়েংশিনবা য়াবা মখৈ কুপ্না য়েংশিন্দ্রিঙৈদা মথম্মোয় শোম্বরকপনা হানবা থোক্লবদি, মী অদুবু পাঙদবা মীনি হায়না ঐনা লৌই। করিনা হায়বদা পোৎশক অনীগী মরক্তা অমা হেক পুথোকপা ঙমদ্রি ফাওবদি লিংজেন খাবা তাবনি ঃ মদুদি করিনো হায়বদা — মশানা পুথোক্তুনা খঙহনবা অমা, নত্ত্রগা মখোয়দুগী মরমদা লৈরিবা অচুম্বদু অখঙবা মীদগী তমজরুবা অমা অসিনি। নত্ত্রগা অমুকসু হায়রিবসি পাঙথোরুবা পাম্বে অমতা লৈতবা থোক্লবা, মীওইবনা পুথোকপা ঙম্বা পরৈলোন[৬২] পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফরবা, অমুক য়েংনদ্রবা অদুতবু মশাগী ওইনা লৌশিল্লু হায়বা ব্বাফমসি ঐদি হায়জগনি।

মদুনা পুন্সী ঈচেলসিদা পোঙ ওইনা শীজিন্নৌ হাযদৌবিবনি— অদুবু মসিদসু মহাকপু হেন্না শোযদনা অমদি তেক্ত-কায়দনা পুথবিগদৌবিবা চিংঙু মপাউখোন্দু ফংজন্নবদি খুদোংথীনীংঙাই ওই হাযবসিমসু ঐহাক যাজে। অদুনা হৌজিক্তি নহাক্না যাবিববনিনা তাঞ্জা ফংলিঙৈদা হংহৌদবগী নীংঙমদ-ৱাখল কোন্না লাক্তনবা ৱাহং খবা হংজহৌবগে। মবমদি ৱাফম অসি ইতোমতা ঐনা খন্থবা নত্রুগা সিবিসকা ইবানী খন্নবা মতমদা, সোক্রেটিস, অৱাৎপা অমদি যেৎনলোনসিগী মশাদা অসুম লৈবগুম তৌবি।

সোক্রেটিসনা হাযবকই, মৱাপ, হাযবিবিবা পুন্নদু অচুম্বা মক্তনি। অদুবু যেৎনলোনসিদা হোবিবা মফমদু খক্তং অমুক্তা তাকপিয়ু।

মদু হাযজবক্কে, সিম্মিযসনা খুম্মি। মতাংসিদা কনাগুম্বা অমনা ঐখোযগী হান্নগী সুব[৬৩] অমসুং লাযব্গী যেৎনলোনগী ৱাফম অদুমক শীজিন্নবে হাযনা খল্লসী — মদুদা সুব হাযবসিদি উঙমদবা, মশক নাইদবা,[৬৪] মপুং পুম্ফা-ফাবা,[৬৫] লাযব্ অদুদা লৈবিবা তিন্নবগী লিচীংনা পুল্লবা[৬৬] পোৎশক্লি, অমবোমদনা লাযব অমদি মদুদা তিংলিবা মবীশিং অদুদি পোৎশক্লি,[৬৭] অদুনা পোৎকী ওইবা মতৌ চেনবা, শাবুন ওইবা, তাইবংপানগী ওইনা তৌবা লোযননা শিনাইবগা মবী লৈনবা পোৎশক্লি হাযবসি মহাক্না হাযবকওইদ্রা? অদুদগীদি লাযবদু কনাগুম্বনা থুগাইবে, মবী-মবাংশিংদু ফোযদৎলে হাযনা খল্লসী। মতম অদুদা মথক্কী মীৎযেংসি থমখিবা ম্রীশক্তুনা চাংদম্ন-খুদম অসিমক্তদা যুম্ফ ম ওইবগা নহাক্তুম্না সুব অদুদি মাঙখিদে, হিংহৌবি হাযনা অমুকসু যেৎলক্কনি। মহাক্না হাযদৌবি— লোইব-খম্বা, শিবা নাইবগী মপোক্তা তিল্লবা তেক্লবা লাযব্ অমদি অতৎপা মবীশিং অদুমক্না লৈহৌবগা, লাইবৈবাক্কী ওইববা, মহৌশানা শিনাইদ্রবগী লক্তা তিল্লবা সুব অদুনা মাঙখিবা, শিনাইবদুগী মাঙ থাদুনা চৎখিবা হাযবসি থোক্কনি খল্লুনু। সুব হাযবদুদি মচী অমদা লেঙদনা লৈবমগনি। মঙোন্দা কবিমত্তা থোক্রিঙৈদা ঙসাইগী লাযব্দুগী উগী ফীবান অমদি মবীশিং অদুদি পৎথ-পুমথদুনা লোইশ্লগদবনি। সোক্রেটিস, থৱাযগী মতাংদা ঐখোয়না লৌনবীবসু মঙং অসিদনি হাযবসি নহাক্কী ৱাখলদসু শোযদনা ফাওবম্মনী। লোযননা অইং-অশা, চোৎপা-কংবা হাযবা মচাকশিং অসিনা ঐখোযগী হকচাংবু খুৎপায় চেৎনা ফাদুনা থম্নিবনি হাযনা লৌবা মতমদা, থৱায়না সুন্ননি, নত্রগসু সুবদু শাগৎপদা চঙবা মচাকশিংদু চাং চপ মান্ননা তিনশিন্নদুনা শেমগ্রবনি হাযবসিমসু খল্লমগনি। অদুবু মসি ফন্নমক ওইদুনসু, হকচাংগী মবীশিংসে ক্সাযনা-তীন্না নত্রুগা অশোক-

অপন নংবনা মবম ওইদুনা কাহেন্না হুমদ্রাক-হুমদ্রাক লাউববা নল্লগা তৎনীং-তৎনীং তৌবমখৈ তিংলবা মতমদুদা থবায়সে, লাইগুম্বা ফনা ওইদুনসু, অতৈ ঈশৈ-নোংমাই অমদি কলাগী থবকশিংগী মতাংদা ফংবা সুব নল্লগা তিন্নবগী লিচীংগী মতৌগুম খুদক্তা হেক্তা মাঙখি। সোমদনা হকচাংগী লেমহৌবিবা মখাকশিং অসিদি পৎথ-পুমথদুনা মাঙদ্রি ফাওবা মৈদা থাদোক্তুনা উৎ ওলহল্লি ফাওবা মতম কুইনা শাংনা লৈহৌই। অদুনা থবায হায়বসিদি হকচাং শাগৎপদা চঙলিবা মচাকশিংসিনা তিন্নবগা শেম্বনিনা শিবা হায়না খঙনবা অদুনা থোক্লববা মতমদা ইহান-হান্না মাঙবা পোৎশক্তি হায়বসি কনাগুম্বা মীওইনা কন্না হেক্তা হায়বক্লবদি, ঐখোয়না মঙোন্দা কবি পাউখুম পীদৌবি?

সোক্রেটিসনা ঐখোয়দা মাগী মহৌশানা হৈনজবক্লবা মওংদুদা চাগদৌগুম যেংলগা নোকফেৎ তৌবদুনা হায়বকই, সিম্মিয়সকী ৱাফমসিদা মচাক খবা যাওবি। ঐঙোন্দগী হেন্না নীংথীজনা খুম্বা ঙম্বা অমতং নখোয় ময়ামগী মবক্তগী থোবক্তুনা মাগী পাউখুমসি পীবদ্রিবা কবিগীনো? কবিনা হায়ববু মহাক্তা ইথক্তা তাবক্লিবা লাল অসিদা অকনবা শাফু অমখক যাওবি। অদুমকপু খন্নবগী মতম ঙাইহাকসু লৌহৌনবা সিবিসনা কবি হায়নিংলিবা হায়বদুসু ঐখোয় ময়াম অমুক্তা তাখিসি। মখোয় অনীমক্কী বাফমসি তাববা মতুংদা মখোয়না চুল্লগদি মখোয়না হায়বদু যাবসি চুল্লমদ্রগনা ঐখোয়গী ফিবেপতু হোংদনা অসুম লৈবা তাবে। অদুনদি সিবিস, নঙোন্দা ৱাই চিলহল্লিবা অকব্দু হায়বক্লগেবা?

সিবিসনা হায়বকই, ঐ পুথোক্লবা তৌজবগে। ঐঙোন্দা ফাওবিবা বাফমদি চৎথবক্লিবা যেৎনলোনসি হান্নগী হান্নদুদা অসুম লৈবি অদুনা হান্ননসু পুখৎনবকখ্রবা যানিংদবশিং অদুগী থোঙ্গাল হৌজিকসু অদুম হাংলি হায়বসিনি। মবমদি ঐগী ওইনদি থবায়না হকচাংদা চংঙক্তিঙৈদগী হৌনা লৈবম্বগী বাফমসি যান্না হৈশিংনা অমদি নাখৈ শেংনা পুথোকপিগ্রে হায়নীংই— অদুবু শিববা তুংদা থবায়না অসুম লৈগনি হায়বা বাফমসিদি ঐনা খঙ্গবদা, মতীক চানা খুদম চাংদম ফংদ্রি হায়না লৌই। তৌবদবু পেনফাত্তবা অমা ঐনা ফোঙদোক্কে খঙ্গবিবসিদি সিম্মিয়সকী ৱাফমদুগা মান্নদ্রে। মবমদি থবায়না হকচাংদগী হেন্না কল্লী, কুইনা চৎপসু হেল্লি হায়বা ৱাফমসি যানিংদে হায়বসু ঐহাক হায়জবোই — কবিনা হায়বদা হকচাং অমদি থবায়গী ৱাফম লাকপসিদদি থবায়না হকচাংদগী কযাবক চঙখোনবা হেল্লি হায়বসি ঐগীসু ফিবেপ্নি। মসিগী মতাংসি যৌবকপদনি যেৎনলোনগী লাইবেম্বীনা চোংথোবক্তুনা ঐঙোন্দা হায়বক্লিবসি— ফবেনে, মদু ওইববদি

হৌজিক ফাওবা করিগী নপুক্লীংদগী চিংনবা কোক্ত্রি?— তাইবং মীওইবদগী হন্থবা পোৎশক্লা তাইবং মীদুনা শিরবা তুংদা লৈহৌবা ময়াওই হায়বসিসু খঙলবদা, হেন্না কুইনা চৎপা পোৎশক অদুদি হায়রিবা মওংসিদদি শোয়দনমক্কী চোহুনা লৈহৌনি হায়বসি য়াফম থোক্ত্রা? অদুনা হৌজিক ঐহাক সিম্মিয়সনা তৌখিবগুম ঐগী য়ানীংদবসি ব্বারী ওইনা পুথোক্লগে। মসি লৌবা য়াবরা হায়বদু য়েংবিয়ু। ঐনা খুদম পীরক্লদৌরিবসি অহল ওইরবা ফিশাবা অমগী মতাংদনি। মহাক অসি শিরে। মানা শিরবা তুংদা কনাগুম্বা অমনা হায়রকই, মহাক শিদ্রি। মহাক শোয়দনা হিংফম থোকই — তুঃ য়েংঙু, মশামক্লা শাদুনা লিৎচরম্বা মাগী ফুরিৎসি ফীবম করিমত্তা কায়দনা, অকায়-অতোই য়াওদনা লৈরিব্বসিনি। মতুং তারকপদা মাগী ব্বাদু থাজদগুম তৌবা নিপা অমা ফারগা মীনা কুইনা চৎপরা, ফিনা কুইনা চৎপরা হায়দুনা অমুক হংই। মদুদা মীনা কুইনা চৎলী হায়না খুম্মকপদু তারুরগা কুইনা চত্তবা পোৎশক অদুনা লৈহৌরবনিনা, হায়বদি মহাক্লা অকোনবদা শেৎ-চারম্বা ফিরোলদুনা লৈহৌরবনিনা, মদুদগীদি হেন্না কুইনা চৎপা মীদু শোয়দনা হিংলি হায়বসি তাক্লবনি হায়না মপুক্লীংদা খঞ্জে। অদুবু সিম্মিয়স, ঐনা হায়জবা তাবীয়ু, সীগুম্বা ব্বাখলসিদি শোয়রবনি, অসুম হায়না খল্লীবা, ঙাংলিবা মীদো চোইরোল লোল্লীবনি হায়বসি অতাবা, অউবনা হেক্তা খঙবা ঙম্মি। মরমদি অচুম্বদুনা মসিনি — মথক্তা হায়খ্রিবা ফিশাবদু মপুক্লীদা ফি মরোল মরোল শাদুনা মদুদগী মশাগী ফুরিৎ কয়া অমা মরোল মরোল লিত্তুনা লাক্লবনি। মহাক্লা হিংলিঙৈদা ফুরিৎ মরোল কয়া তুমগ্রবনি। অদুবু মানা শিরমদাইদা লিৎলম্বা ফুরিৎ অদুনদি মঙোন্দগী শাংথনা লৈহৌরে। মসি হায় হায়দুনসু মসিমক্লা মীওইবদি ফুরিৎতগী হেন্না শোনবা, হন্থবা পোৎশক্লি হায়বগী চাংদম পীবদি তৌদে। মতৌ অসুন্না হকচাংগা থব্বায়গা লৈনরিবা মরী অসিসু সীগুম্বা চাংদম অমা তৌদুনা উৎপা য়াই, লোয়ননা হায়রিবা মওংসিদা কনাগুম্বা অমনা হেক্তা থব্বায়না তুংকোইবা হেল্লি, হকচাংদি মহাক্কা চাংদম্নবদা শোল্লী, কুইনা চত্তে হায়বা ব্বাফমশিংসি পুথোকপা য়াই। পরীং অসিদা অমুকসু মখা চৎথরে হায়রগা করিগুম্বদা থোইদোক-হেন্দোক্লা কনাগুম্বা মীশক্লা চহী কাহেন্না শাংনা পুন্সীবা থোক্লবদি, থব্বায় খুদীংমক্লা হকচাং মরোল কয়ামুক অমগী মথংদা অমা তৌদুনা শীজিন্নে হায়রকপসু য়ারিবনি। মী অদুনা হিংলিঙৈদা হকচাংনা নুংশিৎতগী ঈশিং মনিল চুপশীন্দুনা মহী ওস্থোরকপা,[১৮] মথংদা পৎথ-পুমথরকপগী থবক তৌরকপদগী থব্বায়না হকচাং অমমুক শেমদুনা শেগায়-তুগাই,

অহো-অরাকশিংদু মেনসিল্লি। অদুবু কাউথোকপা য়াদবা ব্রাফমদি থব্রায়গীসু মাঙবগী মতমদু য়ৌরকপদদি মাগী অরোইবা ফিজোলদু শেংফম থোকই। মদুনা মহাক্লা চৎখ্রবদসু লৈহৌগদৌরিবনি। অসুম তৌদুনা কাইনথংদা থব্রায়না শিববা মতমদা, হকচাংসু মাগী মহৌশানা লোয়নজরকপা অশোনবা মতৌ পূম্বা ফুদোরক্তুনা থুনমক পংথ-পুমথ তৌদুনা চৎখিদৌরিবনি। অদুনা ক্বনমক হায়দুনসু, শিববা তুংদা থব্রায়না অসুম লৈহৌই হায়বা ব্রাফমসি ঐহাক্তি থাজবা ইঙম ঙমজদ্রবনি। মরমদি, নহাক্লা তাকপীখিবা ওইথোকপা য়াবশিং অদুদগী অমুক্কা খরগা হেন্নসু য়ারবা, মথংদা থব্রায়দি ঐখোযসি পোক্তিশৈঙেদগী হৌনা লৈরম্লবনি হায়বসিসু য়ারবা, মসিদসু নত্তনা কনাগুম্বা নত্ত্রগা কবিগুম্বা খরদদি থব্রায়সি শোয়দনা লৈরবনি, অদুগা মখোয়না শিখ্রবা তুংদসু অসুম লৈহৌগনি হায়বসিমসু য়ারবা, অমুকসু পূম্নমকসিগী মথক্তা থব্রায় মশামক্তা হন্না-হন্না পোকপা তারবসু মশাবু ঙাকথোকচবা ঙম্বা মহৌশাগী ওইবা মপাঙ্গল অমগা যাওরি হায়বসি ফাওবা যাবে হায়না লৌরবদসু — থব্রায়সিনা হঞ্জিন-হঞ্জিন অসুম পোক্লকপদা খম থেংনা চোকথবা মতাং তাঙ্কক অমা য়ৌরক্তুনা মমৈদদি শিখিবদগী অমুক পোক্লক্তদুনা তশেংনা মপূং ফানা মাঙখিবা য়াই হায়না ঐখোয়না খনবসু য়ারিবনি। হায়রিবা থব্রায়বু মাঙ-তাকহনগদৌরিবা মখল অসিগী হকচাংগী শিবা অমসুং কায়থবগী থবক অসি ঐখোয় কনানসু খঙহৌদবা যাই। মরমদি ঐখোয়না থবক অসিবু ইশাদা ফাওননবগী, খঙহৌনবগী পাঙ্গল লৈফম থোক্তে, লৈনদে ॥ মসিনা ব্রাফম অসিমক ওইবা তাববদি শিবগী মতাংদা থব্রায় য়াওবিবা মীশক্তো থব্রায়দি শিবা খক নাইদবনি, কায়বা তুম্বা খক লৈতে হায়বা ব্রাফমসিমা হান্না মতীক চানা খুদম-চাংদম পীদুনা উৎপা ঙমদ্রবদি মপুক্লীং মেন তাদনা পঙথা হেক থাজরবা হায়বদুনি অসুম্না ঐনা লৌই। থব্রায়দি শিবা নাইদে হায়বসি হান্না মতীক চানা চাংদম পীদুনা মহাক্লা তাকপা ঙমদ্রবদি, হকচাংগা তোখাই তানরক্লবদা থব্রায়সু মপূং ফানা মাঙখিবা য়াবগী মবম অমা মতম পূম্নমক্তা মহাক্লা পুখৎলক্লিবা অদুদা লৈগনি হায়না চিংননিঙাই ওইরি।

ঐখোয় অতৈ পূম্নমক মখোয়না হায়রকখিবা ব্রাফমশিংদু তারুবদা মায়থোং লাংশিন্নরকখি। লোইনমক থব্রায় নুংঙাইনখিদে হায়বসি কোন্না ঐখোয় মশেল ব্রারী শানবদগী খঙনরকখিবনি। মমাঙদা ঐখোয়বু মপূং ফানা মরা চেংনা থাজহনখ্রবা ব্রাফমদু হৌজিক অমুক যাত্রা মক্তদা পায়দুনা নীক্লকপা অসিদদি মফম-মরাং খঙহন্দবা, ব্রাখল

খনফম থোক্তবা মতৌ অমা হান্নগী চৎথবকখিবা যেৎনরোল অদুখক্তদা নত্তনা, মতুংদা চৎথরক্কদৌরিবা খুদীংদসু পুশিল্লকপগুম তৌবকখি। ঐখোয়গী ওইবা ফিবেপ অমা পীবসু ঙমখিদ্রে, কবিবু থাজগদৌবিবনো হায়বসু খঙখিদ্রে।

*ইচিক্রেটিস ঃ* নহাক্ত নত্তে, ঐসুনি— লাইনা খঙনি ফিদো, নঙোন্দা ফাওবগুম থম্মোয়সিদা ঐসু চৈনাখোলদু ফাওবি। নহাক্না পাউ তন্নিঙে মনুংদুদা ঐসু ইশানা ইশাদা ৱাহং অদুমক হংজবন্নিবনি ঃ ঐবু হৌজিক কনানা হাযবা লৌগদৌবিবনো? হৌজিকৱাইদা চাং তাববা সোক্রেটিসকী ৱাফমদুদগী হেন্না থাজনীংঙাই ওইবা ৱাফমু করি লৈবম্বগে? থৱাযদি সুবগুম্বনি, তিন্নবা অমনি হাযবা ৱাফমসিমক ঐনা হান্নদগী হৌনা যাম্না পামজবকপা পাউজেলনি। অদুগা মদুগী মতাংদা হেক পল্লকপদা ঐনা হান্ননা হকচীন্না থাজখ্রবা ৱাফম অমা ওইনা হেক্তা তৌই। অদুবু হৌজিক্তি মীওইবনা শিববদা থৱাযদি হিংহৌই হাযবসি তাকপা ঙম্বা ৱাবোল অমা নৌহৌননা থিগত্তুনা পুথোকপা তাবি। ঐনা পাউদম্মিনবা শেংনা হাযৰ্জবিবসিনি, সোক্রেটিসনা কবি মখা তাখিবগে? নহাক্না হাযখিবা অদুগুম মহাকসু মথম্মোযদা অৱা কোকথোংনখিব্রা? নত্ত্রে হাযবগা নাচুংদনা ইংনা তপ্না পাউখুম পীদুনা মখা চৎথখিববা? মাবু নিপা থোক্না খুমখিববা নত্ত্রগা কিথিকিকম তৌনা ঙাংখিববা? থোকখিবা হাযনখিবা পুম্বদু মবীক চুন্না, চিৎথদনা ঐবু অমুক্তা তাহনবিযু।

*ফিদো ঃ* ইচিক্রেটিস, হান্নসু কয়াবক সোক্রেটিস হাযবা নিপাসিগী তৌবা ঙম্বা মতীক উবদা ঐহাক ঙকপা যাওখ্রবনি। অদুবু নুমিৎতুদা ঙকখিবমুক অতৈ নোংজা অমদা থোকখিদ্রি। পাউখুম পীবা হাযবসিবুদি মঙোন্দা কবিসু লৈতবা থবক্নি। অদুদা ঐবু খম শেংনা ঙকহনখ্রিবনা মথং শিংনা হাযববদা অহানবদা নহা অনীদুগী ৱাহৈশিংদু চীং-লেম্না, হৱাও হৱাও অশাউবা, নুংঙাইতবা মচেৎ অমা ফাওবা উত্তনা থৱায যাওনা তাথীবা মতৌ, অদুগা মথংদনা মখোযগী ৱাবোলদুনা কদাযদা কনাবু শোকহনবগে হাযবদু খুদক্তা খঙবীবগা লোযননা পন্দনা অশোকপদুবু ফহনবিখিবা মতৌ অদুনি। মহাক্তি মাযথীবা নংলবা, মচোই-মচোই তাববা লাম্মীশিংবু পুক্লীং থৌনা হাপকৎপিদুনা যেৎনবগী লানবুংদা মতুং ইন্দুনা অমুক হন্না লাল থেংননবগীদমক চংশীন্নবা পুক্লীং থৌগৎলিবা লাঞ্জীংপুবেল অমগা চাংদম্নবদা মতীক চপ চাববনি।

*ইচিক্রেটিস ঃ* অদুদি মখা তাবকপদা কবি কবি হাযনখী?

*ফিদো ঃ* ঐ তমজবক্কে। মাগী যেক্তা হেক থংননা ঐহাক ফাল অৱাংবা অমদা

ফম্মী। ঐনা ফল্লিবদুদগী মাগী ফম্ফম ওইরিবা হিদান অদুনা ৱাংবা খরা হেল্লি। অদুনা মহাক্লা ঐগী কোক্তা অসুম মখূৎনা নাম্থবিরগা ঙকশমগা পান্নরা লুতুংগী শম মখৈ অমুক অমুক পায়শিল্লম্মী — ফম্মীন্নবা মতমদা ঐগী শম পায়দুনা মহাক্লা অসুন্না হেক হেক শাম্নে। অদুদগীদি অসুন্না হায়রকই, ফিদো, হয়েংদি ফজরবা নশম ময়ামসি ককখিবদা তারবরা হায়না ঐনা খল্লী।

মাম্নী, সোক্রেটিস, ককপা তাবনি, ঐনা খুম্মি।

ঐনা হায়বা অমতং লৌরবদি মদু থোক্রোযদো।

শমসিনা করি অমুক তৌনরুখিনি? ঐনা হাযজে।

মহাক্লা খুম্মি, হয়েংগী ৱাদি থম্ব থমখো। ঙসীমক করিগুম্বা য়েৎনরিবা ৱাফমসি খাঙতপ্তা লোইশিনখিবদা তারবা, অমুক হিঙ্গৎহনবা ঙমদবা থোক্লবা ইবানীমক লৃ কোকথোর্কসি : কবিগুম্বা ঐনা নহাক ওইবন্নবা, য়েৎনরিবসীমস্য ইখূৎতগী নাম্থোক্তুনা মীখূৎ চনখিবা থোক্লবা, সিম্মিয়স, সিবিস অনীগী মাঙদা ঐনা খোঙফম নীক্তনা লেপ্পা ঙমদ্রবা, অদুগা মূক্লবা অসিবু ইনৌ নৌনা লৌখৎত্নরা মখোয়বু মায়থীবা পীবা ঙমদ্রবদি, ঙমদ্রিফাওবা অর্গাইর্বশিংনা[৬৯] ৱাশকখিবগুম, ঐস্য ইরু কোক্কনি হায়না ৱাশক লৌরমগদবনি।

মদুমক য়াই, ঐনা হায়। অদুবু হেবাক্লিস[৭০] হাযবা নিপাদুদি মী অনীনা ফাওবা লাম্বা পাবা ঙম্বা মীওই নত্তে হায়নৈ।

অদুনদি ঐবু সোমোন থাদুনা কৌখৎপিবো, মহাক্লা হায়রকই, নুমিৎ তাদ্রি ফাওবা ঐসে নঙগী আইওলোস[৭১] ওইরগে।

মাগী ৱাফমদুদা ঐনা অমুক ওক্তুনা খুম্মি, ঐঙোন্দা সোমোন তৌররাও হাযবীবা তারবদি হেরাক্লিসনা আইওলোসপু কৌবগুম্নদি তৌবা ঙমজররোই, আইওলোসনা হেরাক্লিসপু কৌবগী মওংদদি ঙমজবসু য়াই।

মদুসু কায়দে, মহাক্লা হায়। অদুবু খুদোংথীবা অমখক লৈরি। অহানবমক্তদা মসিদগী নাম্থোক্লবা শেম-শাহৌদবা য়াদে।

করম্বা খুদোংথীবনো? ঐনা হংই।

ঐখোয় ৱাপাউথোক[৭২] হায়বদু ওইবা য়াদে, মহাক্লা হায়রকই। মসিদগী হেম্না ফত্তবা অমা তাইবং মীওইবদা থোক্লীংঙাই লৈত্রে। মসিদসু নত্তনা মীপাউথোক[৭৩] হায়বা কাঙবু অমসু লৈরি, হায়বদি মীবু শীংথানদবা, য়েংথীবা কাঙবু। মখোয়গুম্না ৱাখল্লোনবু

য়েংথীবা, শীংথানদবা ৱাপাউথোক কাঙবুদুসু লৈরিবনি। মখল অনীমকসিগী হৌবকফম মৰুদি তাইবংপানসিবু মশক খঙদবা, তাইবংপানগী হৌনবী লমচৎ খঙলদবননি। মীপাউথোক ওইবদি ফংলকপা লৌশিং লৈতবগী হৌনশা কাহেন্না মশানা মশাবু থাজৰুবা অদুদগী ওইবকই। কনাগুম্বা অমবু মী অমনা থাজৰুবে হায়না খল্লসি। মহাকসি অচুম্বা চৎপা, অমকপা লৈতবা হায়না তানবা যাববা মীওইনি হায়না লৌরুই। অদুবু ইকুই কুইদনা মরৌ লৈবা, মতাং তৌবা, মপুক শেংদবা মীওই ওয়োবকই। মবম অদুনা মহাকপু থাদোক্লুনা মী অদুনা অতোপ্পা অমমুক খন্দুনা লোয়নরুই মদুদসু হান্নগী অদুমঙাৎ, অমমুক হোংই, চপ মান্নে। হাযবিবা থৌদৌ অসি মী অমগী মফমদা হঞ্জিন-হঞ্জিন থোক্লববা, মকওইনা মহাক্না মাগী ওইনা যান্না থাজনা তৌজবা শকখঙনববা মৰূপ মপিজাগী মবত্তগী মীওইনা তৌথোবকপা ওইববা, মদুবু পামজদবদগী মহাক্না মখোযদুগা তোয়না যেৎনবা, লাউনবা কযাসু থোকপ্পবা তুংদদি কাইনথংদা মহাক্না মী পুন্নমক কাওথোকপা হৌবকই— মশাদা অফবা হাযবদু পিসিন্দৌ অমা ফাওবা যাওবা মীওই কনাসু লৈতে হায়না খল্লকই অসুম্না থাজবা হৌবকই। সীগুম্বা লমচৎকা মওং মতৌসি নহাকসু শোযদনা থেংনবন্ননি?

থেংনবে।

মঙোন্দা ফাওবিবা ৱাখলদুবু অশোযবা ওইনা লৌফম থোক্তববা? মী অতৈগা থাজনা তিন্নরুবদা নীংবা কায়বা তত্তনা নংলিবা মীশক অদু মীওইবগী মহৌশাগী মবমদা কবিমত্তা খঙদ্রিবনি হায়বসিবু মযেক শেংদ্রিববা? অমবোমদা ফংলকপা-লৌশিং লৈবা মীশক ওইবল্লবদি কবিনা কবিনো হাযবদু অসুম খঙলমগদবনি, হায়বদি অফবা মীওই হাযবদুদি খবতনি, অযাম্বদি অনীগী মবত্তা লৈবা ঙাক্তনি হাযবসি খঙফম থোকপনি হায়বা ৱাফমসিবু মশানা তাদ্রিববা?

ৱাফমসি খবগা শন্দোক্না তাকপীবা য়াগদ্রা? ঐনা হংই।

মদুদা মহাক্না খুম্মকই, ঐনা হায়নীংলিবা ৱাফমদি মসিনি— ৱাফমসি ঐখোযনা য়ান্না চাউবা অমদি য়ান্না পীকপা হায়বদুগী মতাংদা পান্দিল্লগা নৈনববসু অদুম য়াবজাৎনি। মীদা হায়রগা য়ান্না চাউবা মী নত্ত্রগা পিশক পীকপা মী হায়বসিমুক তাঙনা থোকপা অনী শুদে। ৱাফমসিমক অমুক অচৌবা মচা, য়াঙবা তপ্পা, চুন্না-চৎপা তাৎ-তৌবা, অমুবা অঙৌবা — ওইনীংবা অমা ওইসনু, পুন্নমকসিগী কাহেনবা ফীবম খুদীংমত্তা শিজীন্নবা

যাব্বনি। অদুগা খুদমগী মশক ওইনা লৌখৎলিবশিংদু মী ওইবা যাই, হুই ওইবা যাই। ওইনীংবা অমা ওইজসনু, খঙজিনগদবা ৱাফমদি মখোযগী মবক্তা কা হেন্দোকখিবা হাযবদুদি খবতনি। অযাম্বা শকক্তি চাংদোন অনীদুগী মবক্তা লৈবা ঙাক্তনি। ঐনা হাযবিবসি নহাকপু অমুক্তা থেংনদ্রিববনে?

চুম্মি, থেংনবা যাওগ্রে, ঐনা খুম্মি।

অদু ওইববদি, মহাক্লা হায, ফত্তবা মখৈ চাং তাম্নদুনা যেংলসি। মদুদা থেংনগদৌবিবা তশেংনা ফৎত্রবা ফত্তবা হাযবদুগী মশীংদু খজীক্ত ওইবমগনি হাযবসি খন্দব্রা?

মদু ওইগদবা মাল্লি, ঐনা হাযখি।

মাম্নী, মান্‌বতা নত্তে, ওইবিবনি, মহাক্লা হাযবকই। তৌবগীদি মতাংসিদা যেংলুবগা যেৎনবা, বাফম অমা নৈনবা হাযবসিগা তাইবং মীওইবগা হেক্তা মান্নে, অমত্তনি হাযব্বদি যাদে অদুদা নহাক্লা হংলকপনীনা ঐনা হাযগে খল্লম্বদগী হেন্না অসুম মখা তানা চৎথখবে। অদুবু চাংদম্লনবা হাযদুনা পুশিল্লকখিবা মতাংদ্রদি সুমদৌর্বনি, হাযবদি ইচম চমজবা, বানৈবোল হৈজদ্রিবা মীশক অমনা অহানবদা অচুম্বা ওইনা লৌজব্বা যেৎনবগী হীবম অমা কোম্নথংদা অমুক— বাফমদু তশেংনা লাল্লম্বসু যাই লাল্লমদবসু যাই— লাল্লি হাযনা খল্লক্রবা, অসুম তৌদুনা ৱাফম অমদসু অমুক থোক্লবা, মথং অমদসু অমুক তৌববা, সীগুম্বা থৌওংসি তৌজ-কযাবক মশাদা থোক্লববগী তুংদদি মদুগী মহৈ ওইনা মঙোন্দা থাজবা হাযবা পোৎশক্ত মচেৎ অমা ফাওবা লৈবক্তে। অদুগা নহাক্লসু থোইদোক্লা হেন্না খঙলিদুঙায, মবৈকনবা কাঙবুসে মীওইবশিংগী মবক্তদি মখোযমুক শিংবা, খঙ-হৈবা অতৈ অমা লৈত্রে হাযনা খঞ্জবকই। মবমদি মখোয খবসিতনা যেৎনবিবা অদুগী মনুং হোবা, মখোঙ চেত্তবা মতৌদ্‌ খঙবা ঙম্মি। খবগা শেংনা অমুক্কা হাযববদা যেৎনবিবা হীবম অদুতগী ৱাফমদু খক্তবু নত্তে, যুবাইপস্কী[৭৪] লোইনাইদনা ঈহৌদুনা ঈকা ঈকুম তৌবিবা ঈচেলদুগা পাংখক ওইবিবা তাইবংপানগী পোৎশক পুম্নমক্কী মতাংদসু মীৎযেং অসিমক পুশিনবা যাই।

অচুম্বমক্কি, ঐনা খুম্মি।

মাম্নী, ফিদো, মহাক্লা হাযবকই, যেংউদো, লৌশিং হাযবসিগী মতাংদা অচুম্বা, থাঙ্গৈশেংবা নত্ত্রগা ওইথোকপা যাবা মওং অমা লৈবা থোক্লবা, অদুগা লৌশিং হাযবসি ওইথোকপা যাই হাযবা খঙদদুনা কন্নাগুম্বনা হাম্নদি মঙোন্দা চুম্বগুম তৌবম্বা, কোম্নদি

চুম্নি হায়না খল্লক্লবা ৱাফম অমদা তোংশিন্নুবে হায়বগা, মশাগী খন্থবগী পাঙ্গল ৱাত্তুনা ফিবেপ হোংদোক-হোংজিন তৌবিবনি হায়বদি খন্থদনা, মপুক্কীং নুংঙাইহনবনি হায়দুনা মশাদা মশানা শাউজগদবদু তৌদদুনা যেৎনবা, নৈনবা পুন্নমকপু অমত্তা ওইনা কান্নদবনি হায়না খনবা অমসুং মদুমক ঙাংবা হৌবক্লবা, সীদসু নত্তনা মতুংদসু মতমচুপ্পদা খন্ন-নৈনবগী থবক তৌবা অমত্তা যাদ্রবা, মদুনা মবম ওইদুনা অচুম্বা অমসুং অচুম্বগী মশক্কী লৌশিং ফংগদবদু ফংদনা মাঙজবা থোক্লবদি— মদু য়াম্নমক থম্মোয শোক্কীংঙাই ওইবা ৱাফম ওইগনি।

অচুম্বনি, তশেংনমক ওইদৌবিবনি, ঐনা হায, মদু য়াম্না অৱাবগী মশক্নি।

মহাক্না হায়বকই, অদুনদি অহানবমক্তদা ঐখোযনা যেৎনলোন হায়বা থবকসি চৎথবা মতমদা লৌখৎনীংঙাই ওইবা, কান্নবা মশক থোকপা মচাক অমত্তা য়াওদে হায়বা ৱাখল মচা[৭৫] অমা ঐখোযগী কোকসিদা হাপচীনবনি খঙদে, লৌশীনহনবনি খঙদে অমা তৌবসি। অমবোমদদি মসি, যেৎনবিবা হীবম অদু মতীক চাদে, কান্নদবনি হায়বগী মতত্তা যেৎনলোন চৎথবদা শকক যাবিবা ঐখোয ইশামকসি য়েৎনলোন্দু মপুং ফানা পাঙথোকপদা মতীক চাবা মীওইশিং ওইবগী থাক অদু যৌদ্রি হায়বনি হায়ববসু যাই। অদুগা ঐখোযনা ঐখোযগী ৱাখল পুক্কীংসিবু মতীক চাহন্নবা মপুং ফাহন্নবা নিপাথোক্লা ঙমজবা থাদুনা হোৎনবা তাবনি— কবিনা হায়বদা নখোয নশামক্কীসু, অতৈ মী পুন্নমক্কীসু তুংগী পুন্সী হায়বা অমা লৈনবিবনি, মদুগীদমক যেংদুনা খন্থগদবনি। ঐ ইশাগীনা শিবগী তাঙ্গা লাক্লবনিনা মদুগীদমক য়েংদুনা খন্থবা তাই। হৌজিক হৌজিকমক্তি ঐ ইশাদা ৱাংউবোয অমগী চপ চাবা ৱাখলগী ফিবেপ লৈতে হায়বসি ফাওবদি ইশানা খঙজবী। মীচম[৭৬] অমগুম ঐদি চুম্নগী নাক-তোংবা[৭৭] অমা ওইনা লৈবি। নাক-তোংবা মী হায়বসিদি যেৎনলোন অমা মূক্লবা অমা, হৌগ্রবদা ৱাহংদুগী অশেংবা মশক অদুগী মবমদা কবিসু খন্থকবা তৌদনা অতাবশিংবু মহাক্না হায়বিবা অদুতা যাহন্নবা, থাজহন্নবা হোৎনবা-মীশক্লি। অদুবু মত্তাং অসিগী ওইনদি মহাক্না ঐহাক্না খেন্নবা অমতং লৈবি হায়বা তাই। মদুদি কবিনো হায়বদা, অশেংবা নাক-তোংবা মী হায়বদুদি মহাক্কী ৱাবু তাবিবা মীওইশিংদা মহাক্না হায়বিবদু অচুম্বনি হায়না খলহন্নবা হোৎনবতনা মথৌ ওই, ঐগী ওইনদি ইশানা ইশাবু থাজহন্নবা হোৎনজবী। ঐগী ৱাহৈশিংবু তাবীরিবা ময়াম্বু থাজহনবা থাজহন্দবা হায়বসি ঐঙোন্দদি অনীশুবদা লৈবা ৱাফম অমা ওইনা থোকই।

য়েৎনলোন অসিদগী ঐঙোন্দা কান্নবা ফংগদৌবিব্রা ফংলোইদৌবিব্রা হায়বদুতনি ঐনা যেংশিল্লরিবা। মরমদি ঐনা হায়জবা ৱাফমদুনা চুন্নগদি ময়াম পুন্নমকপু অচুম্বদু যাহন্নবা ঐনা তক্কখিবদু হোৎনজমন মাঙদ্রে হায়না খল্লী। অদুবু শিববা মতুংদা কবিমতা লৈত্রবা, শিবদা অসুম লোইশিল্লম্বা থোক্রবসু তেল্লবা মতম খবা লৈবিঙে তাঞ্জাসিদা মক্ষপ-মপাং খাই খিবীক্কী মাঙদা তেংথা-নাওইদুনা অবাবা পীবল্লোই, ঐনা খঙজকন্দবা ৱাফমদু শিবদা অদুম পুত্রগদবনিনা কবিসু থনম্মবোই। অদুনা কনাদসু অকাযবা থোকহল্লবোই। সিম্মিযস, সিবিস — ঐনা য়েৎনলোনসিদা খোঙ অমুক থাংজিল্লক্কদৌবিবা অসিসু মসিগুম্বা বাখলগী ফিবেপ অসি লৌবগনি। ঐনা নখোযদা হাযজগদবা অমতংনা মখা চৎথবকপসিদা অচুম্বা অদুতবু লাইনীং ওইবিযু, সোক্রেটিসকী ওইনদি কবিসু খল্লুনু হাযবসিনি। ঐনা হাযবিবদু চুম্মি হাযনা খল্লগদি ৱাফমদু যাবদা কাযদে। কবিগুম্বা চুমদে খল্লবা, ঐনা থৱায যাওমন্দুনা নখোযবু অমদি ইশামকপু লান্না পুখিদনবা, হযিংখোইগী মতৌগুম, ঐনা শিদ্রিঙৈদা নখোযদা ঐগী ৱাহৈগী মমূনা যুবমদনবা, অঙম্বা পাঙ্গল-লৌশিং পুথোক্তুনা যেৎলক্কদবনি।

হৌজিক অমুক মখা চৎথবসি, মহাক্লা হাযবকই। অহানবদা নখোযনা হাযখিবা বাফমশিংদু ঐগী কোক্তা চুন্না লৈবিববা লৈতববা হাযবদু অমুক্তদি যেংখিসি। সিম্মিযস, ঐনা নীংশিংজবদা লান্দ্রগদি থৱায হাযবসি হকচাংগা যেংনবদা হেন্না চঙখোনবা লাইগী ওইনা তৌবা পোৎশক অমা ওইজববসু সুবগুম তিন্নবা লিচীং অমগী মওংদা লৈবনিনা হান্নবা কাযনিংঙাই ওইদববা হাযবগী অকিবা অমা নঙোন্দা লৈখি। অমবোমদা সিবিসকীদি থৱাযনা হকচাংদগী কুইনা চৎপা হেল্লি হাযবসিদি যাবগা, থৱাযনা হকচাং মবোল কযা শীজিন্নবক্রবা তুংদা ঈবোয লোইবা হকচাংদুগী মাঙ থানা মাঙখিবা মতাং অমা লাকপসু যাই, মসি কনানসু খঙহৌ উহৌগদবা নত্তে হাযবি। মহাক্লা হাযবিবসিগী মতুংইন্না মসিগুম্বা থবক অসিনা থোক্লববদা শিবা হাযবদুসু লাক্কদৌবি— মহাক্লা খল্লীবসি চুন্নগী হকচাং অসিগী ৱা ঙাক নত্তে, থৱাযগীসু অবোইবা, তশেংনা মপূং ফানা শিববা হাযবদুনি। মবমদি হকচাং অসিগী ওইনদি অকায-অতোই তত্তনা নংদুনতা লাক্রবনি। হাযবিবা ৱাফমশিংসি নত্ত্রনে সিম্মিযস, সিবিস, ঐখোযনা হৌজিক খন্নগদৌবিবসে?

মখোয় অনীমক্লা মখোয়গী ৱাবোলশিংদু শেংনা পীবে হাযবগী যানিংবা ফোঙদোক্লম্মী।

মসিগী তুংদা মহাক্লা মখা তাবকই, হান্না চৎথবকখিবা যেৎনবোল অদুদি নখোযনা

শুকয়ামক য়াম্বিন্নববা নম্নুগা য়ানিংদবা য়াওবদু শরুক খবদবা?

ঐখোয়না যাম্বিদবদি শরুক অমখক্তনি, মখোয়না খুম্মি।

মহাক্না হায়রককই, অদুদি ঐখোয়না খন্নবা হৌবকপদা হান্না হায়নখিবা লৌশিং হায়বসিদি নীংশিংলকপনি, অদুগা মসিনা পুক্তবকপা বাফম— থবাযদি হকচাংগী কৈশুমশঙদা থমন্নিঙৈদা মচী অমদা শোয়দনা লৈবক্ষ ম থোকই হাযবদুগী মতাংদদি নখোযনা করি খল্লী?

সিবিসনা যেৎনলোন অদ্দগী থোবকখিবা হাযবিবা মতাং অদুনা মপুক্লীংদা যান্না হকচীনবা মমি তাহনখি, লোযননা মদুদা থম্বা মহাক্কী থাজবদু কবিমত্তা হোংদ্রি হাযবককই। সিম্মিযস মশামকসু বাফমদু যাবগা লোযননা অতোপ্পা অমা নৌহৈনা খল্লুবা ওইথোক্তে হায়বা বাফম ফোঙদোনকই

মদুদা সোক্রেটিসনা খুন্নকই অদুমকপু ঐগী থাজকী মরূপ, হৌজিকসু নহাক্না তিন্নবা হাযবসিদি মচল মযান্না শেমগৎপা পোৎপূন অমনি অদগা থবায হাযবসিনা হকচাংগী উচন্দা তিংলিবা মবী মযাম অসিদগী থোবকপা সুব, তিন্নবা লিচীং অমনি হাযবা মীৎযেংদু হৌজিকসু থম্বা তাববদি নহাকসু অতোপ্পা মওং অমদা অমুক খনবা তাবনি। মবর্মদি তিন্নবা হাযবসিনা মসিবু শাগৎলিবা মচাকশিং অদুনা লৈত্রিঙৈদগী হৌনা লৈবকই হাযবা বাসিদি নহাক্না কৈদৌঙৈদসু যানীংলোই।

সোক্রেটিস মদুদি খক যাফম থোক্তে।

অদুমকপু নহাক্না হাযবিবসিগী মতুংইন্নদি থবাযনা মীওইবগী শাওং অমদি হকচাং অসি লৌদ্রিঙৈ মমাঙদগী হৌনা লৈবন্নেদি হাযববু, থবায অদুদি লৈত্রিবা মচাকশিংনা শাগৎলকপনি হাযবা ওইনা থোকএ হাযবসি নহাকপু উদ্রিববা? মবমদি নহাক্না হাযবিবা মতৌ অদুগুন্নদুনা তিন্নবা হাযবসি থবাযগদি মান্নদ্রে। কবিনা হাযববু অহানবমক্তদা লাযব অদুদগী মথং মথং ওইনা মদুদা তিংলিবা মবীশিং, মবীশিংদুদগী থোবক্কদবা খোঞ্জেলশিং পুন্নমকসি মচোই-মচোই তিন্নদনা লৈনবম্বদগী মমৈদা তিন্নবা হাযবসি থোবকপনি হাযবে অদুগা মাঙবনা তান্না মাঙহল্লে। অসিগুম্বা মীৎযেং অসিমক থবাযগী মবমদসু থম্নবদি অতোপ্পা হান্নগী মীৎযেং অদুগা কবম্না চানহনবা যাগনি?

কবিমত্তা যাবোইদৌবে সিম্মিযস্না খুম্মি।

অদুমকপু মহাক্না হায়, তিন্নবা হাযবসিনা হীবম ওইবিবা বাবোল[৭৮] অসিদা তিন্নবা

হায়বদুমদি শোয়দনমক্তি য়াওফম থোক্ত্রা?

থোকই, সিম্মিয়সনা খুম্মি।

লৌশিংদি নীংশিংবনি, থবায়না তিন্নবনি হায়বা পুখৎলকপা-বাফম[৭৯] অনীসিদি তিন্নৌ হযাবা যাদ্রে। অদুনা অনীসিগী মরক্তা নহাক্লা কবম্ববু খনগদৌবি?

ঐগী ওইনদি, মহাক্লা পাউখুম পীবকই, নহাক্লা ঐগোন্দা হান্নন মপুং ফানা উত্তুনা তাকশ্নবা অদু ওইনা খনগনি, মদুবু ঐনা চেৎনা থাজে। মবমদি অকোনবগী অদুদি উত্তুনা তাকখিবসু লৈত্রি, ওইনীংঙাই ওই[৮০] হাযবদনি, অদুগা ওইনীংঙাই ওই হাযবদুদা ময়াম্নসু অসুম হেক্তা থাজনখিবনি। ঐনা সীমসু মুন্না খঙজে, ওইনীংঙাই ওইবদা যুম্ফম ওইবা যেৎনলোনশিংসে শাজিন্নবা ঙাক্তনি। অদুগা জ্যামিত্রিগী মতাংদা ওইববসু, অতৈ অমগী মতাংদবু ওইববসু মখোযশিংসি শীজিন্নবা মতমদা খু শেলহৌদ্রবদি শেবান্নবা লম্বীদা হেক্তা চৎখিদৌবিবনি। অদুবু লৌশিং অমদি নীংশিংবগী পাউজেল অসিদি চিংননীংঙাই লৈত্রবা মওংদা ইমাঙদা পুথোকপিখ্রে। মসিগী খুদম চাংদম হাযববু হকচাংদা চঙলক্তিঙৈদগী হৌনা থবায হাযবসিদি লৈবম্ফম থোকই হাযবসিনি, মবমদি থবায কৌবী[৮১] মঙোন্দা মাগী মমিং পনবতদা ফাওবা লৈবা হাযবসি খঙনহল্লবা মনুংগী ব্রা অদু যাওবি। ঐগী পুক্নীংগী অমম্বসি কোকহনবিববা তুংসিদা মতীক চাবা যুম্ফমদা ব্রাবোই অসিবু যাজবগা লোযননা, ঐগী ওইনা হাযজববদা থবাযদি তিন্নবনি হাযবা যেৎনলোনসি অমুক হন্না পুখৎফম থোক্ত্রে হাযনা লৌজবে, অদুগা অতৈনা যেৎলক্কে হাযববসু তৌবিবনু হাযজবনি।

সিম্মিযস, মমিং কৌবদুনা মহাক্লা অমুক হাযবকই, ঐহাক অতোপ্পা মীৎযেং অমদগী বাফমসি অসুন্না অমুক থমগে: তিন্নবা ওইববসু, পোৎপূন ওইববসু মশা মশাবু শাগৎপদা চঙলিবা মচাকশিংদুগী ব্রাংমদা মচাকশিংসি যাওদনা মখোযনা লৈবা ঙমগনি হাযনা নহাক খনববা?

তশেংনা খন্দে।

নত্ত্রগা মখোযনা তৌবিবা নত্ত্রগা মখোযদা থোক্লবিবা অদু নত্তবা অমা মখোযনা তৌববা নত্ত্রগা মখোযদা থোক্লববা?

মদুমসু তৌদে থোক্লদে হায়বা মহাক যাবম্মী।

অদুনদি মসিদগী ফংবা মতুংইন্না, তিন্নবা অমনা তিন্নবা মশামক অদুবু শাগৎপদা চঙলিবা শরুকশিং নত্ত্রগা মচাকশিং অদুবু চিংদুনা পুদে, মখোযগী তুং ইঙ্গবতনি।

মদুদা মহাকসু য়ানিংবা ফোংদোকই।

করিনা হাযববু তিন্নবগী ওইনদি মশা শাগৎপদা চঙলিবা শরুকশিং অদুগা ওন্নতৈনবা, চানদবা মবেঙ,[৮২] মখোল নত্তুগা অতৈ অতোপ্পা মতৌ অমমুক লৈবা হাযবসি হৌনদে।

চুম্মি, মদু ওইথোক্লোই, মহাক্লা খুম্মী।

অমুকসু তিন্নবা খুদীংমক্কী হৌনশা ওইনা মশাদা তিল্লিবা মচাকশিংদুবু তিন্নহল্লিবা মওং-মতৌদুগী মখা পোন্দববনে?

মদুমদি ঐহাক খঙবা ঙমদ্রে, মহাক্লা হাযবকই।

ঐনা হাযবদি অসিনি— তিন্নবা হাযবসিদসু চাংগী[৮৩] ৱাফম যাওবি। অদুনা ওইথোকপা যাবা মীখ হেন্না শেংনা মপূ‌ং ফানা পূনশীন্নববা মতমদা তিন্নবা হাযবদু অমুক্তা হেন্না ওই মতমদুদা হেন্না মপূং ফাবা তিন্নবা পুবকই। অদুগা শেংনা অমদি মপূং ফানা পূনশীনবা মতমদা চাং খবা হম্বববদি তিন্নবা হাযবদু খবা হম্বনা ওই, হম্বনা মপূং ফাবা তিন্নবা শেন্মী।

মদুমদি চুম্মি।

অবোমদা থৱাযদি চাং হাযবসি থম্ববা? থৱায অমনা অমদগী শম্না মশুং অমতগী চাং ওইববসু হেনগৎনা নত্তুগা হম্বনা থবায ওইৱা, হেন্না মপূং ফাবা নত্তুগা ফাদবা থবায হাযবদু ওইৱা?

মদুগুম্বা কবিমত্তা লৈতে।

অদুম্না ওইবেদি হাযবগা থবায অনীগী ৱাফমসি লাকপা মতমদদি অমবুনা লৌশিং লৈবা হেল্লি, অচুম্বা লমচৎ চৎলি অফবা খৱাযনি হায়নবা মতমদা অতোপ্পা অমবুনা পঙজবা নত্তলমচৎ[৮৪] চৎপা, ফওবনা থল্লবা থৱাযনি হায়নসু হাযনবিরা অসুম্না হাযনৈ হাযবসিবু চুমদ্রনে?

অচুম্বমক্কি, হাযনবিবনি।

অদুদি থৱাযবু তিন্নবগী শক্তম্নি হাযনা নৌবিবা মখোয় অদুনা মতৌ অসুম্না থৱাযদা অফবা অমসুং ফত্তবা হায়দুনা অনী থোবক্লিবসিগী মবমদদি কবি হাযদৌবি? মখোযনা হাযগদৌবিবসি— তিন্নবা হাযবা অমগা মচোই তানবা, তিন্নদবা হাযবা অমগা অনী থোক্লা লৈ, অদুগা অচুম্বা লীচৎ চৎপা থৱাযদুনা তিন্নবগী মশক ওইববদি মশামকসু

তিন্নবগী শক্তম অমা ওইব্ববনিনা থবায় থবায়গী মরক্তা তিন্নবগী থবক চৎথবসু য়াওই, অমবোমদা ফত্তবনা তিন্নবা থবাযদুদি তিন্নবা হায়বদু ওইদবনিনা মঙোন্দা তিন্নবগী শক্তম অমতা য়াওদে অসুন্না হায়গদৌবিব্রা?

ঐগী ওইনদি হায়নীংঙাই থোইনা লৈজদে, সিম্মিয়সনা খুম্মি। অদুবু থবায়দি তিন্নবনি হায়বা কাঙবুনদি অদুন্না পাউখুম পীবক্কনি হায়না ঐনা খল্লী।

ঐখোয়না হান্নবা থবাযদি অমগা অমগা শেন্নবা লৈতে হায়বসিমদি য়ানখ্রবনি। অদুনদি হৌজিক তিন্নবগী ৱাফম লাকপা অসিদসু অমুক হেনবা-তাবগী ৱা কবিসু লৈতে, হেনগৎনা নত্ত্রগা হন্থনা মপুং ফাবা মওংদা তিন্নবা ওইবসু লৈতে হায়বসি যাবগা অমত্তা নত্ত্রা?

চুম্মি, মান্নী।

হেন্না নত্ত্রগা ৱাৎনা তিন্নবা ওইদ্রবা অদুনা হেন্না নত্ত্রগা ৱাৎনা য়ানবা ওইহনবদি লৈত্রেদনা?

চুম্মি, লৈত্রে।

হেন্না নত্ত্রগা বাৎনা তিন্নবা ওইহনবা লৈত্রবা অদুদদি তিন্নবা অদু অহেনবা মওংদা লৈবসু তৌববোই, হন্থবা মওংদা লৈবসু তৌববোই, অমগা অমগা মান্নবা শুপ্নগী তিন্নবা অমখক্তংদা লৈফম থোকইদনা?

চুম্মি অমত্তা ওইবা তিন্নবা অমা ওইনা লৈগনি।

মদু ওইববদি থবাযগী মতাংদা অমুক হায়ববদা থবায় অমনা অতোপ্পা থবায় অমদগী হেন্না নত্ত্রগা ৱাৎনা থবায় ওই হায়বা অমা লৈত্রবনিনা, তিন্নবা ওইবকপদসু হেন্না নত্ত্রগা ৱাৎনা ওইবকপা লৈত্রবা নত্ত্রা?

মদুমক্কি।

হায়বদি মবম অসিমক্কা তিন্নদবা নত্ত্রগা তিন্নবা হায়বদু অমদনা হেনবা অমদনা ৱাৎপা লৈত্রবা নত্ত্রা?

মঙোন্দা মদুমদি লৈত্রে।

অদুনা তিন্নবা নত্ত্রগা তিন্নদবগী মশকসি অমদনা খবা হেন, অমদনা খবা ৱাৎ তৌদ্রবনিনা নত্তলমচৎ চৎলুবদুনা তিন্নদবা অদুগা অচুম্বা লীচৎ ঙাকপবুনা তিন্নবনি হায়না লৌরে হায়বগা, থবায় অমদনা নত্তলমচৎকী শক্তম্না নত্ত্রগা অচুম্বা লীচৎকী

শক্তম্না খবা হেন অদুগা অমদনা খবা ৱাৎ তৌবদি লৈববোইদনা?

অথোই-অহেন লৈববোই।

নত্ত্রে হাযবগা ৱাফমসি অমুক্তা হেন্না চুমদ্রিং হায়বা তাববদা, সিম্মিযস, থৱায অসিনা তিন্নবগী শক্তম অমা ওইববদি মশাদা নত্তলমচৎ অমদি অমকপগী মশক অমত্তা যাওবোই। মবমদি তিন্নবা হাযবসিদি মপৃং ফানা তিন্নবা হায়বদু ওইবনিনা মশাদা তিন্নবা নত্তবা অতোপ্পা শকক অমতা যাওববোইদবনি।

য়াওববোই।

অদুনদি লেপ্নমক থৱায হায়বদু ওইবিবা থৱায় অদুদদি তাইবংপানগী মমি তাববোইদনা?

হান্নগী ৱাফমদু য়াদুনা লাক্রবসিদা থৱায়দা কমদৌনা মদুগী মমি তাগদৌবিবনো?

হায়বদি থৱায পূন্নমকসি মখোয মশাগী মহৌশাগী মতুংইন্না চপ মান্ননা থৱায হাযবদু ওইববদি হিংলিবা থবার্যশিংগী ওইবা থৱায পূন্নমক অসি চপ মান্ননা অফবা ঙাক ওইফম থোক্ত্রা?

সোক্রেটিস, নহাক্কী ৱাফমদু ঐহাক যানিংই, মহাক্লা খুম্মি।

অদুদা হাযবিবশিং অসিবু হাযবু হাযববদি হেক্তা চুম্নদ্রনে নহাকসু অমুক্তা খল্লুদনা? মহাক্লা হাযবকই। মবমদি ঙাংপ্রিবা পূন্নমকসি থৱাযদি তিন্নবা অমনি হাযনা লৌব্বা অদুদগী থোবকখিবা ৱাফম ওইনা তৌদববা?

মদু ওইববদি হেক্তা চুম্মি হাযব্বা য়াদ্রে।

অমুকসু হাযয়ু, মহাক্লা হাযবকই, মীওইবগী মহৌশাবু শাগৎপদা চঙলিবা মচাকশিংদুগী মথক্তা ৱাযেন থৌদাবিবসিবু থৱায নত্তবা — মদুসু অখন্ননা লৌশিংগী তৃংনফম ওইবিবা থৱায অদু নত্তবা— অতৈ অমা লৈবিব্রা? নহাকপু অতৈ লৈবা খঙ-লাকপ্রা?

তশেংবনি, ঐহাক খঙজদে।

থৱাযসিবু হকচাংনা চৎলিবা শাজৎ অদুগা মোৎ তিন্নব্রা? নত্ত্রগা য়ানদব্রা? খুদম ওইনা হাযববদা, হকচাংনা শাগৎলক্লুনা খৌবাংবা ফাওবব্বা মতমদা খৌবাংবা কোক্লবা থক্কে খল্লকপদা থৱায়নদি ৱাখলদুদগী লাপথোকহন্দ্রা? হকচাংনো অবাম্বা ফাওবক্রবদা চাবগী ৱাখলদগী নাথৈহন্দববা? সীগুম্বসিদি হকচাংগী ওইব্বা থবক-থনাশিংগী ওম্ন-

তৈনবা মায়কৈদা থৱায়না লৈবগী মতাংদা পীবা য়াবা খুদম লীশীং তবা তবাগী মনুংদা অমখক্তি।

অচুম্বা ৱাফম্নি।

অদুবু ঐখোযনা মাঙজৌননা য়ানখ্রে, থৱাযদি তিন্নবা অমখক ওইবনিনা, মহাকপু ওইহল্লক্লিবা মবীশিংদুগী তিংবা, নোপ্পা, নীকপা, অতৈ অতৈ শাজৎ কযাদুগা চানদবা মখোল অমতা পুথোকপা খক য়াদে, মহাক্তি মতুং ইল্লবতনি ঙল্লিবা, মাঙ থাদুনা চৎপদি ঙমদেদনা?

মদু ওইবা তাই, মহাক্লা খুম্মি।

অদুমকপু হৌজিক ঐখোযনা চৎথবিবা মওংসিদদি থৱাযনা মদুগী হেক চপ চানা ওন্ন-তৈনবদা লৈবা থবক্তু তৌবি হাযবসি পুথোক্লিববনে -- হাযবদি, মহাকপু শাগৎপদা চঙবনি হাযনবা মচাকশিং অদুবু মহাক্লা ওইনা মাঙ থাদুনা লমজীংদুনা পুবি। অযাম্বা মতমদা মখোযগী মাযোক্তা লেপ্লি, অদুগা পুল্লী চুপ্পা নম হাদুনা মখোযবু মখল মখা অযাম্বা লম্বাদা চৎহল্লি। কবিগুম্বদনা হীদাক লাংথক্কী অমদি হকচাং-শাজেলগী অকনবা হকথী থোকপা চৈনাখোল পীবি। কবিগুম্বদনা লিবি-খোইবিনা হেকসু লোযনৈ। অমুক্লা কিবনা থুক হেক লাউহল্লী। অমুক্লা মশা নত্তবা অতোপ্পা অমদা তৌবগুম - হোমবনা *ওদিসৌদা* ওদিসীযসপু হাযহনখিবা অদুগুন্না — পামজবা, অকনবা পুক্নীং ইঙ্গন, অকিবা হাযবশিংসিবু ৱাবকপগী থবক তৌবি -

থম্মোয খুদুম শুবদুনা, থম্মোয মাবু ৱাবৌজি ঃ খাঙউ
থম্মোয খাঙউ হেন্না কনবা চৈনা খাঙলক্লবনি নহাক্লা!

হোমবনা ৱাহৈশিং অসিবু ইবম্বা মতমদা থৱাযদি তিন্নবা অমা ওইজববসু হকচাংগী ইথিলশিংনা হমদুনা পুবা য়াবা পোৎশক্তি হাযনা খন্দুনা ইখিবা ওইবমগদ্রা নত্ত্রে হাযবগা— মহাক মশামক অসিদি তিন্নবা পুন্নমক্তগী হেন্না শেংলবা লাইগী মতৌ চেল্লবা পোৎশক অমা ওইবনিনা, ইথিলশিং অসিবু লাকশীন্দুনা, লমজীংদুনা পুবিগদবা পোৎশক্তি হাযবা ৱাথলসিমদি হোমবনা শুকথনমক খল্লম্মোইদ্রা?

অচুম্বনি, সোক্রেটিস, মদুদি খল্লমগনি হাযনা খল্লী।

অদু ওইববদি মরূপ, ঐখোয়না থবায় অসিগু তিম্নবা অমনি হায়বা য়াববোই। মবমদি মদু তৌকব্দা লাইগুম্নবা হোমববু অবানবা তাহনগদৌবি। ঐখোয় ইশামকপুসু ইশানা ইশাগী বা ককহন্দুনা অবানবা তাহনগদৌবি।

চুম্নবনি, মহাক্না হায়বকই।

সোক্রেটিসনা মখা চংথবকই, থম্মোয চাউনা ঐখোয়না হায়জবিবা বাফমসিগী অচুম্বদুবু যাবিববা নখোয়গী থীজকী লাইবেম্বী হার্মনিয়াগী[৮৫] মতাংসি সুবায়দা থম্নসি। অদুবু সিবিস, লাইবেম্বী অসিগী মপুবোইবা লাইবেম্বা কেদমস্কী[৮৬] মফমদা ঐবু কবি হায়জৌ হায়বগে? মহাক্না যানবা অসিনা কমদৌনা পুবকসি হায়বা?

মহাকপু পেলহন্নবা লম্বী অমা নহাক্না শোয়দনা পুথোবক্কনি হায়না খল্লী, সিবিসনা হায়বকই। নহাক্না হার্মনিয়াগা তৌনখিবা মবৈদু ঐদি অদুম হায়না তৌবক্কনি হায়বা শুকখন খল্লদবনি। মবমদি সিম্মিয়সনা মঙোন্দা অকব্বা ওইবিবা বাফমদু পল্লকপা তাবদা, মাগী বাফমদুবু ককপা যাবা পাউখুম অমমুক লৈববোই অসুম্না ফাওবা শল্লুববনি। মবম অদুনা মহাক্কী মবৈদু নহাক্কী অহানবা খুৎথামকসু খাঙবা ঙমখিদবদুদা ঐ পূমঙক ঙকখ্রে। হৌজিক নহাক্না কেদমস হায়না পল্লিবা অদুসু মদুগা মান্নবা থৌদৌ অমা মবাযবক্তা তমজবম্মনি।

নত্তে নত্তে, পুকফবা মরূপ, সোক্রেটিসনা হায়বকই, চাউথোকপা, নাপল উৎপা তৌবোইসি — লাই ফত্তবা চঙলক্কুনা ঐগী লৈযেঙ ফাইহনবিখিবা যাই। মসিমক থোকপা থোক্তবা হায়বদুসু থক্তা লৈবিবা মখোয়গী খুৎতা শিন্নথোক্লসি। হৌজিক্কী ওইনদি ঐহাক হোমবগী কাইদা তুংইন্না বাবোই পুশিল্লক্কবা হোৎনবগে — নহাক্কী বাগী মবীনসু য়েংলগে। মকওইবা বাফমদি সীনিঃ- নহাক্না খুদম চাংদম পুথোকহনবা পাম্লিবসি থবায়দি মাঙবা নাইদে, শিবা লৈতে হায়বসিনি। অদুগা শিবদা থাজবা থম্লিবা বাংউবোয কনানা খমনুং লৈবাক যৌবগা, মাগুম্না পুন্সী লেনখিদ্রবা মীওইদগীদি হেন্না ফীবম ফকনি হায়না খঞ্জবিবদু, মতীক চাবা মবম পীদুনা উৎপা ঙমদ্রবদি কান্নদ্রবা, অপঙবা থাজবগী পাংথক ওইনা নঙোন্দা থোক্লি। অদুগা অমুকসু থবাযগী মপাঙ্গল, অশেংবা মতৌ উৎলবসু, ঐখোয়না মীওইপোক্তা পোক্লিঙৈ মমাঙদগী হৌনা থবায়না লৈবক্লবগী বা লৈদুনসু, মহাক অসি মদুনা মবম ওইদুনা শিবা নাইদবনি হায়না হেক্তা লৌনীংঙাই ওইদে হায়বা বাফম অমা নহাক্না হায়বি। থবাযদি কুইনা শাংনো লৈবা, হান্না লৈবম্বা ফীবম অদুদা খঙবা

য়াবা খঙলক্লবা, পাঙথোকপা য়াবা পাঙথোক্নুনা লাক্লবনি হায়বসি য়ারে হায়না খল্লবা ফাওবদা মদুনা মরম ওইদুনা মহাকপু শিনাইদবনি হায়বদি য়াদ্রি। অমরোমদা মহাক্লা মীওইবগী শকওংদো চঙশিল্লকপা অসিমক কায়খি-তোইখিবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লকপগী অহানবা খোঙথাং ওইনা তৌবা লায়না মখল অমনি হায়না লৌবমক য়াই। মখা তারকপদা, পুন্সীগী লানফম অসিনা লোইরগা শিবা হায়না কৌনবা অদুদা লোইখিবা য়াই। থবায়না হকচাংদা অমুক্তং চঙববু ওইরবসু, কয়ারক হন্না চঙববু ওইববসু, নহাক্লা হায়খিবদুগী মতুংইন্না অকিবসি পোক্লিবা মীদুগী মফমদদি খেল্লবা করিসু লৈতে। মরমদি রাখল খল্লিবা মী খুদীংমক্লা থবায় অসিবু শিবা নাইদবনি হায়বসিগী মবমদা খঙঙুবা লৈত্রবা, মতীক চাবা মরমদুসু পুথোকপা ঙমদ্রবদা মশানা কিবা তাবনি। ঐনা হায়বিবশিং অসি নম্ব্রে হায়রগনা সীগুম্বা মখলগী রাফম অমা সিবিস, নহাক্কী রাখলদা লৈ হায়না ঐনা খল্লী। অদুনা চিংথ-নাম্বহৌবা লৈতনবা, হাপচিন্নীংলবসু হাপচিনহৌনবা, লৌথোক্লীংলবসু লৌথোকহৌনবা হায়দুনা ঐনা থওইনা অমুক হন্না হাযবনি।

সিবসিনা খুম্মকই, হৌজিক ফাওবা ঐনা তাজবকপশিং অসিগী মনুংদদি হাপচিন্নীংঙাই লৌথোক্লীংঙাই অমুক লৈজদ্রে। ঐগী রারোলনি হাযদুনা নহাক্লা তাকপিবিবা পুন্নমক অদু ইশানা যাজরে।

সোক্রেটিস ঙাইহাক্তং রা ঙাংখিদে, বাখলদা লুপখিবগুম তৌই। মতম খবা লৌরগা হায়রকই, সিবিস, ওইবকপা অমসুং মাঙলকপগী মওং-মতৌগা[৮৭] মবী লৈননা নহাক্লা ওম্বোক্লা চাউখ্রবা রাহং অমা পুখৎলক্লি। মসিগী মরমদা তাবা পাম্বিবগদি ঐ ইশাগী ফংলকপা লৌশিংগী রারোল তমজগে। অদুগা করিগুম্বা ঐনা হাযজগদৌরিবা অসিনা নঙোন্দা লুনা থোক্লিবা বাফম অদুবু লায়হনবদা অমদি লোইশিনবদা মতেং খরা ওইদৌবা মাল্লবদি, শীজিন্নবীয়ু।

সিবিসনা হায়বকই, নহাক্কী রারোলদু তানীংবনা খৌবাংনা ঙাইজরি।

অদুদি হায়রগে, সোক্রেটিসনা খুম্মি। ঐনা নহা ওইরিঙৈদা, সিবিস, মহৌশাবু থিজিনবা[৮৮] হায়না খঙনবা রাংউরোলগী মশা অদু হায়নিংঙাই লৈতনা পামজখি। পোৎশিং ওইরকপগী মরম থিবা, পোৎশক অমা হায়বসি করিগীদমক্তা ওইরিবা, মদুবু করিগীদমক্তা শারক্লিবা নত্তগা থুগাইরিবা হায়বশিং অসিগী মরমদা থিজিনবা হায়বসি ঐহাক্লা ওম্বোক্লা অৱাংবা থাক্কী শিনফম ওইনা উখি। রাহং কয়াগী পাউখুম থিনবা হোৎনবদা কোক

শাহজ্জখি ঃ থবায় পানবশিং ওইরকপা অসিবু কনাগুম্বা অমনা[৮৯] হায়খিবা অদুগুম্নদুনা, শাবা অমসুং ইংবগী লিচীংবানা পীরিবা মশক কায়থরকপগী[৯০] মহৈদুম ওইগদৌরিব্রা? ঐখোয়না ব্বাখল থনবদা চঙলিবা পোৎশকসিবু ঈ অসিরা, নুংশিৎ ওইদৌরিব্রা, নত্ত্রগা মৈবু ওইগদ্রা? নত্ত্রগা হায়রিবশিংসি অমত্তা ওইদবসু য়াই — অদুগা ঐখোয়গী থোপ অসিমক্তা ঐখোয়না তাবা, উবা অমসুং মনম খঙবা, ফংবা গুন্নিবসিগী হৌরকফম ওইবা য়াই। মখোয়দগী অমুক নীংশিংবা অমসুং মশাগী মীৎয়েং হায়বসি থোরকপা ওইবসু য়াই। অদুগা অমুকসু নীংশিংবা অমসুং মীৎয়েং হায়বসিনা লেঙদবা মশক লৌরক্ত্রবা মতমদুদা কাঙলোন[৯১] হায়বসি থোরকপনি হায়বসু য়াই। সীগী মখা তারকপদা মখোয় অসিনা করম্না মশক মাঙশীল্লকপগে[৯২] হায়বদু অমুক থিজিন্নবা হোৎনরুরে। মথা চৎথবা ওইনা থিজিনবসি নোংমদোন অমদি মালেম অনীদা লৈরিবা পোৎশকশিংদা অমুক পানশিন্দুনা য়েংঙে। মমৈথংদদি সীগুম্বা থিজিনবগী থবক অসি তৌবদা ঐ অসি মপূং ফানা করিমত্তা পাঙথোকপা গুন্নরোইদবা মীশক্তি হায়বসি ইশা ইতোমতা লেপচরে। করিগীদমক্তনো হায়বদুসু নঙোন্দা চপ চানা উৎচগে। মরম হায়ববু ঐসি সীগুম্বা মখলগী থিজিনবা অসিনা কয়ামুক শুমহৎখ্রগে হায়বদা ঐ খঙদে মী খঙদে পূন্নমক্তা ইখঙ খঙনরবা, ইচম-চম্বা মশানা পোপ তাদুনা লৈজরবা ব্বাফম অদু ফাওবা উশিল্লক্ত্রে। হান্নদি মশানা চুমজরবা ব্বাফম্নি হায়না থনখ্রবা অদু ফাওবা কাউথোকলুরে। খুদম ওইনা হায়রবদা, মীওইবনা চাউখৎলকপসি অতৈ করি অমনা নত্তে, চাবা থকপগী মতেংননি হায়বসি পনবা য়াই। করিনা হায়ববু চাখিবা পোৎতু তুমখ্রগা মতোংগী শরুক্তা মতোংদা, শরুগী শরুক্তা শরুদা হাপচীল্লকই, অদুনা মওং-মতৌ মান্নজবা পোৎশকশিংনা হেন্না তুংশীল্লকপদগী পীক্তা লৈরম্বদু চাউখৎলকই, অসুন্না পীক্তা লৈরম্বা মীদু অচৌবা ওইরকইবনি। সুমহায়না লৌবা অমদি থনবসিবু য়াম্না মরম চাদবরনে?

মরম চায় হায়না খঙ্গী, সিবিসনা হায়।

ফরে। অদুবু নঙোন্দা করিগুম্বা খরা অমগা হায়খিগে। অচৌবা অপিকপা হায়বসিগী মরোল মমুৎ তানা খঙই হায়না থনখিবা মতম অমা ঐগীসু লৈজরম্মী। শগোল অমগা অতোপ্পা শগোল অমগা চাংদম্নবদা অমনা চাউবা হেল্লবদি মদু হেল্লি হায়না তরং-তরং খঙজবা মত্তাংসু লৈরম্মী ঃ অমুকসু হেন্না ময়েক শেংনা তরা হায়বসি নীপান্দগী অনী থোইবনি হায়না খঙবগুম তৌখি। ক্যাবিৎ অনী হায়বসি — অনী হায়বদি অমগী শরুক

অনী ওইবনিনা — ক্যাবিৎ অমদগী হেল্লি হায়বসু খঙলম্মী।

হৌজিক্তি হায়বিবশিংদুগী মবমদা নঙোন্দা কবি ব্রাখল লাক্লবগে? সিবিসনা হংই।

মহাক্কা হায, খেন্নবশিং অসি কবিনা থোকহনবনো হাযবদুগী মবম খঙই হায়না ঐনা খল্লুবদি ওইথোক্তবা বানি। ঈশ্বরনা খঙনি, ঐনা খঙবগী বাংমদা ওম্থোক্লা থাম্না লৈত্রে। মবমদি ঐনা ইশামক ফাওবা কবিগীনো হায়বা মরমদু পুথোক্লুনা উৎলগা পেলহনবা ঙমদ্রিবা বাফমশিং লৈবিবনি। অমদা অমা হাপচীনবদা অকোনবগীদু অনী ওইবকই। অমবোমদা হায়বগনা মশীং[৯৩] অমমম থোক্লা লৈবম্বদু পূনশীন্নববা মতমদদি তিনশিন্নবা অদুনা মবম ওইদুনা অনী ওইবকই। ঐনা খঙবা ঙমদ্রিবনা, তোখাইনা লৈনবিঙেদনা মখোয খুদীংমক অমমমতা ওইবম্মী, অনী ওইবমদে। অদুগা হৌজিক্লা পূন্না থম্নবসিদদি শুপ্নতগী থংননা থমলুবা[৯৪] নত্ত্রগা উনহল্লুবনা মবম ওইদুনা মখোযনা অনী হাযবদু ওইবক্লবগী মবম ওইববে। লোযননা অমা ওইনা লৈবম্বদগী মশীং অদুবু য়েম্থোক্লবনা অনী ওইহন্নবগী মবম ওইবিবসিনা কমদৌনা ওইবিবা মসিমস্ ঐতাক খঙবা ঙমদে। মবমদি মতাংসিদা অতোপ্পা মবম অমনা অমুক চপ মান্নবা পোৎশক্তু পীবক্তৌবি। অহানবদা পীখিবা খুদম অদুদনা অমগা অমগা থংননা থম্বা নত্ত্রগা তিনশিন্নবনা মবম ওইদুনা অনী ওইহনখি, মতাং অসিদনা অমবু অমদগী শেত্তোক্লবা নত্ত্রগা খাইদোক্লবনা অনী থোবকহনবগী মবম অদু ওইদৌবি। অমবোমদা অমুক, কবিগুম্বা অমা নত্ত্রগা অমা হেক্তা হাযববসু, মদুবু কবিগীদমক্তা ওইহল্লক্লিবা নত্ত্রগা মাঙহল্লিবা নত্ত্রগা কৈদৌনগী মদুমক ওইবিবা হাযবা বাফমশিংসিগী চপ চাবা খোঙ্গুল অদু তশেংনা লীবা ঙম্মী হাযবগী অপেনবদুসু ঐঙোন্দা লৈজদ্রে। অদুবু ইপুরুীংদদি মযেক কযাদি শেংফাত্তনা থিজিন্নবগী অনৌবা পাম্বে[৯৫] অমদি থোবক্লি, অদুনা অতোপ্পা খঙদ্রিবা বাফমদু অমুক হন্না মখা তাববোই।

তাঙ্গাসিদা নোংমদি কনাগুম্বা অমখক্লা অনাক্কাগোবসনা ইবম্বা লাইবিক্লি হাযবা অমখক পাবম্বদু তাকবে — পুরুীং হাযবসিনা পূন্নমকপু মফম লাংহনবা. পূন্নমকপু থোকহল্লিবা[৯৬] পোৎশক্তুনি। ঐহাক মাগী থাক বাংলবা মীৎযেংসি থেংনজরুবদা ওম্থোক্লা নুংঙাইজবে, অদুনা ইতোমতা হাযজে ঃ কবিগুম্বা পুরুীং অসিনা মফম লাংহনবা পোৎশক্তু ওইববদি, পূন্নমক অসে মফম পীবদা খ্বাইদগী ফবা চানবা মওংদা পীবক্কনি। পূন্নমক্তা খ্বাইদগী অফবা মফম অমমম শোযদনা পীববগনি। অদুনা ইশা ইথন্ত্র অমুক মবৈ

তৌজবে — কবিগুম্বা অমা থোবকপগী,[৯৭] মাঙখিবগী[৯৮] নত্ত্রগা মখা তানা থোরকপগী মরম পুথোকপা পাল্লবদি, হায়রিবা পোৎশক অদুনা লৈবা, থবক তৌবা নত্ত্রগা অবাবা নংবদা করম্বা মওংনো খ্বাইদগী অফবা ওইগদগে হায়বদু হান্না পুথোকপা তাই। মসিনা তাকপদি কনাগুম্বা মীওই অমনা মশাগী অমসুং অতৈগীসু ওইনা খ্বাইদগী ফবা হায়বদু কবিনা ওইগদগে হায়বদুদং খম্বগা লোইবে। অদুগা খ্বাইদগী ফত্তবনা কবিনো হায়বদুসু কাঙলোন অসিমক্না শুপচীন্না খঙহনবা ঙম্লবনিনা, অসুম্মক খঙবা ঙম্মনি। ঐহাক যান্না হ্বাওজরুবে, অনাক্সাগোবসনা তম্বিদুনা ঐনা হেক খঙনিংলম্বা লৈবগী মবমশিংদু খঙলগনি হায়বসি খল্লুবদা। লোযননা অহানবমক্তদা ঐঙোন্দা মালেম অসি মপাক্লি নত্ত্রগা মতুম তাবনি হায়বদু তাকপীবক্কনি হায়না খঞ্জরুবে। অচুম্বা অদুদি ওইনিংবা অমনা ওইজববসু, চুম্লিবা বাফম অদুনা অসুম্না ওইবিবদুগী মবম অমসুং তঙাযফদবা অদু শন্দোক্না তাকপীবক্কনি হাযনসু খল্লুবে। মখা তাবকপদা খ্বাইদগী ফবা হাযবসিগী মওং-মতৌ তাকপীবগা লোযননা খ্বাইদগী অফম্বদু মসিনি হায়দুনা উৎপিবক্কনি নীংখি। অদুগা কবিগুম্বা মহাক্না মালেমসি পূম্নমক্কী মযায চবুক্তা লৈ হাযবম্বা তাববদি, লৈবিবা মফমসিনা খ্বাইদগী অফবা মফমদুনি হাযবসু মখা তানা শন্দোক্না তাকপীগনি খনখি। তাকপীবকপা অদুদা ঐ অসুম্মক পেঞ্জদুনা মতৈ অতোপ্পা হীবম অমগী মবমদা অমুক মখা তানা তাবা পাল্লবোইদর্বানি। ঐনা অমুক মঙোন্দগী নুমিৎ, থা থব্বান্মিচাকশিংগী মতাংদা খঙগে খনখি। মদুদা মহাক্না মখোযশিং অসিগী যাঙবগী চাং, হল্লকপগী মও৲, মখল-মখাগী ফীবমশিং, থোবকপা, তাখিবা পূম্নমক খঙহনবগা লোযননা কমদৌনা মখোয পূম্নমক খ্বাইদগী অফবা হাযবদুগী থৌওংদা চৎথবিবনো তাকপীবক্কনি হাযনা নীংলুই। মবমদি মহাক্না পুক্নীংবু মখোয পূম্নমক্কী ওইনা মফম-লাংবগী থবক তৌহল্লবনিনা, মখোযগী মবমদা হাযবা মতমদা ওইবিবসি মসিনা খ্বাইদগী অফবা ওইবদগীনি হাযবসি খক নত্তনা, মখোযনা ওইবিবদুগী মবমদা অতোপ্পা বাবোল অমমুক পীবক্কনি হাযনা খক খনখিদে। লোযননা ঐনা মসিমসু খনখি, মহাক্না খুদীংমক্কী অমদি পূম্নমক্কী ওইবকপগী মবম অদু শন্দোক্না তাকপীবে হাযবগা, মদুদা লৈবিবা খ্বাইদগী অফবা অদুগী মবম, পূম্নমক্কী ওইনা ফনিংঙাই কান্ননীংঙাই ওইবগী মবমসু শুগাইনা তাকপীবক্কনি। ঐনা নীংজরুবা পুম্বদো শেল খাউজাও অমা পীগে থাদোকউ হায়বদা থাববোইদবা ঙাক্তনি। মহাক্কী লাইবিক মখৈদু হেন্না ফবনা কবিনো, হেন্না ফত্তবনা কবিনো হাযবসি খঙনীংমনথ্রদুনা থুনমক

খোমজীন্দুনা শীং নান্না পাথোকখি।

ঐনা নীংজরম্বদুগা তৌরম্লিবদুগা— ঐনা নীংবা কয়াদা কায়খিবা! মখা তানা অসুম পাথরকপদা নুংশিজরবা ঐগী ৱাংউরোয়শিনা পুক্নীংদি লায়রদনা মথং-মনাও নাইবগী ৱাখল মখৈ পুমথা থাদোকখিদুনা নুংশিং, ইথর,[৯৯] অদুগা ঈশিং সুমহায়না নাতে চাদবা ময়াম অমা খোমজীন্দুনা নৈনদুনা ইরম্বদু থেংনবে। অদুনা ঐনা মহাকপু সীগুম্বা মীওই অমগা চাংদম্নবগে — মীশক অসিনা সোক্রেটিসনা তৌরিবা পুম্বসি মাগী পুক্নীংদগী থোরকপনি হায়দুনা হায়রম্বদগী, মখা তানা ঐগী থবক খুদীংমক্কী মরমদা অমমমতা ওইনা মচা তানা তাক্লবা হোৎনরকপা মতমদদি, ঐনা মফমসিদা ফম্লিবসে ইশাসি শরূ অমদি মতোংনা শাবদগীনি হায়বসি উৎপদা ওইনা অদুম চৎথখরে মহাক্তি শরূদি কল্লী, অমগা অমগা তাংশিংনা শমজিন্নহল্লী হায়বসু হায়দৌবি। মতোংদি মরীন চৎলি, শরূবু যোমশীন্দুনা লৈ; মদুগী মথক্তা চুম্নগী শদোংনা মবোল অমা শীরগা উনশানা পুমযোম য়োমশীন্দুনা লৈ হায়দুনা তাক্কদৌবি। ঐনা সিদা পোল্লপ তৌনা ফম্লিবসিসু মতোংশিংনা চিংথোক-চিংশিন য়াবা অমদি তাং-তাংদা শরূশিংসু লেঙবা য়াবদগী খোঙশা খুৎশা লেঙ ওৎপা ঙমদুনা ফম্লিবনি — মসিনি মহাক্না হায়দৌবিবসি। অদুগা ঐনা নখোযগা ৱাবী শানবিবসিগী মবমদসু অমহা ওইনা অসুম হায়রক্কনি। মসিগী মরম হায়ববু মখোল, নুংশিৎ, তাবা ঙম্বা অসিননি হায়দৌবি। সীদসু নত্তনা ৱাহং খুদীংমক্কী পাউখুম ওইনা মবম লীশীং লীশীং পুথোবক্কনি। তৌবদবু হায়গদবা ৱা অমদি শুকহায় হায়রোইদৌবি। মদুদি করিনো হায়বদা ঐনা মফমসিদা ফম্লিবসি ফম্নীংদুনা ফম্বা নত্তে, এথেন্সকী মীয়াম্না ঐবু চৈরাক পীবা যাবে হায়না লৌবা, ঐনসু মফমসিদা লৈদুনা চৈবাক অদুবু ইকোক নোম্না লৌজবনা হেন্না ফৈ, হেন্না অচূম্বনি হায়না খনবদগীনি হায়বা ৱাফমসিনি। মরমদি ঐনা খঞ্জবা অমতং লৈরি— ঐগী ইশাদা য়াওবিবা মতোং, শরূ পুম্বসে, তাউবা মানা সাখী, খাইদগী অফবনি হায়বগী বাখল অদুতনা লেঙহনবা ঙম্লবা, অদুগা ঐনসু লৈবাক্না[১০০] পীরকপা চৈরাকপু তরান্না থম্মোয় চাউথোক্না লৌবগী মহুত্তা, নাবোন্দা লৈথোক্কনবা মীশক অমা ওইদুনা থবায় পুদুনা চেল্লগে হায়না খল্লম্লবা ঙহান্না মেগরা নত্রগা বিওসিযা য়ৌবম্লগদবনি। অদুনা হায়রিবা পুম্নমকসিদা ওইহল্লকপগী মরম অমসুং ওইরিবা ফীবম অনী অসিগী মরক্তা হায়ফম খঙদ্রবা চয়েৎনবা অমখক যাওরি। তশেংনবুদি ঐনা তৌগে খল্লীবদু ইশাদা য়াওরিবা শরূশিং, মতোংশিং, হুকচাংসিগী অতে অতে শরুকশিং পুম্নমক

অসি যাওদনা পাঙথোকপা ঙম্লোই হায়বদি য়াই। অদুবু ঐনা তৌবিবা পুম্বসে মখোয়সিগী মতুংইমা তৌবিবনি হায়বা, পুরক্ষীংনসু খ্বাইদগী অফবা হায়বদুবু খল্লুবা তৌদনা হায়বিবা মওংসিদা মখোয়গী মতুং ইন্দুনা থবক পাঙথোকই হেক হায়বসিদি যান্না চেকশীনবা ৱাৎপা, ৱাখল মুন্না খল্লুবা তন্দুনা পঙহায় হায়দোকখিবা তাগনি। ওইহল্লকপগী মবম্বু ময়াম অমনা অমম্বদা মাদুনা থিবিবনি, অদুগা শেরান্নবা লৌদুনা লান্না লান্না মিং কয়া থোন্নবিবনি। সীগুম্লবা ওইহল্লকপগী মবম অসিবু ওইরিবগী ফীবম অদুদগী তোঙান্না মযেক লানা পুথোকপা ঙমদ্রিবসে খল্লুবদা ঐ ঙকই। ময়ামসিনা কবি তৌনবি হায়বদা, কনাগুম্বা অমনা মফম পুন্নমক্তা শাফু কল্লবা ঈরে[১০১] ঙাক্তা লৈ হায়বি, মালেম অসিবুনা নোংদোন অতিযানা ফাজীন্দুনা লেঙহন্দনা থল্লিবনি হায়বি। অমনা অমুক মালেম্বু ফাজীন্দুনা থল্লিবসি নুংশিৎননি হায়বি — মাগী নুংশিৎ অসি অচৌবা খুদেং অমা ওইনা তৌবজাৎনি।[১০২] হাযবিবা পুন্নমক অসিবু মফম-লাংহল্লিবা পাঙ্গল অদুনা মখোয়গী মফম শীন্দোকপা মতমদা তৌবিবদু খ্বাইদগী অফবা হাযবা ৱাফমসিদা যুম্ফ ম ওইদুনা চৎথবিবনি হাযবসিদি মখোযগী ৱাখলদা খক চঙখিদে। অদুনা মদুগী মনুংদা চঙশীন্দুনা মদুদগী হেনগৎপা পাঙ্গল অমা পুথোক্লবা লাক্লবগী মহুত্তা, অফবা হাযবসিদগী হেন্না মপাঙ্গল লৈবা, হেন্না কুইনা শাংনা চৎকদবা অমদি হেন্না হাপচীনবা যাবা তেংবানবা অসিবু কোকথোংনহনবা য়াবা অতোপ্পা এটলস[১০৩] অমা পুথোক্লবা থিদুনা লৈলে। অফবা হায়বসিগী মনুংদা য়াওবিবা মশানা ইন্দবা য়াদ্রবা অদুগা কোনসিনবা ঙম্বা পাঙ্গল অদুগী মবমদদি মখোয়না কবিসু খল্লুদ্রে। অদুবু সীগুম্বা লিচীংবা অসিমক্কি কনাগুম্বনা তাকপী-তম্বিগে হাযবক্রুবদা ঐনা লেপ্পমক তমজগদৌবিবা। তৌবদবু খ্বাইদগী অফবা হাযবসিগী মওং-মতৌ অসি ইশানা পুথোকপসু ঙমদ্রবা, মীঙোন্দগী তম্বসু ফংদ্রবা অসিদদি, হীবম সোমদা থিজিনবদা খ্বাইদগী ফবা অনীশুবা মওং অমা ঐনা থেংনজখিবদু তাবীনীংলগদি হায়জরক্কে।

যান্নমক তাজনীংই, অদুনা হাযবিবকউ, মহাক্না খুম্মি।

সোক্রেটিসনা মখা তাবকই, ঐনা খনখি— লৈবা হায়বসিগী অশেংবা মবমগী মতাংদা খল্লুবদা মায পাকখিদ্রবনিনা, হৌজিক্তি ঐগী থৱায়গী মিৎ অসিনা অমুক মমখিদনবা যান্না চেকশীনফম থোকই। মসি নুমিৎপু লাকপা নম্ব্রগা শানা ফংবা মতমদা মদুগী মমিদু ঈশিংদা তাহল্লগা যেংবা নম্ব্রগা কবিগুম্বা হাযফেৎ মান্নবা মহী লাঙ্বা পোৎশক অমদা

মমি তাহন্দুনা য়েংবা নত্তনা মিথনা তশেংনা হঙ্গৎনা য়েংলুববদি মিত্তু শোকপা যাবগী অক্কিবা লৈবা অদুগুম্বনি। অদুনা ঐনা হন্দক্কী মতাং অসিদদি অশেংবা অদু উনবা হায়দুনা মিথনা হকথেঙননা য়েংলুরবা নত্ত্রগা ইশাদা ফাওরকপগী পাম্বৈনা হকথেঙননা খঙগে হোৎনরুববদি ঐগী থবায়গী মিৎ অসি পূমতাও তাওখিবা য়াই হায়না কিজবম্মী। অদুনা পুক্কীংগী লৈবাক্তা চৎতুনা মফম অদুদা লৈবা হায়বসিগী অশেংবা মবম থিজক্কনা হেন্না ফবনি হায়না খল্লকখি। পীবিবা খুদম-চাংদম অসি মপুং ফাদে হায়বসি ঐসু য়াজে— মবমদি লৈবগী মওংশিং অসিবু পুক্কীংগী পাম্বৈনা খন্থদুনা খঙনবা হোৎনবা হায়বসি 'অমম্বদা মিংশেল য়েংবা' ওইনা লৌবসি ঐহাক তশেংনা যাবা ঙমদে। অদুগা লৈবগী মশকশিং অসিবু অমবোমদা থবক্লা অমসুং পাঙথোকপনা[১০৪] খঙগনি খল্লিবা অদুবুসু যানিংদে। অসুম তৌদুনা ঐনা শীজিন্নখিবা পাম্বৈ অদু হাযবগে ঃ ঐনা অহানবা ওইনা খ্বাইদগী হেন্না মপাঙ্গল লৈ হাযনা লৌববা অখন্নবা লিচীংরাদু লৌখৎলগা ওইহল্লকপগী মবম্থু ওইৎবসু নত্ত্রগা অতোপ্পা অমদবু ওইববসু মদুগ যানৈ হাযনা খনবা খুদীংমক্তু অচুম্বনি হাযনা অমুক লৌবনি। অদুগা মদুগা য়ানদবা, চানদর্বশিংনি হাযনা খনবশিংদুনা চুমদবা ওইনা লৌবে। অদুবু হৌজিক ফাওবদদি ঐগী রাফমসি নহাক্লা মনুং থিৎনা লৌশীনবা ঙল্লমগনি হাযনা খন্দবা মবন্না, মনুংগী রাবোল অসি খবগা শন্দোক্লা অমুক হাযনীংই।

লৌশীনবা ঙমদ্রিবনিনে, সিবিসনা খুম্মি, তশেংনমক নীংথীনা খঙদ্রি।

ঐনা নঙোন্দা হাযগদৌবিবর্শিংসে মহাক্লা হায, থোইনা অনৌবদি যাওদ্রবনি। রাফমসে ঐনা হান্নদগী হৌনা মতাং মতাংদা মমাঙদা চৎথখিবা যেৎনলোন্দা অদুগা থৌদোক কযাদা হন্না হন্না হাযগ্রবা রাফমশিং অদুনি। ঐ নঙোন্দা ঐগী রাখলবু পোৎথাফম খঙহল্লক্ত্রিবা ওইৎবকপগী মবম অদুগী মওং-মতৌ, মহৌশা অদুগী মবমদা খবা হাযজবক্কে। অদুনা মসি তৌনবগীদমক্তা মী খুদীংমক্কী চীন্দা পরুববা হাযবদি চীনফা পুনববা, নৌনা থোক্ত্রবা রাহৈশিংদু অমুক পুশিল্লকপা তাবি। হাযবদি অহানবমক্তদা মপূং ফাবা ফজবা অফবা মতৌ, অচৌবা মতৌ অমদি সীগুম্বা মযাম অমা লৈ হাযবসি যানবে হাযনা লৌবা তাবে। মসি যাবিবগদি ওইহল্লকপগী মবম হাযর্বসিগী মওং-মতৌ উৎপা ঙমগনি হাযনা খল্লী। লোযননা থব্রাযগী শিনাইদববুসু খুদম চাংদম পীদুনা উৎপা ঙমগনি।

সিবিসনা হাযবকই, হাযবিবদু যাজবে। অদুগা অমুক থীম্থবা তৌবিদনা উৎনবা

তৌবিয়ো।

ফরে, মহাক্লা মথা তাবকই, মদু ওইববদি মথংগী খোঙথাং অমা ঐনা পায়থংকে খল্লীবসিদা ইবানী ৱাখল তিম্নব্রা হাযবদু যেংলসি। মবমদি ঐনা খন্দবা ঙমদ্রবা ৱাফম অমথক লৈবি। কবিগুম্বা মপূং ফাবা ফজবা হায়বসি নত্তনা চুম্নগী ফজবা হায়বা অমা লৈ হাযনা খল্লবা, মসি তশেংবসু লৈবমক থোক্রবা, অদু ওইববদি মদুদা য়াওবিবা ফজবা হাযবদু মপূং ফাবা ফজবা অদুগী মতৌ লৌবদগী ওইবিবনি — হায়বিবা ৱাফমসি ঐদি ফজবগী খক্তা নত্তনা অতৈ খুদীংমক্কী ওইনসু হায়বিবনি। ওইবক্লবা মবমগী মতাংদো পীবিবা মীৎযেং অসি নহাকপু যাব্রিা?

হোয, মহাক্লা খুন্মি, ঐহাক যাজে।

মহাক্লা অমুক শমথবকই, ঐদি কবিসু খঙজদে অদুগা অতৈ মযাম্না হায়নবিবা হৈ-শিংনা পুথোবকথ্রবা ওইবক্লবগী মবমশিং অদু লৌশীনবসু ঙমজদে। অদুনা কনাগুম্বনা ফজবগী হৌফমদি তনিক-তনিক্রবা মচু,[১০৫] শাওং[১০৬] সীগুম্বা অতৈ মবম কযা অদুদগীনি হাযবকপা তাববসু, ঐ পূম্নমক্তু তাদে— মদুনা থোইনা হেম্না ঐবু লৌশীনফম খঙহন্দে। ঐগী হাযববু ইচম-চম্না ৱাফম অমথক্তং কোঞ্জবা অসিতনি, পঙদুনা ওইবম্বসু যাই। মদুতনা ঐগী ৱাখলবু মেন তাহল্লী। মবম অসিনা ঐগী ওইনা হাযজবা তাববদি কবিগুম্বা অমা ফজৈ হাযবসি মদুদা পাম্বৈ অমা নত্ত্রগা অমগী মতেংনা ফংজকবা ফজবা হাযবদুনা যাওবিববা লোযননা তিনবিববা মতমদু খক্তদা ওইথোকপনি। মদু কবম তৌনা ওইথোক্লিবনো হায়না হংলকপা তাববদি ঐসু শেংনা খুম্ফম খঙদে। অদুবু ঐনা থৌনা ফনা মসিমতংদি হাযজবী — ফজবিবা পোৎ পূন্নমক ফজবগী মপাঙ্গনা ফজবা ওইবকপনি। খ্বাইদগী তেক্ত-কাযদবা পাউখুম অমা ইশাদা খঙদে, অতোপ্পদা খঙদে পীবদা মতাববদি মসিনা খ্বাইদগী ফবে হাযনা নীংই। অদুনা মফম অমুক মুলহৌববোযদবা লিচীংৱানি হাযনা খঞ্জদুনা ঐনা মসিমদি চেংনা যান্নবিবনি। অমবোমদা ইশানা ৱাহংসিগী পাউখুম থিবকপা মতাং থোক্রবা নত্ত্রগা কনাগুম্বনা ৱাহংসি হংলকপা থোক্রবদি, অমুক চিংনকদনা পাউখুম হেক্তা পীবা যাবে — ফজবগী মপান্দগী ফজবিবা পোৎশিংনা ফজবা ওইবকপনি। ঐনা হায়বিবসি নহাকপু যানিংদব্রনে?

যাজনীংই।

অদুনদি অচৌবগী মপান্দগী অচৌবা পোৎনা অচৌবা হাযবদু ওইবা, অদুগা হেম্না

চাউবা পোৎনা হেন্না চাউবা ওইরিবা, অপিকপগী মপান্দগী পীকথবা হায়বদুনা পীকথবা ওইরিবা নত্রা?

চুন্নবা ৱাঙ্ফন্নি।

মদু ওইরবদি কনাগুম্বা অমনা ক হায়বা অমনা খ হায়বা অমদগী কোক্তোন অমা ৱাংই, অদুগা খ হায়বদুনা ক হায়বদুদগী কোক্তোন অমা হৈছে অসুম্না হায়রে খল্লসি। মতম অদুদা মহাক্না হায়রিবদু নহাক্না লৌবা য়াদবা ৱানী হায়দোকপা য়াই। মদুদসু নত্তনা ননম মুক্তনা অসুম্না হায়দুনা থেংনগদবনি — নহাক্না হায়নিংলিবদি মদু নত্তে। হেন্না ৱাং-চাউই হায়রিবদু ৱাং-চাউবা হায়বদুগী মপান্না অমসুং মরমদগী হেন্না ৱাং-চাউবা ওইরিবনি। হৈছে হায়রিবদুসু হৈছবা হায়বদুগী মপান্না অমসুং মবমদগী হৈছবা ওইরিবনি। অসুম তৌদুনা ৱাং-চাউবা হেনবা অদুনা ৱাং-চাউবা হেল্লিবা অদুগা, হৈছবা অদুনা হৈছরিবা অদু কোক[১০৭] ৱাংখৎলিবদুগী মতুংইন্না ওইরিবনি হায়বা তাবগী খুদোংথীবা অদুদগীদি নাম্বোকপা ঙমগনি। মবমদি কোক হাযবদুদি অমহাগী অমহানি। অমবোমদা অমুকসু হেন্না চাউ-শাংই হাযবিবা মীদুনা হেল্লিবদু মাগী কোক অদুনা মরম ওইদুনা হেল্লিবনি হাযনা লৌবা য়াবগী নাতে চাদবা ৱাফম অদুদগীসু নাম্বোকপা যাগনি, কোক হাযবসিদি মশানা পীকচববনি। সীগুম্বা মওংদা লৌনখিবসি নহাকপু পামগদ্রনে?

তশেংনা পামজদে, খজিক্তং নোক্রদুনা সিবিসনা হাযবকই।

অদু ওইববদি তরানা নীপান্দগী হেল্লিবসি অনীনি, অদুগা অনী অদুনা মবম ওইদুনা হেল্লিবনি হায়বসিসু নহাক হাযনিংদবা তাবে। মদুগী মহুত্তা হেল্লিবদু মশীংনা মবম ওইদুনা হেল্লিবনি হাযগে হায়রনি। নত্রে হাযবগা অমুক ক্যাবিৎ অনীনা ক্যাবিৎ অমদগী হেল্লিবসি তন্নাই অমনা মরম ওইদুনা হেনবনি হায়বা য়াদে, শন্দোকপগী চাং হেনবদুনা মরম ওইদুনা হেল্লিবনি হায়না নহাক হাযনিংলনি, নত্রা? কবিনা হাযববু সীগুম্বা ৱাফমশিং অসিদসু শোয়নিংঙাই ওইবসি অসুম লৈ।

য়াম্না চুম্মি, মহাক্না খুমই।

অমুকসু য়েংসি, অমদা অমা তিনসিনবদগী নত্ত্রগা মশীং অমবু য়েম্বোকপদগী অনী হায়বসি ওইরকপগী মরম ওই হায়বসি হায়বমদাইদা নহাকপু অমুক্তগা হন্না খন্থবোইদ্রা? মতাং অদুদদি মযেক শেংনা নহাক্না খঙহনগে হায়রক্কনি — করিগুম্বা পোৎশক অমা লৈরকপা হায়বসে মশাগী চানবা মচি অদুদা শরক যারুবদগী ওইরকপা নত্তনা অতোপ্পা

মরম লৈ হায়বা ঐহাক খঙজদে। অমরোমদা হায়রিবসিগী মতুংইন্নদি, নহাক্না খঙলিবা অদু ফাওবগী চাংদো হায়বদা, অনী হাযবসিনা ওইরকপগী মরম অসি অনী-থোকপা[১০৭] হায়বদুদা শরুক য়াক্লবা খঙনা ওইবনি — মসিনা অনী ওইহন্নবগী লম্বীনি, অদুগা অমা হায়বদুদা শরুক য়াবনা অমা ওইহন্নরুবগী লম্বীনি হায়বা তাবনি। নহাক্না হায়দৌবি ■ য়েন্নবা তিনসিন্নবগী চমম্নবা থবকশিংদু ঐ হন্না য়েংজররোই, মদু ঐগোন্দগী হেন্না কোক লৈবা কাওবুনা তৌজরসনু। লৌশিংগী পোমায় কাওজগ্রিবা, পাউরৌদা হায়নবদুগুম, ইম্মিদা খংজবিবা ঐহাক্তি শোয়ন্নবনি হায়বা খঙজববা লিচীংবা অমখক পায়জরিবসি থক থাদোকচববোই। অদুগা নহাক্কী অপাম্বা অদুদা কনাগুম্বনা লাল্লি হাযদুনা য়েংলকপা থোক্লবদি, মরম পীদুনা পুথোবক্রিবা মচাকশিংদু অমগা অমগা চানব্রা, যানব্রা হায়বদু মুন্না য়েংশিন্দুনা থিবগী থবক তৌদ্রিঙেদা মীদুবু য়াবৌবা নত্তগা মঙোন্দা হেক্তা শাউজিনবা তৌবোইদবনি। অদুগা অমুকসু নহাক্না থাগোন্নবিবা লিচীংবা অদু কবিনো হাযবা শন্দোক্লা তাকপা তাবক্রবদি, অয়াংবা থাক্কী লিচীংয়াশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী ফবা পোংথাফম অদু ফংদ্রিবা ফাওবা হেন্না য়াংবা লিচীংবা অমদগী হেন্না য়াংবা লিচীংবা অমা তম্না মথং মথং অসুম কাখৎকদবনি। তৌবদবু নহাক্না চংথগদৌবিবা য়াখল-পবীং[১০৮] অদুগী মনুং চন্না লৈগদৌবিবা লিচীংবা অমদি মদুদগী থোক্লকপা য়াফমশিং অদুবু — কবিগুম্বা নহাক্না লৈবগী অশেংবা মশক হাযবসি কবিনো পুথোক্কে খল্লবা — এবিষ্টিকশিংনা[১০৯] তৌবগুম অমগা অমগা পঙয়েত্তা যেংশিন্নবা তৌহনবা যাদে। চমম্নবা থোকহল্লি হাযদুনা মখোয অসিমক্না থিজিনবগী থবক্তা হেক্তা তশেংনা লূপ্নববা হায়বদুদি নত্তে। মখোযদি মসিগী মবমদা থওইনা থবক তৌবা, খনবা কাওবুসু নত্তে। কবিনা হাযববু মখোযগী য়াখল্লোন্দা অসুক কনবা নোংলৈ অমা ওমদুনা থল্লবসু, মখোয়দি মশা মশাগী ওইবিবা ফীবমদুদা অসুম্মক পেম্ব্রোকচবা গুম্বগী পাইবক্কী লৌশিং[১১০] লৈজবা কাওবুনি। অদুবু নহাকসু য়াংউবোয় ওইববদি ঐনা হায়বিবা অসিমক তৌগে হাযনি।

নহাক্কী বাফমশিংদু অচুম্বমক্তনি, সিম্মিযস অমসুং সিবিস অনীনা মান্নবা খুম্মকখি।

*ইচিক্রেটিস ঃ* অচুম্বনি ফিদো, মখোয অনীনা য়াখি হায়বিবদু ঐগোম্দা কবিসু ওক্লা থোক্কে। য়াখল খবা খম্ববা মীবু ওইববদি সোক্রেটিসকী অঙকপা ফংলবা, মযেক শেংলবা য়াখল-পবীং অদু হেক্তা খঙবা ঙমগনি।

*ফিদো ঃ* তশেংবনি ইচিক্রেটিস, মফমদুদা তিনখিবা মীওইপুন্নমক্কী থম্মোয়দা

ফাওনখিবসু মদুমক্লি।

*ইচিক্রেটিস ঃ* চুম্নবা ৱাফম্নি। ময়ামদুগী মরক্তা তিনবদি ফংজহৌদ্রবা, নহাক্কী মরীক চুম্নবা পাউদমসিবুদি তাজরিবা ঐখোয়গী থম্মোয়দসু ৱাখলদু পোক্লি। মসিগী মখা করি অমুক তানখি?

*ফিদো ঃ* পুম্নমকসি হায়নগদবা মখে হায়নদুনা পুথোক্লদুনা য়ানরবা, ৱাখল্লোন[১১১] হায়বসি লৈ হায়না য়ানরবা, অদুগা অতৈ মচাকশিংনা চুম্নতগী মদুদা শরুক য়ারকপনি, মদুদগী মমিং লৌজবনি হায়বসিমসু লেপ্পরবদা, ঐনা নীংশিংজরিবসিনা শোয়দ্রবদি মখা তারকপদা সোক্রেটিসনা অসুম্না হায়রকখি ঃ-

মসিনি নখোয়গী লোলদা হায়রগনা। অদুদি অমুক য়েংলসি— নহাক্না সিম্মিয়সতি সোক্রেটিসতগী চাউ-শাংবা হেল্লি অদুগা ফিদোদগীদি হন্থে হায়রবদি, সিম্মিয়স অসি চাউসু চাউই, পীকসু পীকই হায়রিবা নত্ত্রা?

মদুদা তারে।

অদুমকপু হায়দোরকপদদি সিম্মিয়সনা সিম্মিয়স ওইরুবনা সোক্রেটিসতগী চাউবা হেল্লিবনি হায়বগুম্বা অমা য়াওরবসু তশেংবদি মদু নত্তে, সিম্মিয়সকী চাউ-শাংবা অদুননি হায়বা ৱাফমসিমদি নহাক য়াফম থোকই। সিম্মিয়সনা সিম্মিয়স ওইবদগী সোক্রেটিসতগী চাউবা হেনবা নত্তে হায়বগুম, সোক্রেটিসতি সোক্রেটিসনি, অদুবু সিম্মিয়সতা লৈবিবা চাউ-শাংবগী মওং অদুগা চাংদম্নবা মতমদা মঙোন্দা অপিকপা হায়বদু য়াওবদগী তৌজবনি হায়না লৌবদি য়ানিংব্রা?

চুম্মি, য়ানিংই।

অদুদি ফিদোনা অমুক মঙোন্দগী চাউ-শাংবা হেল্লবসু হেল্লিবদু ফিদোনা ফিদো ওইরুবা মরম্না নত্তে, ফিদোগী মশাদা সিম্মিয়স হায়বা খরা পীকচবা অদুগা চাংদম্নবদা অচৌবা হাযবদু য়াওবননি হায়বদি য়ারোইদ্রা?

মদুমসু চুম্মি, য়ানি।

অদুনা সিম্মিয়সপু চাউইসু হায়, পীকই হায়নসু হায়, মরমদি মহাক্তি অনীদুগী মরক্তা ময়ায়দা লৈবনি। হায়বদি অতোপ্পা অদুগী অপিকপদু মাগী অচৌবনা হেনবা, অতোপ্পা অমদুগী অচৌবদুনা মাগী অপিকপবু অমুক হেলহনবা, মতৌ অসুম্না।

মসিদগী সোক্রেটিসনা নোক্লুনা মখা তারকই, ঐনা হায়রিবসি লাইরিক পাবদৌনা

তৌবস্মনি, অদুবু হায়বিবা পূন্নমকসি অচুম্বনি হাযনা ইশানা থাজবী।

সিম্মিয়সনা মসিদা য়ানিংবা উৎলকই।

ঐনা অসুম্না পুথোক্নুনা ঙাংলিবসিগী মরমদি মীথয়েং অসিমতং মান্নুনা চৎমিন্নসি হায়দুনা তৌবনি — মদুদি মপূং ফাবা অচৌবা হাযবসি খক চাউবোই, পীকপসু পীক্রোই হাযবা অসিদসু নত্তুনা ঐখোয়গী ইশাদা যাওবা অচৌবগী ফীবম নত্তুগা মশক নাইবা পোৎশক্কী ওইবা অচৌবগী ফীবম[১১২] অদুদসু অপিকপগী ফীবম হাযবসি খক যাওবোই, অমনা হেনগ্রে হায়বসু লৈবোই, অসুম্না হাযদৌ শকক মখাদা পীবিবা অনীসিগী মনুংদগী অমা পীবা যাগনি, মদুদি অচৌবা অদু মাগা মাযোক্লগদৌবিবা হায়বদি হস্থবা অদুগী মমাঙদগী থুনা চেহ্নোর্কখিবা অমা নত্রগা থৈদোকখিবা অমা তৌগনি। নত্রে হাযবগনা হস্থবা অদুনা চঙশিল্লকপা মতমদদি হান্নমা লৈবন্নবোই। তৌবদবু হস্থবা হাযবা অমা লৈ হাযবসি যানবসু মশাগী শক্তম্সু ওলহনখিবদি তৌবোই। খুদমদি ঐ অসি সিম্মিযসকা চাংদন্নবদা পীকই, হস্থে হাযববা ফাওবদা গান্নগী হান্নগুম পীক্রবসু পীক্লা অসুম লৈবিবসিনি। অদুগা অচৌবা হায়বগী ৱাখলসিগা অপিকপা ওইবা নত্রগা ওইবকপগী মফম লৈতবগুম্না ঐখোযগী পীকপা, হস্থবা অসিসু অচৌবা ওইবা নত্রগা ওইবকপা তৌবোই। সীদসু নত্তুনা ওন্ন-তৈনবা ফীবমদা লেঙদনা লৈবিবা অদুনা মাগী ওন্ন-তৈনবদু ওইবা নত্রগা ওইবকপা তৌবোই। অহোংবদুবু পুবকপা তাবর্বদি লৈখিদবা নত্রগা অকায অতোই গোক্নুনা মাঙখিবা অমদি তৌগনি।

ঐগী ৱাখলসু মদুমক্লি, সিবিসনা খুম্মি।

তাঞ্জা অসিবাইদা, ঐ মীশক্তি নীংশিংদ্রে, কনানো অমনা হাযবকখি, হাযর্বিবিবসিগু কবিনো? হৌজিক্কী ৱাফমসিবু হান্নগীদুগা ইওন-ওন্নবগুম তৌবে—হান্নদি অসুম্না হাযনদুনা যানখিবনি, অচৌবদগী হস্থবা থোবকই অদুগা হস্থবদগী অচৌবা থোবকপনি। অদুনা ওন্ন-তৈনবা হাযবসিমক ওন্ন তৈনবদগী থোবকপনি। অদুবু হৌজিক্তি হাযবিবা লিচীংবা অসি পূমশী শাদোকপগুম তৌরে।[১১৩]

সোক্রেটিসনা বা ঙাংলক্লিবা মীশক অদোমদা মকোক লৈশীন্দুনা মুন্না তাবগা হাযবকই, ৱাফমদু ঐখোযদা নীর্ণশিংলকপগী থৌনাদু ঐ যাবি। তৌবদবু ৱাফম অনীসিগী মবক্তা খেন্নবা অমা লৈ হাযবসিমদি নহাক্না যেংশিলহৌদ্রে। মবমদি হান্নগী মতাংদুদা হাযনখ্রিবা অদুদি তশেংনা মশক নাইবা পোৎশক্কী মতাংদা উবা ফংবা ওন্ন-তৈনবদুগী ৱাফন্নি।

অদুগা হৌজিক অমুক হায়নরিবসিনা তণ্ডায়ফদ্রবা ওন্ন-তৈনবা[১১৪] অদুগী য়াফন্নি। মদু হৌজিক ঐখোয়না পুখোকখিবগী মতুংইন্না ঐখোয় ইশাদা ওইরবসু, মহৌশা লাইব্রেরীগী মশাদা ওইরবসু য়াওবা মতমদা মশামক্তা খেন্নবা লৈবা য়াদে ঃ মতম অদুদা মরূপ, ঐখোয়না ঙাংনখিবদু ওন্ন-তৈনবা হায়বসিমক্তবু মশানা লোয়নজরক্রবা, অদুগা মখোয় অদুগী মতুংইন্নসু মমিং থোক্লবা পোৎশকশিংগী মরমদনি। হৌজিক হায়নরিবসিনা মশানা লোয়নজরক্রবা ওন্ন-তৈনবশিং অদুদা য়াওরিবা অমুক্তা মশানা লোয়নজরক্রবা ওন্ন-তৈনবা, মমিংসু মখোয়গী মমিং অদু লৌদুনা থোক্লিবশিং অদুগী মরমদনি। ঐখোয়না পুথরক্রিবা ফিরেপ্পা, হায়রিবা তণ্ডায়ফদ্রবা ওন্ন-তৈনবশিংসি অমনা অমদা মশক ওনখিবা নত্রগা অমদগী অতোপ্পা অমদা মশক ওনখিবা খক যারোই হায়বসিনি। মতমসিমক্তদা মহাক্তা সিবিসতা ওনশীন্দুনা হাযবকই, সিবিস, নহাকপু ঐখোয়গী মরূপ অসিনা য়েংলকপা অসিদা থৱায় খবা নুংঙাইতবা ফাওব্রনে?

নত্তে নত্তে, নুংঙাইতবা তৌজদে, সিবিসনা পাউখুম পীরকই, অদুবু য়েংলক-খোংলকপসিনা পুক্নীং যান্না চরাওনহল্লী হায়বসিমদি য়াদবা ঙমজদে।

অদুনদি য়ামদ্রবদা, সোক্রেটিসনা হায়, ওন্ন-তৈনবা হাযবসি মশামক্কী মনুংদদি ওন্ন-তৈনবা তৌবোই হাযবা য়াফম সিদদি ঐখোয় যানবেদনা?

মদুমদি চপ চানা যানবে, মহাক্তা খুম্মি।

অদুমকপু অমুক্তগা হন্না য়াফমসিগা মরী লৈননা নাকল অমরোমদগী য়াহং অমতংগা হংখিগে, অদুগা নঙগা ঐগা মীৎযেং তিন্নববা তিন্নদব্রা হায়বদুসু খঙদোক্কে ঃ মৈশা হাযনা কৌবা অমগা অইংবা হায়না কৌবা অমগা অনীখক লৈব্রা?

তশেংনমক লৈ।

অদুদি মখোয়সিবু মৈ অমদি উন হায়বগা অমত্তরা?

মদুদি হায়বা য়াদেনা।

মৈশা হায়বসি মৈ নত্তব্রা, অদুগা অইংবা হায়বসিনা উন অদুমক্তি হায়বা যাদত্রা?

চুম্মি, য়াদে।

মদু ওইরবসু হান্না হায়নখিবা অদুগুম উন অসি মৈশা ফংলবা মতমদদি অনীমক হায়বদি উন অমসুং মৈশা ওইনা লৈররোই। মৈশানা নকশীল্লকপগা লোয়ননা উন অদু হন্দোকখিবা অমা নত্রগা তুমখিবা অমা তৌরোইদ্রা?

যান্না চুম্বা ৱাফম্নি, মহাক্লা খুম্মি।

মৈ অসিসু অইংবনা চঙশিল্লকপা মতমদা হন্দোকখিবা অমা নত্ত্রগা মাঙখিবা অমা তৌগনি। অদুনা মৈগী মথক্তা অইংবনা তকশীল্লকপা মতমদা মখোয় অসি হান্নগী মতৌগুম মৈ অমসুং অইংবা ওইদুনা লৈববোই।

মদুমসু চুম্মি, মহাক্লা হায়।

অদুগা মতাং খবদর্দি ৱাখল্লোন অদুগী মমিং অদু ৱাখল্লোন অদুগা লোযননা লোম্ব-খম্বা নাইদনা পকশীন্নদুনা লৈবতা নত্তনা ৱাখল্লোন অদুমক্তি নত্তবা, ৱাখল্লোন অদুগী মওং খক্তং লৌদুনা লৈবা অতৈ অতোপ্পা অমনসু হেক্তা ৱাখল্লোন অদুবু মাগীনি হায়বা য়াই। ৱাফমসি খুদম অমা পীদুনা ঐ অমুক খবগা মযেক শেংনবা হোৎনজগে ঃ- তূমা শুদবা মশীং হাযবসি তূমা শুদবা হাযবা মিংসিনা খঙনব্রা?

যান্না চুম্মি, খঙনৈ।

অদুবু মসি খক্তবা তূমা শুদবা হায়না কৌনবা পোৎ অসে? মশাগী মমিংদি লৈজবা, অদুবু তূমা শুদবা অদুমক্তি হাযবদি যাদ্রগসু তূমা শুদবগী মতৌ অদুগদি শুকথা থানদবা অতৈ পোৎশকশিংদি লৈত্রববা? ঐনা হংগে খল্লিবদি - খুদম ওইনা হাযববদা মশীংশিং অসে, শম্না হাযববদা মশীংদা অহুম কৌনবসে, তূমা শুদবগী কাঙলুপ্তা চিংফম থোক্তব্রা হাযর্বসিনি। অতৈ অতোপ্পা খুদম কয়ামুকসু লৈবি। অহুম হাযর্বসিবু মাগী চানবা মমিং অসিমক্লা খঙনবসু যাবা, অদুগা অহুম হাযবদুদি নত্তবা তূমা শুদবা হাযবা অসিনা খঙনবসু যাদব্রা? ৱাফমসি অহুম খক্তগী নত্তনা মঙাগীসু, অমমম কাপ্লগা লাকপা মশীং মখৈ, তূমা শুদবা হায়বা পোৎশক অদুদি নত্তনা তূমা শুদবদি ওইবা অতৈ কযাগীসু ওইনা অদুম হাযবা য়াববা ৱাফম্নি। অসুম তৌদুনা অনী, মবি অদুগা মখোযগী মথংদা অমমম কাপ্লগা লাকপা মশীং মখৈদনা তূমা শুবা হাযবা পোৎশক অর্দুদি ওইদনা তূমা শুবা মশীংনি হাযবদি হাযবি। মসিগী ৱাফমসিমদি যানিংব্রা?

তশেংনমক যানিংই।

অদু ওইববদি ঐনা পান্দম থল্লিবা ৱাফমসি অমুক তাবিযু ঃ- তঙাযফদ্রবা ওন্ন-তৈনবশিং অদুতনা অমনা অমবু কম্ফোক্লবা[১১৫] নত্তে, মশক নাইবা পোৎশকশিংদা ওন্ন-তৈনবগী থবক্তি তৌনদ্রবসু ওন্ন-তৈনবদি য়াওই। ঐনা অমুক হাযজবিবনা, য়াওবিবশি অসিনা মশক নাইবা পোৎশক অদুগী মশাদা লোযনজবিবা মশক অদুগী ওন্ন-তৈনবদা

লৈবা ৱাখল্লোন অদুবু য়াদে। অদুনা ওন্ন-তৈনবদা লৈবা ৱাখল্লোন অদুনা করিগুম্বা চঙশিল্লকপা তারবদি মাঙ-তাকপা নংই নত্ত্রগা মফম থাদোকখিবা তাই। খুদম ওইনা অহুম হায়বা মশীং অসিবু অহুম ওইনসু অসুম লৈয়ু, অদুগা তুমা শুবা মশীংসু ওইয়ু হায়রবদি মসি কায়বরা মুৎপরা অমা থুনা তৌরক্কনি।

য়াম্না চুম্মি, সিবিসনা হায়।

অদুম্বদি ওইরগা, মহাক্লা হায়রকই, অনী হায়বা মশীং অসি অহুমগী ওন্ন-তৈনবদি নত্তেদনা?

মদুদি ওইদে।

মদু ওইরগদি ওন্ন-তৈনবা ৱাখল্লোনশিংতনা অমনা অমগী মায়কৈদা চঙশিল্লকপদা থক্তোক্লবা নত্ত্রে, ওন্ন-তৈনবশিংনা থক্তোক্লবগী অতৈ মওং কযাসু লৈরে।

যাম্না চুম্মি, মহাক্লা হায়।

মহাক্লা অমুক হায়বকই, অদুদি ওন্নবদি মখোয়শিং অসি করি করিনো হায়বদু লেপথোক্লবা অমুক তৌরসি।

তৌবসি, হৌবিরক্লো।

মখোয়শিং অসিবু, সিবিস, মখোযনা কোনসিল্লিবা পোৎশিং অদুবু মখোয় মশাগী শাওংদা উহনবতা নত্তনা মখোযগী ওন্ন-তৈনবদা লৈবা শকফম অদুবুসু মালহনবা নত্ত্রা?

হায়বদি?

হাযর্বদি ঐনা হৌজিক হায়খিবা অদুগুম্নদুনা নহাকসু খঙবা ঙম্নমগনি হাযনদি খল্লী— মশীং অহুম অসিনা কোনশিল্লিবা পোৎশকশিংদো মশীংদা অহুম হাযবদু ওইবতা নত্তনা, তুমা শুদবা হায়বদ্সু ওইগদর্বনি।

মদুদি চুম্মি।

অদুদি মশীং অহুমগী খূৎফম[১১৬] তাবিবা তুমা শুদবা হায়বসিদা ওন্ন-তৈনবদা লৈরিবা ৱাখল অদুনা খক মরক থৎলকপদি তৌরোইদনা?

তৌবোই।

হায়বিবা খূৎফমসি তুমা শুদবগী লিচীংৱা অদুনা থমখিবনিদনা?

মান্নী।

তুমা শুদবগী ওন্ন-তৈনবদা তুমা শুবা লৈকো?

চুম্মি।

মদু ওইববদি তূমা শুবগী ৱাখলসি অহূম হায়বসিদা থক লাক্লবোইকো?

লাক্লবোই।

অদুনদি অহূম হাযবসিগী শক্ক অমত্তা ফাওবা তূমা শুবা হাযবসিদা য়াওদ্রে?

অমফাও যাওদ্রে।

হাযবদি অহূমগী-খূৎপুন[117] নত্ত্রগা মশীং অহূম হাযবসি তূমা শুবা নত্তবা ওইবা তাবেদনা?

যাম্না চুম্মি।

অদুদি ওন্ন-তৈনবদি তৌদবা, অমবোমদা ওন্ন-তৈনবা মশক অদুবু লৌশীনবসু তৌদবা মওং থবা ঐনা হাযদোকখিবা অদু অমুক যেংলসি— খুদমগী মশক ওইনা, অহূম হাযবসি তূমা শুবগা ওন্ন-তৈনবা ওইনা লৈত্রবসু, তূমা শুবা হাযবদু মশানা লৌশীনবদি তৌদে। অমবোমদা হাযবগা নাকল অমবোমদা লৈবিবা ওন্ন-তৈনবদুবু হেন্না মযেক শেংনা তাকই, নত্ত্রগা মসিগী মথক্তা অনী হাযর্বসিনা তূমা শুদববু লৌশীন্দবা, অদুগা মতৌ অদুগুম্না মৈ হাযর্বসিনা অইংববু, অদুগুম্বনি। খুদম থবা অসিদগী (অতৈ খুদমশিংবুদি যাম্না লৈবি) পূম্না কোনসিনবা যাবা বাবোই অসি তাবকপা যাবে, মদুদি ওন্ন-তৈনবশিংনা ওন্ন-তৈনবশিংবু লৌশীন্দবতা নত্তনা ওন্ন তৈনবা অমনা পুবক্লিবা ওন্ন তৈনবগী শক্ক অদুদা মদু নত্তবা ওন্ন-তৈনবা মচাক অমতা লৌশীন্দুনা হাপচিনবসু তৌদে। মতাংসি যৌবকপসিদা মাঙগী ৱাফমশিংদু ঐহাক অমুক্তগা হন্না হাযহৌখিগে, অমুক হঙ্গিনহৌবদা কবিসু অমাঙবা লৈতে। মঙা হাযবা মশীংনা তূমা শুবগী মওং-মতৌবু থক লৌবোই, অদুগা মঙাগীদি শক্ক অনী ওইবিবা তবা হাযবা অদুনা অমুক তূমা শুদবগী মওং-মতৌবু থক লৌবোই। শক্ক অনী হাযবসি লাকপা মতমদদি অতোপ্পা ওন্ন-তৈনবা অমমুক লাক্লবনি। অদুনা তূমা শুদবা হাযবদুগা ক্রক-ক্রক যেংশিন্নদুনা ওন্ন-তৈনবা মওংদা লৈফমদি থোক্তবনি, অদুম ওইনমক তূমা শুদবা অদুবুদি শুকযা য়াদে। শক্কযান[118] ৩২ হায়বসিদা যাওবিবা শক্কশিং, তংখায় নত্ত্রগা অহূম থোকপগী অমা অসুম্না যাওবা মচেৎ-মকাইশিং পুন্নমক অসে মপূম্নগী[119] ওন্ন-তৈনবদা লৈবমক নত্ত্রবসু মপূম হাযবগী ৱাখল অদুবুদি মশামক্তা লৌশীনবা তৌদে। মসি নহাক যানিংব্রা?

যানিংই, মহাক্লা খুম্মি, মপুং ফানা য়াদুনা নহাক্কী বাবোলদু কুপ্পা লৌশীজবি।

অদুদি হৌজিক অমমুক হৌরসি, মহাক্লা হায়বকই, তৌবদবু ঐনা হংবা বাহং অদুমক্কী বাহেশিংদু শীজিন্নদুনা চুম্মি চুম্মি হায়না পাউখুম হেক্তা পীবকপা তৌখিবনুষ্ক হন্দক্তি ঐনা হাযখিবা হান্নগী শোয়দবী পাউখুম অদু শীজিন্নবা তৌবক্লনু। হৌজিক হাযনখিবদুদগী অচুম্বনি হাযবদু অসুম লাম্ব ফংলগদবা অতোপ্পা শোযদবী পাউখুম অমমুক শীজিন্নদুনা পাউখুম পীবক্কদবনি। ঐহাক্লা হাযগদৌবিবদি কবিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বনা নঙোন্দা হংলকই হায়না খল্লসি, "মদু য়াওবদগী হকচাংবু শাহল্লিবদু কবিনো," মদুদা নহাক্লা মৈশা হাযনা পাউখুম পীক্ববদি তৌবোইনকো (অদুবুনি ঐনা অমুক শোযদবী অদুবুদি ওইবা অদুদা অপঙবগী পাউখুম হাযদনা হাযবিবদু), মদুগী মহুত্তা মৈ হাযনা খুন্নক্কনি। মসিনা হেন্না খুমাঙ চাওশীনবা পাউখুম হাযবদুসু ওইবিবনি। হৌজিক সীগুম্বা পাউখুমসি পীবা যাবগী ফীবমদা শেম-শাদুনা ঐখোযসু লৈববনি। অদুনা কনাগুম্বা অমনা অমুকসু হংলকপনি হাযনা খল্লসি, "কবিগীনো হকচাং ঙমদ্রিবসে," মদুদা লাযনা লৈদুনা তৌবিবনি হাযনা খুম্বদি তৌবোইদনা— লাযহৌ হৌদুনা নাবিবনি অসুম্নকা হাযবক্কনি। অমবোমদা অমুকসু তুমা শুদবা মতৌ হাযবসিনা তুমা শুদবা মশীংশিংবু ওইহল্লকপনি হাযবগী মহুত্তা অবোইবা নত্ত্রগা *মোনেদ*[১২০] হাযবদুনা মখোযবু ওইহল্লকপনি হাযবক্কনি। অসুম্না বাফমসি পানসিনবা যাবা মতাং খুদীংমক্কী ওইনা অসুম্না হাযবক্কনি, খুন্নক্কনি নীংই। মবমদি ঐনা খুদম মথং মথং পীদুনা মখা অমুক তাথকদ্রবসু নহাক্লা মতীক চানা পুথোকচবা, লাম্ব ফংবা অমসুং লৌশীনবা ঙল্লগনি খল্লী।

মান্নী, মহাক্লা হায়, তাকপীবিবদু খঙজে।

অদুদি হায়বো, মদু ফংজবদগী হকচাংনা হিংজবিবদু কবিনো?

থবায, মহাক্লা খুম্মকই।

মসি মতম পুম্বগীবা?

মান্নী, মহাক্লা হায়, তশেংবনি।

অদুদি থবাযনা চঙলু-চঙলুবা মফমদুদা পুঙ্গী পীনবিব্রা?

অচুম্বনি, শোযদনমক্কী পীবিবি।

পুঙ্গীগী ওন্ন-তৈনবা অমা লৈববা?

লৈ, মহাক্লা হায়।

কবিনো মদুদি?

শিবা।

মদু ওইরবদি, হান্নবা য়ানবাবনিনা থরায় অসিনা মহাক্লা পুরক্লিবা অদুগী ওন্ন-তৈনবদা লৈবা অদুবুদি লৌশীনবা শক তৌবোইদনা?

মদু ওইথোক্কে, সিবিসনা পাউখুম পীবকই।

অদুগা হৌজিক হৌজিক ঐখোয়না, মহাক্লা হায, তূমা শুববু ঈন্থোকপা লিচীংবা অদুবু কবি কৌই হায়ব্রে?

তূমা শুদবা।

তাবদা নুংঙাইবা নত্ত্রগা অচুম্বা অদুবু ঈন্থোক্লিবা লিচীংবা অদুনা কবিনো?

তাবা নুংঙাইতবা অমদি চুমদবা, মহাক্লা খুম্মি।

অদুদি অশিববু লৌশীল্লু হাযবা যাদবা লিচীংবা অদুবুদি কবি হাযবে?

শিনাইদবা মহাক্লা হাযবকই।

থরাযনা অশিববুদি মাগী ওইনা লৌশানববা?

লৌশীন্দে।

মদু ওইবগদি থরাযসি শিনাইদবা ওইববা?

চুম্মি ওই, মহাক্লা খুম্মি।

অদুনদি রাফমসিগী পাঁফম থোকপা খুদম চাংদমদু পীববনি হাযনা লৌবা য়াবরা?

যাবে, মতীক চানা পীববনি সোক্রেটিস, মহাক্লা খুম্নকই।

তূমা শুদবা হাযবদু মাঙনাযদবনি।[১২১] মশাং অহূম অসিসু মাঙনাযদবা ওইবোইদ্রা?

তশেংনা ওইনি।

অদুগা অইংবা হাযবদু মাঙনাযদবা ওইববদি শাবগী লিচীংবা অদুনা উন্দা তকশীল্লকপা মতমদা উন অদু মপূম ওইনা, শৌদোকপা তৌদনা হন্দোকখিফম থোক্রা?— মবমদি মাঙবা হাযবদুমা যাববোই নত্ত্রে হাযবগা লেঙদনা লৈদুনা শাবা হাযবদুবুসু লৌশীনবা ওম্ফম থোক্কে চুব্রা?

চুম্মি মহাক্লা হায।

অমুক্কা যেংউ - ইন্দবা নত্ত্রগা শাবগী লিচীংবা অসি মাঙনাযদবা ওইববদি, অইংবনা তকশীল্লকপদা মৈ অসি মাঙখিবা তৌবোই। মশাদা কবিমত্তা অহোংবা লৈতনা

চৎথোকখিফম থোক্ত্রা?

তশেংনা হন্দোকখিনি, মহাক্না খুম্মি।

ব্বাফমসিমক শিনাইদবগী মবমদসু হায়বা যাই ঃ শিনাইদবা অসিসু মাঙনাযদবা ওইববদি, শিবনা তকশীল্লকপদা থব্বায অসি মাঙখিবা তৌবোই। মবমদি মাঙগী যেৎনলোন্দা উৎশ্রে — অহুন্না নত্ত্রগা তূমা শুদবা মশীংনা তূমা শুববু লৌশীন্দবগুম, অদুগা মৈনা হায়বদি মৈদা য়াওবিবা মৈশা অদুনা অইংববু লৌশীন্দবগুম থব্বাযনা অশিববু লৌশীন্দে, অদুনা খক শিদে। অদুমকপু কনাগুম্বনা হাযবকপা য়াই, "তূমা শুবনা চঙশীল্লকপদা তূমা শুদবদু তূমা শুবা ওইযু হাযবা যাদ্রগসু, তূমা শুদবা অদু মাঙখিবদি যাদ্রা, অদুগা তূমা শুবনা তূমা শুদবগী মফমদু লৌহৌবদি যাদ্রা?" মসি হাযদুনা যেৎলক্লিবা মীশক অদুদদি তূমা শুদবা হাযবগী লিচীংব্বা অসি মাঙনাযদবনি হাযনা পাউখুম পীবদি যাদ্রে। মবমদি মসিগী মতাংদদি হান্না যানবা লৈখিদ্রি। অদুগা কবিগুম্বা যানবা অসি পুবক্লম্বা থোক্লবা, তূমা শুবনা চঙশীল্লকপদা তূমা শুদবগী লিচীংব্বা অমদি মশী° অহূম অসি মফম থাদোক্তুনা চৎখি হাযবসি পুথোক্তুনা ঙাংনবদা কবিসু লুনা থোক্লম্লোই। অদুনা যেৎনলোন অদুমক্না মৈ যেংথীবা অতৈ অতৈ কয়া অমগী মবমদসু চপ চানা উকন ওইবমগদবনি।

যান্না চুম্মি।

মসিমক শিনাইদবগী মবমদসু হাযবা যাই। শিনাইদবা অসিমক মাঙনাযদবসু ওইববা, থব্বায অসি মাঙনাযদবসু ওইনি, শিনাইদবসু ওইনি। অদুগা মসিমক ওইবমদ্রবদি মহাক্কী মাঙনাযদবা মতৌ অদবু উৎনবা অতোপ্পা খুদম চাংদম অমমুক পীবা তাবনি।

অতৈ অমমুক পীদ্রবসু যাবেদা, মহাক্না হায়বকই, মবমদি শিনাইদবা অসি মুৎনাযদবা[122] অমা ওইনা মাঙবসু যাববদি মাঙনাযদবা অমতসু লৈববোই।

চুম্মি, সোক্রেটিসনা খুম্মকই অদুমকপু ঈশ্বব, পুন্সীগী তঙাযফদ্রবা শাওং, শিনাইদবা হাযবিবশিং অসিদি খক মাঙলবোই হাযবসিদি মী পুন্নমক্না যানবনি হাযনা খল্লী।

মান্নী, পুন্নমক্না যানবগদবা ব্বাফম্নি, মহাক্না হায, মদু চুল্লবনি। থোইদোক হেন্দোকপা ব্বাফম অমনা, ঐনা খঞ্জবসিনা লান্দ্রবদি মীদা নত্তে, ব্বাফমসি লাইমক্না ফাওবা যাগনি।

শিনাইদবা হাযবসি কাযহনবা যাদবা অমনি হাযবদু উববনিনা থব্বাযনা শিনাইদবা ওইববদি, মহাকসু মাঙহনবা যাদবা ওইবোইদ্রা?

তশেংনমক ওইনি।

অদুনদি শিবনা মী অমগী মথক্তা লান্দাবকপদা, মীদুদা য়াওবা শিনাইবা মচাক মখে শিখিবা য়াই। অদুবু মঙোন্দা য়াওবিবা শিনাইদবা অদুদি শিবনা চঙশীল্লকপগা ঈয়োয়ননা তুং হন্দোকখিদুনা, তেক্ত-কায়দনা লৈহৌরিবা নত্ত্রা?

চুম্মি।

মদু ওইববদি সিবিস, মখা তানা অমুক খন্নবীংঙাই ওইদ্রে — থবায় অসি শিনাইদবা অমসুং মাঙনাযদবা ওইবে। ঐখোযগী থবায়শিং অসিসু অতোপ্পা তেংবানবা অমদা তশেংনা লৈরুফম থোকই।

সোক্রেটিস, ঐহাক মপুং ফানা থাজবে, সিবিসনা হায়বকই, য়েৎনীংঙাই কবিসু লৈদ্রে। মরূপ সিম্মিযসকী বাখলদা নত্ত্রগা অতে মরূপশিংগী বাখলদা ওইববসু কবিগুম্বা য়ানিংদবা লৈনবম্বা থোক্লবদি, মদু ফোঙদোক্লহৌবনা হেন্না ফবগনি। তুমীন লৈবিবনু, কবিনা হাযববু হাযহৌনীংবা, তানীংহৌবা লৈনবগদি কনম্বা কুম-থাদা অমুক খন্নবসি চংথনবা যৈথোকপা যাখিদগে হাযবদু ঐহাক তশেংনা খঙজদ্রবনি।

ঐগীদি কবিসু হায়নিংঙাই লৈদ্রে, সিম্মিযসনা খুম্মকই। হায়খ্রিবা পূন্নমক অসিদগী পুক্লীংদা চিংনবা পোক্লবগী মবম অমমুক উদ্রে। অদুবু হৌজিক যাওবা ঐগী পুক্লীংদা লাঙতক্লবা, শোযদ্রবনি হাযনা হেক্তা হাযদোকপা ঙমদ্রবা অমখক হীবম অসিগী পাক চাউবা মতৌ অদুগা মীওইবগী শোঞ্জবা মতৌ অসিগা অনীসিগী মতাংদা খন্থকবদা লেপ্তনা ফাওবি। খল্লুদনবা ফনা হোৎনদুনসু থিংবা ঙম্লব্দ্রি।

চুম্মি সিম্মিযস, সোক্রেটিসনা খুম্মি, মতাং চানা ওস্থোক্লা ফজনা হাযবকখ্রে। মদুদা ঐনা মখা অমুক তানিংলিবনা, অহানবা ওইনা থেংনবা লির্চাংবাশিং অসি শোযদবা মতাগুম উববসু, য়ান্না চেকশীন্না খন্থহৌগদবনি। মদুদগী কবিগুম্বা মখোযদু যাবে, মখা অমুক তানিংঙাই লৈদ্রে হাযনা খনবা চাং ফাওবদা অশেংবা লেপথোক্লগা মতুং তাবকপদদি ঐনা খনবদা মীওইবা ঐখোযগী বাখলনা মসি ওইগনি হায়না খনবা বাখল-ঈবম[১২৩] অদুবু খবা সেল্লপ যেংলগা যেৎনলোনগী তোবৈ ইন্দুনা মখা চৎথবা যাবে। মদুদা থেংনগদৌবিবদু অপনবা যাওদ্রবা, ময়েক শেংলবা ঙাক্ত ওইববদি মখা তানা অমুক থিজিন হুমজীনবগী তঙাযফদবা কবিসু লৈদ্রে।

যাম্না চুন্নবনি।

হে মরূপ পূন্নমক, মহাক্লা হাযবকই, লুবিবদি থবাযনা তশেংনা শিনাইদবা ওইববদি

পুন্নী হায়না কৌবা মতমগী শরুক মচেৎ অসিতগী বাফম নত্তনা হৌথম নাইদবা মতম অসিগী ওইনসু য়েংদুনা ঐখোয়না থবায় অসিগীদমক করি চেকশীনফম থোকপগে হায়বসিনি। অমরোমদা মীৎয়েং অসোমদগী য়েংলগা মহাকপু থৌশাহৌদবা হাযবদুগী খুদোংথীবা অদুদি তশেংনমক অকিবগী মশক ওইবিবনি। শিবতনা পুন্নমক্কী অবোইবা হায়বদু ওইরম্লবদি, ফত্তবা মথৌদি শিবদা তোংজগদৌরিবনি। মবমদি হবাও-হরাও মশাগী হকচাংবু থনম্বতা নত্তনা মশাদা চেন্নবম্বা ফত্তবা পুম্বসু মশাগী থবাযদুগা লোয়ননা হন্দোক্লমগদৌরিবনি। অদুবু হৌজিক্তি থবায অসি শিনাইদবা ওইরে হায়বসি শোযদ্রবনিনা, খ্বাইদগী বাংবা অচুম্বা লীচৎ অমদি লৌশিং অদু ফংদ্রিবা ফাওবদি ফত্তবগী কুবাও-হংলাক্তগী নাম্বোকপা নত্ত্রগা মপোক-খম্বা[১২৪] ফংননবগী মবম লৈতে। খমনুং লৈবাক্তা যাথোকপদা[১২৫] থবাযনা, যোকখৎপা অমসুং লৌশিং মপ্° ফাহনবা থক নত্তনা, অতৈ কবিসু লোযনদে। হাযবিবা অনাসিনা মবম ওইদুনা মফম অদুদা খোঙশানবা হৌবকপা মক্তদা খোঙশাল্লিবা অদুদা যান্না কান্নবা পুবকপা অমা নত্ত্রগা অচৌবা অমাঙবা পুবকপা অমা তৌই হাযনবী।

মবমদি, মযান্না হাযনবী — শিববা তুংদা মী অদুনা হিংলিঙৈদা পুন্নীদা লোযনবম্বা মিবেন[১২৬] অদুনা মহাকপু অশিবা মযান্না পৈকদৌবিবা লমদনফম অমদা পুবি। মফম অদুদগী অমুক মাগী মাগী ব্রাযেন লোইবনা তুংদা তাইবংপানসিদগী ব্রাংমগী তাইবং অদু তম্না যৌনবা চৎপদা লম্বী তাকপীনবা হাযদুনা পীবিনিবা লমজীংবা অদুগী মতুং ইঙ্গদুনা খমনুং লৈবাক তান্না চৎলি॥ মফম অদু যৌবে হাযবগা মখোযগী ফংফম থোকপা ফংজদুনা লৈগদবা মতম শুববা তুংদা, চক কযা হৌগ্রবা তুংদা অতোপ্পা লমজীংবা অমনা অমুক হন্না পুবিবকই। খঙজীনগদবা বাফমদি, ব্রাংমগী তাইবং যৌবা লম্বীসি ইস্কিলসনা ইবা *টেলিফসকী*[১২৭] মতাং অমদা হার্যবিবা, অমখক্তা ঙাযববা চুমদ্রিং চুম্বা লম্বীনি হাযবিবদুদি নত্তে — মদু ওইবা তাববদি লমজীংবা যাওদ্রবসু যাবে, কনাসু লম্বী ঙাওনববোই। অশেংবদি লম্বীসিগী মবক্তা লমখাই কযা লৈবি অমসুং লম্বীসি থেরু-খোযনা চৎলি হাযবসি, মালেমসিদা লৈবিবা লম্বীশিংগী লম্লোং অহুম ফাংবশিংদা খমনুং লৈবাক্কী লাইশিংনা পেনবীনবা হাযদুনা ঈবাৎ, চবান কযা থাদোক্লিবা অসিদগী ঐনা খঙবনি। লৌশিং লৈনা, পবম চুম্না চৎখিবা থরাস অদুদি লম্বীসিদা চুমদ্রিং চংখিনি। মবমদি মহাক্কী অকোযবদা ওইবিবদু মনুং থিৎনা খঙই। অদুবু হকচাং অসিতবু নুংশিবা,

ঐনা হান্না হাযখিবগুম্মদনা, থরায় যাওম্রবা পোলাং অসিগী মথক্তগী পাইথোকপ্রো হাযবা ইয়া যাদবা, মপাম্ভোংগী ম্রিৎকী ওইবা তাইবংসিদা লূপচদুনা লৈম্ননবা থৱায় অদুদি অরাবা কোঙ্গোয় থেংনববা তুং, মাগীদমক্তা ফনা কম্না হোৎনববা তুংদসু নীংথী-নুংঙাইনা, ইবেম্মা চৎসী হায়বা যাদবমখৈ মাগী মিবেন অদুনা নম-হাদুনা, ফোয়দুনা চিংদুনা পুবদা তাবকই। অদুগা অশিবশিংগী লমদনফমদু য়ৌবক্লবদা, মহাক্না হিংলিঙৈদা ফত্তবা মাহাৎ-মাপুনগী থবক্তা চেন্নক্লবা নত্তগা মান্নবা মবালশিং তৌরুবা, মবালগী থবক্তা খুৎ থামিন্নক্ববা মীশক ওইবমদুনা, অমাংবা, শেংদবা থবক তৌবক্লবা থৱায ওইবল্লবদি — মদুগুম্বা থৱায অদুবু উবদা অতৈ থৱাযনা চেষ্টোক্লে। কনামক্তনা মহাক্না লোযনদে। কনামক্তনা মহাক্কী লমজীংবা ওইবিযু যাদে। অকরুবা মতম অমা মপুং ফাদ্রিবা ফাওবা খমথেংনো ফৎখিদ্রবা অতৈ থৱাযশিংগী মবক্তা কোযঙাওনদুনা লৈ। অদুগা অমরোমদা হিংলিঙৈদা লাই নীংজদুনা, মহাক্কী লমজাং মখাদা চৎচখিবা অশেংবা, অচুম্বা চৎপা থৱায খুদাংমক্তা মাগী মাগী মতাক চাববা শঙ্গায অমমম ফংহনবিবগুম মহাক্কী ওইনদি মাগী মতমদু শুববদা মহাক্না চানবা মপোক অমদা নমদুনা পোকহল্লকই।

হৌজিক অমুক যেংউদো, মালেম অসিদা তোঙানবা, খেন্নববা অঙকপনা থল্লবা মফম কযা লৈবি। তশেংনমক মহৌশা অসিগী মও৲ মতৌ অমসুং পাক চাউবদা লম্মিৎলোযশিংনা[১২৮] হায়বগা মান্নদবা কয়া অমা লৈবি হাযবসি মতাংসিদা মমিং পল্লবোইদবা মীশক অমনা হাযবদুগী মতুংইন্না ঐহাক থাজে।

তাকপীবিবা রাফমসিবু কবিনো, সোক্রেটিস ? সিম্মিযসনা হাযবকই। মালেম অসিগী মবমদা তাকপা রাবোল কযা ঐ ইশামক তাজখ্রে। অদুবু হ'যনবিবা মযাম অদুগী মনুংদা নহাক্না কবম্বা থাজবগে হাযবদুদি ঐহাক খঙদে, খঙবসু যান্না খঙনিংই।

সিম্মিযস, সোক্রেটিসনা কৌবদুনা হায, ঐনা গ্লাউকস্‌কুম হৈবল্লবদি শুগাইনা তাহল্লমগদবনি। গ্লাউকসনা হৈবিবা মহৈ অদুমক্না ঐগী রাবাসি চুম্মি লাল্লি হাযবদু হেক্তা উৎপা ঙমগনি হাযবসু চপ চানা ঐহাক খঙদে। মসি ঐ ইশামক্লসু খুদম-চাংদম থক পুথোকপা ঙম্নবোইদবা রাফম্নি। অদুগা অমবোমদা ঙমগনি হাযনা খল্লবসু, সিম্মিযস, যেৎনলোনসিনা লোইদ্রিঙৈদা ইপুন্সী লোইখিবনা হানবা শোযদে হায়বগী অকিবা অমদি পুক্লীংদা ফাওবি। অদুম্নদি ওইবগা ইশাদা ফাওবকপা রাখলগী তুংইন্না মালেম অসিগী মওং অমদি লমদমশিংসিগী মবমদা ঐনা নঙোন্দা কবিগুম্বা খবা হাযবা ফাওবদি যাই।

মদুমক্তা হেন্দোক্লা মতীক চাববনি, সিম্মিযসনা হায।

ফবে, অদুদি হাযবগে, মহাক্লা হায়বকই। মালেম অসি নোংমদোনগী মযাযদা লৈবা মতুম তাবা পোৎশক অমনি হাযবসি ঐনা লেপ্পমক থাজে। মরম অসিদগী মালেম অসিবু লেঙহন্দনা ঙাক্কুনা থম্নবগীদমক অতৈ অতোপ্পা নুংশিৎ নম্ত্রগা অসিগুম্বা পাঙ্গল অমা চংদ্রবসু য়াই। মালেম অসিনা মযায়দা লৈবিবা অসিদগী তাথোক-তাশিন, পৈথোক-পৈশীন তৌহন্দনা লেঙদনা লৈহল্লিবা অসিসু অকোযবদা লৈবিবা নোংমদোনগী মান্ননা লৈবগী ফীবম[১২৯] অমসুং মশামক্কী ফিবেপ চাবননি।[১৩০] মবমদি ফিবেপ চানা লৈবা পোৎশক অমনা চাং মান্ননা শন্দোক্লিবা পোৎশক অমগী মযাযদা লৈববদি, নাকল অমদা নম্ত্রগা অমদা চেপ্প-খোৎপা তৌবোই, ফীবম হোংদনা লৈগনি, হেন্দোক-হেঞ্জিন হাযবা অমমুক লৈবোই। মসিনি ঐগী অহানবা রাখল।

মদুমকসু অচুম্বা অমনি, সিম্মিযসনা হায।

মালেম অসি যান্না পাক-চাউই হাযনসু ঐনা থাজে। অদুগা ফসিস তুবেলদগী হেবাক্লিসকী যুম্বী ফাওবগী মনুংদা শন্দোক্লিবা লমদম অসিদা লৈবিবা ঐখোযসে, ককচেং অমদি হঙোইনা পাৎলমদা লৈবগুম, ঈবেলবুং[১৩১] মযাদা তাবা লমদম মচা অমখক্তা লৈবা কাঙবুনি। ঐখোযগুম্বা কযাসু সীগুম্বা লমদম কযাদা খুন্দা-লৈতানবিবনি। মবমদি মালেমগী লৈমাযসিগী মফম খুদীংমক্তা মওং-মতৌ অমদি পাক-চাউবা খেন্নলনা লৈহো[১৩২] কযা কযা লৈবিবনি। হাযবিবা লৈহোশিং অসিদসু ঈশিং, লৈচিল-নোংফাই অমদি মখা থংবা শকক্তা লৈবা নুংশিৎনা তুংশীন্দুনা লৈবিবনি। অমবোমদা অশেংবা মালেম হাযবদুগী মশাদদি অমকপা যাওদে, অমকপা লৈত্রবা নোংমদোন্দা লৈ — থবান্মিচাকশিং অসিসু মদুদা লৈবিবনি। মসিবুনি নোংমদোন্দি ওইবগা খ্বাইনা তবঙ[১৩৩] হাযনা কৌনবিবদু। ঐখোযনা লৈবিবা মালেম অসিনা ঐনা ঙসায হাযখিবা লৈহোশিং অদুদা তবঙদা লৈবিবা মালেমগী মকুমশিং[১৩৪] অদুনা পৈশিল্লকপদগী শেমখিবনি। অদুমকপু লৈহোশিং অসিদা লৈবিবা ঐখোযনা, ঐখোযসি মালেমগী লৈমাযথক্তা লৈবিবনি হাযনা লান্না লৌনবী। মসিদি ঈবেলবুংগী লৈখাদা লৈবা থরাযপান্‌বা অমনা মহাক অসি ঈশিং ঈমাযদা লৈবিবনি অদুগা ঈবেলবুং অদুমক্লা নুমিৎ, থা, থবান্মিচাকশিংনা থল্লবা নোংমদোন অদুনি হাযনা খনবগুম্বনি। মবমদি মহাক মশাদি শোঞ্জবা অমসুং লেঙম-শাঙমদবনিনা ঈমাযথক্তা অমুক্তসু ফাওগৎচবক্তি। মকোক অমুক্তং থিনগৎচবক্তুনা উবা ফংজদ্রিবা, উবদি লাযবদুনা

উকপে হাযবা অমদগী ফাওবা থক্তা লৈবিবা তাইবংসিনা কযাগী মতীক হেন্না শেংলিবা, ফজবিবা হাযনসু তাকন্দ্রিবা মবম্না মশাগী তাইবংদুগী অশেংবা মশক্তুবু খঙজদবগুম্বনি। মসিমক্তি ঐখোযগী ইফমদা থোক্লিবসিসু। মবমদি ঐখোয়না লৈবিবসি মালেমগী লৈহো অমদনি, অদুবু লৈমাযথক্তা লৈ হায়না লৌনবী। থবাম্মিচাকশিংনা চৎপী লেঙইবা মফম্নি হায়না খন্নবিবা নুংশিংকী লমদম অসিবুনা নোংমদোন হাযনা কৌনবি। অচুম্বা ব্বাফমদি কবিনো হাযবদা, ঐখোযনা শোঞ্জবা অমসুং লেঙম-শাঙমজদবনা মবম ওইদুনা নুংশিংকী ঈমায যৌবা ঙমজদবনি। কবিগুম্বা তাইবং মীওইবনা খ্বাইদগী মপান থংবা লমখৈ অদু ফাওবা য়ৌনা ফাওগৎলুবা ঙম্নবা, নত্ত্রে হায়বগা উচেক্কী মশা পান্দুনা আ মতোন যৌনা পাইখৎলুবা ঙম্নবদি , ঈশিং ঈমাযদগী মকোক থিনগৎতুনা তাইবংপানসিবু শেংনা উবা ফংলবা ঙা অমগুম্না, মহাক অদুনা ব্বাংমদা লৈবিবা তাইবং অদুবুসু উবা ফংগনি। অদুগা মীওইবনা ওইবিবা ফীবম অসিদা মিৎচানববু ঙমজবগদি, অসিগুম্বা অতোপ্পা তাইবং অসিনা অশেংবা নোংমদোন, অশেংবা মঙাল অমদি অশেংবা মালেম অদুনি হাযবসি চুম্মি হাযবক্কনি। অমবোমদা হাযবগদি ঐখোযনা লৈবিবা মালেম, মসিদা লৈবিবা নুংশিং, ঐখোযবু ঈকোয কোযশিল্লিবা লমদম পুম্বসে, ঈবেলবুন্দা লৈবা পোৎ খুদীংমক থুমহীনা মশক-মচু লোকপগুম মশক ওল্লবনি, অতোপ্পা মচু অমা লোকখ্রবনি। মসিদা শীংথানিংঙাই ওইবা মপুং ফাববা শাহৌ অমা ফাওবা য়াওদবে লৈক্ লৈহো, লৈঙোয ঙাক্ত ঙাযহৌববনি, লৈখোমতনা লোইনাইদনা শন্দোকখ্রবনি। অদুগা ঙমখৈদা লৈবিবা ঈপাকসিগী খোঙবান অদুমকসু মালেম অদুগী নীংথীজবা শক্তমশিংদুগা চাংদম্নব্বা যাবা নত্তে। অদুনদি ঐখোযগী তাইবংপান অসিগা অতোপ্পা তাইবং অদুগা অমুক চাংদম্নব্বগী ব্বাখল তৌবন্নীংঙাই মবমদি লৈত্রে। নোংমদোন্দা লৈবিবা অতোপ্পা মালেমদুগী মবমদা, সিম্মিযস, তাশীনবদা নুংঙাইববা কান্নবা বাবী অমা ঐ নঙোন্দা লীগে।

লীবীযু সোক্রেটিস, ঐখোযসু নুংঙাইনা তাজগে সিম্মিযসনা খুম্ম।

মহাক্লা হাযবকই, মব্দপ, ব্বাবীদু সুমদৌবনিঃ অহৌবমক্তদা হাযববদা, মালেমসি থক্তগী যেংথবকপা মতমদা শউন মচেৎ তবানীথোইনা মালেমদা লৈবিবা লাইযেকপশিংনা শীজিন্নবিবা তোঙান তোঙানবা মচুশিং অসিগুম্বা মচুদা তৈদুনা যোম্লবা চাউবাং-লাংবা কাঙদ্রুম অমগুম্মী। অদুবু মফম অদুগীদ মালেম অপম্বসি অসোম্বা মচুগী ওইদে, মচুতনা তিন্নদুনা শেম্র্নি। মবম অদুনা ঐখোযগী মালেমসিদগী লংবসু হেল্লি,

ময়েক শেংবসু হেল্লি। মদুদা য়াওরিবা থামেন মচুদুসু অঙকপা ফংনা লংই, ফুদোঙলবা সনাগী অরংবগুম্বা মচুসু য়াওরি। হায়বিবা মালেমসিগী অঙৌবা মচুদুনা ঐখোয়গী ঙৌবে হায়বা চোক[১৩৫] নম্ব্রগা উন্দগী হেন্না ঙৌই। হায়রিবা খরা অসিদসু নত্তে, অতৈ মচু কয়ামসু লৈবিবনি। পূন্নমকসিনা পুন্নগা মালেম অদুবু শেম্বনি। অদুনা মচুগী মশীং যাম্বসু হেল্লি। মীওইবগী মিৎনা উরকপা পূন্নমক্তগীসু খাইদগী হেন্না নীংথীজে। মফমদুগী ঈশিং, নুংশিৎনা লৈহোশিং (মসিগী মরমদা ঐনা হায়গ্রবদুনি) অদুগী মশাগী মচু অমা থোক্লবগী মরম ওই। অদুনা মচু ময়াম অমগী উমংদুদা মঙাল কাপথোবকপগুম উবা ফংই। মরমশিংসিদগী পূন্নমক অদুনা অমত্তা ওইনা পূনবা, ঈচেল ওইনা চেম্বগী মশক অমা পীদুনা খেন্নবদা মান্নবগী শক্তম পীবি। অদুগা নীংথীজববা লমদমসিদা হৌবিবা উ-বা, হৈবাং-লৈবাং পূন্নমক সিদা ফংবদগীদি শরুক কযা হেন্না নীংথীজগ্রবনি। মফমদুদা চীং কযাসু লৈ। চীংশিংদু ঐখোযগী মালেমসিদা ফংবা ফজবে হাযবিবা এমবল্ড,[১৩৬] সার্দনীক্স, জেসপব অমদি হীবা, মণি, মুক্তানচিংবা তাঙলবা নুংশিংসিদগী হেন্না মচু শেংগ্রবা নুং ঙাক্তনা শেম্বনি। অমরোমদা ঐখোযনা খঙনবিবা সীগুম্বা নুংশিংসিদি মথক্কী নুংশিং অদুগী মকুম মকাযশিংনি হাযবা ফাওবা যাই। মফমদুগী নুং পূন্নমক অদুনা ঐখোযগী মালেমসিদা ফংবা অতাঙবা নুংশিং অসিমক্তনি। মদুগী মথক্তা চঙখোনবা, ফজবসু অমুক্কা হেল্লিবনি। মসিগী মবম হাযববু অতৈ অমা নত্তে — হাযবিবা মফমদুগী পোৎশক পূন্নমক অদুদি মক্তবনি। মালেম অসিগী লৈপাক্তা, নুংদা, শা-ঙা, উপাল-বাপালশিংদা ফত্ত-হৌদি, অপুম-অশা, লাযনা-তীন্না কযা পোকহল্লিবা, ঐখোযবু অফা অপুন্নদুনা থল্লিবা থুমহীগী শকক অসিনা মশক লোকগ্রবা ঐখোযগী সিদা ফংলিবা অতাঙবা নুংশিং সীগুম্বা নত্তে। মখোযদি সনাগী অবংবা, লুপাগী মঙাল, অতৈ পোৎশক কযাগী মশেক্কা লোযননা ঙাল্লিবা মথক্তা লৈবিবা মালেম অদুগী লৈতেংগী লীক কোন মক্তনি, নুমিৎকী মঙাল ওইনা লংলিবা ঙাক্নি। মখোযসিনা চাউথোক চাউনা মবাঙ কাযনা, মফম শীনবা থুংনা শন্দোক্তনা হাযল্লিবা মালেমদুবু ময়েংবগী থম্মোয শুমহৎনিংঙাই মশক ওইহল্লি। মফমদুদা শা-ঙা, মীওইবশিংসু লৈবি। খনা অমনা মযায অহাঙবদা, অদুগা খবনা ঐখোযনা ঈবেলবুং মপান্দা তাবগুম নুংশিৎকা চোর্কান্দা লৈতা-খুন্দাবি। অমুকসু কাঙবু অমনা লৈবাক্লেন[১৩৭] মনাক্তা নুংশিৎনা ঈশিং ঈচেলগী পাঙখক ওই কোর্যশিন্দুনা চেন্নীবা ঈথৎ কযা কযাদা লৈবি। হাযবদি ঐখোযনা ঈশিং অমদি

ঈস্লেলবুং অসিবু শীজিন্নবগুম, মখোযনা নুংশিৎপু শীজিম্নৈ। তরগু অসিনা মখোয়দা ঐখোয়গী নুংশিৎনি। সীদসু নত্তে, মফমদুগী ঋতু খায়বগী মওং-মতৌ হায়রুব্বদি অনা-অযেক লৈতে, পুল্লী নুংশাংবা শক্ক কয়া কয়া হেল্লি। অসুম্না মখোযগী উবা, তাবা, মনম অমদি কয়াংকী পাম্বেনা খঙবা পূম্নমক নুংশিংনা ঈশিংদগী, তবঙনা নুংশিত্তগী শেংবা হেনবগুম মপুং ফাবা য়াম্না হেনখবে। মখোয়গীদি লাইমক্লা তশেংনা পোৎথাবিবা লাইশঙ অমসুং অতৈ অশেংবা মফম কযাসু লৈ। অদুনা হৌকথেংননা খোয়ম লাইবাউ তাবা তত্তনা ফংজে, বাখলগী অমম্বা কযাগী পাউখুম তত্তনা ফংজে। মতম পূম্নমক্তা মপু মাবু কাউজদে। বাবী শাননীংবা মতমদা উনদুনা বাবী শানবা ফংজে। মফম অদুদগী নুমিৎ, থা, থবাম্মিচাকশিং পূম্নমক মখোযগী অশেংবা শকফমদা উবা ফংই। অদুনা মফমদুদা লৈবিবা থবাযশিংদুগী থোইদোকপা কুবিবগী মশক্তম অমদি হাযখ্রিবশিং অসিগী মঙাল মখোয় মশাদসু থবগী মখৈ চেঞ্জবা অসিনি।

মসিনি হায়বিবা মালেম অদুগী মশক, মদুদা লৈবিবা থবায পানবশিংদুগী মওং-মতৌ। মদুগুম্বা লৈকোযবুং[১৩৮] অদুগী মফম শীনবা থুংনা লৈবিবা লৈহোশিং অদুদসু অমুক্কা ঐখোযনা লৈবিবশিংসিদগী হেন্না লুথবা, পাক-চাউবা, খবা অমনা খঙং মওংদা লুবদি হেল্লগা মচীন খুবা, অদুগা খবনা থেনবগী মতীক পাকপা হেনবা তোঙান তোঙানবা লমদম কয়ামুকসু লৈবি। লৈহোশিং অসিগী চিদাইশিংদু অমুক্কসু মহুৎ মহুৎ তৌই। অসুম্না মালেম অদুগী লৈনুংদা লৈহোশিং অদুবু অমগা অমগা শর্মাজিন্নবিবা অপিকপা অচৌবা লম্বী কযা ফাংলি। অসিগুম্বা মফমশিং অসিদা কনখ্রবা জোযাবগী ঈথক্লা তুবেলগী ঈতাফমদা তৌবগুম অকা-অকুম তৌবি। মসিগীসু মথক্তা কংবা লৈত্রবা পাক্লবা লৈনুং তুবেলশিং চেল্লী, অইংবা অশাবা ঈফুৎ কযা থোক্লি, খাম্বী মৈজাও ছৌবী অমসুং পাক্লবা মৈগী তুবেল চেল্লী। অবাঙবা অনঙবা লৈখোমতগী ঈচেলশিং (সিসীলীদা লৈখোমগী তুবেল চেল্লীবা অমসুং মদুগী মতুং ইন্নদুনা মৈহীনা[১৩৯] ঈবম ওইনা তকথবিবা অদুগুম্বগী মওংদা) চেল্লী, অদুগা মদুনা অমকসু মনাক নকপা লমদম্মশিংদা হাঞ্জীল্লি। পুন্নমক অসিবু অমুক কাহন অমুক হুন্থহন তৌহল্লিবা থৌবীবান্দোংগুম্বা অমা মালেম অদুগী মনুংদা লুনা লৈ। অসুম্না লেঙ-ওংপগী মবমদিঃ- মথক্তা পনখিবা ঈচেল, তুবেল পুম্নমকসিদগী থোইনা হেন্না চাউব্রবা অচৌবা খোং, খোংলেন[১৪০] অমখক্লা মালেমসিগী নাকল অমদগী নাকল অমা ফাওবা ফাওদোক্নুনা চেল্লি। খোংলেন সীবুনি

হোমরনা শীংথাখিবদু —

## আ অথাপ্পদা, খ্বাইদগী লুবা অরুবা মালেমগীদি লৈখাদা

মসিবু মহাক্লসু করি করিগুম্বদা, অদুগা অতৈ অশৈবশিংনসু টার্টরস হায়না কৌনরম্মী। থোক্লিবা অকা-অকুমগী থবকসি খোংলেনসিদা অমুক চেনশীন অমুক চেষ্টোক তৌরিবা ঈচেলশিংদুনা থোকহনবনি। ঈচেলশিং অসিগী মশক-মওংসু মখোয়না ফাওদুনা চেল্লক্লিবা লৈবাক্কী মখলশিংদুনা লেপ্পী। ঈচেলশিংসিনা লেপ্পুনা চেষ্টোক-চেনশীন তৌবগী মরমদি ঈশিংগী ওইবা পোৎলমসিগী ওইনা তাফম নত্ত্রগা নীংখৈ[১৪১] হায়বা অমমুক লৈতবদগীনি। অদুনা ঈশিংগী ওইবা পোৎলম অদু মতম চুপ্পদা অমুক হায়গৎ অমুক হায়থ তৌদুনা লৈ। অদুগা অকোয়বগী নুংশিৎ,[১৪২] নোংহুম[১৪৩] পুন্নমকসু মতৌ অসুন্না তৌরি। নুংশিৎনা মালেম অদু শীনবা থুংনা, নিংশা হোনবদা নুংশিৎপু থনূংদা হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌবগুম, ঈশিংগী ওইবা পোৎলম অদুনা কাবা কুম্বা, ফৈন্না য়ুংনা অমরোমদগী অমবোমদা চেষ্টোক চেনশীন তৌবা পুন্নমক্তা মতুং কোয়িন ইন্নবি। অসুন্না নোংহুম্নসু ঈশিংগী ওইবা পোৎলমদুগী খোঙলোয ওইদুনা কোয়চেন চেনবদা অকিবা ফংলবা, নাপ্প শেন্দানবা ঙমদ্রবা হৌববা পোকখায়বগুম্বা থনুং ফুক্রবা মখোল তাহল্লী। ঈশিং পোৎলমগী ঈমায়দুনা মালেমদুগী কুৎথবা শরুক হায়না কৌনবা মফমদুদা জব জব হেক হুহ্থিবা মতমদা মফম অদুদা পুল্লপ্পা তারুই অদুগা, উতোংদা ঈশিং চিংখৎলকপগুন্না লমদম অদু থুমজীল্লি। মথংদা মফমদুদগী থনগৎলক্তুনা সোম মায়কৈদা অমুক চেষ্টোরক্লগা মফমসিগী লৈহো ময়ামসি অমুক খ্বাই পানা থুমজীল্লি। মদুদগী লৈনুং-খোং কয়াদা চেষ্টোকখিদুনা লম্বীদা ঈরেলবুং, পাৎ, তুবেল অমদি ঈফুৎ কয়া শেম্নম্লে হায়বগা তাগদবা মফম মফমদা অমুক তারুই। মদুদগী অমুক ঈহেন চেষ্টোরকপদুনা লমদম কযা ফাওদুনা কোইনা-শাংনা চেল্লুবয়াও, লৈবাক অমনীখক ফাওরগা থোইনা পংশাং শাংদনা চেল্লুবযাও তৌরগা মালেমদুগী মথক্তা অমুক চেনশীল্লকই। মতমসিদনি মখোয়না টার্টরসতা অমুক হুন্না তারক্লিবসি— মদুসু খরা অমনা মখোয়গী হৌরকফম অদুবাইদগী য়াম্না চৎথনা তারৈ, খরনা থোইনা পঙলাপ লাপ্তুনা তাই। তৌবদবু তারবিবা খুদীংমক মাগী মাগী হৌরকফমদগীদি খরা খরা হাইদোক হাইজিন তৌরগা তারবমক্তনি। মফমসিদগী অমুক

খরা অমনা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈ অমবোমদা চেঙ্খোকখিবা য়াওই। খবনা হান্নগী মায়কৈদা হন্দুনা অসুম চেল্লকই। অমুকসু অতে খবা অমদি মালেম অদুবু কোয়না শীনবা থুংনা চুমদ্রিং চেনবা য়াও, শীনগুম্না তুথুপ নাইনা চেনবা য়াও চেল্লী। পুন্নমক অসিনা চেনগদবা মখৈ চেল্লুবে হায়বগা, কুৎথবা শকক অদুদসু কুম্বা যাবমখৈ কুমথরুবগা অমুক হল্লক্তুনা খোংলেন অদুদা তাববদি মশোয়দ্রে। মাযকৈ ফাংনা চেন্নবিবা তুবেলশিং অসে চেঙ্বা তাববসু মালেমসিগী ময়ায থংবা শকক অদুদগী খক হেঙ্বা ঙমদে। কবিগীনো হাযবদা তুবেলশিং অসিনা মফমদু যৌবকপদা থৎতুনা থম্বা চীংজাও অমখক লৈবি।

অসুম্না, হাযবিবা তুবেলশিংসি মশীং ওঙ্খোক্লা য়ামগ্রে। পাক-চাউখ্রবা, শকওং কযা পুববা মক্তনি। অদুবু মযামসিগী মবক্তগী মকোক থোংবা মবিখক লৈবি। মদুগী মবক্তগীসু খ্বাইদগী চাউবা, খ্বাইগী মতাই পংবা তুবেল অদুনা ওসিযনস কৌই। মসি মালেমদু শীনবা থুংনা কোযনা চেল্লীবনি। মসিগী ঈচেলসিগী ওন্ন-তৈনবা মাযকৈদা অকিবোন হাযনা কৌবা তুবেলদু চেল্লী। মসিনা লৈকঙলাগী লমদমশিংগী মখাদা মালেমসিগী লৈনুংদা চেল্লে হাযবগা অকিবসিযা কৌবা পাং অদুদা তাকুবিবনি। হাযবিবা পাৎসিগী খোঙবান্দা শিগ্রবশিংগী থরাযনা থুংলুবে হাযবগা মাগী মাগী তম্মকপা মতুংইন্না কুইনা ঙাইবা যাও, তেন্না ঙাইবা যাও তৌনবে হাযবগা মাগী মাগী মতমদু লেপ্লবা তুংদা শাগী মপোক্তা অমুক পোকলুনবা থাবকপা ঙাইগদৌবিবনি। অহুমশুবা তুবেল অমা অনীসিগী মবক্তা চেল্লী। মসিনা পাক চাউখ্রবা চাক্লিবা মৈগী লমদম অমদা তাকুদুনা ভুমধ্যসাগরদগী হেন্না পাক-চাউবা, ঈশিং অমসুং লৈখোম্না ব্রুংব্রুং শৌবিবা পাৎচাও অমা শেম্মী। মফমদুদগী অমুক লৈখোম লৈনাঙগা লোযননা চেঙ্খোবক্লগা মালেমদুগী অকোয়বদা থেক্লা খোযনা চেল্লুবগা, অকিবসিযা পাৎকী মতোন চিদাই ফাওবা নক্লা চেনশীল্লকই। অদুবু পাৎতুদা হেকমক তাকবদি তৌদে— মালেমসিগী কাচিন-কোযা থুংনা অমুক হাইদোবক্তুনা চেল্লল্লে হাযবগা টার্টবসতা খবগা হেন্না লুথবা মফম অমদা ঈতিল্লাই। মসিনি পিবিফ্লেগথোন হাযনা খঙনবা, মালেমগী লৈমায ফাওদোক্তুনা মফম কযাদা মৈগী পেবে কামথোবক্লিবা ঈচেলদু। মবিশুবা তুবেলদুনা মসিগী অমুক ওন্ন-তৈনবা মাযকৈদা চেঙ্খিদুনা অহানবদা, পাক-চাউখ্রবা মীবা-শনম তাদ্রবা, তমথীবগী মশক ওইববা, লেপিস লজুলিগী[১৪৪] মচুগুম মুনা অবংবা হীগোক শঙলবা লমদম অমদা তাকুই। মসিনি ষ্টিগিযা তুবেল হাযনবিবদু। অদুগা তুবেলসিনা তাকুগদবা মফম্না ষ্টিক্স কৌবা পাৎ

অদুদনি—তশেংবদি পাৎ অসি তুরেলসিংগী ঈশিংনসু শেম্বনি। পাৎসিদা ঈতিল্লুববা তুংদা ঈশিংদুদগী অঙকপগী মশক ওইববা মতীক[১৪৫] ফংলক্তুনা হান্না চেল্লকপা মাযকৈ অদুদগী অমুক ওন্ন-তৈনবা মাযকৈ অমরোমদা লৈনুংদা থেক্লা-খোয়না চেম্মোবক্লে হায়রগা অকিবসিযা পাৎকী মনাক্তা পিবিক্লেংগথোনগীদি ওন্ন-তৈনবা মাযকৈদগী ফাওগৎলকই। তুবেলসিংগী ঈশিং ঈচেলসিসু অতৈ অতোপ্পা অমগা তিন্নকদে। কোয়না, শীনবা থুংনা চেনবমখৈ চেল্লুবগা পিবিক্লেংগথোমগীদি মথক লাম্দুনা ৱাংমদা টার্টবসতা তাবে। তুরেলসিংগী মমিংদি অশৈবশিংনা কোকিটস হাযনা শৈথানৈ।

অতোপ্পা তাইবং হাযবিবদুগী মওং-মতৌনি মসিনা। অদুগা মাগী মাগী মিবেন্না চিংদুনা চান-চানবা মফমশিংদা শিববশিংনা থুংলববদা অহানবমক্তদা, মী অদুনা হিংলিঙৈদা অশেংবা, অফবা পুন্সী লেল্লকপা লেল্লক্তবগী মতুংইন্না মখোযগী মথক্তা ৱাযেন তৌই। অফবা পুন্সী লেল্লকপসু নত্তবা, ফত্তবা তশেংনা ওইববা হাযবসু ওইবক্তবা কাঙবু অদুনা অকিবোন তুবেলগী তোর্ব্বান তান্না চৎতুনা অফংবা ৱাকযৈ তোংদুনা পাৎ অদু যৌনবা চৎলি। অদুগা মখোযনা তৌবকপা ফত্তবা থবক মখৈ শেংদোকপা লোইদ্রি ফাওবা মফমদুদা লৈ। মথংদা মখোযনা অতোপ্পগী মফমদা চৎখিবা অবানবা থবকশিংদুগী চৈবাক নংদুনা মতোন লোন্নবা, মশাগী মবান পূমকোক কোকচববা তুংদা মানা মানা তৌজবকখিবা অফবা থবকশিংগী মহৈ অমুক চাবা হৌই। অদুবু মী অদুনা তৌবকখিবা মবালশিংদু যেংলুবগা কোকপা যাববোইদবশিং — হাযবদি লাইশঙ থুগাইবা, তমথীনা শাউগৎতুনা মীহাৎ-মীপুন তৌবকপা হাযবনচিংবা কয়া কযানা মশাদু যোমদুনা লাক্লবশিং অর্দুদি মখোযগী মতীক চাববা লৈফম টার্টবসতা লৈকবো হায়দুনা হুদ্রখি। মফমদুদগী অমুক হন্না থোবকপগী ৱাফম লৈত্রে। অমবোমদা খবা মখৈ চাউজববসু মবাল কোকপীবা শুকযামক যাদ্রবদি নত্তবা— হাযবদি ঙাইহাক্কী ৱাখল ফাথবা ঙমহৌদবদগী হাযবসি, মমা মপাদা লঙজক্লবা, অদুবু মবালদু খঙজবক্তুনা মপুন্সী চুপ্পা নীংঙমদনা লেল্লক্লবা নত্রগা অমমুক হায়রবদা, সীগুম্বা ফীবমদা মীগী মথ্বায লৌকববা অমসুং মদুগীদমক্তা নীংঙমদনা লেল্লক্লবা — হাযবিবা কাঙবুশিং অসিবুদি টার্টবসতা লংথববুদি লংথৈ হাযববু মখোযনা মদুগী চৈনাখোল খাঙগদৌবির্বাস কুমজা অমতনি। মদু হেক লোইবগা ঈথকশিংনা মখোযবু পুখৎলক্তুনা লংখৎপিবম্মী — অতৈ অতোপ্পা মীশক হাৎলুবা মখৈনা কোকিটসকী ঈচেলনা অদুগা, মাহাৎপা[১৪৬] পাহাৎপা[১৪৭] মখৈনা

পিরিফ্রেগথোনগী ঈচেলনা পুরককদৌবিবনি। মথংদা মখোয়শিংসি অকিরসিয়া পাং য়ৌনবা অমুক পুখিনি। মফমদু য়ৌরবদা খোঞ্জেল বানো থাঙ্গৎতুনা মখোয মখোয়না হাৎখিবা নত্ত্রগা লঙজখিবা মীওইশিং অদুগী মফমদা মখোয়বু নুংশিবিয়ু, থৌজানবিয়ু হায়জবগা লোয়ননা পাং অদুদা ফাওগৎহন্নবিয়ু হায়জগনি। মখোয়না হায়জবদু তাবীবগনা পাংতুদগী থোরকপা শুমজদুনা অবাবা কোকই। কবিগুম্বা মখোয়বু শুাকপীদ্রবদি টার্টরসতা অমুক হন্না পুথখি। অদুদগী হান্নগী অদুম্না ঈচেলশিংদুনা মখোয়বু অমুক পুখৎলককনি। থৌদৌ অসি মখোয়না লানখিবশিংদুনা মখোয়বু হেক শুাকপীরদ্রি ফাওবা অসুম চৎথগনি। মরমদি মখোয়গী ব্বাযেনমপুশিংনা মখোযদা পীনবা তাখিবা চৈবাক অদু মসিনি। থোইদোক হেন্দোক্না অশেংবা পুন্সী লেনবগীদমক মমিং লৈত্রবা, শীংথানখ্রবশিং অদুদি ঐখোয়গী মালেমসিগী ওইবা কৈশুমশঙসিদগী থাদোকপিবদুনা থক্তা লৈবিবা মখোযগীদমক্তা শেম্বীখ্রবা মক্তবা শঙ্গায়শিংদুদা থুংজদুনা, অশেংবা মালেম অদুদা লৈবা ফংজৈ। অদুগা হায়বিবশিং অসিদা, ব্বাংউবোলগী ঈপাক্তা লুপতুনা মক্তবা মঙাল পুদুনা লাক্রবশিং অদুতনা হকচাং হায়বা অমমুক লৈতনা, নীংথীজববা শঙ্গায়শিংদা লৈবির্বনি। লৈফর্মাশিং অদুবু অমুক থোইনা শন্দোক্না তাকলুবগী কান্নবসু লৈত্রে, মতমসু লৈত্রে।

অদুনদি সিম্মিয়স, পুন্নমকসি খঙ-উববদা হৌজিক ঐখোযনা হিংজবিবা পুন্সী অসিগী চেঙজেলনা লোইদ্রিঙৈদা অচুম্বা লীচৎ অমদি লৌশিং হাযবসি ইবল ওইজনবা ঐখোযনা করিগীদমক্তা হোৎনবা য়াবা হোৎনবোই? চাউখ্রবা মনানি, লেঙদ্রবা পম্বুংনি।

থবায়না হয়েং লৈকদৌবিবা শঙ্গাযদুগী মবমদা ঐহাক্না শীংথাদুনা হার্যখিবশিংদু ব্বাখল খনবা মীওই অমতনা মদুমক্লি, চুম্মি হায়ফমদি থোক্তবনি। ঐ ইশামকসু মপূং ফানা করিসু থাজবা নত্তে। অদুবু ঐনা হাযজবিবনা থবাযদি শিনাইদবর্নি হাযবসি উৎলবনিনা, হায়খ্রিবা অদুগুম্বা মওংদা কবিগুম্বা অমা নত্ত্রগা খরদি লৈফম থোকই হায়বসিমদি মীদুনা খম্বুবিবা য়াই হায়বসিনি। মদু মথোঙ হক্তবা, যুম্ফ ম যাওদবা ব্বাফম ওইবোই। খম্বুবগী থবক অদুমকসু অরায়বা থবক নত্তে, মতীক লৈত্রবা থৌনি। মহাক্সু মশাবু মতৌ অসুম্না থেমজিঞ্জবা য়াই — অদুননি ঐনা ব্বারীসি খরা শাংদোকহন্নিবা। মবমসি লৈবদগীনি, হকচাংগী অপাম্বা, লৈতেং পুন্নমক কান্নদবনি খন্না লংশেকপ্লে হায়রগা হকচাংদুগী ওইনবুদি পামজবদু পীবিবগী মহুত্তা অমাঙবা ওইনা থোক্লবসু, লৌশিংদগী ফংগদবা অপেনবা অদুতবু থিদুনা পুন্সী লেঙ্গখ্রবা মীওই অদুগীদমক্তদি মাগী

থবায়গী মরমদা করিসু য়াবা পোকল্লুরনু, হয়াউ-তয়াম্না লৈথোকউ হায়দুনা ঐনা হায়জরিবসি। থবায়বু অতোপ্পা ফিজেৎ-লৈতেং থোনবিবগী মহুত্তা হেক মশামক্কী লৈতেংগী লীক্লোনশিং — কা-হেন্দবা, অচুম্বা তৌবা, থৌনা লৈবা, পুকচেল চাউথোকপা অমদি অচুম্ববু ইনবা হায়রিবশিং অসিনা লৈতেংলদুনা মাগী মতমদু য়ৌরক্লবদা খম্মনুং লৈবাক্তুদা চৎখিদৌরিশ্বনি। সিম্মিয়স, সিবিস, নখোয়সু মী অতৈ খ্বাই খিবিকসু অহান অকোন নাইনা লোয়না চৎনখিদৌবা মক্তনি। অবা পোলোই-ইবা কনাগুম্বা শৈশকপনা হায়খিবগুম ঐগীদি নোংদম্বগী মপাউ য়ৌরক্রে। ঐদি পন্দনা হু থক্লনি। অদুনা ঐনা শিরবা তুংদা হকচাংসি ইরু-ফান্দেংবদা নুপী-অঙাংশিংদা অবাবা পীদনবা ঐ হান্না অমুক্তং ইরুজথোকহৌবনা ফনি হায়না খল্লী।

মহাক্না ঙাংবা লেপ্লবদা ক্রিটোনা হায়বকই, সোক্রেটিস, ঐখোয়দা শিন্নরমগদবা য়াফম করি কবি লৈবগে হায়বিরম্মু— নচাশিংগী মবমদা শিন্ননীংবা লৈবরা? ঐখোয়না মতেং ওইবা য়াবা করি লৈবগে?

কৈসু থোইদোকপা লৈতে, ক্রিটো, মহাক্না পাউখুম পীবকই। শিন্নবা তারবসু ঐহাক্না হান্নদগী হৌনা হায়দুনতা অসুম লাক্লবা য়াফমদুনি — নশা নশাগী চেকশীন থৌরাং তৌ। নহাক্না ঐগীদমক্তা ঐহাক্কী ওইনা অমদি ঐখোয় পুন্নমক্কী ওইনা পাঙথোকপিবা যাবা থবক হায়ববু অসিখক মঙায়রে। তৌবা তৌদবা হায়বদুনা অতোপ্পা য়াফম্নি। অদুবু নশাগীনি হায়বা করিগুম্বা অমতসু খম্বদ্রবা, হৌজিক্তা ঐনা নঙোন্দা অহানবা ওইনা হাযবমকসু নত্ত্রবা ঐহাক্না তাক্লম্বা লম্বীদুদা চৎকে হায়বসি নপুক্লীংদা শেংনা লেপত্রবদি, হৌজিক হৌজিক নহাক্লনে ফনা য়াম্না হায়দুনসু, য়াশক-য়াতেম ফনা তৌদুনসু পুন্নমক অবেম্বনি।

ঙম্বমখৈ হোৎনজগে, ক্রিটোনা হায়, নহাক্কী হকচাংবু লৈরোন চনবগী মওংদি করম্না তৌজরকউ হায়বগে?

নহাক্না কৈ হায়না খনবা মওং অদুমক হেক্তা তৌরকউ। তৌবদবু নহাক্না ঐবু চেৎনা ফাদবদি য়ারোইকো। ঐসে নাম্বোক্তুনা নঙোন্দগী চেনখিদনবা কন্না হোৎনরক্কদবনি। মসি হায়রগা ঐখোয় ময়ামদা অমুক ওনসীল্লক্তুনা নোকফেৎ তৌরগা হাযবকই, ঐসে ঙসায়দগী য়া ঙাংলক্লিবা, য়েৎনলোনশিবু পান্নরক্লিবা সোক্রেটিস অদুনি হায়বসি ঐনা ক্রিটোদা থাজহনবা ঙম্লমদ্রে। মহাক্না ঐসিবু ইকুই কুইদনা অশিবা হকচাং ওইনা উরগদবা

সোক্রেটিস অদু ওইনা খক্ত খল্লমাল্লে। অদুনা মহাক্লা হংলি— নহাকপু কবম্বা মওংদা ফুম্মু হাযবগে? হু থক্ৰবা মতুংদা ঐসে নখোয় ময়াম্বু থাদোক্লমদুনা লাইবক ফবশিংগী শীংদা চন্দুনা নুংঙাইবা ফংলুনি হাযবসি উৎনবগীদমক্তা বাহে কযা কযা ঙাংগ্রবসু, ঐনা খঞ্জবদা ইশাবু অমসুং নখোয়বুসু থেমজিন্নবা হোৎনজখিবা বাহেশিংদুগী মমিদি ঐখোয়গী ক্রিটোদা কবিমওা তাবমদ্রে। অদুনা বাযেনগী মতমদা মহাক্লা ঐগী জামীন লৌবীখিবা অদুগুম, হৌজিক নখোযনা ক্রিটোগী মফমদা ঐগী জামীন অমুক্তা ওইবিযু। অদুবু জামীন যাবগী শক্কদবা বাশক্তুমদি খেন্নগদৌবি। মরমদি বাযেনমপুশিংদা ঐসি চেল্লোই হাযনা মতমদুদা মহাক্লা বাশকখিবনিদো। অদুগা হৌজিক্লা নখোযনা ঐহাক অমুক মখা তানা লৈববোই, শোযদনা খোঙশাল্লনি, চৎগ্রগদবনি হাযদুনা মঙোন্দা অমুক্তা বাশকপিযু। মদুম তৌববদি ঐনা শিখিবদা মহাক থোইনা বাববোই। ঐগী হকচাংসে ফুমগেবা মৈদা থাদোক্কেবা তৌনিংবা তৌখিবা উকম্বগা মহাক্লা থোইদোক্লা বাবীববোই। ঐসি ইবাযবক থীবা মীনি হাযদুনকা মহাক্লা বাবীবদু ঐ পামজদে। অদুগা হকচাংগী মথৌ-মঙম তৌবা মতমদা, অসুন্না থিন্দোক্লগেকো সোক্রেটিস, মোংফম যৌনবা চৎলশি, লৈবাক্তা তিনখবো, ফুমজবগে হায়বা-খোৎপা তৌবিবকপসু পামজদে। মবমদি শেংদবা বাহে হাযবসে বাহেদু ঙাক্তনা ফত্তবা নত্তে। মদুনা থৱাযগী মফমদসু ফত্তবগী শরুক হাপচৌল্লিবনি। অদুনা নুংশিজববা ক্রিটো, নুংঙাইনদুম লৈথোকউ। নহাক্লা হাযবাবক্কদবদি ঐগী হকচাংসি ফুম্নবনি হায়বদুনা লোইরে। মযামগী হৌনবীদু অদুম তৌবিবকউ। নহাক্লা খ্বাইদগী ফৈ হাযনা খনবদুসু অসুম পাঙথোকপিবকউ।

বাহেশিংসি হাযরম্নগা মহাক হৌগত্তুনা কা অমদা ইকজবা চঙখ্রে। ক্রিটোনা মাগী মতুং ইন্নখি, ঐখোযবুনা অসুম লৈবম্নবা হাযবম্মী। অদুনা ঐখোযসু বাবী শানখিবা বাফমদুগী মতাংদা বাহে অম'নী হাযনদুনা অমদি ঐখোযগী হাযফম খঙদ্রবা অৱাবগী মতাংদা বাখল তৌনদুনা অসুম লৈবে। মহাক্লা থুপখিবা হাযবদি ঐখোযগীদি অপোকপা ইপা কাযনবনি। লেমহৌবিবা পুঙ্গীসে পু-পাং শুদ্রবা মচা ওইহৌদৌবিবনি। মহাক্লা ইরুজবা লোইদুনা থোবক্রবদা মচাশিংগা উনহল্লে (মাগী মচানিপা অহুম পোকই, অনী অমদি নৌবি, অমদি ফনা চাউরে)। মাগী ইমুংগী অমদি শাগৈ-নাৈতেগী নুপী কাঙবুমখৈসু উনবা লাকই। মহাক্লা মখোয়দা ক্রিটোগী মমাঙদা হাযনীংবা বাফম খবা হায়রম্মী, শিন্নবা যাবা খবসু শিন্নবম্মী। অদুদগীদি মখোয়বু চৎলহনগ্রগা ঐখোযগী নাক্তা অমুক চঙঙকই।

নুমিৎসু তারক্তদৌরে। ঐখোয়না ফন্নকপদু ফনা কুইরবনি। ইরুজথোক্রগা থোরকপা মতমদা ঐখোয়গা পুম্না অমুক ফম্নরেদি হায়ববু ৱাদি থোইনা ঙাংনদরে। ইকান কান্নদনা তরামাথোইগী থৌশীমী[১৪৮] ওইরিবা কৈশুমশঙ লাকপা অদু চঙলক্তুনা মনাক্তা লেপ্লগা হায়রকই, সোক্রেটিস, নহাক্তি মফমসিদা লাকখিবা মীওই পুম্নমক্কী মনুংদা খ্বাইদগী পুকচেল চাউবা, ইং-তপ্পা অমদি অফবা মীশক্তি হায়বসি ঐনা মুম্না খঙজে। অদুনা ইথক্তা লৈরিবা অঙম-অথৌগী[১৪৯] থৌদা অহকপা ইঙ্গদুনা হু থক্লবা পীরুবা মতমদা ঐবু শাউদুনা চৈ-থাংবা কয়া অতৈনা তৌনবদু নহাক্লা তৌরক্তনি হায়বসিমদি ঐহাক শুকখন খঙ্গদ্রে। তশেংনা হায়রবদা নহাক্লা ঐবু থক শাউরল্লোই হায়না ঐনা লৌজে। মরমদি নহাক্লা খঙবিরিবা অদুনি, তাইনফম থোকপদি ঐহাক নত্তে, মখোয়দনি। তেক্ত-কায়দনা য়ৌবিখরো। অদুগা ওইদৌবা লৈরবসিগী মতাংদা ৱাখল পোৎলুম অমুক পুদনবা হোৎনবিয়ু। ঐদি চুম্নতগী পাখোল্লোয়নি। ঐঙোন্দা শিন্নরকপা থৌদাদি নহাক্লা হেন্না খঙবিরিবদুনি। মসি হায়রগা মমিত্তগী মপি অতৎ-অখম লৈতনা শীম্বদুনা লৈথোক্রগা মপান্দা অমুক থোকখি।

সোক্রেটিসনা মাবু য়েংলদুনা হায়হৌই, ঐগী মরমদা শনবীবা অদুগীদমক থাগৎচবী। নহাক্লা হায়বদুতা তৌজগে। অদুগা ঐখোয়দা অমুক ওনশীল্লক্তুনা হায়রকই কয়াদা নুংশিখ্রবা মীনো। ঐনা কৈশুমশঙসিদা হেক লৈরকঙৈদগী মহাকসি ইনাক্ত তক্তনা লাকই। মরক-মরক্তা ৱারী ৱাতাই শাম্নমিন্নদুনা মতম লেনবসু য়াওই। পীশুম শুকপা মতাং অমুক্তফাও য়াওখিদ্রি। খরদংদা ওইরবসু ঙমজবা মওংদা ঐগী খরা নুংঙাইনবা য়েংশিন্দুনতা লাক্রবনি মহাকসে। হৌজিকসু য়েংউ, ঐগীদমক্তা মহাক্লা কয়াদা থম্মোয় শোক্লা ৱাবীরিবা। মানা হায়বদু ঐখোয় ইনবা তাবনি, ক্রিটো। অদুনা শেম্বা লোইরবদি হুগী তেঙ্গোৎ অদু পুরক্লো খরা হাযখো। শেমদ্রিবা ওইরগনা শেমগদৌরিবা হু পান্নবা নিপা অদুদা শেম্নবা খঙহল্লরো।

ক্রিটোনা হায়জরকই, নুমিৎনা চীংয়া থাংবদা মঙায়রি। কনা-কনাগুম্বদি পাউসি ফংলবা মতুংদা চানীং-থক্লীংবা কয়া চাদুনা, নুংশিজবা মীওইগা লৈমিন্নবগী মতম ফাওবা লৌরগা থেঙঙে মখৈ হুসিবু থক্লবা য়াওরিবনি। অদুনা নংহৌররোইদবা মতাগুম খনবীগনু — মতম য়াম্না লৈরি।

সোক্রেটিসনা হায়, চুম্মি ক্রিটো, নহাক্লা হায়রিবা মীওইশিং অদুগী ওইনদি মখোয়না

তৌরিবদো য়াই। করিনা হায়ববু মতম ঙাইহাক য়েথোকপদুনা মখোয়দা তোংজরবনি হায়না মীশিংদুনা লৌরি। অদুবু ঐগী ওইনদি মখোয়গী মতৌ তমদবসিংসু চুম্মি হায়না খল্লে। মরমদি ঙাইহাক থীজ্জরগা হৃদু থকপনা ঐঙোন্দা হেন্না তোংজবা লৈনি হায়বা ঐ খল্লে। হায়না মথপ্রবা পুলীসিংবু ঙাইহাক কনখৎতুনা অমদি নাথেদুনা থম্বা তারবদি ইশা ইত্তোমতনা ফাওবা খল্লুবদা নোক্লীংলগনি। ঐনা হায়জরিবা অসি খরা তৌবিয়ু। ঐবু য়াদবা তৌবিরনু।

মতাংসিদা মনাক অদুবাইদা লেপ্লম্বা থৌশীমী অমদা ক্রিটোনা খঙনবী অমা তৌখি। পল্লমদনা নিপাদু থোকখিদুনা ঙাইহাক কান্নরগা কৈশুমশঙ লাকপদুনা হু তেঙ্গোৎ অমা পায়রগা লাকমিম্নরে। সোক্রেটিসনা হায়, পুকফবা মরূপ, নহাক্তি মসিগী মতাংদা মুম্না খঙলবনিনা ঐনা করি তৌগদবনো হায়বদু খরা তাকপীয়ু। নিপাদুনা খুম্মি, খোঙ থাংবা থোরক্তবা মতম অদু ফাওবা খরা অসুম চৎপীয়ু। অদুদগীদি হিপথদুনা ঙাইহাক লৈবদা হৃদুগী ময়াই পান্বা হৌরকনি। বাহৈশিংসি হায়না হায়না মহাক্না তেঙ্গোৎতু সোক্রেটিসতা লানশিল্লি। খ্বাইদগী ইঙবা-তপ্পা মওংদা, অকিবা-তুজুংবা তনিকপা বাখল মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদনা, কুচু করিমত্তা লাংশিন্দনা, মায়থোং খজিক্ত ফাওবা হোংদনা. তাবীয়ু ইচিক্রেটিস, মাগী মহৌশাগী ফীবমদুদা অসুম লৌরগা সোক্রেটিসনা হায়রকই, তেঙ্গোৎসিদা য়াওরিবসিদগী ঈশ্বর অমগী মফমদা খরদং কৎচগে হায়ববু করি হায়বগে? কৎপা য়াব্রা য়াদব্রা? নিপাদুনা খুম্মি, সোক্রেটিস, ঐখোয়না থৌরাং তৌজবদি তঙায়ফদনা চঙগনি হায়বা অদুখক্তনি। মদুদা মহাক্না হায়রকই, ঐ খঙজরে। খাইদোক্লীংঙাই য়াওম্রবমকসু ঐনা মফমসিদগী মফম অমদুদা চৎপদা খুরৌ-পল্লৌবা থোকহনবিদনবা লাইশিংগী মফমদা খুরুমজবদি য়াই। অদুনা খুরুমজরী — ঐনা হায়জবসি তাবীবা ওইরসনু। অদুদগীদি তেঙ্গোৎতু থাঙ্গৎতুনা নীংজিংনবা লৈত্তনা, হরাও হরাও হৃদু লোয়না থক্তোকখি। মদুগী মমাঙ ফাওবদি ঐখোয় থম্মোয় চেৎনম্না ফাজীন্দুনা লাকপনি। অদুবু তশেংনা থকপা উরবা, শিং নাম্না থকখ্রে হায়বসু খঙলক্লবা তাঙ্গা অসিদদি থম্মোয় অমুক ফাথনবা ঙমখিদ্রে। ইমিত্তগী পি থিংবা য়াদনা চেম্বরকখি। অদুনা খুবাং অনীনা মায় খুমজিন্দুনা কপখি। মাগী খনবদা বাদুনা কপখিবা নত্তে। মহাক্কুম্বা মরূপ অমগা কায়নরগা ঐখোয়না লাইবক চাউহৌগদবদুগী খল্লুবদা কপখিবনি। ঐতনা পি হান্না শীঙ্খবসু ওইরমদ্রে। ক্রিটো অদু মপি থিংবা য়ারক্তবদা হৌগৎতুনা থোকখি। ঐসু মতুং ইন্নরে। হায়না হায়না

তাঙ্গাদুমক্তদা হৌবদগী হৌনা মপি কংলক্তবা অপোলোদোরসনা বা-বা কপখৎলক্তুনা ঐখোয় পুম্ববু পাওদবা তাহনখি। সোক্রেটিস খক্তা মওায়হৌরে ফীবম হোংদনা লৈহৌরিবা হায়ববু। করিগীনো অসুক য়াম্না কপ্প-লাউনদুনা তৌরিবা অসিবো? মহাক্না হংগৎলকই। অসুম হায়না তৌরকপা য়াই হায়বগীদমক নিপী মখৈ ঐনা চৎলহনখিবনি। মরমদি শিবা হায়বসিমক্তবু চিক্না, অইংবা মফমদা শিগদবনি হায়নরিবনি। অদুনা তপথবিয়ু, খাওবা কনবা তম্বিয়ু। মহাক্কী বাহৈশি তাবদা ঐখোয় মশেল ঈকায়নদুনা পি খাঙ্গৎনখী। মহাকসু লেপ্তনা ওাহৌ ওাহৌ অসুম চৎলি। অদুগা ওাইহাক্কী মতুংদা মখোও লুমথরক্লে হায়দুনা হান্না তাক্লম্বা মতুংইন্না মাগী হিপফমদুদা শাংনা তিংথোকখরে। মওোন্দা হু পীখিবা নিপাদুনা ওাইহাক ওাইহাক কান্নরগা মাগী মখোও মখুৎ পায়দুনা য়েংই। মতম খরগী তুংদা অমুক নিপাদুনা মাগী খোওদা কন্না পায়শীল্লগা চৈনাখোল ফাওব্রা হংখি। মদুদা মহাক্না ফাওদে হায়না খুম্মি। মথংদা মাগী খুবোম, ফৈগল, মথং মথং ওইনা অসুম থকলোমদা হায়গৎতুনা পায় পায়দুনা ফাওব্রা হায়না হংবগা লোয়ননা মহাক্কী মশা ইংথরক্লিবা, তিংথোরক্লিবদু ঐখোয়দা খওহল্লকই। মহাক মশানসু মদু খওজরদুনা হাযরকই, হুসিনা থম্মোয় হেক য়ৌরকপগা পুন্নোই লোইদৌরিবনি। মহাক্কী চনীংগী শরুক্না উন ওল্লকপগী মতম অদুব্রায়দা ওসায়মখৈ মকোক খুমজিন্দুনা লৈরম্বদগী মমায় হায়দোক্তুনা হাযবকই — মদুনা মাগী অবোইবা বাহৈসু ওইববনি — মহাক্না হায়রকখি, ক্রিটো, ঐনা অসক্লিপিয়সকী[১৫০] মফমদা য়েম্বারাবা অমা কৎচগদবা লৈবনি। ঐগী ওইনা লমন্দু খরা শিংদোকপিবা কাউগদ্রা? ক্রিটোনা হায়, ঐনা শোয়দনা কৎকনি, বাফম অতৈ লৈরিবরা? মসিগীদি পাউখুম অমত্তা পীরকখিদরে। মিৎকুপ খরদং লৈরগা শহম অমা তাখীবগুম তৌই। পান্নরিবা মীশিংদুনা মাগী মমায় কুপশিল্লিবা ফিদু হাইদোকখি। মিৎ অনীমক চপ য়ুংনা ওনখৎতুনা লৈরম্লে। ক্রিটোনা মাগী মিৎ অমদি চীন খুমজিনখী।

অসুম্না ঐখোয়গী মরূপ অদু মপুন্সী লোমখি, ইচিক্রেটিস। মহাক্কী মবমদা ঐনা শেংনা হায়জবা ওম্বা হায়ববু, মাগী মতমগী ঐনা খওজবা মীওই খুদীংমক্তগী মহাক্না খ্বাইদগী হেন্না লৌশিং লৈবা, মীচং-মীখাই নাইদবা অদুগা খ্বাইদগী অফবা মীশক্নি। ■

## খণ্ডহনবা

১। থিসিয়স অসি ইগিয় নিংথৌগী মচানি। এথেন্সকী নিংথৌ ওইনা পানখি। ক্রিট লৈবাক্কী নিংথৌ মিনোসনা মমাঙঙৈদা এথেন্সতগী চহী খুদীংগী পাখং ভবেং নৈশাবী তবেং লোইপোং ওইনা লৌবগা মিনোতোব হায়না কৌবা শনগী শক্তম লৌবা হিংচাবা অদুদা চাকথাক ত্থনম্মী। থিসিয়সনা চত্থুনা মিনোতোব অসি হাৎখি। মসিদা মতেং পাংখিবনা মিনোসকী মচানিপী অরিয়াদনী কৌবী অদুননি। থিসিয়সনা মহাকপু নাক্সোস ঈথত্তা হন্দোকপিরম্বদগী দাইওনাইসসনা থেংনদুনা লৌখি।

২। মহাক সোক্রেটিসকী লোযনবীনি।

৩। ইসোপ (Aesop or Aesopus) শা ভাগী চবিত্রনা বা ভাংহন্দুনা পাউতাক বাবী (fable) কযা ইবম্বা মীশক্নি। ৫৭০ বি সি অদুবাইদা মহাক লৈবম্বগী বাযম থেংনৈ। এসিযা মাইনবগী অম্বা নোংচুপ থম্বা শকত্তা লৈবা ফ্রিগিয়াদা পোকখিবনি হায়নৈ। সামোস লৈবাক্তা মীনাই ওইনা লৈরম্বদগী থাদোকপিদুনা লিদিযাগী নিংথৌ ক্রোইসসনা বাজদুত ওইনা দেলফাইদা থাকম্বদা মফম অদুদা চীংদোন্দগী হুত্থদুনা মহাকপু হাত্তোকপিখি। মহাক্কী খুৎইশিংসি এথেন্সতা যাম্না পাম্নবা খুৎই ওইখি। শেংলবনি হাযবা যাবা মশাগী খুৎইদি ফংদ্রে।

৪। (লোনশেম) Experience অভিজ্ঞতা

৫। বিওসিযা (Boetia) অট্টিকাগী অবাং-নোংচুপ পাংনা লৈবা গ্রীসকী মযায থংবা শকক্কী লমদম অমনি। মতম কুইনা থীব্জ (Thebes) লৈবাক্কী মথা পোন্দুনা লৈখি। মফমসিদগী হেসিযদ অমসুং পিণ্ডাবগুম্বা শকনায়বা বাখল খনবা কবিশিং থোববখি। অদুবু বিওসিয়ন হাযবসিনা লোলবু খঙনদবা মীবু খঙনবা মতাংদদি বাখল থোক্তবা মীবু খঙনবা চৎনবকই।

৬। (লোনশেম) Guardian (ভাকশেল্লোয় হায়বসু য়াই)

৭। Soul

৮। True existence

৯। True being

১০। Absolute truth

১১। Essence

১২। True nature

১৩। Reality

১৪। Intellectual vision

১৫। Reason — মতাং অসিগী ওইনা চানবা বাহুল্লোক্তা শিজীন্নবনি।

১৬। Temperance

১৭। Passions

১৮। Mysteries

১৯। Opposite

২০। Elements

২১। এম্পিমিয়ন অসি থায়না এলিস লৈবাক্তা পাল্লম্বা মশক-মতৌ চঙখোনবা নহা ওইরিবা নিংথৌ অমনি। মহাকপু নুংশিজবদগী লেগুনা চুপ্পা ফংজনবা থাগী লাইরেম্বী সেলেনীনা শুমহত্নুনা তুমদুনা লৈহন্নি।

২২। Substance

২৩। অনাক্সাগোবস (৫০০-৪২৮ খৃঃ মাঃ) নিংথৌ পেবিক্লিসকী মতমদা এথেন্সতা লৈবম্বা বাংউরোয অমনি। মহাক্কী বাখলদা মালেমশিং অসি শেমগ্রিগুঁদা 'স্পর্মাটা' হায়না মহাক্না মিংথোনবা ওমথৈ লৈতনা কুপ্পা পোৎকী মবীকশিং লৈবম্মী। মসিবু এরিষ্টোটলনা তিন্নবা য়াবা মচাকশিং 'হোমোইওমেবে' হায়না খোনখি, হৌজিক্কী লোন্দাদা হায়বগা কুপলেন 'মোলেক্যুল' হায়বা যাই। অসিগুম্বা পোৎকী মবীকশিং অসিনা অবেপ্পা মশক লৈতনা, মবক্তা অহাণ্ডবা অমম্তা লৈতবমখৈ অহৌবদা শন্দোক্নুনা লৈবম্মী। মসিবু অনাক্সাগোবসনা কেওস (Chaos) হায়না খোনখি। হৌজিক ওইবিবা মালেমশিং অসিনা কেওস অসিবু শাগৎলিবা মচাকশিংদু তিনশিন্নবা অমসুং খাইদোক্নবা তৌবদগী ওইবকখিবনি। মসি ওইবক্লবগী মবম্না, পুমযান যানশিন্নবা মরীকশিং গী মপৈসিগী মচী অমদগী উক-ক লৈহনবা লেঙবগী শাফু অমা থোবকখিবদগীনি, মদুনা মবীকশিংসিবু খাইদোক্নহন্দুনা মান্নবগা মান্নবগা পুনশীন্নহল্লকখি, মসিদগী মালেমশিং অসি ওইবকখিবনি। অদুগা লেঙবগী থবক অসি হান্নগী কেওস অসি পবৈ হন্দোক্নুনা মচা তানা থমগ্রিবা ফাওবা অসুম চৎথগনি হায়বসি মহাক্কী *মহৌশাগী মতাংদা* হায়বা লাইবিক্নুদা উৎলী।

২৪। Idea ২৫। Reason ২৬। Diagram

২৭। Perceive ২৮। Conceive

২৯। মবী যান্না পানবা, লীকং মানবা থায়না গ্রীসতা শীজিন্নবম্বা ঈশৈগী খুৎলায় অমা

৩০। Absolute equality ৩১। Absolute essence

৩২। (*লোনশেম*) Dialectical process, বাফম অমবু কুপ্পা নৈনদুনা পুথোকপগী থবক

৩৩। Senses, ইন্দ্রিয় ৩৪। Intelligence

৩৫। Argument পু, খণ্ডনগনি।

৩৬। পাবম্পবাগী মতুংইন্না গ্রীকশিং অসি 'হেলেন' হায়না খণ্ডনবা কাণ্ডবু অমদগী হৌরকপনি হায়নসু লৌনে। মবম অদুনা গ্রীকশিংনা মশাবু হেলেনিস হায়না কৌনবম্মী, অদুগা মখোয়না খুন্দাবা লমশিংবুনা হেলাস হায়না খণ্ডনবম্মী। গ্রীক হায়বা মিংসিদি কোন্না রোমানশিংনা খোনখিবনি।

৩৭। Barbarous races

৩৮। (লোনশেম) Compound 'পোৎপূন' হায়বসিনা মচন অনী নত্তগা অনীদগী হেনবনা পূনশীল্লগা অনৌবা পোৎশক অমা শেমগৎপা অদুবুনি, খুদম ওইনা — থুম (সোদীয়ম + ক্লোরিন)।

৩৯। (লোনশেম) Composite 'শাবুন' হায়বসিসু অনী নত্তগা অনীদগী হেনবনা পূনশীন্দুনা শেম্বনি। মসিদদি নৌনা শেমগৎলক্লিবা পোৎশক অদু মশক পুমওন ওনবদি তৌদে, ময়ান তুয়ান ওইনা লৈ।

৪০। Self existent ৪১। Unchanging form ৪২। Existence

৪৩। Region of the changeable ৪৪। Reflect

৪৫। Eternity ৪৬। Intellectual ৪৭। Uniform

৪৮। Indissoluble ৪৯। Unchangeable

৫০। খমনুং লৈবাকপুসু খণ্ডনৈ, মফমদুদা পাল্লিবা লাইবুসু খণ্ডনৈ— থোঙাবেন যমবাজ হায়বগুম্বনি। হেদিস কৌবা লাইদি ক্রোনস্ অমসুং রিয়ানা পোকপনি, জিয়সকীনা মনাওনি, পর্সিফোনিগী মথুংঙোনি। মহাকপু বোমনশিংনা প্লুটো কৌনৈ লনকুবিবা লাই ওইনা লৌনৈ। মহাক্তি হায়জবদা মচী লেঙদবা ওইববসু ফত্তবগী শকক্তি য়াওদে। খুৎতা চৈশু অমা পাযদুনা থবায়শিংবু কৌথৈ সোক্রেটিসকী ওইনদি তমজনীংঙাই ওইবা মফম অমা ওইনা লৌবী।

৫১। (লোনশেম) Abstraction : মচি ওইবা অদুতমক চিংথোকপা হায়বা য়াহন্দগী লাকপনি।

৫২। Rational ৫৩। (লোনশেম) Initiated ৫৪। Sepulchre

৫৫। Moderate ৫৬। Influence ৫৭। Tangible

৫৮। Feeling

৫৯। মপুবোইবা ওদিসীয়সপু চহী কুন চুপ্পা ঙাইবিঙৈ, মথুৎ নিবা লাকপা নিপা কযাদগী মশা ঙাকথোকচনবা হোৎনবদা ফুবিৎ অমতং লোনবগী মতম পীবিয়ু হায়জদুনা পিনিলোপিনা অয়ুক নুংথিন্দা ফুবিৎ অচোনবা অমা লোনশীন, অহীংদা লোয়া হন্দোক তৌদুনা মতম লৌখি।

৬০। Hoopoe

৬১। অপোলো অসি জিযস অমসুং লেটোগী মচানি। অর্টেমিসকা ফাইবোক্লি। দেলোসতা পোকই। কোয়া দেলফাইদা লাক্লবা মতমদা 'দেলফিক ওবেকল' অসি মদুগী লাইবেনলৈমা হায়না খঙনবা মাইবীদুগা কোয়না মাগী ওইখি। গ্রীকশিংগী চাওখৎ-থাক পুবকপয়া মহাকপু নীংজবগী থৌরমসি য়ায়া মরুওইবা মচাক্লি। মহাকপু কায়বা পীবিবা, অচুম্বা চৈবাক পীবা, তুংগী বা খঙহনবিবা, ঈশৈ- নোংমাইগী অদুগা শা-শন মবাঙ কায়হনবীবা, চাওখৎপগী মমি

তারবা সহবশিং লিংখৎপগী, লোযননা অবাং গ্রীসকী অকিয়া কাণ্ডবুগী মওংদা নিপা ওইবগী ফজববু মহৎ শিন্দুনা তাকপা লাই ওইনা নীংঙ্খি। মতম পুম্নমক্তা মশাবু লাকপীঙনবগী পাউমেন পী। মহাক্কী পোকফম দেলোস গুসি ফাওবদা অসুক্কী মতিক শেংলি মফমদুদা পোকপা শিবা তৌনদে, অহীংদা মী লেক্লদে।

৬২। (লোনশেম) Theory ৬৩। মতাংসিগী ওইনা harmony বু খঙনবি।

৬৪। Incorporeal ৬৫। Perfect ৬৬। Harmonised

৬৭। Matter ৬৮। Deliquesce

৬৯, মতাংসিদা পল্লিবা অর্গাইব, হেবাক্লিস অমসুং আইওলোসকী বাকমসি নুংদা ফুম্বা বাঙাংনি।

৭০, মখোয়গী পুন্সী থৌদোকশিংগা মরী লৈনে। অর্গোসকী মীশিংবু অর্গাইব হায়না খঙনৈ।

৭১। আর্গোসকী অশেংবা বাহন্দি লৌউবা য়াবা লমজাউ' হাযবনি। মসি লৈবাক অমা ওইনা লৈবাক অহানবদদি গ্রীসকী লম অযাম্ববু খঙনবম্মী। গ্রীক কুম্বাবোল 'ইতিহাস' কী তুংইন্না যেংলবদি নোংপোকথংবা পেলোপোনেসিয়া ঈথংমান 'পেনিনস্যুলা' গী লমদমদু অমুক খঙনৈ। হেবাক্লিস অসি হর্ক্যুলিস হাযবগা হেন্না খঙনৈ। গ্রীক পুবাণগী বাবী তুংইন্নদি মহাক অসি গ্রীক কবি অলকাযসনা পোকপা এম্ফিত্রিওনগী নুপী অল্কমেনীবু জিযসনা মপুন্নোইবা শাদুনা মীনম্নগা পোকখিবনি। জিযসকী লোযনবী হেবানা শাউবদগী হর্ক্যুলিসনা আর্গোসকী নিংথৌ যুবিস্থিসকী মখাদা লৈদুনা মীনা তৌঙমদ্রবা অঙকপা থবক তবানীথোই পাঙথোকপদগী মীনাই ওইবা কোকখি। কোন্না লাইগী মপোক্তা তিনখি। *এনসাযক্লোপিদিয বৃটেনিকাগী* মতুংইন্না মতম অমদা আর্গোসতা পাল্লম্বা নিংথৌ অমগী মখাদা হর্ক্যুলিস অসি লুচিংবা মচা অমা ওইনা লৈবম্বা য়াবগী বাফম পল্লি। আইওলোস অসিনা মহাক্কা মপা তিন্নদবা, তাইবংমীগী মচা ইফিক্লিসনা পোকপনি। মতাক্কী দোলাই শাথৌবা ওইখি। মখোয অনী মতমচুম্নদা থানদে। হর্ক্যুলিসকী থবক কযাদা মহাক্কা মতেং পাংখি। থীজ লৈবাক্তা মহাকপু লাই ওইনা লাৎনখি। অতৈ মফমদনা হর্ক্যুলিসপু লাই ওইনা নীংনখি।

৭২। (লোনশেম) Misologist ৭৩। (লোনশেম) Misanthropy

৭৪। তুবেল অমগী মমিংনি। ৭৫। (লোনশেম) Notion ৭৬। (লোনশেম) Vulgar

৭৭। (লোনশেম) Partisan ৭৮। (লোনশেম) Discourage

৭৯। (লোনশেম) Proposition ৮০। Probable

৮১। থবায়বু 'পী' ওইনা লৌদুনা শীজিন্নবম্বননি।

৮২। (লোনশেম) Motion ৮৩। Degree ৮৪। Vice

৮৫, থীজ্ঞ লৈবাক্তা কেদমস্ অমসুং হার্মনিয়া অনীবু লাই ওইনা লাৎচুনা নীংনৈ। কেদমস্ অসি

৮৬। পোসাইদোনগী মশুনিপানি, টাইবিগী নিংথৌ অগেনোরনা পোকপনি, অদুগা য়ুরোপাগী মৌপ্পানি। জিযসনা শন্নাবা অমা ওন্দুনা য়ুরোপাবু থেমদুনা পুথোক্লগা নমজানখি। কেদমস্ অমসুং মচিন-মনাও অতৈনা তোঙান তোঙানবা মায়কৈদা চৎনদুনা মহাকপু থিনবা হোৎনখি। অসুম্না থিবকপদা, কেদমসনা থীজ্ঞ সহব অসি লিংখৎখি। মহাক্না মতম অসিদা অথেনা লাইবেম্বীবু নীংজদুনা যজ্ঞ তৌখি। মদুদা চীংলাই অমনা হঞ্জিন হঞ্জিন অপনবা পীবখি। অদুগুম্বা চীংলাই অদুবু মহাক্না হাৎলবা তুংদা অথেনানা তাকপীবা মতুংইন্না চীংলোই অদুগী মথাশিংদু লৈবাক্তা ফৌ মফ জনবগুম জনখি। মদুদগী খূৎলায় পায়বা লাম্মী কযা লৈবাক্তগী হৌগৎনবক্তুনা মখোয় মশেল হাত্তোক্লবক্লবদা শুপ্নগী মখোয় মঙাতমক হিংহৌবম্মী। মখোয় মঙাসিনা থীজ্ঞকী ইহান হানবা অহল্লাশিং হায়বদু ওইখি। কেদমসনা নিংথৌ ওইববদা জিযসনা মঙোন্দা হার্মনিয়াবু লুহোংদুনা থাজখি। মহাক অসি অবিস অমসুং অফ্রোদাইত অনীগী মচানিপীনি। অহানবা ওইনা লাইশিংনো লুহোংবা অসি যাওখি। ওলিম্পিক্কী লাইশিং অসিনা ফম্বাল তবানীথোইদা ফমখি অমসুং অঙকপা মখলগী খুদোলপোৎ কয়া পীবখি। খুদম ওইনা জিযসনা হার্মনিয়াদা লীকফা, অমা পীখি। মসি মহাক নত্তবা অমনা হেক শিকবদা অন্নাবা হেক্তা নংবা মখলগীনি। কেদমসনা অহানবা ওইনা গ্রীস লৈবাক্তা ইবা গী মহৈসি হৌদোকখি। মসিদা শীজিন্নবিবসি ফিনীসিয়া নত্রগা অবাং থংবা সেমিতিক লোলগী ময়েক ১৬ অদুনি।

৮৭। the whole nature of generation and corruption

৮৮। investigation of nature

৮৯। অনাক্সিমান্দব হায়না কৌবা ব্রাংউবোয অদুবুনি মতাংসিদা পল্লিবসি। মহাক মিলেটস্ হাযবা মফমদুদা খৃঃ মাঃ ৬১১ দা পোকখি অমসুং খৃঃ মাঃ ৫৪৭ নত্রগা ৫৪৬ তা শিখি হায়না লৌনৈ। মহাক গ্রীক ব্রাংউবোলগী অপোকপা হাযনা মিঙ্গৌনবা থালিসকী মহৈবোযনি হায়নৈ। অহানবা ব্রাংউবোলগী লাইবিক লোযননা ব্রারেংগী লাইবিক গ্রীক্তা ইবসি মহাক্না মহাক্লে। মহাক্কী ওইনদি থালিসনা তেংবানবসি ঈশিংদগী ওইবকপনি হায়বদু য়াখিদে। মদুগী মহুত্তা মাঙবা, লোইবা নাইদ্রবা 'ভমখৈ লৈতবা' অমখক্লা পুম্নমক্কী হৌফম্নি অমসুং মদুদা পুম্নমক অমুক তিনখিগদবনি হায়না হায়খি। ভমখৈ লৈতবা অসি থবায পীনবা ভম্বা শকখঙদবা পোৎ মপৈ অমনি হাযনা লৌবা য়াই। মসিগী লোইবা নাইদবা মরেঙ অমা লৈজে, অদুনা মবম ওইদুনা

মঙোল্দগী তোঙান তোঙানবা পোৎশকশিং অসি থোরকখিবনি। অহানবা ওইনা মসিদগী অশাবা থোরকখি, মথংদো অইংবা। অইঙবু অশাকনা মৈগী চগো অমা ওইনা কোযশীন্দুনা লৈখি। মদুদগী অইংবদু মনিল ওল্লকখি, মথংদা নুংশিং ওইরকখি। নুংশিংনা ইল্লোবকপদগী মৈগী চগো অদু কাংখোঙ মান্‌বা চগো কয়া থোক্লা ওল্লোবকখি। অসিগুম্বা চগোশিং অসিদা বাঁশীগী মখুলগুম্না মখুল কয়ামুক লৈ। মখুলশিং অসিদগী মৈবী কামথোবকই — মখোয়সিনা অতিযাগী পোৎশকশিং অসি ওইবকই। মখোয়গী অকোয়বদা লৈবিবা নুংশিংনা মবম ওইদুনা পোৎশকশিং অসিনা মালেমগী অকোয়বদা কোয়না চৎপা হৌবকই। মহাক্কী মোৎতা নুমিৎনা খ্বাইদগী বাংই, মথংদা থা অমসুং থবান্মিচাকশিং অসি লাকই। মহাক্কা মালেম অসি লংচোক মওং মাল্লি হায়বম্মী অমসুং তাইবংমীসি ঙাদগী হৌবকপনিসু হাযবম্মী।

৯০। Decay ৯১। Science ৯২। Corrupt

৯৩। Unit ৯৪। Juxtapose ৯৫। Method

৯৬। mind was the disposer and cause of all

৯৭। Generation ৯৮। Destruction

৯৯। মতাংসিদা মালেমগী নুংশিং কুয়োমগী মথক থংবা শক্কী নুংশিৎপু শঙনৈ।

১০০। State ১০১। Vortex

১০২। বাফম অসি গ্রীক বাংউবোবশিং অনাক্সিমান্দব অমসুং অনাক্সিমেনিসকী বাংউবোলগা মবী লৈনৈ। অনাক্সিমান্দবগীদা ঐখোযনা ৎেংবানবা অমসুং থবায পানবশিং অসি ঙমখৈ লৈতবা অমথক্তগী থোবকপনি হায়বা থেংনখ্রে। মহাক্কীদা মকওইবিবা পবৈলোন্দি অশাবা অমসুং অইংবা হাযবা অনীসিনি। মতমদুগী গ্রীকশিংগী ওইনা নুংশিৎ অমসুং মনিলগী মবক্তা খেন্নবা থোইনা লৈবমদে — অনীমক যাম্না কোম্না হেক্তা নুংশিৎ ওইনা লৌনবম্মী। লংচোক মওং মানবা মাগী মালেমসিদগী হাম্নগী অচোৎপা মনিলগী শকক অয়াম্বা বংপ্পগা, লেমহৌবদুনা ঈবেলবুং শেমখি। নুমিৎকী মৈশানা অসুম মনিলদা ওল্তোকহল্লকপগ লোয়ননা মসিদগী থবায পানবশিং থোবকখি। মী, শা, ঙা থবায পানবা পুম্নমকসি অসুম্না ওইবকখিবনি, অমুক মসিদা হল্লবক্নুনা মাঙখিনি — অমুকসু ওইবক্কনি হাযবসি মাগীসু বাখলনি। মীথয়ে অমদগী যেংবা তাবগদি ওইবকপগী থবক অসি চুমদবা বাযেন (injustice) নত্ত্রগা মোৎশীল্লকপা (corruption) হাযবসিদগী থোবকপনি হায়বা তাই, মবমদি ঙমখৈ লৈতবা অদুবু থুগাইদুনা ঙমখৈ লৈবা থবায় পানবশিংসি থোবকখিবনি। অমবোমদা অনাক্সিমেনিস (খৃঃ মাঃ ৫৮৮ — খৃঃ মাঃ ৫২৪ চাউবাক্সা) গী বাংউবোলদসু মহাক্কী

ওজা অনাক্সিমান্দরনা হায়বম্বগুম ওইবকপগী মরম অসি 'ঙমখৈ লৈতবা', 'অমত্তা ওইবা' হায়বদুদগীনি হায়বদি য়াবগা ঙমখৈ লৈতবা' অসি মশক নাইদবা পোৎশক অমা ওইনা হেক্তা লৈবদি নত্তে হায়রম্মী। মসি মহাক্কী ওইনদি নুংশিৎ নত্রগা মনিল নত্রগা নোংফাই (mist) নি। নুংশিৎনা থবায় পানবগী হিংনবগী মবম ওইবনিনা তেংবানবগী হৌকমসু নুংশিৎনি। নুংশিৎতগী ওইবা ঐথোয়গী থবায় অসিনা ঐথোয়বু ওইহনবগুম, নিংসো অমদি নুংশিৎনা তেংবানবা অসিবু কুয়োম ওইনা য়োমদুনা থম্নি। মহাক্কী বাখলদা হায়বিবা নুংশিৎ অসি থবায় পানবগী শক্তমদা লৈ অমসুং ঙমখৈ নাইদনা শন্দোকই। নুংশিৎ পাথোকপা অমসুং কুংশীনবদগী গোৎ মখল খুদীং শুনা থোবকই। অহোংবা হায়বসিনা লোইখম নাইদনা চৎথরিবা মবেঙ অদুনা থোকহনবনি হায়বসি মহাক্কী মীৎয়েংনি।

১০৩। টাইটন অমনি ইপাপেটস অমসুং ক্লিমেনি অনীনা পোকপনি অদুগা প্রোমেথিয়সকসু মচীন-মনাওনি। জিযসকা লাল থেংনবদা মাযথীবা নংদুনা চৈবাক ওইনা মখুৎনা ঙাক্লগা নোংমদোল অতিয়া কোকথোংনদুনা পুবা তাখি।

১০৪। Action and operation ১০৫। Bloom of colour ১০৬। Form

১০৭। Duality ১০৮। Reasoning

১০৯। মসি মমাঙউেদা গ্রীসতা শীজিন্নবম্বা য়েৎনবগী কলা মখল অমনি। তশেংবদি য়েৎনদুনা ককথোক ককশীন তৌবগা অচুম্ববু পুথোক্লবগী পাম্বৈ অমা ওইনা হৌনকখিবনি। কোম্না বানৈয়োল (dialectics) অমসুং সোফিস্ট্রি (sophistry) দা তাককখি। সোক্রেটিসনা বানৈবোল হৌদোকখি — বানৈয়োলদি বাফম অমবু মুম্না কুপ্না মায়কৈ খুদীংমক্তগী থম্নবা যাবা নৈনবা য়াবা তৌববা তুংদা তাককপা মহৈদুদগী অচুম্বদু পুথোকপনি। সোফিস্ট্রিদনা অফংবা পাম্বৈনা মাযোক্লববু মায়থীবা পীনবা হোৎনবনি। অদুনা এরিষ্টিক্স (Eristics) পু হেক্তা ককনবা নত্রগা শৌগৎনবা থবক্তা শীজিন্নবা হৌবকই। এরিষ্টোটলনসু সোফিষ্ট্রি অমসুং এরিষ্টিক্স অনীমক খেন্নদনা লৌখী।

১১০। Wit ১১১। Ideas

১১২। the greatness in us or in the concrete

১১৩। মভাং অসি লাঃ ৯০ ৯১ দা পনখিবা অদুগা মরী লৈনৈ।

১১৪। Essential opposite ১১৫। Exclude ১১৬। Impress

১১৭। (লোনশেম) Triad ১১৮। (লোনশেম) Ratio ১১৯। Whole

১২০। (লোনশেম) Monad, নাইতোম লৈবা অমবু খঙনৈ। মোনীজমদা পুন্নমক্কী হৌবকফম ওইনসু

লৌই।

১২১। Imperishable

১২২। (লোনশেম) Eternal মমাঙদা লাতঃ ১০৬/মশীং ৪৫ তা মাওখিবা eternity হায়বদুগা চাংদম্নবীয়ু।

১২৩। Human reason ১২৪। (লোনশেম) Salvation, নির্ব্বান

১২৫। Progress to the world below

১২৬। (লোনশেম) Genius – মসি লাইপোক্কী genius অদু নত্তে।

১২৭। ইস্কিলস (খৃঃ মাঃ ৫২৫ খৃঃ মাঃ ৪৫৬) অসি অবা পোলোই লিলা ইবদা মমিং চৎপা গ্রীক অমনি। মহাক্কী লিলাশিং অসি এথেন্স অমসুং সিবাক্যুজদা ইখিবনি। মহাক অট্টিকাগী এল্যুসিস কৌবা মফমদা পোকখি অদুগা সিসিলিগী গেলা কৌবা মফমদা শিখি। মহাক্কা শিখিবগী মওং সিসু "ঈশ্বরগী নোংদম্না হায়বা তাই — মবমদি ওহোক্লা থাজদনা থক্তা থেঙ্গু চেন্দুনা পাইবম্বা থবোইচাবী (stork) অমনা মাশী অতাঙবা মকোক অদুবু নুংগুম খনখীদুনা থেঙ্গুদুবু থাদবকপদগী পান্দুনা শিখি। মহাক্কা লিলা ইনা ইনা লানফম কযাদা লাল থেংনখি। মহাক্কী লিলা অহুম্না পূনবা *পবসী* হায়বা অসিদা অহানবা মনা ফংখি। কোম্না সোফোক্লিসনা মাযথীবা পীখি। মতাং অসিদা পল্লিবা *টেলিফস* অসি হেবাক্লিস অমসুং আওগে অনীগী মচানি। মাইসিযা লেবাক্কী নিংথৌ ওইখি — মহাক অসি হোমবগী *ইলিয়দতা* সাহিত্যগী ওইবা অচৌবা থৌদাং যাবা চরিত্র অমনি।

১২৮। (লোনশেম) Geographer ১২৯। Equability

১৩০। Equipoise ১৩১। (লোনশেম) Sea ১৩২। Hollows

১৩৩। Ether ১৩৪। Sediments ১৩৫। Chalk

১৩৬। এমবন্ড অসিনচিংবসি খবা তাঙবদগী য়াম্না তাঙবা ফাওবগী নুং মখলশিংনি।

১৩৭। (লোনশেম) Continent ১৩৮। (লোনশেম) Globe

১৩৯। (লোনশেম) Lava ১৪০। (লোনশেম) Chasm

১৪১। (লোনশেম) Bottom ১৪২। Air ১৪৩। Wind

১৪৪। ময়ায় ওইবপ তাঙবা নুং মখল অমা ১৪৫। Power

১৪৬। (লোনশেম) Matricide ১৪৭। (লোনশেম) Patricide

১৪৮। (লোনশেম) Servant ১৪৯। Authority

১৫০। অসক্লিপিয়স অসি ল্যাটিন্দা ইস্কুলাপিয়স হায়নসু খঙনৈ। মহাক অপোলোগী মচানি, সেন্টৌর কাইরনগী মহৈরোয়নি। লায়েংবগী লাইসুনি। হিপোলিটস্‌পু হিঙথহল্লুবদগী শাউদুনা জিয়সনা নোংমৈ শীংজনো থাদুনা হাৎখি। মহাকপু লীল অনীনা য়েৎশিন্নবিবা চৈগু পায়বা শক্তমদা য়েক্লে। সোক্রেটিসকী য়েম্বাবাবা অসি থায়না গ্রীসতা ঈবাৎপদা চৎনবকপনি। মতাংসিদা মহাক মশাবু পুন্নীগী অবা-অনাগী লায়নাদগী কোকহনবিবগীদমক লাই অসিবু থাগৎচরী।






